# গৃহদাহ

( য়ুম চাকপা )

অনীশুবা শরুক

শরচ্চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

মণিপুর সরকারগী য়াথংনা মৈতৈলোন্দা

গস্থোকপা

# গৃহদাহ

( যুম চাকপা )

অনিশুবা শরুক

শরচ্চন্দ্র চট্টোপাধ্যায

মণিপুর সরকারগী য়াথংনা মৈতৈলোন্দা
ওন্থোকপা

সুরচান্দ শর্ম্মা

# গৃহদাহ

## কুনতরক্ক শুবা তাংকক

অচলাগী মথৌ মশিন কয়া, অমদি হৌগৎ-ফমথ পূম্নমক্কী মরক্তস্থু অচীকপা থম্মোই লকান্নুংদা অতৎপা লৈতনা মৈচাক পীদুনতা লাক্লিবা রাকম অদুদি মসিনি মতুদি, সুরেশকী মপূক্লিঙ্ ওনবা অচৌবা থৌওঙ্ অমদি থোকখ্রে, অদুবু মতুগা মহাক্কদি কম্বিস্থু মরী লৈনদে। মঙোনমক্তদগী নোংমা পোকখিদুনা অস্থুম অস্থুম চাউখৎলকখিবা অদুগুম্বা লাকঙম-ফাঙমদ্রবা নুংশিবা অদুনা ঙসিদি মহাকপু শেগায়বা খাংপোকশঙ্ অমগুম থাদোক্লমদুনা অতোপ্পা মফমদা চথোকখ্রে। মশানা মশাবু লীশীংলক চৈহত্তূনা ; লীশীং-লক অথী-অথীবা রাহৈ ঙাক্তা হায়দুনা ইকাইবা পীনবা হোৎনরে, তৌই-গুম্বস্থুং অদুম ওইনমক অসিগুম্বা বিদায়গী থরায় শোকপা মতৌ অদুবুদি মপূক্লিঙ্দগী মহাক্লা করি অনত্তস্থু লাপ্পা তাম্থোকপা ঙমখিদে। করিবু হায়রুগনি তমথীবা অকিবা অমনা মরক-মরক্তা মশা অপুম্বদা মতু-চুংহন্দুনা অসিগুম্বা চিংনবা অননা মুনা মুনা হেক য়েংবা হৌরকই মতুদি, মশানাদ খঙ্জদনা মহাক মশামকস্থু সুরেশপু লোন্না নুংশিথোকখ্রবরা অস্থুম্না। অস্থুম তৌবা খুদিঙ্মক্তা মহাক্লা অসিগুম্বা নুংশাথীবা মতো অসিবু নাতৈ-চাদবা, মরু লৈতবা রানি হায়না থৌশাদনা হেক হেক উড়াইথোক্লবা হোৎনরকই ; মথন্থনা মথন্তবু নোক্লজদুনা হায়রকই, অসিগুম্বা ওইথোক্তবা অসিনা ওই-রক্তিঙ্ৈঙদা মহাক্লা মঙক্তা থৌরী হুকচিল্লগা কোক হেক শিজখিগনি ; তৌইগুম্বস্থুং অদুমক্তদা রাকম অসিনা মমি শক্তনা মাগী মপূক্লিঙ্গী মতুং অস্থুম ইন্নদূনতা মরৈখ্রে, হৌগৎ-ফমথ পূম্নমক্তা মসিতবু মানা মমিত্তা অদুম উদূনতা লৈখ্রে অমস্থুং ঈরু-মায়থজবা অমদি চাব-থকপদা চঙ্বা মতম থরা অদুতং নত্তনা অহিং-নুংথিলগী অয়াম্বা মতম মথৌদি মহাক্লা মপুরোয়বগী মনাক্তগী চথোকচবা ঙমদনা অসিগুম্বা অকিবা অসিদগী মশাবু কনজবা ঙম্নবগী দমক্তা অস্থুম কোম শেন্নদূনতা লৈরক্লে। থংনবা কা অদু মহাক মশাগী শীজিন্নবগীদমক পীবনি অদূবু নুমিৎ কয়ানিমক্কম অসিদি মহাক্লা মতুদা ফাওবা চঙ্নিঙ্খিদ্রে ; অস্থুম তৌবা মওংদা মতম থরস্থু অমুক হৌজিনখ্রে।

মহিম অদু নাবা ফরবগুমলে। থুনমক জব্বলপুরদা চেঞ্জ চৎননবা ঝা ঙাঙ্‌নরি। নুমিৎ অদু অয়ুক্কা অচলানা লৈমায় মথক্তা ফমদুনা শ্টোভতা মপুরোয়বগীদমক শংগোম ভৌরম্মী; শংগোম অদু ইতত্তনা পাখৎলি, অতোপ্পা করিগুম্বা অমতদা য়েংননবা তাঞ্জা ফংদে, মহিমনা মাবু অমসু মিৎফম হোংদনা য়েংলি হায়বসি মহাক্তি খঙ্‌দে— মপুরোয়বনা খংহোন হোন্দোরকপা নুংশা মপী অমা তারকপদগী মমায় হাইগত্তুনা অমুক্তং য়েংলম্লগা মহাক্কা তৌরিবা মখৌদা অমুক মপু ক্লঙ্‌ চঙ্‌খি।

মহিমদি কৈদৌঙৈদসু ঝা-য়ান ঙাঙ্‌দে; অদুবু ঙসিদি স্বর-মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, অশেংবনি অচলা, কৈদৌঙৈদসু অচৌবা করিগুম্বা পোৎ অমতবুসু ইরা ঝাদনদি খক ফংবা ঙংদে। ঐগী য়ুমসু অমুক মশারক-খিগনি, অনাবসিসু নোংমদি হেকমক ফরক্কনি; অদুবু মসিদগীসু হেনবা ঐনা ফংলিবা অতাঙ্‌বা পোৎশক অমদি, নহাক অসিনি। হন্দক্তি ঐনা খল্লি, নহাক লৈত্রবদি ঐহাক পুং অমতসু লৈফম খঙ্‌লোই।

অচলানা তুমিন্না অতুম্মক শংগোম অদু তেংকোত্তা হৈদোক্লগা ঈংহনবা হোৎনরি, করিসু খুল্লক্তে। ঙাইহাক লেপ্লগা মহিমনা অমুক হায়রকই; মৃণাল, সুরেস—মখোয়না ঐবু খক ঝাৎনা সেবা তৌবা নত্তে, অতুম ওইন-মক কনানা খঙ্‌গনি, ইশাগী জ্ঞান হেক তারকপদা নুংঙাইতবা অমদি হেক্তমক ফাওরকই; মখোয়না কয়া য়াম্না ঝানরবা, কয়াগী মতিক ঝাইচিন্ন-রবা— মপোক অসিদা ঐনা মখোয়গী লম্মনবু শিংবা ঙম্রকখিগদরা— অসিনচিংবা অসিতমক হন্না হন্না খল্লকই। তৌইগুম্বসুং ভগবানগী মথুৎনা পুনশিন্দুনা শেম্বিবা মরী অসিদি অঙকপনি, তৌরিবা অসিগুম্বা সেবা-খল্লঙ অসি নোংমদি শিংলদবা য়াদবনি হায়বসি নঙ্‌গী মরমদদি ঐনা অমুক্তসু খল্লুবা লৈতে। ঐবু হিংহন্নবা হোৎনবদি নঙ্‌তগী নথৌনি। হায়রগা মহিম অদু নোকমি নোকমি তৌরকই।

অচলানা মঙক নোম্বদুনা শংগোম অদু থোক থোক ওল্লি, করিগুম্বা ঝা অমত্তা হায়রকপা লৈতে।

মহিমনা হায়রকই, কয়া য়াম্না ঈংহনখিগে হায়বগে, কদায়?

অসিনক্তদসু অচলা করিসু খুল্লক্তে, মরু লুক্না লুক্না অতুমক ফমলি। অহানবদদি মহিম অদু হাইফেৎনা ঙকই, অদুবু মথংগী মিৎকুপ্তদি খঙ্‌বা ঙম্লক্তে, অচলানা মপুরোয়বদা মমিৎকী পি উহন্দনবগীদমক হান্নগুম অতুম্মক মমায় নোন্না লৈরিবনি।

সুরেশনা কল্লিগীদমক ইচঙ চঙ লকখিদ নো হাযবগী মরম অদু খঙ দ্রবনকসু মহিমনা মদূবু চাউবাকপা আন্দাজ অমা তৌরমদবদি নত্তে। মসিনা মাগী মবুক্তা অশাউবগা যান্নবা নুংঙাইবা ভাব অমতুম ফংহল্লম্মী। মবমদি, ছুজীক্তি অচলা অসি চেকশিঙ্গবে, অচীকপা মফমদা কোক হেক থেংনরুগনি হাযবগী অকিবতনা মহাক্না কা অসি থাদোক্লুনা মফম অমদা পাক পাক চৎচনিঙ দ্রিবনি—অসুম হাযনা মহাক্না মবুক্তা পেপখি। অদুনা মাগী মপূক্লিঙ অদুনা ঙসিদি নুমিৎ চুপ্পসিমা লিবি ছুম্বা বসন্ত নুংশিংতা পাইদুনা অসুম কোযতাউ তাউদুনা লৈরক্নে। মাগী যম্মুংদগী লাপতক্না আরাম চৌকি অমা থাবি। নুমিং অদুদি অচলানা অহিং যাম্না থেংনবা ফাওবেদা মতুগী পথক্তা যমতুনা কবিনো লাইবিক অমখক পাদুনা লৈবম্বদগী বাবক্রদুনা মতুদা অতুম্মক অবেম্বা অহিং অদু তুমদুনা পেনখি। নোংঙাল্লগা অযুক্তা মহিমনা কৌবকপদগী ইফিং ফিংনা হৌগত্রুনা ফংপে অমসুং মীছুক্তা যেংথোবকপদা উবে নুমিৎ থেংভিল্লমলে।

মহিমনা কবিনো অমা হাযগে তৌবমগা খঙহৌদনা অমুক তুগিন লৈগ্রে, অদুগা মাগী নূপীগী মথোঙ দগীনা মকোক ফাওবা হন্না হন্না যেংলগা অঙবপা থোনযমদা হাযবকই, নঙগী ইন্নফি অদুদি কৈদৌগ্রে?

অতুদগীসু হেন্না ঙল্লদুনা অচলানা মশাদা হন্না যেংথজবকপদা উবা ফংপে, ছুজীক্তদা মিৎকপ থোল্লকপদগী তফিং তফিংনা মশাদা হেক্তমক ইনশিল্লকখিবা অদুদি সুবেশকী মফিনি। মপবোযবগী বাহং অদুনা মঙোন্দা শজৈনা কনবগুম থোকখবে। ইকাইবা হংগোইবনা মাগী মমাযদা কুচু অংত্তা যাওবকখিদবে, অদূবু মসি কমদৌনা ওইখিবনো হাযবদুগদি মহাক্না খনফম কবিসু খঙখিদে। মানা নিঙশিংলি, ঙবাং অহিং মহান্না তুমথগ্রবদা, মহাক্না পশাগী শাল ইন্নফি অদূবু থুপচিল্লগা মথোঙ ওমশিন্দুনা শাডি মচিদুনা মশাদা হাইগৎলগা যমতুনা লাইরিক পাখি। মানা নিঙশিঙলি তুমলিংদৈদা মবক মবক্তা মহাক যাম্না নিংথম্লকখি, অদুগী ভুংদা হৌগৎলকপা মতমদদি মসিবু উবরে।

মহিমনা মাগী নূপীগী য়াম্না ঈকাই থীববা মমায অদু যেংলগা নুংশি-রদুনা অমদি নুংঙাইরদুনা নোল্লকই। হাযরকই, অদূবু কবিগী ঈকাইরিবনো অচলা? মীনাই অদুনা কারন-তুবন তৌদুনা নঙগীনা মাগীদা, মাগীনা অসিদা থম্নম্বসু য়াই। নত্রগনা সুরেশ মশামক্না ঙবাং নুমিদাংবাইরম

হুন্দোক্লম্বদগী অহিংদা নঙ্না খঙ দতুনা ইনশিল্লুবস্থ ময়াই। মেম্না অদুবু কৌরগা হেক শুম্লথোকহল্লুদনা।

শুম্লহল্লুপে, হায়দুনা অচলানা মথুংতা মতু পায়রগা মপান থোরক্লে অরুপা থংনবা কা-মন্নুংদা চঙ্লগা মশা চোকথববগুম্না ঙেক হেক কমথরকপা মতমদা মহাক্লা শিং-শিংনা ভাব তাবক্লে। মী পূম্নমক্লা তুম্মথবদা, অহিং অথেঙ্বদা স্থুবেশনা তুমিন্না চঙ্লক্লম্বদা অঙ্গংবা মবক অতুদা মহাকপু মওঙ্ অহুম্না তুম্নম্বা উবদগী মশাদা ইল্লকপা ফি অতু তুমলিবা মাগী মথক্লা চেকশিন্না লুনা তৌহুনা কুপশিনবীরম্লগা তুমিন্না অমুক থোকথিবনি হায়বদিদা মহাক্লা চিংলবা করিস্থু লৈখিদে। মহাক্লা মমিং উইশিনবদা হস্থনা-পাঙ্বা, ঈখৌ-কাংলবা অহুগুম্বা ণিংথেং অদূবু শংশঙ্ হেক উববপদগীদি মশাদা মতু-চুংলবলে। মহাক্লা থনবা হৌরকই, মহাক্তবু থেংজনিঙবদগী, অমদি নিঙথিজনা য়েংজবা যংনবগীদমক মহাক্লা মতৌ অতুম্না লাকথ্রিবনি, অস্থুম তৌনা মহাক্লা অহিং খুদিঙমবস্থু লাক্লম্বা যাই, মতু বনা অমত্তনস্থ খঙনদে।

অসিগুম্বা ফজদ্রবা মতৌ অসিদা মাগী ঈকাইভবা পান্দম লৈখিদে; অমস্থুং লমচং নাম্বা, তুক্কচনবা ওইবা, চাঙখত্তবা অসিনচিংবা হায়দুনা মহাকপু লীশীং লথা থোক্লা চৈবা হৌবক্লে অতুগা অতিথিগী মফমদা যুম্মুনা অহুম্না হুরানশাজং চৎপা মতৌ গাসবু কৈদোঙৈদস্থু মহাক্লা ঙাকপিবা তৌরোই হাযনা মথম্তা মশক মবেপ বযা তৌবকলে, তৌইগুম্বস্থুং অতু-লক্তদস্থু মাগী মপূক্লিঙশিং অতুনদি অস্থুম্না মাবু দোস পীশিনবা মতৌ অসিবু কবি অমত্তস্থ নাচুংবীদে হাযবা অসিস্থ মহাক্লা খঙদবা নত্রে অতুগা চৎপা কম্বা পুম্নমক্লা মহাকপু অস্থুক কুইবসি কদাইদা কবিনা অস্থুম ইন্নুং হুংঙাইহল্লক্রিবনো হায়বহুস্থ অদুম্মক হুজৌক্তি পূমশে, শেংনা উরকলে।

জব্বলপুরদা লৈবা কেদার বাবুগী অঙাং ওইবিঙৈগী মক্লপ অমনা পাউ পীরক্লে মতুদি ঈশিং নুংশিং অমদি এহৌশাগী ওইবা ফজবা মতৌদা মফম অদি মপা লৈতে। মাগী ময়ুমস্থ য়াম্না চাউই, মরম অহুনা মহিমনা লাকপা থোক্লবদি মনিঙ তম্না মাগী মনাক্তা অদুম্মক লৈবা য়াই।

নোংমা অযুক অমা লাক্লুনা কেদারবাবুনা পাউ অসি পীরমে; অতুগা থাকচাং-থাস্থ হুজৌক্তি লোইশিল্লক্লনিনা, লমশাং চৎপগী অমাবা খর-থরস্থ থাঙবা মঙম্লগনি, অমুক থীম্বা তৌদনা মাত্রা তৌক্লম থোকলে। পাথং ওইরিঙৈদা মহাকস্থ জব্বলপুরদা অমুক চংখি, মতুগী স্মৃতি অতু মহাক্লা

কাউরমগ্রি, মতু পূন্নমক অতু মহাক্না য়াম্না হরাউনা বর্ণন তৌতুনা হায়রকই, জগদীশ্বরগী নুপীতু হুজীকস্তু হিংলিবনি, মহিমবু মহাক্না মমা শক্লা লুনা তৌবীরমগনি, মতাং চারিডৈ অসিদা মহাকস্তু অমুক্তং দেশ অতু য়েংবতুম চৎনিঙলকই। মহিমনা পূন্নমকসি তূমিন্না অতুম তাতুনা লৈ, অদূবু হৈনিঙবা মতৌদি করিস্তু অমত্তা উৎলক্তে। মাগী হৈনিঙদবা মতৌ অসি অচলাতনদি মুন্না য়েংখি। মপানা হনথ্রবদা মহাক্না তপ্না তপ্না হংলকই, করিগীনো, জব্বলপুরদি অফবা মফমনি, মহাকপু চৎনিঙদবরা?

মহিমনা হায়রকই; মখোয় পূন্নমকনা ঐগী ইশা কল্লে, যরে, খল্লিবা অতুক ঐ ফবা মল্লি। করম্বা মতমদা ওইরক্কদগে হায়বতুস্তু ঐদি থাজবা ঙমদে।

অচলানা হায়রকই, অতুগীদমক্তবু ডাক্তরনা চেঞ্জ তৌনবা পাউতাক পীরিবনি। অমুক্তং কোয়বা ওইনা চৎলুরগা পূমফ তেক ফরগদবা'তুবো।

মহিমনা তপ্না তপ্না মঙক হাইরগা ঙাইহাক অতুম তূমিন্না লৈখি। মথংদা হায়রকই, খঙদে, ফিবম অসিদদি ঐনা, ইশাগী ওইবা মীওই খঙদে, অতোপ্পা মী খঙদে, কনাবুস্তু পাম্বৈ ওইনতুনা স্বর্গনক্তা কাবা ফাওবা পামদে। অচলা, মনুং মনুংদদি ঐ অসি য়াম্না শোল্লিবনি, য়াম্না ঙমদ্রিবনি। মঙনবু ইনাক্তা লৈত্রবদি ঐ কুইনা হিংগনি নিংদে। হায়না হায়না মাগী মখোঞ্জেন অতু লূমথরক্লম্মী।

নোংমত্তস্তু করিস্তু হায়জরক্ত্রিবা, নোংমত্তস্তু মশাগী অৱাৎপা অনংবগী মরম ফোংদোকপা লৈরক্ত্রিবা অতুগুম্বা মাগী মচীন অতুমক্তদগী অস্তুম্না মথৱায় শোক্লা হায়জরকপা মতৌ অসিনা অচলাগী থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম থোক্তুনা মহানমথৈ অস্তুম থিংগত্তুনা থমজরক্লিবা অতুগুম্বা মাগী মীয়োক মীচান অমদি অথোং অমেঙ মতৌ পূন্নমক অতু মিৎকুপ অমগী মনুংদা ঙসিদি ঙম্না কীক্লাক হাংদোক্লরক্লে। মহাক্না মশাবু অস্তুম ফাদূনা থম্বা ঙম্লক্ত্তুনা, ওইথোক্তবা করিগুম্বা অমা কোক হেক তৌমোরক্কদ্রা হায়বগী কিবনা নিক-নিক লাউরবা মমিৎকী ঈরা খকহন্দুনা থম্লগা মপান্দা থুনা চেম্থোকখ্রে। মহিমনা তৌফম খঙদ্রতুনা য়াম্না কুইরবা ফাওবদা ঙকপগা মুংঙাইতবগা য়ান্নতুনা হাংদোক্লিবা থোঙ অদূ তম্না মিৎকুপ্তুনা অস্তুম য়েংতুনা লৈরম্লগা তপ্না তপ্না অমুক হিপথখরে।

মতৈ-মনাউ অনিমক্লা অমুক উনরকপা মতম অতুদদি কনানস্তু হিরম অসিদা করিস্তু হায়নরক্কপা তৌখিদে। মথংগী মুমিত্তা অচলানা মথুত্তা

টেলিগ্রাম অমা পায়ত্নুনা লাক্লগা নোক্কুনা হায়রকই, জগদীশ বাবুনা টেলিগ্রামগী জবাব পীরক্লে, মাগী ময়ুমগা নকুবদা ঐখোয়গীদমক্তা মহাক্লা য়ুম মচা অমা থৌরাঙ তৌবীরে।

মহিমনা ৱা অদু শেংনা খঙবা ঙমদ্রদুনা হায়রকই, হায়বদি ?

অচলানা হায়রকই, ইপাগা তিন্নবা মক্কপনি হায়বগীদমক মহাক্লা নঙবুদি ময়ুমদা লৈহনবীবস্থ ময়াবনি। অদুবু, ঐখোয় অনিমক চৎপ্রগা মাগী লেংজুমদা য়াল্লুবদি য়াবা নত্তেদো। মবম অদুনা হয়েংমক য়ুম অমা থৌরাঙ তৌবীনবগীদমক টেলিগ্রাম তৌবীখিনবা বাবাদা চিঠি ইখিবনি। মসিনা মদুগী জবাবনি। হায়দুনা নাপু মচুগী খাম অদু মপুরোয়বগী ফমুং মথক্তা লংশিল্লক্লে।

মহিমনা মদু মখন্ডা পায়দুনা লোইনা পারগা অসিদং হায়রকই, ফরে যরে। অচলা মশানা চংনিঙলে হায়বসি মহাক্লা খঙলে। অদুবু ঙসিস্থ মঙোন্দা অদুম্মক ঙক্লা থোক্লিবা, খঙঙমদ্রবা ঙবাংগী মতৌ অদুবুদি অস্তুম কাউঙমদনা অদুম্মক লৈবিবনা কান্নদ্রবা অদুগুম্বা করিগুম্বা ফিংগৎপা মতৌনচিংবদি মহাক্লা ফোংদোক্লুঙবা লৈখিদে।

অদুবু অচলাবোমদগীদি যাত্রাগী থৌবাঙ পূন্নমক নপ্তংযানা লাঙৎ হৌরক্লে। নুমিৎ অদুগী নুংথিল পোবোপ-তা মহাক্লা কা অসিদা চঙলক্লগা মপোৎ মচৈ লোইশিল্লবিঙৈদা কেদার বাবুনা থোঙজীন বাংমদা লেপ্তুনা মতম খরা তুমিন্না অদুম য়েংদুনা লৈরম্লগা হায়রকই, নহাক্তি চত্তবনা ফবোইদ্রনে, ইবেম্মা ?

অচলানা ইঙক ঙক্লা মমায় থাংগত্তুনা হংলকই, কবিগীনো বাবা ?

লায়েংবা অমদি মশা ফহনবগী মায়কৈদদি মাগা লৈমিন্নবা ফত্তে-হায়বসি মপা অমা ওইনা মচা নিংঙোনদা খঙহনবদু কেদারবাবুদা ইকাইনা থোকখি। মরম অদুনা হুজীক্কা ওইরিবা মহিমগী শেলগী ফিবম উত্তুনা মহাক্লা হায়রকই, কয়াবু কুইগদগে ' অদুগী মথক্তা জগদীশকী অদুদদি মাগী খুদোং চাদবা করিস্থ থোক্লোই। মতম খজীক অসিগীদমক্তা অমুক হেজ্জিন্না খরচ তৌবদুবু—

অচলানা ৱা অদু শেংনা খঙখিদ্রে। মহাক্লা মপাবু য়েংলগা হংলকই, মহাক্লা অদুম্না হায়বরা ?

নত্তে নত্তে, মহিমদি করিস্থ হায়বা লৈতে, ঐতনা খনবনি—

করিস্তু খনবিগম্নু বাবা, মতু পূম্নমক এেনা শোয়দনবা হোৎনগনি, হায়তুনা অচলানা অমুক হন্না মাগী মথোদা মপূক্লিঙ চঙখরে অতুগা মথংগী নুমিৎমক্তদা মাগী লৈতেং-পোৎ অনিখক লোন্না কায়থোক্লগা লুপা ময়েক লেপশিন্দুনা থমখ্রে।

ফাইরেনগী থা-খায় চল্লকপদা চৎপগী ৱা খন্নরম্বনি অদূবু সুরেশকী মনেনা পুরোহিত কৌহল্লুতুনা খুৎপায় য়েংহল্লগা চৎলিবা থাগী অহানবা চয়োলমক্তদা চৎননবা নুমিৎ তন্নক্লে। মখোয় পূম্নমক্না মত অসি ইনবা তাখি।

চৎকদবা নুমিৎ নিনি ৱাৎলিডৈদগী হৌনা অচলাগী মথৱায়-হকচাং অতু নুংশিত্তা তাউবগুম লৈতাফম খঙজখিদ্রে। কলিকতা অসিবু থাদোক্কুনা মতম থরদং মপুবোয়বগী যুমদা লৈক্রুবা অতুতং নত্তনা মাগী মপুন্সীদা কৈদৌঙৈদসু অতোপ্পা মফম অমদা অমুক্তসু চৎচবা ফংলক্ত্রি, মহাক ঙসি ফাওবদা নোংচূপ লমবু উজবা যংদ্রি। মফম অতুদা লৈবা অবিবা ৱারী ৱাখোঙ কয়া, বন-জঙ্গল কয়া, চীং-তুরেল কয়া, ঈশিং চাইবী অসিনচিংবা কয়া কয়াগী ৱারীশিং অতু মহাক্না চুম্নগী মীগী মচীন্দগীতা তাজবা নত্তনা উজবা ফংলকপগী ৱাখল ফাওবা মপূক্লিঙদা অমক্তসু খঞ্জরুবা ঙম্লক্ত্রি। হন্দক্তি অঙকপশিং অদূ মমিৎমক্না উজ্জরুগদৌবে। অতুগী মথক্তা মফম অতুদা লৈবগা মপুবোয়বগী মশা-মউ ফরক্কনি, মফম অতুদদি মথন্তনা মযূম পাঞ্জরুগনি, য়ুম্নবেম্বী ওইজগনি, থবক খুদিঙমক্তা মপুরোয়বগী মতেং পাংজগনি। মফম অতুদি ঈশিং-নুংশিৎ ফৈ, হিংননবা লম্বীসু ঈরায়-লায় অমসুং চৎপদসু নুংঙাইনা থোকই, মহাক্না ফবক্লগা নোংমদি মফম অতুদা অতুম্মক মখোয়গী মযুম-ইংখোল লিংগনি অতুগা ইকুই-কুইথদনা মথং মথং অমমম ওইনা লাক্লবা শক-খঙনদবা অতিথিশিং অতুনা মখোয়গী মযুম অদূবু ইথন হেক থলহনগনি, অসুম্না খনবদা হান্নদগী মুন্না খঙনরবগুম মখোয়গী মশকশিং অতু মাগী মমিত্তা তশেং-তশেংনা উবা হৌবকলে। অসিগুম্বা নুংঙাইবগী মমঙ কয়ানা অহিং নুংথিল নাইদনা মাগী মকোক মমুংদা কোয়রৈ লৈনা কয়া কুইনা অসুম লৈখিবগে হায়বতু শীংথাক্লবা ঙম্বা পোৎ নৎখিদ্রে। অতুগা ৱারম পূম্নমক অসিগী মরক্তা মপুরোয়বনা মাবু থাদোক্কুনা স্বর্গ ফাওবদা চৎনিঙদে হায়বা ৱাহৈ অসিমগা য়ানশিন্নখিবদগী মহাক্কী ৱাখল পুম্নমক অদূবু খোইহী মরুম থুমহল্লক্লে। হুজীক্তি মহাক্না কনাদসু শাউজদ্রে,

কনাদসু পাংরৌথাবা লৈখিদ্রে—থম্মোইন্নুংগী নুংঙাইতবা পূম্নমক শূদোক-চামথোকখিদুনা হুজ্জীক্তি গঙ্গাজলগুম্না কেকু তরুখবে অমসুং তশেং তশেংলে। চত্তিঙৈ মমাঙ অসিদা ঙসিদি মহাক্না মৃণালবু অমুক্তং মশক উনিঙলকই—অমসুং মথৱায় হৰচাং যাংনো মাবু স্নপাবোন বোনশিঙ্গবগা খঙনা অমদি খঙদনা তৌথিবা নবান পূমমকপ ঙাকপিনবা হাযজনিঙলকই। সুবেশকী-দমক্তসু ঙসিদি মাগী মথৱায় অতু কপ্লক্রে। অসুক লুনা তিন্নবা অমা ওইতুনসু মহাক্না ঙসি ঈকাই হংগোটাখবনা মবম ওইতুনা নখোযগা উন্নবা ঙমজদ্রি, মাগী অসিগুম্বা মবাটৈক থীবগী অবোনবা চেনাথোন অদূবু মহাক্না কৰিগুম্বদসু ঙসি খঙনিবা অসিগুমদি থক খঙলাদ্রি। মাগী মফমদসু থৱায় হৰচাং যাংনা চাকপিনবা হাযভবল্লগা বিদায় লৌথিফম থোকপনি। অদূবু থিরুবদদি খঙবা ঙমদ মহাক চবা দগী হৌনা যমদা লৈতে।

চংকদনা তুমিং অতুদা তযুকগী হৌনা নোং মংতুনা নোংকূপ অসুম লাবি। পোং চে পূম্নমক যোংশিন থমজিল্লে, স্টেশনদসু থবা থাদোকখ্রে, টিকেট ফাংবা ৰকলুবে। অচলাগীদমক্তদি সেকেণ্ড ক্লাশকী টিকেট লৈননবা হাযবনি অদব মহাক্না শাথীনা যাদতুনা মহিমদা হাযবকই, অবেম্বদা লুপা মাংহনগে থল্লববদি যে লেহল্লু। ঐদি নাবসু নত্তে, যেকপসু নত্তে অতুগী মথক্তা অচে অশা নূপী কযা কযাগদি ইন্টৰ ক্লাসকী নূপী গাড়ী তো হুনা চংনবগা কৈতনদি ঙম্মবাইদ্রা? ভাড়া অমা মখাযদগী হেনবদি ঐ শুকচং চংলোই।

মাম অতুনা হাযবিবা অদূমক অতুম্মক তৌবে।

মুসিং নিনি মপূংফানা সুবেশপু উখিদ্রবনি। অদূবু মতম যংদতুনা তৌবিববা নল্লগা অতোপ্পা মবম অমা লেবনবা ঙসি অযুক্তি মহাক লাইবিক শঙদা অতুগা লেবম্মী। অসিগুম্বা মুংঙাইফম থঙদ্রবা কা অসিগী মন্নুংদা বসন্তগী শটা পুবা নু শিংকুম থংহোৌদনা অচলা চঙলক্লে। হবাউবনা হেনমনখিতুনা মাগী নখোয়ঞ্জেল ইথক থল্লম্মী, হাযৱকই, সুৱেশবাবু, মপোক অসিমগী ওইনা নখোযদা শক উৎপিববোই হাযবৱা? অসুক চাউবা করম্বা ইৱাল লঙজাখবা লেপ্পবগে?

চিঠি ইতুনা লেবম্বদগী সুৱেশ অতু মমায় হাইগত্তুনা যেংলকই। লাক্লমদাইদা অচলানা মমিংমল্লা উৱক্লবা, মখোযগী মযুম মৈ চাকপ্লবদা ইহৌবা মনাক-মনাক্তা হোবা উপালশিংগী মশকশিং অদূবু হুজীক উৱিবা

স্থরেশকী মশক অসিনা নিঙশিংহল্লকপঙ্কীদি অচলা অহু মপুক্তা খায় পাখৎখ্রে। বসন্তকী হুংশিং-শউম অহু মমায় লৈখ্রে—মহাক্কা হায়জগে তৌরম্বশিং অহু লোইনমক কাউথোকখিহুনা মমাক নকশিল্লক্লগা লাওতক্কনা হুংলকই, স্থরেশবাবু, নহাকপু নশা ঙমদ্রবক্কা? কদায়, বাফম অসি ঐবুদি কনানস্থ হায়দেনা।

স্থরেশনা মমায় হাইগৎলম্বহু মিংকুপ অমত্তগীনি। খুদক্তা নোঙ্খখিহুনা হায়রকই, নত্তে, ঐ কদিস্থ ঙমদবা তৌদে; ঐ অহুম্মক হুংঙাইনা লৈরি; হায়হুনা মহাক্কা লাইরিক চেনা হাংদোক হাংদোক্কা অমুক হায়রকই, নখোয় ঙসি চৎকদবা নক্কা—থোরাঙদি লোইরবরা? মতম কয়া অমদি অমুক উম্নরোইদো।

তৌইগুম্বস্থং মিনিট কয়ামক্কম হৌঞ্রবা ফাওবদা অমরোমদগী পাউখুম অমত্তস্থ ফংলক্ত্রবদা স্থরেশনা ঙক্কহুনা মমায় হাইগৎলকই। অচলাগী মমিৎ অনিনক মপিনা চোক্লম্মী, মিংকা-মিংকা হেক চাম্লক্কবমক্কদা অচৌবা পি মতুম মতুম নাম্ভরকলে।

স্থবেশকী শিংলীদা চেল্লম্বা অশাবা-ঈ অহু ঙাওখৎলক্কে, অদুবু ঙসিদি মাগী লৈজবী থাদুনা মশাবু লাকশিঞ্জরগা অহুম্মক মমিৎ তুথখরে।

কীজিনা মপি তৈথোক্লগা খোঞ্জেল লুম্না অচলানা হায়রকই, নঙগী নশা অহু বৈদোঙৈদস্থ ঙম্নমগদবা নত্তে স্থরেশবাবু, নঙস্থ ঐথোয়গা চৎমিম্নপ্রসিদনা।

স্থরেশনা মকোক হাইহুনা তেম্না হায়রকই, চৎলোই।

করিগী চৎলোইদৌরিবনো? নঙগীদমক্তা—বা অহু লোইশিনবা ঙমদ্রে। থোঙজীন বাংমদগী বেরানা কৌরকই, বাবু, চা—হায়না হায়না মহাক্কা পর্দা হাইদোক্কুনা ইমুং চঙলকখি অহুগা অচলানা থংনবা মিংকুপ অহুমক্তদা অমরোমদা মমায় লৈথোক্লগা মপান থোকখ্রে।

পুং-কয়ামক্কম হৌঞ্রবদা মহাক্কা মপুরোয়বগী কা-দা চঙখিবদা মহিমনা হংলকই, ফনা কুইরে, স্থরেশ অদুবু কৈদা চৎখিবগে থঙব্রা? ইনে ইবেম্মদস্থ করি অমত্তা তাক্লম্বা তৌদে; ঙসিস্থ, মহাক ঐগা উঃরোই হায়রিবরা?

অচলানা তপ্না তপ্না হায়রক্কই, ঙসিদি মহাক খুমদা অহুম লৈ।।

মহিমনা হায়রকই, লৈতে! মীনাইমুবীনা হজ্জীক্ত হায়রম্মী, মহাক কদাইদনো অয়ুক্তগী হৌনা অহুম থোকপ্রবনি।

অচলা তুমিন লৈরে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মাগা উন্নখি, মহাক মশা য়াম্না ঙমদ্রে, অঙাং ওইরিবৈদা তৌখিবগুম হন্দকসু মহাক্না নঙবু কনবীরবনি মসিতগী তৌবীমল উৎপা ওইনা ওইরবসু মহাকপু ঐখোয়গীদুদা কৌবিফম থোকই—মাবু অমুক বিক্লফম লৈত্রে—চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা ঈকাই থীরবী অসিবু অমুক হন্না ঈকাইহনবীরগনু—অসিনচিংবা মাগী থন্নুংদা লৈবা য়াহৈশিং অসি অমত্তসু মরৈনা খংচবা থোকখিদরে। মহাক্না মপুরোয়বগী মমায়দা চুম্না য়েংজবা ফাওবা ঙমখিদে; করিসু খুম্বা তৌদনা মখুৎনা লাম্বা ফংবা থবক অমদা তুনিন্না অহুম্মক মপুক্লিঙ চঙখরে।

ষ্টেশনদা চৎপা মতম অসুম নকশিল্লক্লে। নখাদা কেদারবাবুগী লাউবা-খোংবা মখোল তারি অদুগা মনে ইবেম্মনা ঈশিং চফনচিংবগী থৌরাঙদা ঈরাঙ লাঙলি। মীনাইশিংনা পোৎ-চৈ পূম্নমক গাড়ী মথক্তা থাংগৎলি, অদুবু অসুক য়াম্বা অসিগী মন্নুংদা য়ুম্বু অদুতদি মশক উবা মরৈখিদ্রে। অমরোমদা মসিগীদমক ফোংনা ঙাঙন-শান্নবদসু বনা অমত্তনা ঙম্নদ্রে অসুম তৌনা মন্নুং-মন্নুংদা থোদো মতা অদুনা পূম্নমকপু ইনুং ম্নুংঙাই-নহনখিদরে।

কেদারবাবুনা মচানুপীবু হাইফেং চীক্লা ফংলদুনা মকোক্তা মখুৎনা নান্দুনা ন্নুংশিনা হায়রকই, সতী-লক্ষ্মী ওইয়ু, নঙবু পোকপী নমাগী মতৌ ওইসনু, ইবেম্মা। অহল ওইরবপদগী খঙদদুনা নত্ত-নত্তবা য়া ঙাক্তা হায়দোকত্রে, পূক্লৌ-পারৌ শাউগনু ইবেম্মা, হায়রম্লগা থুনা লৈথোকত্রে।

গাড়ীদা কাখৎলমদাইদা মহিমনা মচি অমদা অচলাদা মথরায় ম্নুংঙাইতনা লোম্না লোম্না হায়রকই, তশেংনমক মহাক ঐখোয়গা উন্নবা লাক্লে্দনা। মঙোন্দা য়া অমা হায়গে হায়দুনা ঐদি ম্নমিং নিনি চুপ্না মাগী লম্বী য়েংলকপনি।

মপাগী য়াহৈ তাবদগী মাগী মমিত্তা মপি তারম্মী, মঙক্তং হাইদুনা মহাক্না খঙহল্লকই, লাক্লে্দনা।

মনে ইবেম্মদু থোঙজীন মক্নমদা লেপলম্মী। অচলানা য়াম্না ভক্তি তৌনা মাবু খুক্নমদুনা খূয়া-উফুল লৌরকপমক্তদা স্বর ফুনগৎ-ফুনগৎনা মহাক্না মশীং লাকঙমদনা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা হায়রকই, নখুত্তগী থূজিদু মতম কুইনা অসুম লৈবা ওইসসু, নপুরোয়ববু মশা ফহল্লগা থুনা অমুক পুজরকপা ঙমজবা ওইসনু, ঐনা তৌগদবা প্রার্থনাদি অসিতনি।

ঐগীদি মসিনা খ্বায়দগী হেনবা আশীর্ব্বাদনি ইনে ইবেম্মা! হায়রহুনা মমিং তৈথোক তৈথোক্লা গাড়ীদা কাখত্তুনা মহাক ফম্দখ্রে। কেদারবাবুস্থ ৱাহৈ অহু তাখি। ঙাকপিফম খোক্তুবা, চিংনক্কুবগী ঈকাইজবনা মহাক মথন্তা শিজনিঙবমক য়েৌখ্রে।

---

## কুনতরেৎ শুবা তাংকক

হাওড়া ষ্টেশন্দগী নোংচূপকী গাড়ী থাগদবা মিনিট তরাথক্তা মঙায়রে। মপান্দা, আতিয়া পূম্নমক নোংনা থল্লি, হাংবা নাইদনা তপ্‌ তপ্‌ তারি। মীগী মখোঙদগী ঈশিং অমদি লৈথোমনা প্লেটফোর্ম পূম্নমক অহু থনখ্রে; যাত্রীশিংনা নানথুদনবদং হোংনহুনা, মীরক খায়হুনা মপোং-মচৈ, লোয়ননা কোয়না তোংফম থিনরি; তাঙ্গা অসিমক্তদা অচলানা য়েংথোকখিবদা উবা ফংলক্লে—সুরেশ অহু মখুত্তা অচোবা বেগ অমা পায়হুনা চঙলকলি।

অঙকপগা নুংশাথীবগনা কেদারবাবুগী মমায় অহু মকশিল্লক্লে, পঙনক নকশিল্লক্লিঙৈদা মহাক্লা লাউনা হংলকই, তৌরিবহুদি করিনো সুরেশ? নঙদি কদাইদনো?

সুরেশনা মহুগী জবাবতি অচলাদা পীরকই। মাগী মমায় য়েংলগা কংনোক নোক্তুনা হায়রকই, য়াদ্রে হায়—নঙগী পাউতাক অমদি বার্ত্তোন অনিমক অমত্তা থৌশাদবা চুমদে হায়না খল্লে। নঙনা ঐবু ঙসায় অয়ুক অহুম তৌনা মিত্তা খূদোঙ্গী থিন্দুনা তাকপিরমদ্রবদি ঐগী ইশা অসি কয়া য়াম্না ফংলমদ্রবগে হায়বহু ইখঙবু খঙলমলোই! চৎসি, মতম খরা নখোয়গী অতিথি ওইহুনা লৈরগা ফহনবা ঙম্বরা অমুক্তং য়েংগে। তশেংনমক হায়রিবশিনি ম—

ফরেনে সুরেশ, য়াম্না ফৈনে। অহুগী মথক্তা অনৌবা মফমহুদা ঐখোয়গীস্থ য়াম্না ইত্তেং ওইগনি; হায়হুনা মহিমনা মিংকূপ মক্কমদং অচলারোমদা য়েংশিল্লকই। মখোল থোক্তুবা থৱায় শোকপা মিংকুপ অমত্তংগী মিংয়েং অহুনা পূম্নমকপু হৌনা লাউনা তাহন্দুনা অচলাদা হায়রকই, ঐবু হায়দ্রিবদি করিগীনো? মাগী মশা ফবা ফত্তবগী মরমদা নপূক্লিঙদা অহুক লাঙতক্রম্লিবা, ঙসি অয়ুকমক্তস্থ নখোয় অনি ৱারী শানরকখিবা—অহু পূম্নমক ঐবুদি মচেৎ অমা ফাওবা খঙহন্দ্রিবা

কৃরিঙ্গীদ্নো? অসিগুম্না বেকু-লোৎপ্পী শান্নকুবগী কাম্নবা কাম্নবু লৈবগে অচলা।

তৌইগুম্বস্সুং অচলাদি অমরোমদা ময়ায লৈথোক্নুনা লৈগ্রে অহুগা ঙাইহাক্তি তৌফম থঙলমদ্রবা সুরেশনা থম্নুংগী পাখৎলকপা মতৌ অদুবু মপান্দা ঈস্থোবক্লগা ইফিং যিংনা হায়রকই, অদুবু মতম লৈত্রেসে। চৎসি চৎসি, গাডীদা কাখৎলগা কোম্না ৱারী শাবসি। লেঙ-ও কেদারবাবু; হায়হুনা মাঙতদা মমিং থমহুনা মহাক্না পুম্নমকপু ঙম্না ঈনদুনা পুবগুম তৌরক্লে।

কেদারবাবু অহু মতম কুইনা ৱা ঙাঙলঃদে। মহিমবু মাগী মফমদা ফমহল্লগা অচলাবুনা নুপীগী গাডীদা থাংগৎপিবে। গাডী থারমদাই য়েংবদা সুরেশনা মকোক নোন্দুনা মহাকপু থুকুম্নগা কাখৎখিহুনা মহিমগী মনাক্তা ফমগ্রবা মতম অহুতদা ঃঙোন্দা হায়বকই, নঙ যাগ্রবেদো, লক্ষ্মীদদি থোইদোকপা ৱারবোই খল্লি। নুপীগী গাডাদি লাপতক্লা লৈগ্রে, মরক মরক্তা য়েংবীরু সুরেশ, অহুগা মহিমবু অমুক হন্না নিঙশিংহন্দুনা হায়বকই, য়েংঙোয়, হেক য়োবগা পাউ পীবকপা কাউগনিকো। ঐ য়াম্না লাঙতক্নুনা লৈহৌবিবানকো, হাযহুনা মানিংকী ঈরা লোৎলগা চথোবগ্রে। মাগী মকশিল্লবা মমায অমদি নুংশিবনা থুনহৎলবা ঃখোঞ্জেন অহু মম্বাপ অনিগী মনাকোঙদা মতম শাংনা অস্নুম তাহুনতা লৈখি।

গাডী থাবক্লবদা অঈংবা যৈগনি হাযনা কিহুনা মহিমদি মশা পুম্নমক কম্বলনা যোমশিল্লগা হিপথগ্রে, অহুগা সুবেশতি নফম অহুদা হাম্নগী ফীবম কায়দনা অহুম্মক ফমহুনা লৈ।র। মঙোন্দা ঙনশিন্দুনা য়েংবীনবা মী কনাসু লৈরমদে, লৈবম্না খোল্লবদি কনা অমনা হেক্তমব হায়রকপা য়াই ঙসি মাগী মমিং অনিমক্কী মিৎযেং অসিদি ঃহৌশাগী অচম্বা মিৎয়েং মতাহু নত্তে— থম্লুংদা লম্মৈ চাক্তুবদি মী অনগী মমিংতা অহুম তৌনা থক অয়াকপা মঙাল্দ ফাওরকপা হৌমদে।

শ্লো পেসেঞ্জার গাডীনিনা অপীক অচৌ নাইদনা ষ্টেশন থুদিক্তমক্তা পম্না পম্না তপ্না তপ্না অস্নুম চঙশিল্লকলি অমসুং মপান্দনা অহুম্মক হাম্নগী চাংদা অহুম নোং মরীক মরীক তাবি। অচৌবা ষ্টেশন অমদা গাড়ী লেপাকদরগী তৌরক্লবদা মকোকী কি হাইদোক্লগা মহিমনা হায়রকই, মীসু কবিসু চিনরা নত্তে, ঙাইহাক্তং হিপথগ্রিবদি কবিগীনো সুরেশ? অসিগুম্না

তাঙ্গা অসিদি অস্তুম থোক্লনতা লৈরগদবা নত্তে। স্থরেশনা খংপেক খংনা, হায়রকই, হা, হোয়, হিপ্লগে।

মানা নাতৈ চাদনা ইথং হেক খংবা অতুগা মরম লৈতনা ইথাইদা অসিগুম্বা মত্তৌশিং অসি উবদা মহিম অহু ঙকখিবনা বা ঙাঙবা থোকখিদে। মহাক্লদি উথিদবা অতুগুম্বা মরাল অমা লঙজপ্রবদগী মদূবু ফাগ্রগনি হায়না কিহুনা মহাক্লা অস্তুম্না ইথক থক্কৎলিবনি হায়বা বাখল অসি য়াম্না কুইরবা মতম ফাওবদা মহিমনা মপুক্লিঙদগী খক লাপথোকহনখিবা ঙমখিদ্রে।

ষ্টেশন য়ৌয়রক্লহুনা গাড়ী থামখ্রে।

মশাগী ফিবম অদূবু মশানা খঙজবক্লবদগী স্থরেশনা নোকমি নোকমি তৌশিন্নহুনা মমায় অদূবু য়েংবা মুংঙাইহন্নবা হোৎনরগা হায়রকই, ঐদি নঙবু তূম্লিবোই নিঙলুই, অতুনা খংপেক হেক খংগ্রিবনি।

মহিমনা তেম্না হায়রকই, উম; অদুবু, করিস্থ কাম্নত্রবা মাগী কৈফিয়ৎ মতা অসিবুস্থ মহাক্লা পাম্বা থোকখিদে।

স্থরেশনা হায়রকই, কবিগুম্বা মাগী দবকার লৈবা য়াওবরা হায়না অমূক্তং হংলুবা ঙম্নবদি—

অদূবু নোং তাবিবসিদি?

মসিদি কবিস্থ লৈতে, ঐ অমূক্তং শৎ য়েংথোকলুখিগে, হায়হুনা স্থরেশ অহু থোঙ হাংদোক্লগা অতুম্মক মপাল থোকখ্রে। মহাক্লা নূপীগী গাড়ী মনাক নকশিল্লক্লবদা উরে, অচলানা চৈরক অসিদা মমাম্নবী নূপী অমা ফংলহুনা মহাক অতুগা বাবী শামিম্নরমলি। স্থবেশপু মহাক্লা হাম্না উরক্লনা অচলাগী মশাদা মেৎলম্লগা মমায় লৈথোক্লনা ফমখ্রে। অচলানা য়েংথোক-খিবমক্তদা স্থবেশনা অপাম্বা করি লৈবগে হংলকই। মঙক হাইহুনা অচলানা হায়বকই, করিস্থ লৈত্তে; নঙবুহুম নোংমবক্তা চোৎপিয়ু হায়দে, চৎলো। হায়হুনা মশামক্লা মিহুৎ মনাক্তা লেপ্লগা মথোল নেম্না হায়রকই, ঐগীদি করিস্থ খনবিক্লগন্নু, অত্নগা মুংশা থীফম থোকলিবা মহাক অদূবুদি খরা য়েংশিনবীয়ু।

স্থরেশনা হায়রকই, অদূবুদি য়েংশিল্লি, অদূবু নঙগী অচাপোৎ খবদং, নত্রগা চা নক্লগা চুম্নগী ঈশিং থক্কতা ওইরবস্থ—

অচলানা নোক্লনা হায়রক্কই, মাই মাই, ঐ করিস্থ পামজদে। অদূবু নোংনা নশা চোৎহন্দুনা নাহ্মগে থম্লিবরা?

সুরেশনা মিৎকুপ অমত্তং অচলাগী মমায়দা য়েংলম্লগা মমিৎ হাইথতুনা হায়ৱকই, মতুদি ঐনা পামজবকপা কুইরবনি, অদুবু লাইবক থীবা ঐগী ইকাদদি অনাবা ফাওবনা চঙনিঙলকখিদ্রেমাল্লে।

ৱাহৈতু তাবদা অচলা অতু ঈকাইবনা মনাকোঙ ফাওবা ঙাংশঙ ঙাংশিনখ্রে; অদুবু সুরেশনা করিগুম্বা মমায় হেক হাইগৎলকপদা মতু উখিবসু খঙদে হায়বগী মুংশা থীবনা মহাক্না মদুবু ফাগি তাহম্লনবা হায়তুনা নমতুনা নোক্লগা হায়রকই, ফৈ, চৎত চৎখিসি খঙগনিদনা। মতম অতুদা অসিগুম্বা মওঙদা হেক শূহন নোমহনগনি মতুদি—

তৌইগুম্বসুং মহাক্না ৱাহৈ অদুবু লোইশিনবা ঙমখিদরে; মশক উদবা মাগী ঈকাইবতুনা তৌশিন্নবা অসিগুম্বা ফাগিগী মকা ফোংদোরকপা মতৌ অসিবু থীনা হায়তুনা লমখাঙদা অতুম্মক খোঙচৎ লেপহনখ্রে।

গাড়ী থাৱমদাইগী শরীক খিঙলকলে, সুরেশনা করিনো অমা হায়নিঙতুনা মমায়দি হাইগৎলক্লগা করিসু অমত্তা হায়রমদনা চৎলগে হায়না তৌরকলে, খংপন পনবা অমদগী হন্না য়েংথোরকপদা উরে, মাগী শাল ইন্নফি মচি অমা অচলাগী মখুৎনা পায়রমলি। খঙহৌদনা মহাক্না অশাউবা খোনফমদা লোন্না লোন্না হায়রকই, নঙবু ঐনা চৎমিন্নসি হৌবনি হায়বসি ময়াম মমাঙদা হায়দোরকলিবদি করিগীনো? ঐবু অতুক তৌফম খংহনখিদবদি চুম্বরা?

মতম অতুদগী হৌনা ৱাফম অসিমক্না সুরেশপু নিঙঙম্লক্তবা মৈরীনা লীশীং লীশীংলক হন্না মথক মখা ওলহনবনখৈ চাকথেল্লক্লবনি, মরম অতুনা মথৱায় ৱাবা খোনফমদা হায়রকই, খঙদবদগী ঐনা লঙজবা থোকখরে অচলা।

করিসু ঈংথবা তৌদনা অচলানা হান্নগুম অতুমক অয়াকপা খোনফম্না হায়রকই, অং খঙদতুনা ওইরিনি! ময়াম মমাঙদা ঐতবু ইমায় ফীব্লক খুমহনগে নিঙতুনা তৌরিবনি।

ট্রেন চৎপা হৌরকলে, সুরেশনা মখা তানা ঙাওজনবা মতম ফংখিদ্রে; অচলানা মাগী ইন্নফি হেক থাদোরকপমক্তদা মথৱাক্কী মিহুল খপনা খপ্না মহাক থুনা চেল্লকলে; মায়কৈ অমত্তদসু য়েংবা তৌদনা মহাক্না চেল্লি অতুগা মিংয়েংতনা মাগী মতুং ইন্নবা হোৎনজগে থৌরাঙলুবা মী অমগীদি থম্মোই মিহুল খংলেপ লেপখিগদবগুম তৌরি। অচলাগী মমিৎ অতু হাইথগ্রে, মীহুৎ অমদগী মমায় লীথোক্লনা মহিমনা মথোয়তবু তন্না অসুম য়েংতুনা

লৈরম্মি। মহাক্না মশাগী মফমদা হৃক্তিল্লক্কুনা ফম্নরবদা নূপীতুনা হংলকই, হৃজীক্তিহুবু অদোমগী বাবু নত্তবরা ?

অমদা মপুক্লিঙ যৈরেংনতুনা লৈরম্বী অচলানা অমুক্তং 'উম' হায়দোক্লম্লগা মীহুৎ মপাদা উরিবা উ-ন্বা পরেং অমদি লৌবুক লমহাঙশিং অদোমদা ওয়্যোক্কুনা শূনদা মমিৎ অস্থুম থম্লকলে ; মখোয়না শানরম্বা ৱারী থদত্তুনা মহাক্না স্থুরেশকী মনাক্তা চৎখিবনি, অদুবু হৃক্তিল্লক্লবদস্থু মহাক্না মদুবু লোইশিনগে হায়নদি থক খনখিদ্রে।

খুনগী মথংদা খুল, সহরগী মথংদা সহর অস্থুম লান্দুনা অমূক চৎপা হৌরক্লে, মপূক্লীঙ ওলাঙ-ওনশাউরম্বা মতৌ অহু কোকখিতুনা হৃজীক্তি মমায় মমিৎ অমুক তক্ক-তক্করক্লে অমস্থং ঈংথরক্লে, মাগী লোয়নবী অহুগা মনিঙ তৌনা ৱারী-ৱাতাই শানবা অমুক ঙম্লক্লে ; পূং থরতগী মমাঙদা মাবু অহুক য়াম্মা নৈহৎপিরম্বা ঈকাইবা অহুবু হৃজীক্তি মপূক্লিঙদা ফাওবা নিঙশিংলকখিদ্রে।

অচৌবা ষ্টেশন অমা য়ৌরক্লবদা খানসামাগী মখুত্তা চাগা অচাপোৎ অতৈ অতৈগা পুহল্লগা স্থুরেশ অহু ফাওরকলে। অচলানা পোৎশিং অহু লৌরগা হুংশি পাওথংনবা খোঞ্জেন্দা হায়রকই, অস্থুক ৱাইচিনবা থবকশিং অসিবু কনানা নঙোন্দা তৌ হায়বগে ? নঙগী মরূপ অথোইবতুনা ওইরিনি ?

হিরম অসিদদি স্থুরেশনা কনাগীস্থু থৌদাবা ঙাইবা মী নত্তে হায়বসি অচলানা অহুম ফজনা খঙলিবনি অহুম ওইনমক হায়ভক্কুবস্থু নত্তবদা অস্থুক লুনা চান্না তৌবীরকলিবা মতৌ অসিগী মহুত্তা মহাক্না অমেঙবা পতুম মচা অমত্তংদি অস্থুন্না কক লাউনা খিন্দনা লৈবা ঙমজখিদে।

খোয়রুম মোমোন তৌজতুনা স্থুরেশ অহু চৎকে তৌক্কুরবদা অচলানা হুন্না কৌরকই। মতম অহু ফাওবদা মোমোন-মীনোক অহু মাগী মচীনবান্দা অতুম্মক পক্লম্মি। মহাকপু হেক য়েংলুবমক্তুদা অচলানা খঙহৌদনা খিক লাউনা নোকথোক্লুবদগী ঈকাই হংগোই য়াম্নমা মমায় ঙাংশঙ ঙাংশিনখরে। অসিগুম্বী ঙাংলপ তৌবী মায়থোং অসিবু স্থুরেশকী মমিৎ অনিনা মখোজেঙ থম্না থকচিঞ্জরকলে।

অচলানা মপুরোয়বগী পাউ লৌনবগীদমক স্থুরেশপু হুন্না কৌখিবনি। মাগী করি অৱাবা, খুদোং চাদবা থোকপা লৈবগে নত্রগা করি পাম্মী হায়বগে, অমুক্তং অসি য়ৌনা লাকপা ঙমগত্রা ঙম্রোইদ্রা অসিনচিংবসি অমমমতা

ওইনা খঙদোক্কে নিঙলম্বনি, অদূবু মতুং অসিদদি মহাক্না হিরম অসিদা করিগুম্বা য়া অমতং ফাওবা হংননবা মপাংগল কন্নিস্নু লৈখিদ্রে। নাত্তে ইচাচাদনা শকফম হঙ্গিন্দুনা মহাক্না হংলকই, ঐখোয় এলাহবাদতা গাড়ী শিনগদবা নত্রা? অহিং কয়া থেঙবদা মফম অদু য়োগনি খঙবিবয়া? অমূক্তং খঙদোকপিক্লরগা ঐঙোন্দা তাকপিরবা য়াগদ্রা?

ফৈ, হায়তুনা ঙক্তক তৌনা সুরেশ অদু চংখ্রে।

হঙ্গিল্লকপদা অচলানা উরে, নূপী অদু মাগী মফম থাদোক্কুনা লাপ্না হন্দোক্কুনা ফমখ্রে। অচলানা মপূক্কী শাউনিঙবা অদু লোত্তুনা থম্বা ঙম্নক্তদুনা হায়রকই, অদোমখোয়গীদি য়ুমদা চা-রুটি খক চাবা থকপা তৌনদবরা?

নোল্লুক মীনোক লোয়ননা নূপী অদুনা হায়রকই, ইমাইপেম্মা, করম্বা য়ুমদবু মতুগী ঈরাং য়াওদবা লৌরিবগে? মী পূম্নমক থক্ল-চানবা ঙাক্তনি।

অঙলানা হায়বকই, য়াম্না হংগোইনা হন্দোক্তুনা ফম্বিনিবতুদি?

নূপী অদুনা ইকাই ইকাইনা হায়রকই, নচ্চদে, হংগোইজবা নত্তে— নিপা হায়বসিদি পূম্নমক চাদবা লৈত্রিবনি অদূবু ঐগী ইকুবোক অদুদি মসি পূম্নমকসি কয়া পামদে, অদুগা ঐখোয় নূপী হাযবা অসিগীসু—

নোংমসু অসুম তৌনা চাবা থকপা অমদি শোক্ল-শম্নবগী মরমদা মহাক্না মৃণালগা কায়নখিবনি। সুমিৎ অদুদসু মহাক্না মশাবু লাকশিঙ্গবা ঙমখিদবা অদুগুম্বা মবম অদুমক্না ঙসিসু মাগী মপূক মন্নুংদা প্রোক প্রোক চাকপদগী অক-ফত্ত করিসু খঙখিদ্রে অমসুং নূপী অদুনা ঙাঙবা লোইবম লোইফাত্রিঙৈনা অয়াকপা থোনফনদা হায়রকই, অদোমবু ঐনা খক ৱারৈ চেলহঞ্জনিঙদে, হান্নগী মফম আসিদা হল্লকুন। নিঙঙায়দনা ফম্বীরো লাউ; হায়তুনা চা অমসুং অচাপোৎ পূম্ননক অদু মিৎনা কূপ্পা মন্নুংদা মীহুৎলোমদা লংথোকখ্রে। নূপী অদুনা উগী মতৌগুম তূমিন্না অদুম মতম শাংনা য়েংদুনা ফমখ্রে, অদুগী মথংদনা মমায় পূনওন-ওন্থোকখিদুনা ফীজিনা মপি তৈথোকখ্রে। অসুক কুইনা খঙন-চান্নরক্কুনা ৱারী-ৱাতাই শান্নমিন্নরকখিবা পূম্নমক অদুগী মর্য্যাদা মচেৎ অমা ফাওবা থমখিদ্রবী অসিনা হুজীক মাগী মপি অসিবু উন্নগা অমুক কন্নিবু তৌথোকপিরক্কদগে হায়বসি মহাক্না মপূক্তা খঙ্গবগুম তৌবামাল্লে।

ঙাইহাক নোং হাংলবসু আতিয়াদদি অকুংবা নোংনা মথং মথং অসুম শোমজিল্লক্লি। সুমিদাং ৱাইরম ঙকয়া য়োন্নকপদা নোং অমুক চুথরক্লে।

নোং মরক অসিদা কুমখিগদবগী নূপী অদু মপোৎ মচৈ লোইশিনবা হৌরক্লে।

অস্থুম লৈতানা ফম্বা ঙম্লক্লে তুনা অচলানা মাগী মনাক্তা লাক্তুনা ফম্লরে। মাগী মখূৎ অদুবু মশাগী মখূৎ মন্নুংদা পায়শিল্লগা অথোৎপা খোনফম্না হায়রকই, ঐনা তৌখিবা ব্যবহার অদুগীদমক ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে। অদোমনা ঐবু ঙাকপিয়ু।

নূপীদু নোক্লকই, অদুবু পাক হেক খৃস্বদি ঙমখিদে।

অচলানা অমুক হায়রকই; ঐনবু শাউরবদি, হৌনবা হৌনদবা করি অমত্তা জ্ঞান তারক্তে। ইপুরোয়বা নারিবনি, মাবু পুতুনা হাওয়া-ওনবা চৎলিবনি—ফবীরক্লবদি ফরে, নত্রবদি মীরৈবাক অসিদা তৌগদবদু করিনো, মদু ভগবানতনা খঙবিরমগনি। হায়না হায়না মাগী মখোঞ্জেন লূমথরক্লে।

নূপীদুনা ঙক্না হায়রকই, অদুবু অদোমগী ইপুরোয়বা অদু য়েংবদদি অনাবা মান্দেনা।

অচলানা হায়রকই, ঐগী ইপুরোয়বনা গাড়ী অসিদা অস্থুম্মক তোংলিবা ওইরবস্থু মাবুদি অদোমনা উবীদ্রি। মহাক অদুদি ইপুরোয়বগী মরূপনি।

অমূক্তা হেন্না ঙকথ্রদুনা দূপী অদু বা ঙাঙখিদ্রে।

হায়রিবা মরূপ অদুবু মাগী মপুরোয়বরা হায়না হংখিবা মতমদা মহাক্না 'উম' হায়না পাউখুমথোকখ্রে হায়বসি অচলাদি নিঙশিংখিদ্রে, তৌইগুম্বস্থুং নূপী অদুনদি মদূ কাউরমদ্রি। অদুগা অচলানদি মানা ঙক্লিবা অদূবু পুমওন ওন্নবা অমা ওইনা লৌখি। সুরেশকা মহাক্না লোয়নখিবা মওং অমদি ঙাঙন-শানখিবা মতৌ অদুনা মহাক মশাগী থনুংমকস্থু ঈকাইবনা মওং অমা ওইহনথ্রবদা ইচম চম্বী হিন্দু নূপী অমগী মমিত্তদি মদূবু কয়া মশক থীনা উরম্লগদগে হায়বসি খন্থরকপদগীদি মহাক ঈকাইবনা হেক শিনিঙবা হায়বদু য়োথ্রে অমস্থুং অর্থ অমত্তা য়াওদবা, মশক থীরবা মওংদা জবাব পীবা ওইনা হায়দোরকলে, ঐখোয়দি হিন্দু নত্তে ব্রাহ্মনি।

অদুমক্তদস্থু নূপী অদুনা অস্থুম তুমিন লৈখিবা উবদগী হংগোইরক্লদুনা অচলানা মাগী মখূৎ অদু থাদোক্লগা হায়রকই, অদোমখোয়না ঐখোয়গী আচার ব্যবহার পুম্নমক খঙবিদবনা মরম ওইদুনা ঐখোয়বু অঙকপা ওইনদি থক থনবিগনু।

হন্দক্তি নূপীদু নোক্লক্লে, হায়রকই, ঐখোয়দি থঞ্জদে, অদোমখোয়নদুম

অহোইননা করিগুম্বা অমদস্থ হেক্তমক ঐখোয়দগী লাপথোকপিখিনিঙই। কমদোনা খঙলিবনো হায়রবু অদোমগী সমাজদা য়াওবা ঐখোয়গী নক্লবা মরীগী মী অমা অনিখক লৈজে। মখোয় অতুদগী অতুম ঐনা খঙজরকখিবনি, হায়তুনা মহাক্লা নোকপা হৌরকলে।

অচলানা হংলকই, মরম অত্নদি করি ওইরবনো?

নূপী অতুনা হায়রকই, মতু অদোমনা অতুম্মক শেংনা খঙবিরিবনি। খঙবিদবা থোক্লগনা অদোমগী সমাজগী মী অমদা হেক্তা হংবীয়ু; হায়তুনা নোক্লগা ৱাফম অদূবু খংনম নমশিন্দুনা মহাক্লা হায়রকই, ফরে, অতুক থাপ্লা চৎপিক্লদ্রবস্থ অদোমগী ইপুরোয়বগা লোয়ননা ঐখোয়গী অতুদা হেকমক লাকপিয়ু করি তৌবগে?

কদায়দা, আরাদা?

ইনাইপেম্মা! মফম অতুদবু মী লৈবা ঙম্বরা! ঐখোয়গী অতুনা ঠিকাগী থবক তৌবদগী মরক মরক্তা ঐস্থ আরাদা চত্নুনা হেক হেক লৈক্লবা তাখি। ঐনা হায়বদি ডিহরীগী ৱানি। শোন ভুরেল মপান্দা ঐখোয়গী য়ুম মচা অমখক লৈজে, মফম অতুদা নিনিদং লৈবদা অদোমগী ইপুরোয়বতু হেক্তমক ফগনি। মফম অতুদা চৎপিগে হায়বরা? হায়তুনা নূপী অতুনা অচলাগী মখৃৎ অনিমক পায়তুনা চিংশিল্লগা মাগী মমায় য়েংতুনা পাউখুম ঙাইনা লৈরকলে।

শক-খঙনদবী অসিগী লাঙতক্লবা অমদি থৱায়মক য়াওনা হায়জবা মতৌ অতু উবদা অচলা অতু ঙকখ্রে। হায়রকই, অতুম ওইনমক অদোমগী ইপুরোয়বগী য়াথং অমদি পাম্মী। মাগী য়াথং নত্তনদি হেক চৎপা য়াবা নত্তেদো।

নূপী অতুনা মকোক হাইতুনা হায়রকই, ইস, অতু হেক্তা মওইরবকো। মীনাহ ওইনা সেবা তৌই হায়তুনা ঐখোয় অসিবু পূম্নমক্তা হেক্তমক মীনাইদ মীনাই ওইবা তারবরা? মতু পূক্লিঙদা ফাওবা খনবিক্লগনু। হুকুম তৌরমদাইদদি ঐখোয়নতুম মপু ওইরিবনি। চৎপিরিবা মফম অদূবু পান্বীদবা থোক্লবদি ডিহরী য়ৌনা চুমদ্রিঙ হেক্তা লাকপিয়ু করিগুম্বা মচেৎ অমা ফাওবা চিংনবিক্লগনু, ঐনা হায়জরম্লিবা অসিনি। য়াথং লৌবা তারবস্থ ঐনা লৌজগদবনি, অদোমনা করি তৌফম থোকই? হায়তুনা মপুরোয়বগী থৌজালনা মরাইবক-করবী নূপী অতুনা মাগী মুংঙাইজবা ঈহৌ অতুনা অচলাবু থূমহৎপগুম তৌবক্লে।

ট্রেনগী খোঙচৎ তপথবক্তপদগী আরা ষ্টেশন নকশিল্লক্লে হায়বা খঙলে। মহাক্কা অচলাগী মখুৎ অনিমক অতুবু মশাগী মতম্বাক্কা অমুক হন্না চিংশিল্লগা লাওতক্লনা হায়রকই, ঐগী দি নতম য়ৌরে, ঐ চৎলে, ঐনা হায়জরিবসিনি, অসুম পঙখন্দা খন্দুনা কাঁরিস্তু কান্নদবদা পূক্লিঙ নুংঙাইতনবা শীনবিগন্নু। নুংশা থীনিংঙাই করিস্তু লৈতে, অদোমগী ইপবোয়বগী য়াম্না থুনা ফবা ওইগনি। অদুবু হায়বিয়ু সে, চল্লকপা মতমদা শোয়দনা ঐগী অতুদা অমুক্তং খুয়া উফুল তাহনবীবন্না য়ারোইদ্রা?

অচলানা মনিংকী ঈবা লোত্তুনা হায়রকই, মতুগী নুমিৎ অদুবু অমক্তং ফংজববা থোক্লবদি শোয়দনা লাক্লুনা অদোমগা উন্নজরগনি।

নূপী অতুনা হায়বকই, করিগী যংবীরোই, নুমিৎ অতু শোয়দনা ফংনীগনি। অদোম্না ঐ মন্না খঙলে। ঐনা হায়জরম্লিবা অসিনি, অতুক য়াম্না ভক্তি তৌবীনা অতুগা ততুব য়াম্না নুংশিবীবা অদোমগী মতৌ অদুবু ভগবাননা খক তায়োম্নবী হঁগদনা লৈতে—অতুম্না খক ওইনা য়াদে।

অচলা করিস্তু খুমডনা ডনখিদে, মনায় লৈথোক্লগা পাখৎলক্লবা মপি থিংবা তোৎনখি।

নোংমক্কা লাক্লুনা গাড়ী অতু প্লেটফোর্মদা খামখ্রে। অতোপ্পা অমদা নূপী অতুগী মনাডানিপা তোংলম্মী, মহাক লাক্লুনা গাড়ীগী থোঙ হাংদোক্লরে। অচলানা মাগী মনাবোঙ ময়াদা মচীন থল্লগা লোম্না লোম্না হায়রকই, অদোমগী ইপবোয়বগী মংবুদি চীন্দা পনবীক্লোই খঙই তদুবু অদোমগী মিং অতুতদি তাকপিরম্মুদনা? করিগুম্বা মতম অমদা হল্লকপা থোক্লবদি অদোম্মু করি হায়না থিনক্কনি?

খোমোন নোক্লুনা নূপী অতুনা হায়রকই, ঐগী মিংদি রাক্ষসী কৌই। ডিহরীবু য়ৌরক্লবদি কনাগুম্বী বাঙালী নূপী অমদা হেক্তা হংলুবদা ঐগী লৈফম হেক্তমক তাকচরক্কনি। অতু—অনিমক অমুক্তাদ লার্কাপিয়ু হায়বকো। সে ঐগী ইকোক পায়হৌরবনিকো, ঐদি লম্বী য়েংতুনা লৈরগদবনি। শোন তুরেল মপানমক্তুদা ঐখোয়গা য়্মনি। অসি হায়তুনা নূপী অতুনা মখুৎ অনিমক লোম্নতুনা শৎ-লাউনা নমস্কার তৌরম্লগা চোৎনা চোৎনা অতুম্মক মপান থোকখ্রে।

মনিনগী গাড়ী অতু অমুক তপ্না তপ্না চৎপা হৌরবলে। সন্ধ্যা য়্নাচঙবদা মঙায়রি। অদুবু অঁতৎ অখম লৈত্রবা নোংগা নুংশিৎকা তিন্নতুনা

খুদোং থীববা অহিং অসিবু অমুক শব্দক চানা হেন্না অকিবা পোকহল্লি মীহুৎকী মিংশেল মক্তং অদুদা অসুম যেংবদা মাগী মমিৎ নাবকলে —মহাক্ক হন্না হন্না খল্লকলে, অসিগুম্বা যোৎশৃকমক্কা মান্নবা অমম্বা মশক অদুনা মাগী অহৌবা অমাদ পেংলোই অনিনকপ্ যোৎশিনবীখবে। অঙানবগী মশক অদো, নুংঙাইবগী মতো অদো— মহাক্কি অমুক হন্না উববোইদবনি—পুন্সি অসিমগীদি মহাক অসিদগী খক লান্থোকপা ঙম্লবোইদবনি। মপা যাঙ্দ্রব অচৌকপা কা অদুগী মন্নুংদা কাচিন অমদা চঙলক্লগা মশাদা ইল্লম্বা যৈ অতুন ফৈজপ ওইনা শপচিন্দুনা ননিং উই শিল্লগা হিপথখবে, হন্দক্কি মমিত্তগী পি জব জব নাম্বা তৌবক্লে। কবিগীদমক্তা মমিত্ত। অসুম্না নপি শিন্থনিবনো মান। অসুক যাম্না নুংঙাইত্রিবনা অংশেংবা কর্বদগীনো হায়বদুসু মহাকনা খনযম খঙজদে, অতুম পইনমক কপা লাবদুবু নহাক্কা লাকশিঞ্জবদি ঙমখিদে অকনবা ঈথক ঈবৈহল্ল নতুনা মাগী মবক নথ অদূবু শিংকুপ শাহনন নৈখাবতুনা কোযনা অসুম ঙংলবে। মাগী মপাবু শিঙাশনলক্লে, অঙাং ওইনিবৈদা মাগা লোয়নবগা মন্মপ মপা শবু শিংশনক্লে, মনে হবেম্মবুসু নিঙশিনলক্লে মৃণালবুসু নিঙশিংলক্লে, চদৌওদা নাক্সুসা বৌহ হায়না মশাগী পরিচয় পীবগী নুপা অদূবুসু নিঙশিনলম্মে যদু হায়বা মীনাহ অদু যাওবা মাগা মঙ্গা কাঙ্গ তুবগ চংলবে। পূম্নমক্কী মযদগা মহাক্না অবোইবা বিদায় লৌদুনা কদাইদানো নযম হওদবা নাম ওমগীদমক যাত্রা তৌদুনা থোবক্লবগুমনা মাগী থম্মোই লবাদা চৈনাখোল যাওবকলে।

মতে অসুম্না লোইবা নাইদনা মপি শন্থদুনা লাকপনা মথংগী ষ্টেশন অমা যৌরকুনা গাড়ীনা লেপখ্রবা মতম অদুদদি মাগী মরূক অদু যনা য়াম্না ঈংথখবে। মহাক্না হৌগত্তুনা যমগা পনাওম্বী নূপী যাত্রী অমত্তু খুদোং থীবা অমাহং অসিদসু লাংগী লো দমদগী মাগী নাদা ববিগুম্বা কোক হেক কাখৎপিবক্লবদিকো হায়দুনা অবাবা মিংথযংনা অসুম যেংদুনা লৈবক্লে। কনানা ইচোং চোংনা কুম্থনখ্রি, কনা কনা অমনা কাখৎনবরপসু মযাম্গনবি অদূবু মাগী কা অদুগী মনাক্তদি কনাসু চঙনবকখিদবে।

গাড়ী থাবক্লবদা নুংশা মপী অনত্তং হোন্দোক্লগা মহাক্না মাগী মফমদা চঙলকলে অমসুং মখোঙদগীনা মকোক ফাওবা কুপশিল্লগা হান্নগুম অমূক হিপথবক্লবদা হন্দক্তি খঙঙমদ্রবা কবিগুম্বা মবম অমদগী রাজবল্লবী মাগী মথল্লায় অদু খংনুং নুংঙাইবকপা রাখল অমনা অমুক পূমথন থল্লকলে। তৌইগুম্বসুং মদু অনৌবা অমদি নত্তে, হাওয়া ওনবগী অতান্নবা বা

হৌদোক্লরকখিবা মতম অদুদগী মহাক্না অসিগুম্বা মঙ অসিমক মঙখি। ঙসিদু অদুগুম্না মহাক্না অনাবা মপুরোয়ববু নিঙশিংলদুনা মাগী মশা-মঙ ফননব অমদি মতম কুইনা পুন্নীনবা খঙজদুনা মশক খঙদ্রবা লম অমগী মমুংদ হবাউবা অমদি চৌক্না-ঈংনা মুংঙাইজবগী লাং শাজবতদা মথক্তা মুজরকলে।

করম্বা মতমদা অমদি কয়া কুইনা মহাক তুমললুরবা মদু মহাক্না নিঙশিংদ্রে। খঙহৌদনা মাগী মমিং কৌরকপা হেক তাবদা তফিং তফিং চৌগত্তুনা ফম্নগা য়েংথোরকপদা থোঙ ময়াদা লেপ্লম্বা সুরেশপু ,উরকলে অমসুং হাংদোকলিবা থোঙ অদুগী অহোবদা ঈশিং-মুংশিংমক্তা চঙদুনা মমুং অদু ইতাউ হেক তাউথোকহল্লম্লি।

সুরেশনা লাউদুনা হায়রকই, থুনা কুমলকউ, প্লেটফোর্মদা গাড়ী থাম্লে। নঙগী বেগ অদুদি কদায় ?

মতম অদু ফাওবদা অচলাগী মমিং অনিমক্তা তুম্লিঙবা কোবলমদ্রি, অদুমদি ওইরগা মপুক্লিঙদদি নিঙশিংলক্লে, এলাহবাদ ষ্টেশনদা জব্বলপুরগী গাড়ী বদলি তৌগদবনি। মহাক্না বেগ অদু উত্তুনা তফিং তফিং কুমথ-বক্লগা লাঙতক্লনা হায়রকই ; অদুবু নোং অসুক তারিঙৈ অসিদা মাবুদি কমদৌনা কুমথহনগনি ? মফম আসেদা দোলাইককা অমত্তা ফংলোইদরা ? নত্তরবদি অমুক অনাবা হেম্ভিললকনি সুরেশবাবু।

সুরেশনা করি খুমখিবগে হায়বদু ঈশিং মখোলনা করিসু খঙখিদ্রে। মহাক্না মখুৎ নামনা বেগ অদুগা নামা অমনা অচলাগী মখুৎ অমবু কম্না পায়শিল্লগা থাংমগী প্লেট ফোর্ম অদু তম্না-থুনা চিংদুনা পুরক্লে। ট্রেন অসি থোরাঙ পুম্নমক লোইদুনা থাগদবগীতা ঙাইদুনা লৈরম্লবনি, যাত্রী অমত্তা তোংদবা অদুগী ফার্ষ্ট ক্লাসকী কা অমদা অচলাবু ঈনথৎলগা য়াম্না ফিংনা সুরেশনা হায়রকই, নঙ তুম্লিন্না অদুম ফম্লম্মু, মাবু অমুক থাংথরকখিগে।

অদুদি ঐগী অথাবা ইন্নফি অসিমা পুখোসে, মাবু নিঙথিনা কুপশিন-বীরগা পুরকউ। হায়দুনা অচলানা মখুৎ তিংথোক্লনা মশাগী ইন্নফি অদু সুরেশকী মথক্তা হেক লংশিনখিবমক্তদা মহাক কম্না চেনখ্রে।

অমম্বদা মিৎনা হেক উরিবমখৈ,অচলানা মাঙদা অসুম য়েংলকই, তাম্না তাম্না পোষ্ট মথক্তা ষ্টেশনগী থাউমৈ ঙাল্লি ; অদুবু কম্না তারবা নোংগী ঈশিং মরক অসিদদি মঙাল অদু অসুপকী মতিক শেংখিদ্রে অমদি কাম্নখিদ্রে মদুদি মদুগী মতেংনা.করি অমত্তবুসু উবা লৈখিদ্রে। ঈশিংনা মশা ইচোৎ চোৎনরবা

যাত্রী মখৈনা হংগৎ-হন্দা চেঙ্খোক-চেনশিন তৌনবি, কুলীশংনা পোৎ কোকথোং নাদুনা চখোক-চৎশিন তৌনরি, থবক তৌবশিং মখৈনা মতৈ মতৈ ঈরাঙ লাঙনারি—হায়রিবা ময়াম অসি মশেন মরাং তুক উবগী মখৈতনি। মতুংদু অস্থুম অস্থুম তানশিল্লকলে, হৌনা ষ্টেশনগী শরীক অদু খিঙলকলে অমসুং অচলানা হুজীক্তা বৃমথরকপদা মডায়বিবা ট্রেন অদু অকিবা ফংলবা লাইবেনগুম্মা ফি ফি কামতুনা মতুনা তবঙ-মালং অনিমকপু থক-থক নিকইন্না প্লেটফোর্ম থাদোক্লমতুনা মপান থোবক্রে— অমসুং মথং তাবদি · অমম্বা চরুন নত্তুনা কবিঙুন্দ্বা অনম্ভুনা মাঙদা মনক খনখিদে।

শরীক অমুক খিঙগৎলকলে। মতুনা গাড়ী অসিগীনি হায়বা অচলানা অতুম্মক খঙলে, অদুবু, মখোয় অদুবু শাখৎলববা কাখত্রিবরা, কদাইদা তোংলিবনো, পোৎ-চৈ পুম্নমক অদুবু ঙম্না থাঙৎতৌনবিগদ্রা নত্রগা চীথহৌবা য়াঙরমগদ্রা, করি অমঙুসু খঙবা ঙমদ্রতুনা মহাক যাম্না থুংশা থীবা হৌবক্লে।

চপ্রাসী অমনা মশা পুম্নমক কম্বলনা কুপশিল্লগা অশংবা থাঙমৈ অমা পায়তুনা থুনা চৎলি। মাবু মমাঙদা থেংনববদা অচলানা মাবু কৌতুনা পেসেঞ্জার পুম্নমক কাখৎপা লোইনত্রববা হায়না হংলকই। ফাষ্ট ক্লাসকী কা অদু উবদগী মী অতুনা খংলেপ লেপ্তুনা হায়ববই, হোয় মেম সাহেব।

হায়ফেং নেমথরতুনা অচলানা মতম অমুক হংলকলবদা নিপাতুনা হায়রকই, মাপন তারে—( নয় বাজবে- - )

মাপন তাববা ? ( নয় বাজবে ? ) অচলা খংপেক খংই অদুবু এলাহবাদাত নোং ঙানফুং-ঙানফু, তৌবদা যৌকম থোকপনি। লাঙতক্লনা হংলকই, এলাহবাদ--

নিপা অতুদি অমুক কুইথনা লেপ্লম্বা ঙমদ্রে। মথক্তা কবিস্নু কুপ্তবা মফমনি, মরম অতুনা আতিয়াদগী চুথবকপা নোংতসু নত্তুনা গাড়ী মথক্তগী চোংলকপা ঈশিং ঈরীক্লা মাগী মমায় মনিত্তা য়েঙ্কুমনা থিনবঙুম থোক্লম্মী ; মহাক্লা মথুংগী থাউমৈ অতু বন্না কন্না হাইবগা, মোগল সরাই ! মোগল সরাই ! হায়না লাউতুনা থুনা য়াঙনা চৎখরে।

তু-খোংতুনা গাড়ী থারক্লে। মতম অসিমক্তদা সুরেশনা মাগী মমাঙদা চেন্না চেন্না হায়রকই— বিরুগন্ন —হেক থংনবা গাড়ী অসিদা ঐ তোংলি।

## কুমনিপান শুবা তাংকক

সুরেশপুদি থংনবা গাডীদা তোংলিবা অশেংবনি ; অদুবু মহাক্কি ? মমিং কূপ্পবম্বখৈ অতং-অথম লৈতনা মহাক্না মপান-তদা অস্নুম য়েংহুনা লৈজখ্রিবহুনি—মহাক্কী মশক অদূবু, ফনমক তশেং তশেংদহুনমকস্নু, অমুক্তস্নু মাগী মিংয়েংদা তাবককম থোক্তনবা ? অদুগা এলাহাবাদকী মহুত্তা কন্নম্বনো খঙদবা অনৌবা ষ্টেশন অসিদা গাডী বদলি তৌগ্রিবনা কান্নগীদমবনো ? হুংশিংনা হুমজিল্লকপা নোংগী ঈশিংনা মকোক্কী মশম, মশাদা লীৎপা ফুরিৎ, পূম্নমক পু·চোং চোংশিল্লকলে, অদুমক্তদস্নু মহাক্না, হাংদোকলিবা মীহুৎ অতুদা হন্না হন্না মঙক হাংদোক্লগা মাঙদা অমুক তুংদা অমুক তৌহুনা অমস্বা মরক অদুদা কপ্নিনো অমা উননবা হোৎনরি, মতু করিনো মহাক্তনা খঙলমগনি, তৌইগুম্বস্নুং গাডী অসিদাদি মাগী মপুবোযবহু য়াংদ্রে, হুজীক মাগী তাংজকম কনাস্নু লৈত্রে, মায়কৈ খঙদবা, লমথুংযম নাইদবা থোঙচং অমদা সুবেশকা লোয়ননা মহাক মথন্তা নায়তোম থোবকলবনি হাযবা অসিগুম্বা ৱাকম অসিবুদি মাগী থম্মোইনা খক য়াজনিঙ্ংখিদে। অস্নুম্না খক ওইবা য়ারোই। মযম অমদা নত্রবস্ন অমদদি গাড়ী অসিগী মনুংদা মহাক ইশোয় পোয়দনা লৈবক্ষম থোকই, লৈবনগনি।

সুরেশনা· ওইনিঙবা মীওইস্নু ওইরমস্নু, অদুগা তৌনিঙবা থবকস্নু তৌবম্লসস্নু, মরাল লৈজদবী নূপী অমবু ভুলাইহন্দুনা মাগী সমাজদগী, ধর্ম্মদগী, নূপী অমগী লৈজবা হৌনবা ঈবাইথুম্নবা পূম্নমক্তগী চিংথোরক্লগা শোয়দ্রবা অশিবগী মথন্তা হেক্কনক ঈস্তোকপা ঙমগদবা অদুক ঙাওবা মীওই অদুমক্তি মহাক নত্তেদনা। থোইদোক্কস্নু মতুনা নাগী করি তোংজগনি ? মহাক্না য়াম্না মিতাজারবা লূ ওোংনা শাবা অচলাগী মশা অদুনা ওক্তবী অমগী হকচাং ওইরকপা অদু য়েংননবা অচলানা অস্নুম হিংহুনা লৈগদবা নত্তে হায়বা ইচম চম্বা ৱা অসি ফাওবা মহাক্না খঙলমদবা পোক্লবর্দ মহাক্না করম্বা মমাযনা হুংশি-হুংওলগী ৱা লান মচীন্দা পন্দুনা ঙাঙজবা শাথিবনো ? নত্তে নত্তে, মসি খক ওইবা য়াদে। ইঞ্জিনগা নক্লবা কদাইদনো মযম অমদা মহাক অদুনা তফিং তফিংনা কাখৎখিবদগী মানা তুক উহৌদরদং ওইরমগনি।

মাগী মমায় মমিত্তা খঙহৌদনা অকনবা নোং-হুংশিং অমনা ফুডিল্লক-পদগী হুংশা থীরক্তনা কাচিল্লোমদা চঙশিল্লক্লে অমস্নুং মতম অদুতদা হম্না

মশাবু য়েংজরকপদদি মশা পূম্নমক্তা অকংবা ফি মচি অমত্তস্থ পকলমদ্রে। নোংগী ঈশিংনা অস্লুক শাথীনা চোংথবে মহুদি, ফীজি-ফীনাদগী অমদি কুরিৎ-খুদাংদগী ঈশিং তপ তপ তায়ক্লে। ঈংলবা অহিংগী মতম অসিদা মহাক নশানা জ্ঞান তাদনা থাঙখিবা নতৌ অদূবু হুজীক খঙলক্লবা অসিদদি অমুক থাঙথবা ঙমজদ্রে—অমস্থং অঙম্বা খরদি হোংদোক্কে হায়না থন্দুনা মথুং থক থক নিক্লা নিক্লা বেগ অহু চিংশিল্লগা শো হাংদোক্কে হোংনরিঙৈ-মক্তদা গাড়ীগী থোঙচং য়াম্না তপথরক্লে অনস্থং থীন্দনা মহু ষ্টেশন্দা থাংথ্রে। নোংদি হান্নগুম অহুম্মক চুথরি, করি ষ্টেশননো থঙনবা উপায় লৈতে। অহুম ঙইনমক বেগ অহু হাংদোক্কনা অহুম্মক লৈহৌবে, থিংঙমদ্রবা লাঙতকনবা থন্নুংগী চৈফ্ খাঙঙমলক্তহুনা থোঙ-পূমহাং হাংদোক্লগা মথাদা কূমথখিহুনা তাষিং-তাষিংনা অনম্বদা চোংনা চেংনা আন্দাজ তৌহুনা স্থরেশকী মীহুৎ মপা য়োনবা লাক্লগা চপ লেপলরে।

খোঞ্জেল য়াংনা কৌরকই, স্থরেশবাবু!

কা-অসিদা বাঙালী অনিগা ইংরাজ ভদ্রলোক অমগা তোংলম্মী। স্থরেশতি কাচিন অমদা মশা তাশিন-খোমজিন্না ফক্লাংদা ভাথরগা মমিৎ উইশিন্দুনা যম্লম্মী। অচলানা, মাগী মখোজেঙদগী খোঞ্জেন অমত্তা পাক খোরক্লোই হায়না নুংশা থীবদগী ঙমজবমথৈ হোংনহুনা খোরকপা খোঞ্জেল মতা অহুদি খুংলাইনা শোক্লবা শা-ষনগী অকিবা খোম্থাঙগুম হৌরম্মী, মহুনা স্থরেশতবুস্থ নত্তে, লৈরম্লিবা পূম্নমক অদূবু চপ মান্নবা থংপেক হেক থংহনখি। ঙকচানরবা স্থরেশনা মমিৎ পাঙহুনা য়েংলকই, থোঙজীন্দা অচলা লেপ্লুনা লৈরম্মী অহুগা মায়থুম য়াওদ্রবী মনায় অহুদা অতৎ অথম লৈত্রবা ঈশিং মরীক মরীক্কা, লংলবা গাড়ীগী থাউমৈ মঙালগনা মতম অমত্তদা পূম্না তাশিনমিন্নরবহুদদি অসিগুম্বা ফজবা শক্তী নিত্রং অমা পুথোকপগুমখি মহুদি মী পূম্নমক অহুগী শুঙ্কাংথ্রবা মিৎয়েংশিং অহুনা পূমঙক ঙক্লখিবদগী অমত্তস্থ য়া ভাঙবা থোক্লখিদে। চেনথোরক্লনা মহাক্লা মনাক্তা হেক লেপ্লরবদা অচলানা হংলকই, মাবুদি উদে—মাদি কদাইদনো? করম্বা গাড়ীদা মাবু থাংগৎখি?

চৎলু উহনগে, হায়হুনা স্থরেশনা নোং মরক্তা কূমথরক্লগা অচলানা লাকখিবা মায়কৈ অদোমদা মাবু মথুং পায়হুনা চিংলকলে।

বাঙালী অনি অহুনা অমগা অমগা ঙনশিন্নহুনা য়েংনরগা নোকফেৎ

নোকফেৎ তৌনরকই। ইংরাজ অদুদি করিস্সু খঙদে, অদূবু নূপী খোঙ্গেনগী পাখৎলবা ব্রাহং মতা অদুনদি মাগী থম্মোই শোকখি ; মহাক্না মথাদা তাপ্রবা কম্বল অদু মখোঙ মথক্তা চিংখৎলগা অশাংবা স্মর মপী অমত্তং হোনখি অমসুং মপানগী অমম্বা অদুদা লেঙদনা অদুম য়েংদুনা লৈখি।

অচলাগী কা-মপা য়ৌরক্লবদা সুরেশ অদু চপ লেপখ্রে, মনুংদা য়েংশিল্লগা মুংশা থীনা হংলকই, নঙগী বেগ হাংদোকুনা লৈরিবসিদি করিগীনো? হায়না হায়না পাউথুমগীদমক মিৎকূপ অমা ফাওবা ঙাইরম্বা তৌদনা খোঙ অদু কন্না ঈস্থোক্লগা নমদুনা অচলাবু চিংখত্তুনা মনুংদা থাংগৎলগা খোঙ লোনশিনখ্রে।

সুরেশনা মখূৎনা থিন্দুনা হায়রকই, কনানা হাংদোক্লিবনো অসে।

অচলানা হায়রকই, ঐননি। অদূবু মদু তোকখো—মহাকপু কদাইদনো ঐবু অমুক্তা উহনখো—নত্রগস্সু, মায়কৈ বদোমদনো অদুতা হায়য়ু, ইশানা অদুম্মক থিজক্লগে ; হায়না হায়না মহাক্না খোঙলোমদা মখোঙ হেক থাংদোরকপমক্তদা মখুৎ ফারগা সুরেশনা হায়রকই, করিগী অদুক ফিংলি? গাড়ী থারিবসি উদ্রবরা?

অচলানা মপানগী অমম্বদুদা য়েংথোকখিবদা খঙবা ঙমলে, হায়রিবদু অচুম্বনি। গাড়ী চৎপা হৌরকলে। অকিবনা মশক পান্দুনা মাগী মমিৎ অনিমক্তা চোংথোরকপগুম তৌরক্লে। মহাক্না ওনশিল্লক্লুনা অদুগুম্বা মিৎয়েং অদুনা তাইফেৎ তাইরবা, ফজবা অমত্তসু য়াওদ্রবা সুরেশকী মমায় অদুদা মিৎকূপ অমত্তংগী ওইনা য়েংলম্লগা হেক থংনবা মিৎকূপ অদুমক্তদা মক্ল-ফুক্লবা উপাম্বীগুন্না মখোল হৌনা লৈমায়দা হাইথরক্লুনা মপাম্বোম অনিনা সুরেশকী মখোঙ কোনশিল্লগা কপ্লক্লে, মহাকপু কদাইদনো? তুমলিঙৈদা নহাক্না মহাকপু গাড়ীদগী থাদবীরম্লবরা? অনাবা মীবু হাৎলগা নঙগী—

তৌইগুম্বসুং অকিবগী মশক ওইরবা অসুম্না পাওথংনবা অদুগী মমৈ তাবদুদি মতম অদুদসু লোইশিনবা ঙমখিদে। খঙহৌদনা থম্মোই শেগাক কায়বা মীকপ্পা চামা চামা থোক্না পোকখায়রকুনা সুরেশপু নুংমক হেক ওইহনখিদুনা অকোয়বদা লৈরিবা, মহাক অসিগা পাংখক ওইরবী অকিবগী মশক ফংনা ককওাওনরবী অহিং অমগী মরক্তা অদুম্মক তিনশিনখরে অমসুং মফম অদুদা, গদিথাবা বেঞ্চ অদুদা ভাঁপদুনা সুরেশনা থাওঙমদ্রবা অওকপনা চঙক্লখিদুনা থরায় পান্দবগুম অদুম য়েংদুনা লৈবদগী হেনখিদ্রে। মথং

তারকপদা মাগী মখোঙ মনাক্তা করি করি থোরক্লবগে হায়বতু ঙাইহাকী ফাওবদি মহাক্না করিস্তু খঙবা ঙমখিদে। য়াম্না কুইরবদা মহাক্না মখোঙ অনি অদু চিংশিনগে হায়না তৌনা তৌনা তপ্না তপ্না হায়রকই, থবক অসিবু এনা পাবহেক তৌবা ঙম্নমগনি হায়বসি নঙ থাজবরা ?

অচলানা কপ্না কপ্না অদুম জবাব পীরকই, নঙনা ঙমদবা লৈতে। ইয়ুম মৈ থারগা নঙনা মাবু নৈন্নুংদা লৌদুনা হাংকে হোৎনখিবনি। নঙনা মাবু কদাইদা করম তৌবীগ্রবনো, নখোঙ পায়দুনা হায়জরি, ঐঙোন্দা তাকপিয়ু হায়দুনা মহাক্না মাগী মখোঙ অনিমক অদু অমুক পায়রগা মদুগী মথক্তা কন্না কন্না মকোক্না শুবা হৌরক্লে। তৌহগুম্নস্নুং খোঙ অনি অদুগী মপু অদুদি পূমহিক হিকথদুনা, থৱায় য়াওদ্রবগুম্না মমিৎ তরু তরু পাঙলগা ভূমিন্না অদুম য়েংদুনা লৈবদগী হের্নাখদ্রে।

মপান্দা, অঙাওবা অহিং অদুনা গুরুং-গরাঙ অদুম্মক তৌরি, আতিয়াদা নোংথাঙনা অমম্নবু মচেৎ মচেৎ শেগায়নবা হোৎনবদু অদুম্মক তৌরি, লাকঙম ফাঙমদ্রবা নোং-নুংশিৎনা পৃথিবী পূম্নমকপু অদুম্মক লণ্ড-ভণ্ড শাহনবদু তোক্তি, তৌহগুম্নস্নুং অভিশাপ ফংলবা নিপা-নূপী অনি অসিগী মন্নবা থম্মোই মনুংদা ঙংলিবা প্রলয়গী ঈরাউখোল অদুগী মনাক্তদি পূম্নমক অসিনা করিস্তু লৈত্রবা উৎ-ৱাইগুম্না চঙলুবা ঙমদনা মপান্দা অদুম্মক তাদুনা লৈখ্রে।

ইখঙ হেক খঙহৌদনা অচলানা মাগী লৈমায়-য়াহিপ অদু থাদোক্তুনা থুনা ফুক হেক হৌগৎলকপা উবদা সুরেশ অদু মঙফাওনখি। মহাকনা য়েংথোরকই, মথংগী ষ্টেশন য়ৌরক্কদৌরদুনা গাড়ীগী খোঙচৎ হুন্থরক্লে। অচলানা করিগীদমক অদুম্না হৌগৎলক্লিবনো হায়বদু মহাক্না খঙবদা কুইনা থোকখিদে। কন্না হোৎনদুনা মশাবু লাকশিল্লগা সুরেশনা মখূৎ য়েং তিংথোক্তুনা মহাকপু থৎলগা হায়রকই, ফম্মু। গাড়ী অসিদা মহিন য়াওদে।

য়াওদে ! অদুদি মহাক কদাইদনো ? হায়না হায়না অচলানা মমাঙদা লৈবা বেঞ্চ অদুগী মথক্তা দক লাউনা ফমথখরে।

সুরেশনা মুম্না শংত্রিক য়েংলকপদা উরে, মাগী মায়থোংদা থাংলম্বা ঈগী অকোনবা ঈরীক অদু ফাওবা মাগী মমায়দা য়াওখিদ্রে। ঙসায়নখৈ অস্নুক কপ্লকখিবা অস্নুক য়াম্না মকোক শুরকখিবা অসিগী মরক্তস্নু য়ানিঙদবা মাগী যুক্তি পুম্নমক্কী মায়োকতা মপান থোক্তনা নুংদা ফমদনা থম্না আশা

মথল অমদি অস্থম মশক উরকপগুম তৌরি, অস্থক য়াম্না নুংশা থীরিবসি অমত্তস্থ চুম্লমদবা য়াই, শাথীরবা অকিবা মঙগী খাঙহমদ্রবা অৱাবন্থ মিৎকপ হেক থোক্লকপগী স্বর-মপী অমদা হেক্তমক লোইখিন্থনা হরাউজবনা অচৎ-চত্ত পূম্নমক ঙাঙ্‌নবা মচু অমূক ফাওরকপস্থ ময়ারি। অসিগুম্বা খনফম খঙদবা করিগুম্বা পোৎ খরদি হৌরকপদগী হৌনা হুজীক ফাওবদা মাগী মবূক্তগী পূমহাঙ হাংনমক্তি চৎথোকখিদ্রিবগুম তৌরি। করিনা হায়ববু মতম অসি ফাওবদা সংসারদা মাগী অপাম্বা পূম্নমক করিস্থ ৱাত্তনা লৈজরম্লিবনি অদূবু অহিং অমা ফাওবা লেন্দ্রিদৈঙদা মাগীনি হায়বা করিস্থ লৈখিদ্রে, শুকলৈমক লৈখিদ্রে, মিৎকী পা ফাওবা কূপফাল্লিৱৈঙনা মাগী মপুন্সীনা লাইবক থীবগী অরোইবা ঙমখৈ য়েৌনা চোংথোরক্লিবা---হুজীকমক ওইরিবা অসিগুম্বা অস্থক য়াম্না ঙমখৈ লৈতনা বানবা মশক ওইখা মতৌ অসিদা মহাক্না অস্থম হিংতুনা লৈগনি হায়বসি মপূক্তা করি অমত্তস্থ থাজবা ঙম্লমদে। অনিমক ৱা ঙাঙবা তৌদনা তূমিন তূমিন ফম্লরি। গাড়ী অদু মশক খঙদবা ষ্টেশন অমদা ঙাইহাক লেপ্লম্লগা অমূক থারক্লে।

স্থরেশনা অমূক্তং করিনো অমা হায়গে তৌরম্লগা তূমিন লৈখি। অদুদগী হৌগৎত্তূনা লেপ্লগা মীহুৎকী মিংশেন-থোঙ অদু হাইগৎতুনা ঙাইহাক অমূক ঙাহো-ঙাহো চৎলগা খঙহৌদনা অচলাগী মমাঙদা খংলেপ লেপ্তুনা হায়রকই, মহিম করিস্থ তৌদে। হুজীক্তি মহাক এলাহাবাদতা থুংলম্লগনি। ঙাইহাক অমুক লেপ্লগা হায়রকই, মফম অদুদগী জব্বলপুরদস্থ অদুম য়ৌখিবা য়াই অদুগা কলিকতাদস্থ অদুম্মক হনখিবা য়াই।

তপ্না তপ্না মমায় হাইগৎলক্তুনা অচলানা হংলকই, অদুগা ঐথোয়না কদাইদা চৎলিবা?

পিনা থূম্মৎলবা মায়থোং অদুদা তারিবা অৱাবা অমদি নিঙবা কায়বগী শকফম অদু স্থরেশনা অমূক হন্না উরকলে। মদুগীদমক্তা মশা মথন্তা শিজখিবা ফাওবা য়ারবা অদুগুম্বা মাগী মরাল অদু কয়াগী মতিক চাউথ্রবগে হায়বদু মহাক মশানদি খঙজখিদে। তৌইগুম্বস্থং মশীং লাকঙমদ্রবা মাগী মতাংনা মহাক্কী অচুম্বা মিৎয়েংবু উৎচাইদুনা অস্থম তৌনা অরানবা মরক অসিদা মাবু হন্না হন্না মখূৎ থিন্দুনা লমজিংলক্লিবী অদুগুম্বী মতাং চাউবী অদুগী মায়োক ফাওবদা মাগী মবূক মন্নুং অদু হুজীক হুক্তনা থনখ্রে। মরম অদুনা ঙক্লিদি মহাক্না অচলানা হংলকপগী পাউথুমদা অথাবা খোনফমদা

হায়রকই—চঙনা চঙনা ঐখোয় নবক-তা চৎলিবনি। লৈখা তাবগী, লম্বী উম্মনা ঐবু অসি য়েৌনা চিংথরক্লবা মী অহুনা লেপ্পিঙলে হায়হুনা লমথাঙদা হেক্তমক লেপথোকপা য়াবা অহুগুম্বা মফমদি লৈবরোই। হুজীক্তি য়েৌদ্রিবা ফাওবা অসুম চৎখিবা তারি।

বা তাবদা অচলাহু মখোঙদগী মকোক ফাওবা নিকখ্রে, অহুগা করিসু খুম্নকপা তৌদনা অহুম্মক মকোক নোম্থহুনা লৈখ্রে। নুপীবু অসুম্না ভুলাই-হন্দুনা পুথোরক্লবমক্তদসু অসুক ঈকাইবা খঙদনা মচীন্দা চৈবা-থাংবা তৌবা ঙম্লিবা অহুগুম্বা লোনম চাউবা, অয়ম্বা মী অহুদবু কনানা কন্নি হায়কনিংঙাই লৈরিবগে।

সুরেশনা হংগৎ-হন্দা অমুক চৎপা হৌবকই। নুংগী মূর্ত্তি অসিগী মমাঙদা লেপ্পুনা খাঙাঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈজদ্রমাল্লে। হায়রকই, সর্ব্বনাশ শানা মাঙ-তাকলিবসি নথম্তগী গুইনা তৌখ্রে। সর্ব্বনাশ হায়রগা খঙনবিবা পোৎ অহু ঐগীদি কদায় ফাওবা যৌগ্রবগে হাযবহু নহাক খঙলবরা? ঐদি নখোয়গুম্বা ব্রহ্মজ্ঞানী অমা নত্তে, ঐদি নাস্তিকনি। ঐদি মন্ন য়াওদ্রবা পাপ-পুণ্যগী খোল্লাউনা খক লাউদে, ঐদি তশেং-তশেংবা সর্ব্বনাশ হায়বহুগী মরমতমক খল্লি। নঙগীদি ফজবা নশক লৈ, নমিৎকী পিরাংসু মরৈ, নুপী অমা ওইবগী লৈবা হৌনবা খুৎসু-খুৎলাই পূম্নমক নঙগী তেন্দোংদা চন্দ্রমখে পৈহুনা লৈ, করিগুম্বা লম্বী অমত্তদসু নঙগীদি পনফম লৈতে। অহুগা ঐগী পোলোইদ কবম তৌবগনি নহাক হাযবা ঙম্বা? ঐদি নিপানি—মরম অহুনা জেলগী লম্বী থৎনবগীদমক্তা ইখুৎমক্তা মফম অসিদা গুলী চালাইজবা তারি। হায়হুনা থংলেপ লেম্লগা সুরেশনা মথবাক ময়ায়মক্তদা মখুৎনা থিন্দুনা উৎলকই।

অচলানা, কবিনো অমা হায়গে হায়হুনা মমায় হাইগৎলম্লগা অমুক তুমিম্না লৈথোকখ্রে। অদুবু মাগী মিৎযেংদা তুক্কচবা মতৌ ফোংদোক্লিবহু উবদগী শাউবনা মৈ হৌহুনা সুরেশনা হাযবকই, ময়াং কাক্লা মকোক্তা বাহোং মতু থেৎচিল্লগা খক বাহোং ওইবা যাদে অচলা। মিৎয়েং অহু ঐ খঙই, অদুবু নংঙৌন্দদি মহু পক্তে। পক্কদবা মীদি মৃণালনি, নহাক নত্তে। হিন্দুগী ইমুংদা লৈবী মুমিং-মশক উদবী অহুগুম্বী শাগেগী মৌ অহু নহাক্তি নত্তে, নজাক অসিনা নঙগী জাত হেক তাগদবা কবিসু লৈতে। নঙনা কুমনিঙবা মরমদা হেক্তমক কুমথদুনা চৎচখো। ঐ চিঠি ইবাগে, মক্তিমগা উক্ক. মানা

নঙবু লৌশিনবীগনি। ঐনা লুপা পীগনি, নখোয়গী অহল অতুদা পীরু—মাগী মচীন মরাইনা ফাজথিগনি। নঙগী করি খনফম লৈ, অসিবু কয়া চাউবা মরালনো ?

অমুক মহাক হুংগং-হন্দা চৎলক্লে, মৈ-ঈরুবা মাগী তাশোন অতুনা কঁদাইদা করি তৌগ্রবগে হায়বতু মহাক্না অমুক্তসু হন্না য়েংখিদে। চীঙ্গাক মিতাকবদগী লাংদা থুরবা লমলক্কী শা না কান্নত্রবা অশাউবনা মরম ওইতুনা অফংবা পোং অমবু হেক্তমক চীক্তুনা চিংথংপা অতুমক্কা মান্ননা সুরেশনা অচলাবু অমুক্ত ওইনা মচেৎ মচেৎ শেগায়তুনা লংথোকনিঙখরে। ময়ায়-থীগাঙদা খংলেপ লেপ্লগা হায়রকই, অসিবু কয়া চাউবা মরালনো ? নপুরোয়বগী ময়ুমদা লেপ্তুনা মাগী চীঙ্গকমক্তদা নশানা অতোপ্পা নিপা অমবু নুংশি হায়খিবতু কাউগ্রবরা ? য়ুম-মৈ থাতুনা নপুরোয়ববু হাংকে তৌরম্বা মীনি হায়না নশানা থাজগ্রবা অতুগুম্বা মহাক অতুগা চংমিন্ননিঙগ্রিবনি,—অতুগা লাকপসু লাকমিঙ্গরে ; নিঙশিংলিবরা ? মাগী ময়ুমদা, মাগী শেগা তাংতুনা লৈরুবা মী অতুগী মফমদা কপ্তুনা লোন্না চংমিন্নসি থেমথিবতু নিঙশিংবরা ? মসিনা মতুদগী হেনবা মরাল ওইগদরা ? অতুগী মথক্তসু সুমিং খুদিঙগী থোকখিবা থৌদোক মচা মশু কয়া অমা ! মরম অতুদগী ঙসি ঐনা অস্থক থৌরিবনি। অশেংবমক নহাক্তি ওক্তবী অমনি, অতুনবু ভুলাই-হন্দুনা নঙবু পুরকপনি। ঐনা খনখি, অহানবদা হাইফেত্তং ঙকচান-গদবতনি। নঙগী নফমদদি মসিদগী হেঞ্জিন্না খক খল্লুদে। নঙবু হন্না হন্না হায়গ্রে অচলা, নঙদি সতী সাবিত্রী নত্তে। অতুগুম্বা মঙাল, অতুগুম্বা নাপল অতু নংঙোন্দদি পকচদে, চুনদে—মতুদি নঙগী অধিকার বাংমগী পোৎনি। হায়তুনা সুরেশনা মহুংশা স্বর অতু তংখিতুনা হেক শিগদৌরবদা অচলানা মমায় হাইগৎলক্লগা থোনফম কায়না লাউরকই, করিগী লেপ্লি সুরেশবাবু, মথা তাথো। নখোঙ অনি চঙতুনা ঐবু শুরু-শুরু তাহৎলগা তাইবঙপানবদা লৈরিবা ফজদবা বাহে মখৈ, অম্বীবা-নোক্লনিঙভাই মখৈ তুহৎ-তাহৎনিংঙাই মখৈ অমত্তা থারুতু ; হায়তুনা থঙহৌদনা লৈমায় মথক্তা উন্নাক্লনা হাইখখিতুনা কপ্পিংবা ফাজিত্রুবদগী পোকথায়রকপা থোঙ্জেলনা হায়রকই, ঐনা পামজবদি মসিনি; মসিনা ঐগী তঙাইফদবনি ! ঐখোয় অনিগী অশেংবা মরীসু মসিনি ! পৃথিবীদগী, ভগবানদগী অতুগা নঙগী নফমদগী ঐনা কংফম থোকপসু অমিত্তনি।

সুরেশনা করাদা তাতুনা থবায় পান্দবতম অতুম য়েংতুনা লৈরি।

শাংলবা অচলাগী শময়াম অহু লৈমায়দা ঈচোই চোইনা তারি, ঈশিংনা চোংলবা মফি মরোলশিং অহু লৈখোম-উফুন তৈহ্নুনা ইচু চুরি, তৌইগুম্বসুং সুরেশনা অদোমদা মখোঙ থাংঙ্জিল্লুবদি ঙমদ্রে। নৌরিবা শা-দানবনা মানা ইহান হান্না কাপ্পুনা লৈমায়দা কেল্লকলবা উচেক অমোমনা ওন-থোইনা থাঙবা শিরমদাইগী মতৌ অদুবু ইঙক-ঙক্লা য়েংহুনা লৈবগুম, ঙক্লবা মমিংকী পা-কুপ্তবা মিথয়েংনা শিরমদাই য়োরবী নুপী অমগী অরোইবা মিংকুপ অহু শংশঙনা উননবা অহুম লেপ্পুনা লৈরি।

গাড়ীগী খোঙচং খজীক খজীক তপথরক্লনা তপ্পা তপ্পা ষ্টেশন য়োরক্লনা অমুক থামখ্রে। চুম্না লেপ্পগা তপ্পা অমদি ইতিং তিংবা খোঙ্গেননা সুরেশনা হায়রকই, ফিবম অসিদা নঙবু মীনা উবদা ঙক্লরগনি। হৌগংলগা নফমদা ক্ষমহুনা লৈয়ু, ঐনা ঐগী কা-দা চংখ্রগে। অয়ূক নোংঙাল্লগা নহাক্লা কুমনিঙবা মফমদা ঐনা হেক্তমক কুমহনগনি, অহুগা চংনিঙবা মফমদা চংহনগনি। মরক অসিদা করিগুম্বা শাথীবা থবক অমত্তা তৌগে হোংনগম্মু, মহুনা করিস্সু কান্নগদবা নত্তে। অসি হায়রম্নগা সুরেশনা খোঙ হাংদোক্লনা মখাদা কুমথখ্রে অহুগা য়াম্না চেকশিন্না মহু অমুক থিংজিল্লগা করিনো অমা খঙ্গানহুনা ঙাইহাক অমুক তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরক্লে। অহুগী তুংদা মমায় হাইগত্তুনা হায়রকই, ঐগী ৱাঙাঙ অসি নহাক্লদি খঙলরোই, অদুবু অসিদংদি তাশিল্লু মহুদি, থৌদোক অসিগী ভার পুম্নমক ঐনা লৌরবনি। নঙগী ফত্তবা করিস্সু অমত্তা থোকহল্লোই—লীকোল খুজিং ফাওবা চিখদনা ঐনা মসিগী লম্মন শিংলমগনি, অসি হায়হুনা মহাক্লা তপ্পা তপ্পা মাগী কা-তম্না চংখ্রে।

ট্রেনগী খোঙজেন অমদি লেপ্পা লৈত্রবা মখোল অহুনা লেপখিবা সুরেশনা মমিং 'হেক হেক শিংখিদি হায়ববু মম্নিংকী পা অহু হাইগত্তুনা য়েংবা ঙম্নবা শক্তিদি মহুদা য়াওরমদে। অচোংপা মফি-মরোল অহুনা য়াম্না ঈংহল্লম্মী, তশেংনমক মহাক নাথোরকপস্সু য়ারিবনি অহুগা হুজীক ওইরিবা ফিবম মতা অসিদদি মহুনা অমুক কয়াগী মতিক অকিবা মশক অমা ওইগদবনো হায়বহুস্সু মপূক মনুংদা খঙনা খঙনমক বেগ অহু হাংদোক্লনা মফি মরোল হোংদোক্লবা হোংনক্লগদবহু তৌঙমদ্রবা থবক অমা তৌগে খল্লবগুম্না থনুংদতা অহুম্মক নৈশিন্দুনা লৈথি। তাঙ্গা অসিমক্তদা কুলী! কুলী! হায়না কৌরকপা মহাক্লা মুম্না খঙলবা খোল্লেল অমথক মনাক্কোঙদা তাবা ফংলক্লে। হাইফেৎ মিংকপ থোক্লনা মমিং উইক্লম উইক্লম

ত্তৌমা মহাক্কা য়েংলকপদা উরে, ষ্টেশন অমদা গাড়ী থামলি, অমসুং করম্বা মতমদনো থঙদে, অমম্বা কোকথিহনা হাংথ্রবা নোংগী উৎমচু মানবা অমংবা নোং মরক অত্তুদা ঙানফুং ঙানফুং তৌবা মঙান্দা পোৎ পূম্নমক তশেং-তশেং উরকলে। মহাক্কা উরে, মীয়াম্না কূমথনরি, মীয়াম্না তোংখৎনরি, অত্তুগা মরক অত্তুদা লেপ্তুনা অৱাবনা লাকহৎলবী নূপীগী মূর্ত্তি অমনা করিনো অমবু লাওতক্লনা ঙাইহনা লেপলি। মসি অচলানি। কুলী অমনা অচৌবা শউনগী বেগ অমা মখেংবান্দা হাইগত্তুনা গাড়ীদগী কূমথরক্লগা মাগী মনাক্তা লেপ্লরবদা মহাক্কা করিনো অমা মঙোন্দা হংলগা গেট-লোমদা তপ্না তপ্না চঙশিনখ্রে।

হুজীক ফাওবা সুরেশ অত্তু তুমিন্না অত্তুম য়েংবতা থংলি। মমিংনা উরিবদুনা থম্মুং চঙখিনবা লম্বী ফংলমদ্রিমাল্লে। অদুবু প্লেটফোর্মগী নাকল অমদগী থঙহৌদনা খিঙলকপা গাড়ী থা-বগী শরীক মখোলনা মাগী মুং-পান অনিমককী পঙথবদুবু নোংথাঙনা শোকপগুম মিৎকূপ অমত্তগী মমুংদা থংশিং শিংহল্লক্লে অমসুং থূৎলৈ থুনা মশাগী বেগ অত্তু চিংশিন্দুনা পায়রগা থোঙ হাংদোক্লুনা মপাল থোরক্লে।

টিকেটকী ৱাফমদি অচলানা থল্লমদে। গেট-তা মহাক্কা টিকেট বাবুগী মশক উবদগী থংলেপ হেক লেপ্লকপদা তুংলোমদগী সুরেশনা মুংশিবা থোন-ফমদা হায়রকই, লেপকমু লেপকমু, চৎলো, ঐ টিকেট পীহৌগে।

অচলাদি মহাক লাকই হায়বা থঙলমদে। মুংশা-থীবগা অকিবগনা ঙাইহাক্তি মখোঙ থাংবা থোকলুদ্রে অদুবু মুংশা থীবা মতৌ অসিবু অতোপ্পনা থঙদ্রি-উখিদ্রিঙৈদা মহাক তপ্না তপ্না মপান থোরক্লে।

মপান থোরক্লগা অনিমক্কা মথাগী অস্তুম ৱারী শানরকই।

সুরেশনা হায়রকই, ঐদি নঙবু কলিকাতাদা চুমদ্রিঙ অত্তুম চৎখি-গদবোই থল্লুই, ডিহরী অসিদা হেক্তা কূমলিবসিদি করিগীনো? মফম অসিদা থঙন-চান্নবা কনাগুম্বা নৈবা য়াওবরা?

অচলা অত্তু মমায় লৈথোক্লুনা লৈরম্মী, অদোমদা অত্তুম য়েংনা য়েংনা মহাক্কা থুম্নকই, কলিকাতাদদি ঐ কনাগী মকাদা চঙলুগনি?

অত্তুগা অসিদদি?

অচলা অত্তুম তুমিন্না লৈথি।

মহাকন্থু ঙাইহাক তুমিন লৈক্লরগা স্থরেশনা হায়রকই, ঐনা হায়বা করিগুম্বা অমত্তবু নহাক্লা থাজরমগদবা লৈত্রে, মতুগীদমক ঐনা ৱাকৎলুক্কমস্থু লৈতে, অরোইবা মতাং অসিদা ঐনা নংঙোন্দগী ভিক্ষা থরদংত্তদি পাম্মী।

অচলাহু তুমিল্লা অতুম্মক লেপ্তুনা লৈ।

স্থরেশনা হায়রকই, ঐগী ৱাদি কনাদস্থু খঙহল্লুবা য়াবা থোক্কে, ঐনস্থু খঙহল্লিঙলুদে। ঐগী পোৎত্তি ইশাগা লোইননা অস্থম্মক চৎথ্রসমু। মফম অতুদা চৎলগা মফম অসিগী মৈশা অসিনা অমূক হন্না ঐবু লাকহৎপা ঙম্নরোইদবা অতুগুম্বা লৈবাক অতুগী লম্বীদা ঐ ঙসিদি লেপ্পররবনি, অদুবু ঐগী অরোইবা চেঙজেন অতুতদি পীনবীয়ু, খুৎ লোম্নতুনা নঙগী নফমদা মসিদংদি নিজরিবনি।

অতুমক্তদস্থু অচলাগী মচীনদগী ৱাহৈ অমত্তং ফাওবা থোকলকপা তৌখিদে।

স্থরেশনা হায়রকই, ইশামক্লা নহাকপু কয়া থীনা থীনা ঙাঙথ্রে, কয়াস্থু ৱাহনথ্রে; অতুমদি ওইরগা মতুংদা কনাগুম্বনা মখোয়দি ফমা লৈরিবনি হায়বা অসিতগী নাপলনা মথক্তা হাইগৎনা ফম্লগা নঙগী নকোক্তা মিংচৎ থীবগী কালি হৈভিল্লক্তুনা মুশীন মুনা শঙজিলহল্লকপতু—শিরবা ফাওবদা ঐনা খাঙবা ঙমলোই। ঐগী ইরমগীদমক্তা অমুক হন্না নঙগী অৱাবা থোক্লদনবগীদমক্তা বিদায়গী মমাঙ অসিদা ঐঙোন্দা তাঞ্জা খজীক অসিদং ভিক্ষা পীরম্লগা চৎখো অচলা।

মাগী মখোঞ্জেন্দা করি য়াওরম্বনো, মতু অস্তর্য্যা মীতনা খঙই, খঙহোদনা অচলাগী মমিৎ অনিমক অশাবা পিনা তাউথোকহনথ্রে। তৌইগুম্বস্থুং মহাক্লা তৎপমখৈ হোৎনদুনা মখোঞ্জেল্ল চুম্না থম্লগা তপ্না মেঙনা অসিদং হৎলকই, ঐবু করি তৌজো হায়বগে তাকপিয়ু।

স্থরেশনা ফুরিৎখাউদগী টাইম-টেবিল লৌথোক্তুনা গাড়ীম্পী মতম য়েংলগা হায়রকই, নঙনা করিস্থু তৌগদবা লৈতে। অতুম ওইনমক সন্ধ্যা-ম্নাচঙবগী মমাঙ ফাওবদি মফম কদাইদস্থু চৎনম্নবা উপায় লৈত্রবনা, মতম থরদং অসিদি ঐবু থাজদবা তৌগমু, ঐনা পাম্বা হায়ববু অসিত্তনি। ঐগী ইকমদগী নঙগী ফত্তবা করিস্থু থোক্লোই, ৱাফম অসি মঙগী মমিং শম্দুনা ঐনা ঙসি ৱাশক্লবসিনি!

মহাক্না করিগুম্বা রাহে অমম্তনা পাউখুম পীরকখিদে, অত্থমদি ওইরবা মত্থদা মহাক্না য়ারে হায়রবসিমদি অতুম্মক খঙবা ঙমলে।

ষ্টেশন্দা হন্দুনা মতুগী কন্নবা কা-খু-মচা অত্থদা ফমত্থনা অহুম ঙাইরুবত্থু মীগী মিৎয়েংনফম অমদি খঙনিঙবগী লাগুতক্লফম ওইনবনি খল্দুনা মত্থু মথোয় অনিমক্না অমম্তনস্থু পাম্লদ্রে। হংনবদা খঙবা ঙমলে, নিংথৌরেল শের-শাহগী মমিংদা লৈবা শোরোক অচৌবা মম্নাগী মীথুংশঙ অত্থু ঙসি ফাওবদস্থু মূংখিদ্রি। শহর মচি অমদা লৈবা অত্থুগুম্বা মীথুংশঙ অমা তমত্থনা মথোয় অনিমক্না ঙাইহাক্তি, মশা-মশাগী থম্মোই শোকপা অবাবা অদু কাত্তনত্থনা যণগাড়ী অমা ভাড়া তৌরগা চৎপা হৌরকলে।

লম্বীদা কনাস্থু কনাগা রান্নী-রাতাই শানবা লৈতে, কনাস্থু কনাদা হুম্না য়েংনবস্থু তৌদে। মীথুংশঙগী শূমাঙদা যণগাড়ী থাম্নবা মতম অত্থুত্তদা কুমথরমদাইদা সুরেশকী মমায়দা অচলাগী মিৎয়েংফম হেক থোক্লবদদি মপুক্লিঙদা চুম্না ঙকপতা নংখিদ্রে, মুংশা থীবা পোক্লক্লে। মমিং অনিমক অকিবা ফংনা ঙাঙলি, অত্থুগা মমায়দনা কাল্লি তৈশিনবগুম তৌরি। সংসারগী নোংলৈ-নুংশিৎ কয়াগী মরক্তা মাবু উগ্রবনি, অদুবু অসিগুম্বা মহাক্কী শকফম অসিগুম্বদি করিগুম্বদস্থু মহাক্না উগ্রমাল্লে হায়না নিঙশিংবা থোকখিদ্রে।

গাড়ী-ওয়ালা অদুবু ভাড়া পীত্থনা চংহনগ্রগা সুরেশনা মাগী মনি-বেগ অত্থু মফম অত্থুদা থমত্থনা হায়রকই, মসি ননাক্তা লৈহৌরবনি, করিগুম্বা থরদং দরকার লৈবা থোক্লবদি, লোবদা হংগোইগস্থু।

অচলানা থল্লি, হায়রিবত্থুগী অর্থ করিনো, অমৃত্তুং হংগে হায়না? অদুবু ঙমখিদ্রে।

সুরেশনা হায়রকই, মাঙদা লৈরিবা কা অসিনা থরথিং ফবা ওইনা তৌই, নঙ ঙাইহাক্তুং পোথাখো, ঐনা থংনবা কা অমদা চঙত্থনা ইফি ইরোন অসি অমৃত্তুং হোংদোকলুখিগে। মথোয় অসিনা ঐবু শকওই থীনা উরমম্তু কনানা খঙগনি; হায়ত্থনা মহাক্না অচলাগী থুদোং চাবা চাদবা করিত্থু হুম্না য়েংলম্বা তৌদনা মশাগী বেগ অত্থু য়াল্লগা য়ু-ঙাওবগুম হাইরং-ফুরং মাংগোন অত্থু লাম্থোকখিত্থনা কাচিন থংবা কা অমদা চঙশিনদ্রে।

মহাক্না চংগ্রবদা অচলা মথক্তা লম্বী ময়াদা অম্নুম লেপ্লুনা লৈবত্থু ঙাক্লে। মমম অত্থুদগী মহাক্না য়াম্না রানা মাগী লুম্নবা শঙন উপু অদুবু

অদুম চিংনা-চিংনা মমাঙথংবা কা অমগী মহুংদা পুশিল্লকলগা মহুগী মথক্তা ফমহুনা জ্ঞান তাদনা লম্বীদা মী চথোক-চৎশিন তৌবহু অস্তুম য়েংহুনা লৈরি।

---

## কুনমাপন শুবা তাংকক

কা-অহুগী মমাঙদা শউন উপু মথক্তা ফমহুনা আশা অমদি মাবু থেমজিন খোৎচিন তৌবীবগী মঙ-মঙহুনা পুং অনিথক কমদোনা হৌজিনগ্রিবনো হায়বহু অচলা মশানা করিস্থু থঙজখিদে। মুমিৎ থোকপা ঙাইহাক ওইরে। নিংথম থাগী উফুন-ৱাইফুন থাংলবা উপাল ৱা-পাল পূন্নমক ঙরাংগী নোং-মুংশিং অহুনা ঈরুজথোকপিরম্বদগী তরু-তরু তনান-তনান অয়ুকী মুমিৎ মঙাল্দা ঈরং-ঈরং লংলি। তচোৎ-তচোৎপা অমদি চীরুবা লমজাউ শোরোক মথক্তা মশা তেকথৎলবা লম্বী চৎপশিংনা হরাউ-হরাউ চৎনবা হৌরকলে; করিগুম্বদনা অপীকপা মন্দিলা মখোলতনা মায়কৈ মরিমক ইনিল নিলহন্দুনা এক্কাগাড়ী অমা অনিথকস্থু চেল্লরি; মরক-মরক্তনা থণ-ইরোইগী থণলুপ হোইহুনা থণ-শেন্নহা মথৈনা অঙকপা অমদি ওইথোক্ত্রবা মরী-মতাগী ৱা পন্দুনা থোঞ্জেন ৱাংনা ৱাংনা লাউদুনা খুংগঙ মচি অমা য়ৌনবা চৎনরি; অনকপদা লৈবা ইগী যুম-মচা অমদগী গেহু চক্রি তকপগী মখোলগা লোয়ননা হিন্দুস্থানী ইমুংগী মৌ-অমনা অতৎপা লৈতনা শকলকপা অমুক্তা তাখিদ্রিবা ঈশৈগী স্থুর অমা অস্তুম মুংশিত্তা তাউরকলি। অস্তুম্না পূন্নমক অসিনা অমত্তা ওইনা তিন্নহুনা পোকলকপা অনৌবা মুমিৎ অমগী থবক্তী ঈচেল অহুনা তপ্না তপ্না মাগী থম্মোই লকাম্নুংস্থু য়াকায়হল্লকখি, মাগী অৱাবা, মাগী নোংদম থীবা অমদি মাগী মুংনাঙবা মতো পূন্নমক অসিগী অঙকপা ঈচেলদা ঙাইহাক্তি কদাইদনো তাউথোকখ্রি। তঙাইফদবা করি লৈহুনা মফম অসিদা অস্তুম্না ফমহুনা লৈরিবনো হায়বহু মহাক্না খঙলমদে। খুল্লকী নিপা মচা অনিথক্না মাবু ঙক্না য়েংনররবা মতম অহুত্তদা খঙনিঙ নিঙশিংলকই। মখোয়না শূমাঙ মচি অমদগী মমিৎ লাঙথোক্তুনা মাবু তুমিন্না য়েংনরমলি। মন্নবা অমদি মোৎলবা মীথুং-শঙ অসিগী হৌগ্রবা মতমদা লৈরম্বা মিংচৎকী ৱারী অহু অঙাং জনি অসিদি খঙলমদে; অহুমদি ওইরগা মখোয়না জ্ঞান হেক তারকপদগীদি অসিগুম্বা অথন্নবা অভিভি

অমত্তমু মুম অসিদা কৈদৌঙৈদমু লাকপা উখিদ্রি হায়রবমু মখোল থোক্কবা মখোয়গী মিৎয়েং-মতা অসিনা অচলাদা তশেং-তশেংনা থগুহন্নরি। ভূমদগী হেক হৌগৎলকপগা মুমিৎ খুদিঙ মতৌঙম শান্নবা থোরকপদা থগুহৌদনা মখোয়না ওসি অঙকপা মতো অসিবু উরন্নিবনি।

ইথং থংনা ক্লক হৌগত্তুনা অচলানা করিনো থন্না হংগে তৌক্লবদগীদি মিৎকুপ অমগী মনুংদা অঙাং অনি অতু উখিদ্রে। অতুমদি ওইরগা মিৎকুপ অতুমক্তদা মহাক্লা নিঙশিংলক্লে—পুং অনিরোমগী মমাঙদা মকি হোংদোক্লনি হায়ত্তুনা থংনবা কা-দা চঙখ্রিবা সুরেশ অতুদি হুজীক ফাওবা মথক উদ্রি। অসুক কুইরবা ফাওবদা মহাক মথন্তা করি তৌত্তুনা লৈরিবনো হায়রবতু থঙনবগীদমক মহাক্লা তপনা-তপ্না লাক্লুনা কা অতুগী মমাঙদা লেপ্লরে অমসুং থিংজিল্লিবা থোঙ অতুগী মনুংদগী করিগুম্না না-শোন অমত্তসু তাবা ফংদ্রত্তুনা মহাক্লা মিনিট অনিথক ভূমিন্না অতুম লেপ্তুনা লৈরম্লগা তপ্না তপ্না থোঙ হেক কাঙথোকলুবদদি মমাঙদা মানা উখিবা মতো অতুনা মতম অমত্তদা মুক্তি ফংজবগী ফুং লাউবা সুংঙাইবগা অমদি শাথীবা অকিবগা অনিমক্লা মিৎকুপ অমরোমদি মাগী মথরায়-হকচাং পুম্নমক অতু ঙম্না নুং ওনবগুমগ্রে। কা অতু ইমম মশ্মী, নাকল অমরোমদা ফাৎলিবা অতেকপা থোঙনাউ অতুত্তগী চঙলকপা মঙাল থরদংনা লৈমায়দা তাররি। মফম অতুগী অমম-অঙাল য়ান্নবা মরক অতুদা, থুনাম-নাঙৈতনা থল্লবা অমোংপা উফুন-রাইফুন মথক্তা সুরেশ অতু লোংখাক লোংনা হিপ্তুনা লৈ। হান্নগী মকি-মরোল অতু মশাদা অতুম্মক শেৎলম-ইল্লম্মি, হাংদোক্লিবা বেগ অতুগী মনুংদগী করি-করিনো পোৎ থরদি ইচাই চাইনা তারি।

মিৎকুপ অমগী মনুংদা অচলানা মাগী অরোইবা রাহৈশিং অতু নিঙ-শিংলক্লে; মহাক ডাক্তর অমনি, মহাক্লা মীগী মপুন্জীবু অসুম ফাত্তুনা থম্নগী মহৈতমক তমখিবা নত্তে, মী অদুবু ভূমিন্না অতুম মপান থোকহনখিনবা লৌশিংসু মানা থগুদবা নত্তে। নিঙশিংলক্লে, শাথীনা লানখিবদগী পোক্লকপা মাগী হকচিল্লবা নিঙঙমদবা মতো; নিঙশিংলক্লে, মাগী বিদায় লৌবা মরো, অমদি থেমজিনবা রাহৈ-রাতা পুম্নমক, অসি পুম্নমক্কী মথক্তা হন্না হন্না মহাক্লা উৎখিবা প্রায়শ্চিত্ত তৌবগী সুংশি হৈত্রবা ইঙ্গিত পুম্নমক অসিনা অমত্তা ওইনা পুল্লপ তিন্নত্তুনা সুংশা মপী অমত্তগী মনুংদা, লৈমায়দা তাত্তুনা লৈরিবা হকচাং অসিগী পোলোইগী রাফম অতুত্তবু লোম্না লোম্না মাগী মনাকোঙদা তাহন্নকলে। থোঙজীন অতু পায়ত্তুনা মফম অন্নদা মহাক অতুম্মক তপনা

তম্না ফম্অথরক্লে—অতোপ্পা কা অতুদা অমুক চঙখিবা ঙম্বগী মাগী মখোনা ফাওবা লৈখিদ্রে।

তৌইগুম্বস্মু হন্দক্তি মথরায় য়াওদ্রবা হকচাং অতু তম্না য়েংলুবদা মাগী মমিৎ অনিমক্তা মপি শিন্থরক্লে। মাগী মগুংলাংগীদমক্তা অস্নুক লুম্বা অথীবা মিংচৎকী কোকথোং পুতুনা নিঙবা কায়বদগী অস্নুম তৌনা পৃথিবী অসিদগী মতম কুইনগী ওইনা বিদায় লৌতুনা চংথ্রিবা, ফনমক মরাল হকপস্তু ওইরমসম্থু, মাবু ঙাকপিবা ঙমদবা অতুগুম্বা কা হেন্না কনবা থম্মোইদি সংসার অসিদা অতুক হাক্লা মশীং য়ামদে; অতুগা মসি থল্লকপগা লোয়নননা অহানবা ওইনা মহাক মশাগী মরালস্তু ঙসিদি তশেং-তশেংনা মশক উৎলরে।

স্থরেশকা অহানবা শক থঙনখিবা মুমিৎ অতুদগী হৌতুনা নুমিৎ অতু ফাওবদা মখোয় অনিগী নরক্তা থোকথি ওইখিবা অপাম্বা-মিহৌবা, অরানবা অহুইবা, গুপ্সুৎপা পঙথবা, লৌনম্বা নমথাকপা, অমদি লাঙতক্লবা থৌরাংবা পূম্নমক অহুনা মথং মথং অমমমতা ওইনা অস্নুম মশক উৎনরবা হৌরক্লে; মহাক মশাগী শাক্তং, অপোকপা মপাগী মরম—পূম্নমক অতু থল্লকপদগীদি থঙহৌদনা মশা পূম্নমক শ্বায় পাথৎপগা লোয়নননা মশা মথন্তগীস্তু নত্তনা মী অয়াম্বগী পুঙমদ্রবা পাপকী কোকথোং মথৈ পুতুনা স্থরেশনা ঙসি থুংথ্রিবা বিচারপতি অতুগী মখোঙ মনাক্তা মহাকস্তু রাঙাঙদনা মমিৎ ঊইশিন্দুনা তুমিন্না ফম্নগা মাগী দণ্ডি পূম্নমক অদুবু অতুম্মক য়াজক্লফম থোকই, নত্রগনা মাগী অরাম্বা রাকৎ পূম্নমক অতু অমমমতা ওইনা মথং মথং হায়দোক্লগা মঙোন্দা ঙাকপিনবা হায়জক্লবা তাই।

তাইবঙপানবা অসিদা মাগী মুংঙাইনিংঙাই পোৎলম পূম্নমক রাত্তনা লৈরম্বা মী অহুনা মনা-মনিল নাইদনা ঈরাং মচেৎ অমত্তস্তু য়াওদনা অস্নুম্না পূম্নমক থাদোক্তুনা চংখিবসিদা য়ৌনা মুংঙাইতবা, মতুগী রাখলনা ঙসি অচলাবু হুম্না হুম্না চৈনাখোল পীরক্লে। তশেংনমক মহাক্লা মথরায়মক য়াওনা মুংশিজরক্লিবনি হায়বসিগী মরমদা ঙসিদি অশিবতুগী মমাঙদা লেপ্তুনা হুংলুনবা, অমদি থাজদবা উৎননবা তাঙ্গা মতেক অমা ফাওবা লৈখিদ্রে।

মাগী থজাই অনিমক্তা অমূক পি মরী মরী চেন্থরকলে। ঙরাং অহিং গাড়ী মত্তুংদা মখোয়না অকনবা অথীবা রা কয়া ঙাঙনপ্রে, ধর্ম্ম অধর্ম্ম অমদি অচুম চুমদগী মরমদন্থু মথৈ কয়া কয়া য়েংনপ্রে। অদুবু মতু পূম্নমক অহুনা কম্নাগী মতিক অর্থ থোক্তুবা চৌইয়োন ওইনখিবনো হায়বতু মতম

অচুমক্কন্দি অচলানা করিবু খঙলম্বগদগে। হুংশিবক্কীদি লাক্তি লৈতে, ধর্ম খায়দে, অফ-ফত্ত খন্দোক-খজিন তৌবা ওম্নবগী পাংগল করিস্থু লৈতে, মতৌ অসুম্না কোক হেক শিদোকখিবা ওম্বা অচুগুম্বা মীওই অচুদি সমাজগী খুৎশে-দগী থোকপা অসিগুম্বা আইন-কানুনশিং অসিদগী য়াম্না হেন্না ৱাংনা লৈগ্রবনি, অসিগুম্বা অয়া-য়াদগী অথিং-অরাক্লা মাবু শোকলুবা ওমদে, ৱাকম অসি মহাক্লা ওসি অশিবসিগী মমাঙদা লেপ্লগা করম্নবু য়াবা ওমলুগদগে ?

অচলানা ফীজিনা মপি তৈথোক্লম্মী, খঙহৌদনা মবূক মনুংদা হেৎ লাউবগা লোয়ননা অশিবা হকচাং অদুবু খজীক্তুং লেঙলকপগুম মহাক্লা খল্লকই, অমসুং থংনবা ম্রিৎকূপ্তা শেংফাত্তবা নাহেবা মথোল অমগা লোয়ননা সুরেশ অচু য়াওল্লক্লে। মহাক শিদ্রি—হিংলম্লি; অকনবা -লাওতক্লবগী ঈহৌ অমগা লোয়ননা চেনশিনখিত্নুনা অচলানা মাগী মনাক্তা নোম্ব্রগা খোনফম কায়না কৌরকই, সুরেশ বাবু !

কৌরকপা তাবদগী সুরেশনা ওাংশঙ ওাঙলবা মমিৎ অনি অচু পাঙ-থোক্নুনা য়েংলকই, অদুবু ৱা-দি ওাঙলক্তে।

অচলাসু করিগুম্বা ৱা অমত্তা মখা তারকপা ওমখিদ্রে, থিংওমদ্রবা মুংদগী কাখৎলকপা ইনিলতনা মথৌজেঙ ফুনগৎহনখিবদগী মচুনা পি ওল্লক্নুনা অতৎপা লৈতনা মাগী মমিৎ অনিমক্তা চেন্থবা হৌরক্লে। তৌইগুম্বসুং নিৎকূপ অমত্তগী মমাঙদা শিম্থখিবা পি অচুগা হুজীক্তা অসিগদি কয়াগী মতিক খেম্নরিবা !

অচুমদি ওইরগা মানা খনবা ৱাখল পুম্নমক্কী মনুংদা য়াম্না লোম্না-লোম্না মাগী লকানুংদা মৈশা লাংহল্লম্লিবা ৱাখল অচুদি মসিগী অশেংবা মায়কৈ অসিমক্লি। হান্নদগী খঙবসু নত্তবা অনৌবা লম অসিদা মহাক্লা সুরেশকী অশিবা মশা অচুগা তোংগদবসি করিনো, কনাবু কৌক্লগনি, কনাদা হায়-জক্লগনি—তুক্কচরবা ৱাহং কয়া হংনরক্কনি—মহাক্লা কনাদা মচুগী করি পাউথুম্ন পীগনি, পুলিশতা পুখৎ-পুখ তৌতুনা ৱারম পুম্নমক চিংথোকনবা হোৎনরকপসু য়াই—করিগুম্বা নাথন অমত্তসু ৱাওদ্রবা ঈকোং কোংদোকপা অসিগুম্বা মতৌগী ঈকাইজবা অচুতনা মনুং মনুংদা মথৱায় হকচাং পুম্নমক কয়াগী মতিক শোম্বরম্বগে, কয়াগী মতিক ৱারম্নবগে হায়বা পুম্নমক অচু মহাক মশামক্কসু অচুক য়েন্না খঙলমদে। হুজীক অচুগুম্বা খুদোং থীবগী ওমথৈ লৈদ্রবা ঈকাইনিংঙাই ওইবা মসক অচুদগী খঙহৌদনা নাম্বোকচবা

মতৌ অসি উবদগীদি কপ্লিঙবগী লোইবা লৈখিদ্রে, অদুগা মানা শিবীরমদব অসিতনা মরম ওইদুনা অচলানা মশাগী থম্মোই পুম্নমক ইথন থম্না মাগী ম-কাদা তৌবীমল থগুবা উৎচরক্লে।

অস্নুম্না ঙাইহাক লেপ্লবদা সুরেশনা তপ্না তপ্না হংলকই, করিগী কপলি অচলা ?

অচলানা খোনফম কায়না হায়রকই, নঙনদি অদুম্না করিগী হিপ্পুনা লৈরমলি ? করিগীদমক হল্লক্তি্রবনো ? অদুম্না অতুক ঐবুদি করিগী কিহল্লম্ল।

মাগী মখোঙ্গেল অদুদা নুংশিবা মহী চেল্লম্মী, মদু অস্নুপকী মতিক নুংশিরম্মী, অস্নুপকী মতিক থুম্লম্মী মদুদি, সুরেশতবুসু নত্তনা মদুনা অচলা মশাগী থম্মোই মন্নুংমক্তসু শুক্সাৎপা মখল অমা ফাওরম্মী। মহাক্না অমূক হায়রকই, নঙনা অতুক তুম্মিঙলগা ঐঙোন্দা হায়দ্রিবদি করিগীনো ? অশোম থংবা অচৌবা কা-অদু শেংদোক্লগা করিনো অমা থাদুনা ঐনা নঙগী হীপফম শেম্বা হেন্দোক্লা য়াই। ট্রেনগী মতমসু য়াম্না মরাৎলিবনি।

সুরেশনা করিসু খুম্লক্তে, মহী-চেম্বোক্লবা নুংশিবগা লোয়ননা মাগী মমায় য়েংনা য়েংনা তপ্না তপ্না মখুৎ লামথোকখিদুনা অচলাগী য়েৎথংবা মখুৎ অদুবু পায়দুনা থাংগৎলগা মশাগী শারবা মরাইবক অদুগী মথক্তা থমদুনা অশাংবা স্বর অমত্তং হোন্দোকখিবা অদুনা লোইরে।

ইথং থংনা অচলানা হায়রকই, হায়মা, ওম্বোক্লা য়াম্না শাথেনা অসিদে ! নঙবু লাইহৌ তৌরবরনে !

সুরেশনা হায়রকই, উম। অদুদসু নত্তে, মসিগী লাইহৌ অসিদি কোক হেক্তমক ফখিগদবা মাদ্রে। ঐনা খল্লি—

অচলানা তপ্না তপ্না মখুৎ চিংথোরক্লে, অমসুং মাগী মচীন্দসু নুংশা মপী অমথক পাউখুম ওইনা শাংনা হোল্লকলে। মহী চেল্লম্লবা মাগী নুংশি-মুংওন পুম্নমক অদু মিৎকুপ অমত্তগী মন্নুংদা ফমজিনখিদুনা ঙম্না নুং ওল্লকলে। মাগী মশাদা লৈজরম্বা থাঙনবা অমদি মপুক্লিঙ ফানবা মপাংগল পুম্নমক অদু পুল্লপ তাশিল্লগা মহাক্না মপুক্লিঙ লৈতানা ঙসিগী মতম ঙাইহাক অসিদংদি গাড়ী ঙাইদুনা লৈগে হায়না মপুক্লিঙদা লেপচরম্নবনি, অদুবু রাথম্না লাম্বা ফংদ্রবা, হায়দগী খল্লকপসু নত্তবা অসিগুম্বা খুদোং থীবগী অমংবা-নোংনা পীক্লবা মাগী আশাগী মঙাল মরীক অদুবু ফাওবা মিৎকুপ অমগী মন্নুংদা খুমজিনদুনা

উহনবীখিদ্রবা অসিদদি শিজখিবা নত্তনা তাইবঙ পানবা অসিদা মানা অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তবুন্থু পামজবা লৈখিদ্রে।

মতৌ অসিদা মহাকপু মফম অসিদা অত্থুম্মক মথন্তা জন্দোক্লমত্থুনা চংখিবগী বাখল অত্থুদি মহাক্না থজ্জরুবা ফাওবা ঙমদে। অত্থুমদি ওইরগা মানা নাম্নিবসিগী দাম্নি অমদি মত্থুগী পুঙমদ্রবা থৌদাং পূম্বনক মাপী মকোক্তা লোইনা নম্লরে, মহাক অসিগা লোয়ননা মহাক্না অনৌবা মফম অসিদা তৌগদবসি কম্নিনো, কদাইদা কনাগী মকাদগী করম্বা মতেং নিক্কগনি, করি হায়না মশাগী পরিচয় পীত্থুনা মীনা হুংশিবীনবা তৌক্কগনি, অহিং-হুংথিল পূম্বমক্তা করম্বা অভিনয় তৌগনি,—নোংথাঙদগী হেন্না থুনা মকোক্তা অসিনচিংবা বাখল পূম্বমক অসি খল্লকপদগীদি, মহাক চেনখ্রগদম্না নত্রগা মথোন থোক্না তেংথাত্থুনত্থুম কপকদম্না—নত্রগা কম্না কম্না মরাইবক শুগায়ত্থুনা কাম্নদ্রবা পুন্সী-ঈচেল অসি খকহল্লগা পূক্নিঙগী নে-তাবা ওইগদ্রা, বাখলশিং অসিগী মরক্তা অমত্তস্থু মহাক্না লাইথায় তাজবা ঙমখিদে।

---

## কুন্থ্রা শুবা তাংকক

নহান ষ্টেশন্দগী হল্লকপা লম্বীদা নোং-খজীক খজীক নংখিবদগী কেদার-বাবু অত্থু মুমিং তরেৎ নিপাম্নি মক্কম লু-তাং চীকপগা অমদি লোক থুংবগনা হৌগৎ-কাঙথৎপা ঙমখিদে। মচা-মস্নাক অনিমক্কী মঙ্গল ওইবা পাউ ফংদবদগী মপূক্নঙ য়াম্না চিংননিংঙাই ওইম্নবস্থু মহাক্না জব্বলপুরগী মক্কপ অত্থুদা পোষ্ট কার্ড অমা ইত্থুনা থাখিবদগী হেন্দুনা অতৈ কম্নিস্থু থোইনা তৌবা ঙমখিদে। ঙসিদি মত্থুগী পাউ হল্লকলে। কনাস্থু লাকপা লৈতে অত্থুগা কনা অমত্তগী পাউস্থু মহাক্না খঙবা লৈতে—পাউ হায়বৰু মসিনা লোইরে। পরেং খরত্থু হম্না হম্না পারগা মমায় মকশিম্না শূন-তরঙদা মম্নিৎ থগত্থুনা কেদারবাবুনা মাপী আনোক-মিংশেন অদূতবু হম্না হম্না অস্থুম তকপা নানবা হৌরকলে। মথোয়গী করি থোকখ্রবা, কদাইদা চংমখ্রবা, পাউ লৌনবগীদমক মহাক্না কনাবু কৌগনি, কনাদা চিঠি ইক্কগনি, কনাদা পাউহুংগনি, অসি পূম্বমক খনবদা লাক্ষম করিস্থু খঙখিদে। মহাক্কী অবা-অনা মতম পূম্বমক্তা মথবায়-হকচাং য়াওনা মতেং পাংবীরম্বা অত্থুগুম্বা সুরেশ অত্থুস্থু লৈতে, মহাকস্থু চংম্নিম্নথোকরে।

মতম অসিমক্তদা বেরা চঙলক্কুনা মাগী মনাওদা অতোপ্পা চিঠি অমা থগ্গরে। বেদারবাবুনা নমিত্তা আনোক হাপচিল্লগা তফিং তফিংনা চিঠি অদু লৌখত্তূনা য়েংলক্লে, মচানপী অচলাগী মমিংদা থাবকপা চিঠিনি। চিঠি অসি কনানা ইরকপনো, বদাইদগীনো হায়বসি খঙনিঙবনা হেজিল্লক্কুনা অতোপ্পগী চিঠি হাংদোকপা হৌনৈ হৌনদে হায়বা কবিস্থ খল্লুবা ফাওবা নংদবমখৈ থুনা লেফা অদু লেপ্পায়বগা ইহান হান্না চিঠি ইবকলিবী অদুগী মমিং পাহুনা য়েংলবলে, ইবী 'নতগী মৃণাল'। মথংদা মহাক্না চিঠি অদুস্থ লোইনবা পাথোক্লগা। অহাওবা মিংয়েংনা মপান্দা অস্থুম য়েংনা য়েংনা আনোক অদূবু অস্তুম তম্পা হৌবক্লে। মাগী মপূক মনুং অদুদা করি তৌখ্রবগে হায়বদু তাইবঙ মপাদনা খঙলম্লম্নি। অস্তুম্না কুইনা লৈক্লরগা আনোক শেংদোকপগী থবক অদু লোতকুনা থম্মম চানা মদূদ অমম থম্লগা মকোক্তগীনা লোইবা ফাওবা চিঠি অদূবু অমাক পাবা হৌরক্লে। নুপী ওইবীগী খাঙহৈবা, ভাকাপহৈবা অমটি পুমচেল ফাবা আসনচিংবগী নবনদা অয়াকপা অথুম্বা পাউতাক লৈয়া পীবগা মনৈদা মৃণালনা অস্থুম্না ইবি –

নতগী মরমদা খাতোকপা নমিস্থ হায়বা লৈত্রবস্থ অদুগা হংলুবদা অদিবা যংনা যনাক শকফম হম্ভিনখিবা ওইবনস্থ, ঐদি নুপীনিদো অদুনা পুম্নক হেক্তা খঙবা ঙম্মী। ইনমতোন, য়েংগোয, বনানবু খংনা চৈনদবা য়াওবা লৈবগে? অদূবু অদুনি হায়দুনস্থ অদুক শাউফমদি থোকপরা! ভুঙীক চৌবা মশাগী অনাদি মপূক্লিঙগী থবম খঙদবদগী নপুরোয়বনা শাউখিনস্থ ময়াহি, মপূক্লিঙ যাবা ওমদতুনা শেবান্নবা হেক চথোকখিবস্থ য়াই, অদূবু ভুঙীকমক ঙাওবনমস্ত নত্রিবা নহাকমরুদি মানা চংলগে হায়বদা ফরে যদে, নতু ওইবসনু, নতগী উরক অদুদা চংচখ্রো হায়তুনা হেক্তমক ফেঙ্গিনবদি হৌনবদো? মবম অদুনা ইনমতোন, ঐনা অসিতমক খল্লি নতুদি শিক্লম-নাবরনা নপুবোয়বা অসিবু অতুক লায়না উবক্তা থাদোক্লগা নহাক্না করমনা হিংতুনা চহি ওবেং নিপানক্কা মান্নবা শাংলবা হুমিং তরেং নিপাননি অসিবু কনদৌনা নপানদা নপুক্লঙ লৈতানা লৈখোকপা ঙমলিবনো! অশেংবা হায়রিবনি, মপোৎ-মচৈ পুদুনা মহাক্না যুমদা চঙলকপা হুমিং অতুদা ঐনা মাবু থুদক্তা মশক পাক খঙবা ঙমখিদে। করিগীদমক নখোয়না খংনরিবনো, কৈদৌঙৈদনো, নোংচুপ লোমদা চংপগী মগুত্তা করিগীদমক্তা মহাক্না মরৈবাক্তা হল্লক্লিবনো, মাস পুম্নমক ঐ করি অমত্তস্থ খঙদে, খঙনিঙলুবস্থ তৌদে। অদুবু থরায় শোক্না ঐনা হায়রিবনি চিঠি হেক পাবগা থুনা লাক্কদবনি।

তা'তোননা অম্মক শাথানা মশা নাবা নৎলমত্রবদি ঐ ইশামকন্থু লাকুনা নখোঙ পায়রগা চিংতুনা পুরক্লমগদবনি। অমুক্তুংদি লাকউ, নমিংনা থীংনা মাবু অমৃক্তুং য়েংজো, মরম চাদনা কম্নিন্থু নত্তনা শাউক্লবত্থু কয়াগী মতিক লানবগে হায়বত্থু মতম অত্থুদা নশানা খঙজগনি। য়ুম্ন অঁনিন্থু নঙগীনি, ইশামকন্থু নঙগীনি, মরম অত্থুনা নহাক্লা য়ুম অসিদা চঙলকপদা নঙগী কম্নিন্থু হংগোইফম লৈতে। নঙগী লম্বী য়েংতুনা লৈরবনি, কোটি চামরক হুম্না শ্রীচরণদা খুক্লমজরি। অত্থুগা রা অমনা! ঐনা চিঠি ইরিবসি তা'তোনবুদি তাহনগন্থুকো, ঐ লোম্না ইরিবনি। ইতি— নঙগী মৃণাল।

চিঠি ইবা লোইশিল্লগা অমুক 'পুনশ্চ' তৌহুনা মৃণালনা কৈফিয়ৎ পীরকলি মত্থুদি, নপুরোয়বা লৈত্রবদদি নহাক্লা নোংমগী মতম তংখায় অমা ফাওবা ফানা সুরেশবাবুগী ময়ুমদা লৈরমগদবা লৈতে হায়বত্থু খঙহুনা নঙগী বাবাগী ঠিকানাদা ইখিবনি। চিঠি অসি থীন্দনমক নঙগী নখূৎ য়োগনি হায়না খল্লি।

কেদার বাবুগী মখুত্তগী চিঠি অত্থু নাম্বহুনা তাপ্রে, শূন তরঙদা মিৎয়েং থমলগা মহাক্লা আনোক শেংদোকপগী থবক অমুক চথরকলে। মহিমনা জব্বলপুবদা চৎপগী মত্থুত্তা হুজীক মখুন্দা লৈবে—অত্থুগা মত্থুদা অচলাদি য়াওদে হায়বা অসিশথৈদি খঙলে। মহাক কদাইদা চৎপ্রে, করি তৌপ্রে অসিনচিংবা রারম পূন্নমক অসি মহিমনা খঙলমদবস্থু য়াই নত্রগা খঙনা খঙনা মত্থু কোংদোকনিঙলমদবস্থু য়াই।

খঙনিঙ নিঙশিংলকই, সুবেশতি কদোমদনো? মখোয়গী অতিথি ওইক্লগনি হায়না মহাক চৎখির্বনি। মহাক ময়ুমদা হল্লক্ত্রি হায়বসিদি শোয়দ্রে, হল্লক্লবদি অমৃক্তুস্থু উম্নররগদবনি। মথং তারকপদা, চিংনবা রাথলনা খঙহৌদনা থৌরবা তাশোনগুম্না মাগী থম্মোইদা থিল্লক্লবদা মহাক চুম্না লৈবা ওম্নক্ত্রহুনা আরাম চৌকি অত্থুদা ওাথরগা মমিং অনিমক উইশিনথ্রে।

হুংখিল পোবোপ-ত্তা সুরেশকী ময়ুমদা পাউ লৌবা চৎলুবদগী হল্লক্লুনা মীনাইস্লুবীনা খঙহল্লরে, মাগী মনে অত্থুদি করি অমত্তম্ন খঙদে। করিগুম্না চিঠি-কক্কা অমত্তা ফংদবদগী মহাকস্থু য়াম্না মুংশা থীহৌত্রে।

অহিংদা, অচিকপা-তুম্ফম কাম্দা কেদার বাবুনা থাউমৈ মঙান্দা মৃণালগী চিঠি অত্থু অমুক পায়হুনা কমলি। মফম কদাইদা মাগী লেপফম মচেৎ অমত্তুং ফংখ্রা য়াবগে হায়বগী মতীদা মহাক্লা মত্থুগী মমৈক খুদিঙমক অত্থু হম্না হম্না

থল্লকলে। অদু নক্ত্রংবসু মফম কদাইদা চৎলগদি মহাক্কা মশক লোত্তু না লৈরুবা য়াগদগে হায়বসিন্থু মশানা খঙজবা ঙমখিদে। মতম কুইনা মীয়োল মথং মথং কলিকাতাদা লৈরক্লবনি, কনাগুম্বা ভদ্রলোক অমত্তনসু কলিকাতাগী মপান্দা থোক্লগা হিংলুবা ঙমগমি হায়বসি মহাক্কা মাগী রাখল্লা লাম্বা ঙংখিদে। অদুগুম্লবা পোকচৈদগী খঙজরক্লবা মফম, সমাজ, মতম, কুইনা তিন্নরক্লবা মরূপ-মপাং—পূম্নমক্কা শেংনদুনা অরেম্বা পুসী অদু কদাইদনো মফম অমদা লোত্তুনা লৈরুবা তারবদি থাঙঙমদ্রবা অমদি পুঙমদ্রবা সুমিংশিং অদুবু করম তৌনা লেনগদগে হায়বদু মাগী রাখন্দা থোক্লকখিদে অদুগা অনাবা অশোনবা মপাগী শোল্লবা মকোক মথক্তা অসিগুম্বা দগুগী পোৎলুম থোংগৎলম্লিবী অদুগুম্বী নোংদম থীরবী মচানিংঙোন অদুদনা মহাক্কা করম্বা অভিশাপ তৌফম থোকলিবা হায়বা অদুসু মাগী রাখলগী রাংমদা লেপ্রে।

অহিং নোংশোয়বা মহাক অমুক্তসু মমিৎ উইশিনবা ঙমখিদে অদুগা নোং ঙানফু ঙানফু তৌরকপা মতমদদি মাগী অশীনবা কাবা অনাবদু অমুক হৌরকলে, অদুবু হন্না য়েংলকপদা মাগীনি হায়বা মীওই অমত্তবুসু সংসার অসিদা থিবা ফংলক্তবা অসিদদি অশিবগুম্না ফমুদা অসুম তাদুনা লৈবদুসু ঙসিদি মাগী মপুক্লিঙদা তুক্কচনা থল্লকলে। মশাগী ফিবম করিসু হোংবা তৌদনা ঙসিদি মহাক্কা অচৌবা লাই অদু যাওববু খঙহন্দনা মথক্কী সুমিৎ অতৈগুম মপাল থোরক্লে অমসুং রেল ষ্টেশন চৎনবা গাড়ী লৌক্লনবা নী অমা থাগ্রগা থুনা য়াঙনা মফি মবোল লোইশিন্নবা মাগী বেবাদা য়াথং পীরক্লে।

---

## কুছ্রামাথোইশুবা তাংকক

নিংথম থাগী সুমিৎনা সুমিদাংবাইরমগী তম্বাক্তা হীকথদুনা তাগদবগী তৌরম্মী অমসুং মাগী শাবুং শাবুং তৌবা মঙাম্না শোন কৌবা তুরেলগী নাকন্দা লৈরিবা পাক্লা চাউনা শনগ্রবা উ রা হৌদ্রবা লৈঙোইগী লমহাঙ অদুবু মনিল ফোঙ ফোঙ কাহল্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদা বাঙলা-মঙগী য়ুম অমগী মাংগোন্দা অচলানা রেলিঙ পায়দুনা মায়কৈ অদোমদা ওন্দুনা তুমিন্না লেপলম্মী। কংলবা লৈঙোইগী লমহাঙ অদুগা মাগী মপুন্সীগা

করিগুম্বা নক্নবা মরী অমা লৈবরা লৈতবরা মতুগানা তোপ তোম্মা রাক্ষম অমনি, অতুমদি ওইরগা অমূকতম্ভু কৃপা লৈতনা য়েংলিবা মম্নিং অতুদা মিৎকুপ অমত্তং য়েংশিল্লুরবদি অতুম্মা য়েংবা ময়েং মতা অতুদি করি অমত্তবুস্তু উবা ফংদে, সংসার পুম্নমক অসিবু অঙকপা অমদি চাউথ্রবা মিত্রং অমা ওইনতা খনবা অতুগুম্বা মিংয়েং মতানি হায়বা অসি হেক্তমক খঙনবা ঙমগনি।

ইচে ?

অচলা খংপেক খংই। মশাগী মমিং 'রাক্ষসী' কৌই হায়না তাক্তুনা আরা ষ্টেশন্দা কুমহৌবা নুপী অতু মহাক অসিনি। মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা তৌফম খঙদ্রবী অমদি মকশিল্লবী অচলাগী মমায় অদুদা মিৎকুপ অমত্তং য়েংলম্লগা মুংশিনা শাউরঙনবা উত্তুনা হায়রকই, ওক্লেদনা ইচে, সুরেশবাবু ফরে হায়বসি পুম্ননক্লা উনরে; ডাক্তরনা হায়রি কিনিঙঙাই মরীক অমা ফাওবা লৈত্রে, অতুমক্তদা অহিং মুংথিল হায়বা লৈতনা নঙগীদি খনবগী লোইবা নাইদ্রে, অমূক্তস্তু নোকখিদ্রে, অসিবু কা-অমা হেন্দোক্লবা নত্রা ? ঐখোয়গীস্তু নিপা নহা লৈরিবনি, মখোয়না নাবা-য়েকপদা ঐখোয়স্তু খনবগী লোইবা নাইদ্রিবনি, অতুম ওইনমক সত্যনা সাক্ষীনি, নঙগী নতৌ অসি-গদি খক মান্নদেবো।

অচলানা মমায় লৈথোরক্লগা মুংশামপী অমত্তং হোল্লকই, পাউথুম করিস্তু পীরকখিবদি লৈতে।

নুপী অতুনা শাউনা হায়রকই, ইস্ ! মুংশাম্বর মপী অমত্তং ফি হেক কামথোক্লগা হেক্তমক লোইরবা ! হায়তুনা মিৎকুপ খরা অস্তুম ঙাইতুনা লৈরবা ফাওবদা অচলাগী মফমদগী করিগুম্বা পাউথুম অমত্তস্তু ফংলক্তুবদা মাগী মথুৎ মন্নুংদা অচলাগী মথুৎ নামথক পায়শিল্লগা চিংশিন্দুনা য়াম্না মুংশিবা খোম্থাঙদা হংলকই, ফরে ইচে সুরমা, শেংনা হায়মু, ঐখোয়গী য়ুম অসিদা নহাক পুং অমত্তস্তু লৈনিঙদ্রে নত্তবরা ? ওম্বোক্লা য়াম্না হৈনদ্রমাল্লে অতুগা রাবগী পান্দমস্তু লৈত্রমাল্লে নত্রা ?

হান্নগুম্না অতুম্মক তুরেল্লোমদা মিংয়েং থম্না থম্না হুন্দক্তি অচলানা খুম্লকই, নখোয়গী নকু-ইবুংঙোনা তৌবীরিবা উপকার অসিবু মপোক অসিদা অমূক কাউক্লবা ঙম্ফম থোকপা পোৎলা ইবেম্মা ?

নুপী অতু নোক্লকলে, হায়রকই; ঐনা নঙবু কাউবীমু হায়তুনা অস্তুম

ঝানারিব্রোইরে ? থংনবা মিংকূপতা শাউশিন্নহ্না হায়রকই ; বাবানা অহুক য়াম্না কৌথ্রবমক্তদা করিস্ব চেক-মোক লাউবক্তি্রবদি অহ্না ওইম্রেসে ? নঙ্না খল্লিবব্রু, অহল অসিনা ঙাইহাক লৈতনা হেক—

পূমঙক ঙক্লহনা অচলানা মমায় লৈশিল্লক্লগা হায়রকই ; নত্তে, অহুদি থক ওইবা য়াদে।

রাক্ষুসীনা খুল্লকই, ওইবা হৌনদে হায়বা ? অদূব্র ঐনা সাক্ষী ওইরম-দ্রবদি ফগদবা ! মন্দিরদা লৈনা লৈনা ঐনা তায় ; স্নবমা ? ইবেম্মা স্নরমা ? অস্নম্না বাবানা নঙ্ব্রু মরি মঙারক কৌবা ঐনা তাহৌই। ঐ পূজা কৎলম্বনি, অদূব্র নাকল অমদা ঈস্থোল্লম্লগা চেন্থোবকপদদি উরে, মহাক সিঁড়িদা কূমথরক্লি। অশেংবনিনে ইচে, ফাগি নত্তেনে।

অহল অহুনা 'স্নবমা' হায়না কৌরকপদা করিগীদমক মহুনা রাখল ফৈরেংনরম্লবা মাগী ৎম্মোই থোঙ্জীন থিবা ফংথিদ্রিবনো হায়বহ্ অচলা মথন্তনা মবুক মন্নুংদা খঙ্জখি। অহুম ওইনমক মহাক ঈকাইজবনা তপথফম খঙ্খিদ্রে। হায়বকই, মহ্ ওইরম্বা তারে, ইমুং মন্নুংদা—

রাক্ষুসীনা হায়রকই, কদাইদগী ইমুংনো। ইমুং অহুদা লৈবা মী অহুদি মতম অহুদি মপান্দন্দুম কোয়থোকখি। শূমাঙ্দগী ঐনা শেংনা উখি, অস্নমনা অহুম্মক রেলিঙ্ পায়হনা লেপলি। অসি হায়রগা নোক্লা নোক্লা হায়রকই, অদূব্র মতম অহুদদি নঙ্ অসি নঙোন্দা লৈজরমদে ইচে, অহুদব্র কমদোনা হনুবা অসিনা কৌবা তাক্লগদগে ? নঙ্না করি খল্লম্লিবনো হায়বহ্ ঐনা হজীক হেক হায়দোক্লবদি—

অচলা অহ্ অমুক হন্না তুরেল রাংমদা মাগী মিংয়েং থমদ্রে ; ফাগিগী রাঙাঙ্শিং অসিগী মরমদা করিস্ব খুমগে নিঙ্খিদে। তৌইগুম্বস্নং মতাং অসিদা হায়হৌবা ফৈ মহুদি, বাক্ষুসী অসি মাগী মিংদাগা মরমচৎ মতৌগা থোইদিং অমা ফাওবা চূনদে ; মাগী অশেংবা মমিংস্ব রাক্ষুসী হায়বসি নত্তে, বীণাপাণি হায়বনি। মহাক পোকপদা মমা শিখিবদগী মপা পোকপা মবেম্না শাউহনা হেক্তমক চৈথিবা মিংগৌনি, অহুগা অথীবা মিংগৌ অসিব্রু মহাক্লা ইনক নক্লনা লৈমিন্নবা মনেম-মকু অনিব্রু ফাওবা তাহন্দনা লোম্না থুপ্প্না থমজবা ঙমখিদে।

মমায় থংলৈ লৈথোকখিহনা অচলানা অহুম হুমিন লৈথোকখিবা উবদগী মহাক মথন্তা মবুক্লা ঈকাইজরকলে, নিঙঙমদবা থোম্বাঙ্না হায়রকই,

হাইমা ইচে স্মুরমা, নঙ্‌বু ফাগি মচেৎ অমা ফাওবা তৌবা য়াদ্রবরা ? নঙ্‌না বাবাবু কয়াগী মতিক কিনা-লুনা তৌবগে হায়বত্থু ঐদি খঙ্‌দবরা ? মানা তমত্থুনা ঐখোয় পুন্নমকস্থু তানরে। মানা অয়ুক অস্থুম কোয়থোক-খিবদা, অনৌবা লম অসিদা কপ্পা কপ্পা নহাক্লা কোয়চেন চেন্দুনা ডাক্তর থিরম্মী। অত্থুদগী মহাক্লা নঙ্‌গা চৎমিন্নরগা মীথুংশঙ্‌দগী নপুরোয়ববু য়ুমদা পুত্থুনা লাকপনি। মসি পুন্নমক ভগবানগী নোংদম ঙাকনি ইচে, নত্রবদবু য়ুম অসিদা অস্থুম্না নঙগী খূয়া উফূন তারগনি হায়বসি নহান গাড়ী মন্নুং অদুদা কনানবু খন্নখিবগে ? অদুবু ঐনা হংবদি খুমখিদ্রি। ঐনা হংখিবদি অসিনি মত্থুদি—ঐনা শেংনা খঙবা ঙমলে, য়ুম অসিদা নহাক পুং অমা ফাওবা লৈবা হৈনদ্রে। অদুবু মত্থু করিগীদমকনো ? ঐখোয়গী অসিদা নখোয়গী করম্বা অৱাবা অমদি করি খুদোং চাদবা লৈরবগে হায়বা অত্থুতবু ঐনা খঙনিঙবনি ; অসি হায়ত্থুনা হান্নগুম্না হন্দকস্থু ঙাইহাক ঙাইত্থুনা লৈরম্ব-দগী খঙহৌদনা নুপী অত্থুনা খল্লকখি, করিগুম্বা মরম অমা অমস্থু ওইরমসন্থু পাউখুমগীদমক মহাক্লা ঙাইরিবসিদি অরেম্বনি। মতম অত্থুদা, মহাক্লা মাগী মকুবোক্লা ঈকাই-খুম্ননা য়ুমদা আশ্রয় পীত্থুনা লৈহল্লিবী,মহাক মশামক্লস্থু ইচে-স্থুরমা হায়না কৌত্থুনা ন্নুংশিজরবী অত্থুগুম্বী, মহাক অত্থুগী মমায় অত্থু নমত্থুনা লৈথোকহল্লুবমক্তদা উবা ফংলে, মাগী মিৎলু অনিমক্তা মখোন থোক্তবা পিগী ঈৱা চেন্তরল্লি। বীণাপাণিত্থু ইঙক-ঙক্লা চপ লেপ্তুনা লৈথ্রে—ফীজিনা মপি তৈথোক্লগা মাগী অহাঙবা মিৎয়েং অত্থু অতোপ্পদা লৈথোকথ্রে।

থংনবা ন্নুমিৎকী ন্নুমিদাংৱাইরমদা থুংলবদা ঙায়রিবা থাগী চেফোঙ অমদগী ৱারী মচা অমা পাত্থুনা বীণাপাণিনা অচলাবু তাহল্লম্মী। লী-গী চৌকি অমগী মথক্তা মশা তংখায় অমা লেকথত্থুনা হিপ্লগুম ফম্লগা অচলানা খরনা তা অত্থুগা খরা অমনা মনাকোঙ মন্নুংদা ইচঙমক চঙদা তৌত্থুনা লৈরিঙৈ মতমদা বীণাপাণিগী মকুবোক রামচরণ লাহিড়ী মহাশয় অত্থু 'ইবেম্মা রাক্ষুসী' হায়না কৌনা-কৌনা হেক চঙলকপদগী মখোয় অনিমক তফিং-তফিং হৌগৎনরকখি, বীণাপাণিনা চৌকি অমা চিংশিন্দুনা অহল অত্থুগী মনাক্তা থারগা খঙনিঙবগা লোয়ননা হংলকই, করি ওইরবনো বাবা ?

অহল অসিদি থমথেংবী হিন্দুনি। তপ্পা ঈংনা মহাক্লা ফমফমদা ফম্লগা অতপ্পা অঙ্গংবা মিৎয়েংনা অচলাগী মমায়দা ন্নুংশিনা য়েংত্থুনা হায়রকই, ৱা অমা হায়গে তৌবনি ইমা। ভটচার্য্যি-মশাই অত্থু হুজীক লাক্লম্মী, মহাক্লা নখোয় নতৈ-ননাউ অনিমক্কী নমিংদা সঙ্কল্প তৌত্থুনা নারায়ণদা তুলসী পত্র

কৎপিরক্লিবনি, মহু হয়েংদি লোইরগনি। হয়েংদি ইবেম্মা, ৱারবস্থ ৱানা থরদং থেঙবা ফাওবদি চাদ-থক্কনা লৈবা তারি। মহাক্না ঐখোয়গী য়ুম অসিমক্তদা লাই লেঙলক্লগা থবক লোইশিল্লগদবনি, নঙবু কদাইদস্থ চৎহন-গদবা নত্তে। ৱা অসি তাবদগী অচলাগী মমায় পুন্নমক অহু কালিগুম্না পুম্মু মুশিনখি। শেংফাত্তবা মঙান অহুদা মদূবু অহল অহুনা উবা ফংখিদে, অদূবু বীণাপাণিনদি উথ্রে। মহাক হিন্দু নূপীনি, হেক পোকপদগী হৌহুনা অসিগুম্বা সংস্কার অসিগী মরক্তা মী ওইরকপীনি, অহুগা নারিবা মপুরোয়বগী মঙ্গলগীদমক মসিনা কয়াগী মতিক হৈনিঙফম থোকপা অমদি হরাউফম ওইবা, অহুগুম্বা সংস্কার অহুমক্লি হায়না মহাক্না খঙজরিবা অদূবু অচলাগী মমায়গী শকফম অহুনা অস্থক শাথীনা ওল্লকপা মতৌ অসি উরুবদগীদি ঙকপগী পান্দম লৈখিদ্রে। অহুম ওইনমক মাগী মক্লপকী ওইনা মহাক্না হংলকই, যরে বাবা, নারায়ণদা তুলসী কৎহল্লিবদি স্থরেশ বাবুগীদমক্তনি, অহুগা মহাক মশানদি চরা হেন্দ্রহুনা ইচেবু তৌহনগদৌরিবদি কবিগীনো ?

অহল অহুনা নোক্লনা হায়রকই, নঙগী নচে অসিগা মহাকবু তোঙান-নবরনে ইবেম্মা ? মাগী ফিবম মতা অসিদা স্থরেশ বাবুদি চরা হেনবা ঙমগদবা লৈতে। মরম অহুনা নচে স্থরমানা মহু তৌবা তাবনি। শাস্ত্রদা মসিগী বিধি তাকলি ইমা, করিস্থ চিংনফম লৈতে।

মসিদস্থ অচলানা হোয়-মাই করিস্থ হায়রক্ত্রবদা মাগী অহুগুম্বা হৈনিঙদবা তুমিন লৈবা মতৌ অহু মখোয়গী ফননবতা খল্লিবা অহল অহুনস্থ উথ্রে। মহাক্না অচলাগী মমায়দা চুম্না য়েংলগা হায়রকই, মসিদা নঙগী য়ানিঙদবা করি লৈবগে স্থরমা ? অসি হায়হুনা য়াম্না হকচিনবা অমদি তোয়না য়েংলকপা মতৌ অদূবু খৌরাংনা ঙাইহুনা অস্থম লৈরকলে।

অচলানা মসিগী পাউখুমস্থ পাক হেক পীরকপা ঙমখিদে। ঙাইহাক তুমিন লৈরগা তপ্না তপ্না য়াম্না থোৎনা অমদি মেঙনা হায়রকই, মঙোন্দা তাকপিরবদি মহু মশামক্লা তৌগনি হায়না খঞ্জে।

অহুগী তুংদা পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনরকলে। ৱাহৈ মতা অসিনা কয়াগী মতিক নাতৈ চাদনা, অথীবা অমদি কুংশি হৈতবা অমা ওইনা তাহনখিবগে হায়বহু মদূবু হায়দোরক্লিবা মী অহুদগী হেন্দুনা অতৈ কনা অমত্তনা ভাব তানখিদে, ৱাফম অহু অন্তর্যামীদং নত্তনা অতৈ কনা অমত্তনস্থ খঙবা ঙম্নখিদে।

অহল অতুনা হৌগৎলগা হায়রকই, যরে মতুম তৌরসি, হায়ত্নুনা তপ্না তপ্না মথাদা কুমথখরে। মীনাই চঙলক্লুনা থাউমৈ থানগৎলমলে, তৌইগুম্বস্নুং মখোয় অনিদি মতু ফাওবদা তৌফম খঙনদনা অমদি চেকমোক লাউনদনা অতুম্মক তুমিন তুমিন ফম্নরি। থাগী চেফোঙ অতুগী অতুক ময়াইকনবা অমদি য়ঙ-য়ঙ লাউনা হুংঙাইববা ব্রান্নী মথাক অতুদং ফাওবা লোইশিনবা ঙম্বগী পাংগল কনাদস্নু য়াওনখিদ্রে।

মপান্দা অস্নুম মম্বা হেক্কিল্লকলে অতুগা ঈকাইনরবী নুপী অনি অসিগী তৌফম খঙনদ্রবা মখোল থোক্তবা মিৎয়েং অনিগী মমাঙদা অশোম ব্রাংমগী মচু শেংফাত্রবা লৈঙোইগী তোর্ব্বান অতুনা মঙ্-হাগুম্না নাকল অমদগী অতোপ্পা নাকল অমা ফাওবা মুশি মুশি অস্নুম তাউবা হৌরক্লে।

অস্নুম তৌনা মতম কয়া অমস্নু হৌখিরমগদবনি, অদুবু করি খল্লক-পদগীনো বীণাপাণিনা খঙ্হৌদনা অচলাগী মনাক নক্লা মাগী চৌকি অতু চিংশিল্লক্লগা য়েৎথংবা মখূৎনা মক্লপকী মতম্বাক মথক্তা তপ্না তপ্না থমলগা লোম্না লোম্না হায়রকই, তোর্ব্বান ব্রাংমগী লৈঙোই শেক্তা অসি অস্নুম য়েংলুবদগী ঐনা করি খনখিবগে হায়বতু খঙবরা ইচে? ঐনা খনখি মসি নঙগা অহ্মানি। অসিগুম্না অমম্বতনা কোয়শিনবা খবা—হাইমা, অতুম্না ইখং খংলিবদি করিগীনো ইচে?

মিৎকুপ অমত্তং তুমিন লৈক্লরগা মখোল শেংফাত্তনা অচলানা হায়রকই, খংইঙ হেক ঈংলকপগুম তৌই ইবেম্মা।

বীণাপাণিনা হৌগৎখিত্নুনা ইমুংদগী অক্লম্বা ফি অমা লৌথোক্ল্হুনা অচলাগী মশা পুম্নমক্তা চেকশিন্না ইনশিনবীরগা মশাগী ফম্ফমদা ফমত্নুনা হায়রকই, নঙোন্দা ব্রা অমথক ওম্ভোক্লা হংনিঙখরে ইচে, অদুবু ঈকাইহুনা লৈরিবনি। শাউরোই হায়রবদি—

খঙঙমদ্রবা অকিবনা অচলাগী মবুক মন্নুং অতু চবাঙনরক্লে। ব্রা-য়াম্না ঙাঙথোক্ল্রগা মখোল নীকথোরকপস্নু খঙদে হায়বগী অকিবা লৈবদগী য়াম্না তেম্না 'করিগী শাউগনি' অসিদং হায়রগা তুমিন লৈখি।

বীণাপাণিনা লুনা তৌবা উত্তুনা মাগী মখূৎ অদু কল্লপ পায়শিল্লগা হায়রকই, হুজীক্তি নঙ অসি ঐগী ইচেমক ওইরবনি, ঐনা নঙগী ননাউনি। তৌইগুম্বস্নুং নহান নোংমা গাড়ী মন্নুং অতুদদি ঐ অসি নঙগী কনাস্নু নৎলমদ্রি, মতম অতু ফাওবদা ঐঙোন্দা নশাগী অশেংবা পরিচয়

পীনিঙ খিদ্রিবদি করিগীনো? নপুরোয়বমকপু, করিস্থ থোকনবা নত্তে, নপুরোয়বদি নাদূনা অতোপ্পা কা অমদা লৈরি, মাবু জব্বলপুরদা পুহুনা চৎলিবনি হায়না হায়খি, অদূবু ঐবুদি উৎ চাইবা ঙমখিদে। মহাক নঙগী কন্যানো হায়বত্থ ঐনা শেংনা অত্থম্মক খঙখি। অত্থগা অমূকস্থ হায়খি—নখোয়দি ব্রাহ্মনি, অসি হায়ত্থনা হাইফেৎ নোকমি নোকমি তৌরগা অমুক হায়রকই, অদূবু হুজীক্কি উরে, নঙগী নবুংঙো অসিনা থাংলিবা নগুণ পরেং অসি উরবদি বিষ্ণুপুরগী বামন-পূজারী-কাঙবু ফাওবনা ঈকাইনিংঙাইনি। য়েংঙোয় ইচে, অস্থক শেরান্নবা রা হায়জিনখ্রিবদি করিদগীনো?

নম-হাত্থনা কংনোক মীনোক অমা নোক্লগা অচলানা হায়রকই, ঐনা হায়দোক্তবদি কমদোবা।

বীণাপাণিনা হায়রকই, অত্থ ওইরগা ঐনা হেক হায়বস্থ মঙায়দনা। অদূবু হান্না অমুক্তদি হায়খো, চুম্না হায়বা ঙম্নবদি ঐঙোন্দা করি পীগনি?

অচলাগী থন্নংদা চেল্লিবা ঈ-গী ঈচেল অত্থ খংলেপ লেপখিগদবগুম তৌরক্লে। মাগী মমায়দা শিরমদাইগী তাইফেৎ তাইবা কুচু অমা ফাওরকলিবত্থ শেংফাত্তবা থাউমৈ মঙাল মরক অত্থদা বীণাপাণিগী মমিত্তা তাখি তাখিদে খঙদে; অদূবু মচীনবানদি কাঙদনা অমূক হাইফেৎ নোক্লগা মহাক্না হায়রকই, ফরে, পীগে পীয়ু পীরোই তোকউ তশেং-তশেংনা হায়বা ঙম্নবদি, হায়য়ু ঐবু করি পীজগনি হা ইচে অচলা?

মশাগী মমিং অত্থমক্না মশাগী মনাকোঙদা অচাকপা মৈরিগুম চঙখ্রে অমস্থং থংনবা মিংকূপমক্তদগী হৌনা জ্ঞান তংখায় অমা তাবগুম, তংখায় অমনা তাদবগুম তৌত্থনা অচলা অত্থ চপয়ুংনা অত্থম্মক ফমত্থনা লৈখ্রে।

বীণাপাণিনা হায়থরকই, ইচীন ইনাউ ঐখোয় অনিনা অত্থক হান্না লানখিবা নত্তে ঈচে, লাল্লিবদি ঐখোয় ঐখোয়গী নিপা অনি অসিননি। লাইহৌ কনখৎলক্লবদা অমনা নঙগী অশেংবা নমিং অত্থ পনখোরক্লে, অত্থগা মত্থ তারগা অমনা মত্থদগী নঙগী অশেংবা পরিচয় অত্থ খন্দুনা পুখোরকলে।

থরায়-থাগদবমখৈ কন্না হোৎনত্থনা অচলানা মথক মথা থোক্তথোক ওল্লবা মাগী থম্মোই লকা অদূবু লাকশিন্দুনা থম্নগা হংলকই, অশেংবা পরিচয় হায়বদি করিনো তাসিদনা?

বীণাপাণিনা হায়রকই, অশেংবস্থ ওইসন্থ, ওইরমত্রবস্থ তোকসন্থ ঈচে,

অহুগা মহাক অসি ইপণ্ড, পঙ্কমাক্তি নত্তে হায়বসিমদি মহাকন্থ য়াম্পা তাই। মানা নোংমা অহিং অমা ইখণ্ড খঙ্‌হৌদনা চঙলাক্লুনা হায়রে, নঙ্গী নচে অচলাগী মতৌ অসি নহাক খঙ্গলবরা ? মহাক অসি মযুমদগী চেল্লকপী অমনি। ঐনা শাউনা হায়খি, চখোকউদা ; চালাকি-ককা তৌরকমুমে। ইচেনা মসিবু তাগ্রবদি মশোক অসিমগী নঙবু নশক য়েংবীগ্ররোইদবনি।

অচলানা চৌকিগী খুৎপায়কমদা মখুৎ অমিনা ফিকম শেন্নলগা কপ্পা পায়হুনা খাঙখরে।

বীণাপাণিনা হায়থরকই, মহাক্লা হায়রকই, মানা ঐগী ইমায় য়েংবীগে য়েংবীসন্থ, য়েংবীরোই তোকসন্থ, হায়রিবসিমদি অচুম্বনি, মসি ঐনা রাশক্লুনা হায়বা ঙমগনি। মচে-মনম্মগা খৎনরকপবু ওইরবস্থ, মনেম মকুগা তিন্নবা য়ারক্কবনু ওইরবস্থ মহাক্লা মপুবোয়বা পুমগা মযুম থাদোরকপানি। সুরেশবাবুগী মতৌ মওঙ য়েংলগদি ঐনা থল্লি, নঙগী নচে অসিনবু হুকুম তৌরবদি মাবু সমুদ্রদা লুপথখরো হায়রবা ফাওবদা মাই হায়নবা মাগী মপাংগল লৈজদে। মথং তারকপদি—হন্নুবা-হন্নুবী অহুনা পৃথিবী শাৎনা কোয়থি থিরগা কথা-লাউনা থেমতুনা মচা-মমো অনিবু মযুমদা হেক পুশিল-লদ্রি মথৈদি মথোয় অনিমক কন্নিগুম্বা মফম অমদা মশক-মমিং লোত্তুনা মী খঙহন্দনা অজ্ঞাতবাস তৌহুনা লৈগনি অসিনিদনম। মসিনবু অশেংবা থোদোক নৎলমত্রবদি নঙনা ঐবু—

ঐনা হায়খি, যরে, মতুম্থ ওইজরো, অদুবু গাড়ী মঙ্গুংদা, ঐগুম্বী শকখঙনদবী অপঙবী নুপী অমগী মকাদা ইচেনা ওইদবা অমা হেক্কমক হায়-জিনবগীবু কন্নি কান্নবা লৈগ্রিবনো ? মতুদা মহাক্লা নোক্লুনা খুম্নকই, নঙগী নচে অসিনা নঙগুম্বা কৌশিং চাউবী অমা ওইরম্নবদি কন্নিম্থ বেয়া থাংলমৎ লোইদবা ! অদুবু অদুগুম্বা মীওই অতুদি মহাক খক ওইদে। নঙগী মযুম ভিহরীদনি ; নিনিগী মতুংদদি ভিহরীদা থুংলগদবনি হায়বন্থু হেক তাকপা মহাক্লা অচলাগী মহুত্তা সুরমা, ভিহর্রীগী মহুত্তা জব্বলপুর-যাত্রী অহুপা হিন্দুগী মহুত্তনা ব্রাহ্ম-নুপী থংওই ওইরকখিবমি। নঙদি মসি ফাওবা থঙদে রাক্ষুসী, টিকেট কক্লুনা জব্বলপুর তাম্না চৎলম্নবা মথোয় অহুনা গাড়ী থংওন ওন্দুনা অশোমদদি কন্নিগীদমক [illegible]দোরিবনো, অহুগা অমাবা মচা-মন্না পুমগা কনাগুম্বা বাঙালী ইমুং অমম্নদি থুংলত্রহুনা হিন্দুস্থানী মুন্দা অহুক লাম্না চহুনা ইতেক-তেক, ইহো-হোরবা মীখুৎশঙ অমগী, মতুংদদি কন্নিগী-দমক কোকথোং থাক্কম থোকপানো ? হায়না হায়না বীণাপাণিনা খঙহৌদনা

মাকল্লোমদ্রা নোঙ্ঘরক্তুনা অচলাগী মঙক কোনশিল্লগা হুংশিবনা থুঙ্মাংলদ্রুনা মনাকোঙ ময়াদা মথায় নকশিল্লগা লোম্না লোম্না হায়রকই, হায়রু ইচে, কর্মি তৌনরবগে ? কৈদৌঙৈদসু ঐনা কনাদসু করি অমত্তা হায়দোকলোই— নত্তাকপু শোক্তুনা বাশকলিবসিনি।

বীণাপাণিনা মচীন্দা, মথোয়গী অশেংবা মরম পুথোরকপগী ইনং-নত্রবা ইতিহাস অদু তাবদগী অচলাগী মশা অপুম্বদু মাগী মরূপ অদুমক্তা কোনশিন কোনশিন্না মথবায় পান্দবা পোংশক অমগুম লেকথরক্লে। মপোক অসিমগী ওইবা মথা তানিঙঙাই লৈত্রবা অদুগুম্বা ঈকাইবনা মশক পান্দুনা খোঙফম অমমম ওইনা কদোম্বদগীনো অস্নুম অস্নুম চঙশিল্লক্লিবদু মহাক্না অস্নুম মুন্না য়েংদুনা লৈখি, অদুবু ইখঙমক হেক খঙহৌদনা মহাক অদুনা খনফম খঙদবা মঙঙদা মমায় থোক ৎম্থোক্তুনা অতোম্বা লম্বী অমরোমদা অমুক চথোকখিবা —মহাকপু করিস্নু শোকলম্বা ফাওবা তৌখিদবা, মতম অদুর্দাদি অদুক মবাং-কায়না থোক্লরবা মরাইবক ফবা মতৌ অদুবু পুজ-থাংজবা ওম্বগী মপাংগল মঙোন্দা লৈখিদ্রে। মমিৎ অনিমক্তগী শিন্থবকপা তৎপা লৈত্রবা পিগী ঈচেল অদুতং নত্তনা হিংলি হাযবগী করিগুম্বা খূদম অমত্তসু মতম কুইনা মাগী মশাগী কবিগুম্বা মকম অমত্তদসু ফাওরকপা লৈখিদ্রে।

অস্নুম্না মতম কয়া হোৎখে। বীণাপাণিনা মশাগী ফীজিনা হম্না হম্না অচলাগী মমিত্তগী পি তৈথোকপিরগা হুংশিনা চান্না অমদি থোঞ্জেন মেঙনা হায়রকই, ইচে সুরমা, নঙনা চহি হল্লবসু ননাউ নুপীনা হাযজবা অসিমক্তংদি তাবীয়ু, হুজীক্তি নযূমদা অমুক হল্লো। ঐনা হায়রিবসিনি, হন্দকী নখোয়গী যাত্রা অসি কয়া পাঙদে। কয়া বানা হোৎনরগা য়োংকী খুজী অদু নখুত্তা লেঙদনা অদুম লৈরিবনো য়েংউদো ইচে, অদুনা পুক্লো পারৌ শাউদুনা গুরুজনশিংবু, অমুক বাহল্লগমু, মখোযগী মরমদা অমুক করিসু খল্লুরগমু। নিপা মযুমদা ইকোক নোম্না চঙদুনা হপ্পিঞ্জখিববু করিগী ঈকাইজক্লগদগে, করিবু চোপফম লৈবগে ইচে।

ঙাইহাক তুমিন লৈক্করগা মহাক্না অমুক হায়রকই, করিগী তুমিন লৈরিবনো ইচে! চৎলোই হায়রিবমা? অহল্লম্মনগী মথক্তা শাউদুনা মুখ থাদোক্লম্বা অসিদা সুরেশ বাবুদি থক হুংঙাইজত্রবনি। নঙগী নচীন্দগী বাড়ি অসিবু তাঙবা কংলবদি মহাকী পেঙকতম্মক ওইগদবনি, মসি ঐনা মচোম্না শেংনা হায়রিবসিনি।

অচলানা হন্দক্তি মথিং উইশিল্লগা চুম্মা ফমলে। য়েংখোরকপদা উরে, বীণাপাণিনা অহুমক খোয়াংবা মিথয়েংনা মায়ু য়েংহুনা লৈরমলি। শাক হেক থুমদোকদবহু মহাক্কা অহানবদদি ওস্থোক্কা শাথীনা ঈকাইরম্মী, অদুম ওইনমক তুমিন্নত্তা অদুম লৈবনা মূপী অসিদগী নাম্থোকপা থক য়াগদবা লৈতে হায়বসিগী মরমদা করিস্থ চিংনবা অমত্তা লৈরক্ত্রবদগীদি ঈকাই-ঈকি পূক্নমক নমহুনা থাদোকলগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, য়ুমদা অমূক হনখিনবা ঐখোয়গী লম্বী লৈত্রবনি বীণা।

বীণাপাণিনা থাজবা ওমত্রে। হায়রকই, করিগী লম্বী লৈত্রিবা? ঐনা নঙবু থঙবা কুইত্রি চুম্মী, অদুম ওইনমক থঙলিবা থম্না অসিনা মরম ওইহুনা পৃথিবী পূম্নমক্কী মমাঙদা লেপ্লগা রাশক্তুনা হায়বা ঙমগনি মহুদি; করিগুম্বা মায়কৈ অমত্তদস্থ নঙগী লম্বী ককখিবা য়াবা অহুগুম্বা করিগুম্বা থবক অমত্তস্থ নঙাদ তৌজবা ঙম্বা মীওই নত্তে। অদু ওইরবস্থ মরে, নঙগী নিপা মযুমগী ঠিকানা অদু তাকউ, হংচিং অয়ুক্কী গাড়ীদা ঐখোয় য়ুমদা চংকদৌরি, ঐ ইশামক্কা বাবাগা লোয়ননা নখোয়গী নয়ুম অদুদা চংলুগে, হন্নুবা-হন্নুবী অনি অহুনা কম্রি থুম্নকপগে য়েংগে। নঙগী ননেম-নকু ওইরবনা মখোয় অদু ঐগীস্থ ঈনেম-ইকুনি—মখোয়গী মনাক্তা চঙহুনা লেপ্পুবদা ঐগী করিস্থ ঈকাইক্কফম লৈতে।

ইথং থংনা অচলানা হায়রকই, হাইমা, নখোয় হংচিং দেশতা চংকনি হায়বদি করিস্থ তাদেনা? অসিদদি কনা-কনা লৈহৌগদৌরিবা?

বীণাপাণিনা হায়রকই, কনাস্থ অমত্তা লৈহৌররোই, মীনাইগা থোঙ-শঙবগা অনিতনা য়ুম শঙহৌগদৌরিবনি। ঐগী ইনেমহল (ইকু-অহলমা লোবী) অদু নাহুনা লৈরিবা কুইরে, মহাক হিংগনি হায়বা উত্রে—ঐখোয় পূম্নমকপু মহাক্কা অমুক্তং উনিঙই হায়রি।

অচলানা হংলকই, নখোয়গী নিপা মযুমদি কদায়দনো?

বীণাপাণিনা হায়রকই, কলকাতাগী পটলডঙ্গা হায়বহুদনি।

পটলডঙ্গা হায়বা মমিং অসি হেক তাবদা অচলাগী মমায় অদু কংশিনখ্রে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, বীণা; ঐখোয়স্থ অহুদি হয়েংমক য়ুম অসিদগী চংথিবম থোকলে। অদুম লৈবদি হৌনদে।

বীণাপাণি অদু নোকখোরক্লে। হায়রকই, নখোয়বু য়ুমদা হলহনখিনবা

অম্লুক য়াম্না হায়ৎজ-চৎচা তৌরিবনি হায়না খল্লবরা? হজীক্তদা খঙবা ঙমলে, নঙদি ঐনা হায়বা রাহৈ অতুগী অর্থদি অতুনি হায়না লৌরম্নিবোই-রেকো! নত্তে ইচে, ঐনা লানথ্রে, নঙবু কদাইদসু চৎলু হায়না অমুক হম্না ঐ হায়গ্নরোই। থাংপোক-শঙ অসিদা নখোয়না হেক লৈবীনিঙলিমখৈ লৈবীবদা ঐখোয় কনাগীসু আপত্তি লৈতে।

অদুবু অতুক ভুরাম ভরাম কৌশিনবীবা অতুদসু অচলানা করিগুম্বা পাউথুন অমত্তা পীবা ঙমথিদে। মিৎকুপ অমত্তং তুমিন্না লেপ্লগা কুচু তাইফেৎ তাইনা মহাক্না হংলকং, নখোয়না চৎপা অসিবু তশেংনমক লেপ্লবরা?

বীণাপাণিনা হায়রকই, লেপ্লবমক্নি। ঐখোয়না তোংগদবা গাড়ী ফাওবা ঙসি রিজার্ভ তৌক্লরবনি। বাবাগী ঈমুংদা অমুক্তং য়েংশিল্লুরবদি উবা ফংগনি, পোৎ চৈ অয়াম্বা লোইশিন খমজিনবা লোইরবনি।

মীনাইম্লুবী লাকুনা থোঙজীন ময়াদা লেপ্লগা হায়রকই, ইবেম্মা, ইমা-ইবেম্মনা চাকশঙলোমদা অমুক্তং কৌরিমাল্লে।

লাক-এ, লাক-এ, হায়দুনা মহাক্না নোকমি নোকমি তৌদুনা অমুক হম্না মপাম্বোম অনিনা অচলাগী মঙক কোনশিল্লগা মনাকোঙ ময়াদা লোম্না লোম্না হায়রকই, মীগী মী মক্তা ক্রক-ক্রক ঈম্লনা লৈবদগী অম্লুক কুইবসি নখোয় কয়া রানা লেম্লব্রনো। হন্দক্তি ইহাঙ হাঙলে,—কনাসু অমত্তা লৈত্রে—লোয়রং শীংখোঙ ওইদী ঐ অসিসু লাপথোকখ্রগনি—হন্দক্তি য়েংঙোয়, খঙলেদনা ইচে-হুংশিবী? হায়দুনা খুদোল অনিথক্না মক্সপকী মখজাইদা কল্লপ নম্লগা থুনা য়াঙনা মীনাইম্লুবীগী মতুং ইন্দুনা চৎখ্রে।

মরাইবক ফবী মো মচা অসিনা হাইফেৎ হুংঙাইবা—খা-মায়গৈদগী হুম্লকপা অপীকপা শঙম মচা অনগুম মখোঙ য়াংনা য়াংনা থাংদুনা মিৎয়েং রাংমা লাম্না চখোকখ্রে অদুবু অচলাদি, নাপচিক্না হায়রম্বা মাগী অরোইবা রাহৈ থরা অদুবু মনাকোঙ অনিমক্তা হাপ্লগা নুংনা-শাবা-মূর্তিগুম মফম অদুদা অতুম্মক লেঙদনা ফমদুনা লৈহৌরে। ঙসিগী অহিং অসিগা হয়েংগী হুমিৎ অতুগা আসিতমক ঙায়রে। অতুদগীদি অপনবা, অথিংবা করিসু অমত্তা লৈখ্ররোই—মী লৈত্রবা চীক্লবা দলান অসিগী মঙ্গুংদা—অনকপদা অমদি অরাম্নদা, মাগী মমিৎনা হেক উবা-তাম্বা ফাওবদা—ওইরকদবা তুংগী মঙ্গুং অতু ফাওনা মমিৎ পাঙথোক্নুনা মানা য়েংলবলে—মহাক মথক্তগা অমদি মুরেশকা অনি অমৈদং নত্তনা অতৈ করি অমত্তবুসু মানা উজবা ফংথিদ্রে।

# কুহ্ন নিথোইগুবা তাংকক

মী লৈত্রবা দলান অসিগী মনুংদা সুরেশ মথন্তগা লৈমিন্নদুনা পুন্সী লেনগদবা অতুগুম্বা ফত্রবা ক্ষেনফম অতু মিৎকূপ থুদিঙগী অন্নুম অন্নুম নকশিল্লক্লে। অপনবা লৈত্রে, করিগুম্বা অমত্তনসু মরক থত্রে, ঈকাই-ইকিন্নু লৈত্রে—ঙসিদি নত্তে হয়েংনি হাযদুনা করিগুম্বা মন্নম অমা হায়জিল্লগা যেথোকনবগী তাঙ্গা ফাওবা ফংলগদবা নত্রে।

বীণাপাণিনা হাযরম্মী, ইচে সুরমা, নিপা মযুমদি নশাগী নয়মনি, মফম অদুদা লু-লুক্না চঙলুবদা নুপী ওইবীগী থক ঈকাইফম লৈত্তে।

ৎস্তোকপনি। মাগী কনা লৈরিবা, করিনা লৈতবা হায়বগী জমা থরচকী হিসাব অদু থন্নীনবা মাগীদি অন্তর্যামী নত্তনা অতৈ কনা অমাঃ লৈরিবা। অদুম ওইনমক ঙসিসু মহাক মশাগী মপুরোয়বা লৈজরি অদুগা মশাগীনি হায়দুনা লৈজরিবা ফত্রবা যুম্ফম মচেং অদু হুজীকসু পৃথিবীগী মনুংদা মশীং চনবদগী মৃংখিত্রি। ঙসিসু মহাক্না মতুগী ময়ায়দা চঙদুনা মিৎকূপ অমত্তসু লেপচক্লবা য়ারিবনি।

ফারবা লমশা-গী মমিত্তগী মপানগী অহাঙবা অসিবু পুমথৎ হেক থৎখিত্রিমখৈদি মহাক অতুনা মফম অমত্তদা হঞ্জিন হঞ্জিন্না অতুম্মক মকোক গুজিন্দুনা শিজনবা তৌবগুম মাগী লাকঙমদ্রবা মপুক্লিঙগী য়ক লাঙ্গনা পামজবা মতৌ অতুনা মাগী মবুক মনুংদা হাহাকার লাউদুনা মপান থোক্লবা লম্বী থিবতদা মথন্তা শিজগদৌরক্লে। থংনবা কা-অতুদা সুরেশনা নিঙ্গাইবা লৈতনা তুমজি, ময়ায়দা ফাৎলিবা থোঙ অদু হাইক্লেং হাংদোকলি অতুগা মতুগী শোম থংলকপা মচি অমদনা লৈমায়দা ফক থাদুনা কম্বলনা মখোঙদগী মকোক ফাওবা কুপশিল্লগা হিন্দুস্থানী মীনাইদুবী অতু ইশি শিনা তুমজি। য়ুম পুম্নমক অতুগী মনুংদা কনাসু তুম্নদনা লৈবগী করিগুম্বা শব্দম অমত্তসু ফংখিত্রে—মহাক মথন্তদি মৈতাল মথক্তা হিগু্না প্রোক প্রোক চাক্লা খুনঙজি। কমুং আন্দবী মথক্তা নহানমখৈদি বীণাপাণিনা মাগী নাকন্দা খ্রীপলহনি, অদুবু ঙসিদি মাগী মপুরোয়বা অদু সুংলয়দুনা মশাগী কা-দা হিপখ্রে, মসিগী বাথক্কা লংজীন ওইদুনা মথোঙ-মরম থঙজদ্রবা, চৈনামথোয়া লাকহৎলবা মশাগী থম্মোই অতুনা ইথঙ হেক থঙহোদনা করিগুম্বা মথোক্কগী ক্লোনশিনগ্রবা কা-অতুগী মনুংদা লৈরা তুমগুন হুমগ্রবা ফাংথোন অদু তম্না য়েংশিল্লুরদগী

ফল্লক-খ্রিহৌবা, অমদি তোম্ববা মতৌনা ঈকাইবা মবীক মরীক ওইনা পোক-খায়রক্লুনা তোকত্রা হায়বগী কিজবমক্তনা মহাক মশানা মশা মথম্ববু হেক শুম্বমখৈ হোৎনম্বুনা চিংথোকচরক্লেদি হায়ববু মত্থগা লোয়না লোয়ননা মশা পুম্নমক্তি অকনবা নোংথাঙনা শোকপগুম থক থক নিকপা হৌরকলে।

নক্লবা কা অমগী ঘড়ীদা পুং অনি তারক্লে। মশাদা শুপলম্বা ফৈজুপ অত্থু হাইদোক্লগা হৌগত্তুনা হেক ফম্বদা মানা খঙলক্লে, নিংথম থাগী অহিং অসিদা-ফাওবা মাগী মরাইবক্তা অমদি মমায মাযথোংদা হুমাং মরীক মরীক কারমলি। মতম অত্থুদা ফম্মুংদগী হৌগৎলগা লুথুম-লোমদা ফাৎলিবা মীহুৎ-থোঙ অত্থু হাংদোক্লুবদা উরকলে, হেক মমাঙমক্তদা শিথরকপা লিপাননি পানবা থা-মচেৎনা ঙাল্লমলি অত্থুগা মেঙলবা থোৎলবা মত্থুগী মঙালনা শোন-তুরেলগী শংত্রিক শংবা ঈশিং অদুবু যাম্না লাপ্পা ফাওবা ঈবং ঈরং লংহনখ্রি। অথেঙবা অহিংগী ঈংলবা হুংশিৎনা মাগী শাববা মবাইপক মথক্তা হুংশিনা চাম্না নানবীরকলে অমসুং মফম অত্থুদা, মীহুৎ অদুমক্কী মপাদা যমথহুনা মহাক্লা মাগী চয়েৎনরবা মরাইবক্কী পোলোই অত্থু অস্থুম থল্লকলে।

অচলানা রাফম অসিমদি লেপ্পমক থঙখি মত্থুদি, অসিগুম্বা শাপ ফংলবা মরাইবক থীরবা মাগী মপুন্সী অসিদা য়াওজরিবা অচুম্বা থরা অত্থু—মত্থু পুম্নমক অত্থু মীগী মমাঙদদি অঙকপা উপন্যাস অমগুম্নতা থোক্লগনি অত্থুগা অসিগুম্বা রারী অসিগী অহানবা লংলা-লংজীন পুথোকপা হৌখিবা অত্থুগুম্বা সুমিৎ অত্থুদগী হৌনা পুন্সী অসিদা অচুম্বগী কোমায় উপশিন্দুনা কোয়না উৎখিবা অত্থুগুম্বা মীনম-শোবিবা ময়াম অদুবু মথং মথং অস্থুম অমমম ওইনা নিঙশিংলুবদগীদি শাউনিঙবা, হুংনাঙবা অমদি পূক্লো-পায়ৌ চাউবা মতৌনা মমিত্তা মপি শিস্থরকখি অমসুং মাগী মথোন কাজবা মতমগী ইহান হান্না ফংজরবা অত্থুগুম্বা হুংঙাইবা অদুবু অস্থুম তৌনা মীনম-শোরিবতনা মশক থীজিলহনবীখিবা, নোক্লনিঙঙাই ওইবা পোৎশক অমা ওইহন্দুনা জগত পুম্নমক্কী মমাঙদা মওঙ অস্থুম্না পুথোকপিবদা থজীক্তা ফাওবা হুংশিবীবা লৈখিদবা অত্থুগুম্বা থম্মোই-পান্দ্রবা, হুংশিবা খঙদ্রবা নোংদম্বা লাই অদুবু অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা মহাক্লা ভগবানমক্তি হায়না থনবা তমজখিবা ওইরবদি অত্থুগুম্বা মানা তমখিবশিং পুম্নমক অত্থু অরেম্বনি, কম্নিস্থু কাম্নদ্রবনি। মপি তৈথোক তৈথোক্লা মহাক্লা হন্না হন্না হায়রকই, হে ঈশ্বর! অম্বুক চাউরবা নঙগী তাইবঙ মালং অসিদা লাইবক থীরবী অসিগী পুন্সী অসিদং

নত্তবদি ফাগি তৌতুনা সুংঙাইবীবা য়াবা উৎ-যাইগুম্বা অত্তুগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমত্তসু লৈখিত্রবরা ?

মপুক্সিত্তদা অসুম হায়রকই, ঐনা কদাইদা লৈরম্বনো অত্তুগা সুরেশনা লৈরম্বনা মফম কৈদনো ! ব্রাহ্ম-ইমুংগী মমি নেৎলুবা কাওবদা তুককচবা অমদি ঙমখৈ লৈত্রবা কলঙ্ক মিহৌফম ওইরম্বা মী অত্তুমক্তা নোংদম্বগী মীনোক্তা মরম ওইত্তুনা ঙসিদি অপাম্বা মিহৌবগী লোইবা খম্বা লৈখিত্রে । মানা নোংমত্তসু সুংশিরক্তিবা মী অত্তুমক্তা মহাক্কী মথরায়দগী হেন্না সুংশিবনি হায়বা চুমদবা ৱাফম অসিতবু পুম্নমক্তা খঙনত্ৰবা ? অত্তুগা ইচুম চুমজবা অত্তুনা কদাইদসু কনাগী মকাদা মাগী চঙজফম লৈত্রবা ? অত্তুগা চুমদবা অদুবু মহাক মশামক্কী মচীন্তুদগী অস্তুন্না শন্দোক্তবসু য়াখিত্রবা ? নোংদম্বগী অসিগুম্বা অসুক চাউবা তায়োন্নবা মতৌ অসিবু কনাগী মরাইবক্তা কৈদৌঙৈ থোকপা লৈত্রবা ? য়াম্না ৱানা মহাক্তা মপুরোয়ববু ফংজখিবনি, অদুবু মসিদা মহাক্তি খাঙবা ঙমখিদে—মাবু খমথেংনা ৱাহম্নবা অচৌবা নম্বো অমগা লোয়ননা সুরেশনা খঙহৌদনা নোংমদি শিরাপ খোনগুম্না মখোয়গী দেশকী ময়ুমদা থুংলখি । সুংঙাইজরবা মাগী মহুম অত্তু চাক্তুনা মাঙত্রে অমসুং মত্তুগা লোয়না লোয়ননা মাগী মরাইবক অদুসু চাকথেক্তুনা উৎ ওইত্রে হায়বসি য়েৌনা খঙজরক্তবা মতম অত্তুদনা মশা লায়না পুরবা মপুরোয়ববু করিগী অমুক মাগী মতম্বাক্তা পুরক্তুনা থম্বীরম্বিবনো ? মপোক অসিমগী ওইনা মাঙজরম্নগদবা অত্তুগুম্বা মহাক অদুবু সেবা তৌজরগা অমুক মাবু মপুং-ফানা ফংজসনু হায়না নোংদম্বা লাইনা খনবিখিবা ওইরবদি করিগীদমক্তা ঙসিনা ঙমখৈ লৈত্রবা অৱাবা-থুদোংথীবা, ঈকাইবা অমদি মিংচৎ থীবনা মাগী শক্তক ওইরম্বিবনো ?

অচলানা মখুৎ অনিমক লোম্নত্তুনা স্বর-ফুনগৎনা হায়রকই, তাইবঙ পানবগী মপু-ও হে জগদীশ্বর ! অনা লায়কোক্তক্তবা ইপুরোয়বগী সুংশি হৈবা আশীর্ব্বাদনা মরম ওইত্তুনা ঐনা লঙজখিবা ইরাল পুম্নমক্কী প্রায়শ্চিত্ত লোইত্রবনি হায়না ঐবু নোংমদি থাজহনবীত্রগা, অসুক শাথীনা থুদোং থীবা মরক্তদি করিগী অমুক লংশিনবীরম্বিবনো ? ঈরাং অসুক য়াম্না থোরক্তত্রবমক্তদসু চিংনবা করিসু লৈতনা সুরেশপু লোয়নত্তুনা চৎমিন্নবা হায়রবা অত্তুগুম্বা ইরাল অত্তুদি তাইবঙ মীরমলেন অসিদা ঈশিংনা চামত্তুনসু কোক্তদবা লৈত্রবনি, অশীবা মিংচৎকী দাগ অসিদি অমুক হুম্না মুৎত্ররোইদবনি—অদুবু খঙদ-উদবা লৈতবা হে অন্তর্যামী ! মহাকমক্তসু শেন্নান্নবা খাঙবিবা মতৌ

অমত্তা উংখিদ্রে, অহোয়নত্তুম তপ্না মেওনা হায়রকই, কা-অসিদা চঙলক্লিবদি করিগ্নীনো ?

সুরেশ তুমিন্না লৈ। রা ঙাঙবা ওম্লনবা মখোঙ্গেন বাংপনা পাউখুম পীবা ঙমদ্রমাগ্নে।

তপ্না তখা মীহুথোঙ অত্তু থিংজিল্লগা অচলানা হায়রকই, ঈংমনবনা নঙগী নখূৎ অত্তু নীক্লে, চৎলো, নখোঙদা করিসু য়াওদনা অত্তুম লেপ্তুনা লৈরগনু—নঙগী কা-দা চঙ্‌হুনা হিপ্লু-চো।

সুরেশকী মমিং অদু ঈস্নং লংখৎলক্লে, অত্তুগা মখোঙ্গেনদি তনিক তনিক্লে—অচলাগী মখুৎ অদু চিংশিন্দুনা মখুৎ মনুংদা পায়শিল্লগা মখোল শেংফাত্তনা হায়রকই, অত্তু ওইরবদি নহাকসু ঐগী কা-দা চঙলকউ।

মিৎকূপ অমত্তুং রা ঙাঙবা থোক্তনা ইঙক ওক্লা মাগী মমায় য়েংলগা অচলানা তেন্না খুল্লকই, ঙসিদি মস্তে। অসি হায়না হাযনা মহাক্লা মশাগী মথূৎ শত্তোকখরে।

অসিগুম্বা অতক্লা—অথিংবা মতৌ অসিগী মত্তুংদা ফুমলিবা অশেংবা অদুবু কবিনো হায়বা তশেংনা খঙবা ঙমদ্রবা সুরেশনা তুমিন্না অত্তুম্মক লেপ্তুনা লৈথি।

মঙোন্দা হন্না য়েংবা তৌদনা অচলানা অমূক হায়রকই, ঐবু তুমদে হায়বা খঙবদগী নঙনা কা-অসিদা চঙলক্লিবরা ?

সুরেশনা হাইফেৎ মথরায় মুংঙাইতনা হায়রকই, নত্রবদি নঙবু তুমলি হায়বা খঙবদগী চঙলক্লিবনি হাযনা খনবরা ?

হে মীওইবগী আশা। অচলানা মমায় লৈশিল্লক্লগা হাইফেৎ নোক্লকই। পীক্লবা থাউমৈগী শোল্লবা মঙাল মরক অত্তুদা ফাওবা সুরেশনা অসিগুম্বা মচীন তুম্লবা অমদি কল্লবা মীনোক অসিবু উদবা তৌথিদে। মীনোক অত্তুনা তশেং-তশেংনা হায়রকলে, হায়—অয়ম্বা নিপা! তুমলিবী নুপীগী কা-দা হুরানবগুম চঙবা হৌনদবনি, ঙসি ফাওবদা নঙগী নশাদা অত্তুগুম্বা নিপা ওইবগী অচৌবা নগুণ অদুবু চেল্লি হায়না হায়জবা শান্নিবরা ? অদুবু মচীন্দদি করিসু হায়রকপা তৌথিদে। ঙাইহাক লৈরগা মীহুৎ অদু থাদোক্তুনা লেপ্লগা তপ্না তখা হায়রকই, নঙ অপা ওমত্রিবনি, মিৎশেঙ থাঙদুনা লৈরগনু—চৎলো, তুম্লো। অসিদং হায়রম্লগা তপ্না তখা কল্লুগা চঙলক্লুনা কল্লল কৈত্তুপ অত্তুনা মখোঙদগী মকোক ফাওবা খুমজিন্নুনা হিপখরে।

তৌকম খঙদবা মওঙদা স্থুরেশ অহু মফম অহুদা ঙাইহাক অহুম লেপ্তুনা লৈরন্নগা নাশোন পীকপা খোঙথাংনা মশ গী কা-দা অমূক চঙখরে।

## কুন্থ্রা হুমদোইশুবা তাংকক

নিপা-নুপী মীনাই অমা অনিদং নত্তনা যুমগী মী পুম্নমক্না কলিকাতাদা চৎনখিবা ঙসিগা থানা মুমিৎ মঙা-তরক্নি শুখরে। চত্রিবদি যুম্নুরেল অহুতা মঙায়বে। তঙাইফদবা করিগুম্বা থবক অমা লৈবদগী মমৈদা মহাক লৈথহৌবনি। মুমিৎ কযানিমক্কম অসি মরম্নাই থবক্তা বাইচিল্লকপনা বাম-চরণ বাবুবু অহুক হাক্না তোযনা মশক উবা ফংলক্কে। খঙহৌদনা ঙসিদি অযুক যাম্না ঙল্লিঙৈদা মহাক্না খোঁদেমহুনা মথক্কী মাংগোল তাম্না লাকলগা স্থুরমাগী মমিং ফান্দুনা কোযকো কৌবক্লে।

নিংথম মুমিৎকী অযুক অস্থুক ঙল্লিঙৈ মতম অসিদদি কনাস্থু অমত্তা হৌগৎনদ্রি, মাবু কৌবা তাবদগী অচলানা তফিং তর্ফিং থোঙ হাংদোক্লগা মপান থোরক্নুনা লেপ্লরে অহুগা থংনবা মিৎকূপ খবতগী মন্নুংদা স্থুবেশস্থু অতোপ্পা থোঙ অমা হাংদোক্নুনা মমিৎ নোইনা নোইনা মপান থোবক্লে। যাহৌনরকপদমক ঙাযনবিবা মতৈ-মনাউ অনি অসিনা তোঙান্নবা কা অমমমদগী থোক্নবকপা উবদা হরাউ-হরাউ তৌজরম্বা অহল অহুগী মমিৎ অহু খঙহৌদনা ঙকচানখিহুনা চিংনবা পোক্লকলে, মহু স্থুরেশনদি উদ্রবস্থু অচলাগী মমিত্তদি মুংঙাইতবা অমা পোকখ্রে।

বামবাবুনা স্থুরেশপু য়েংলগা মুংঙাইতবা ফোংদোক্নুনা হায়রকই, ঐনা লানখ্রে স্থুরেশ্বাবু, কোয়রাউ হেক লাউদুনা মতম চাদনা তুম্বা থুগায়বা থোকখ্রমাল্লে।

স্থুরেশনা নোক্নুনা হায়রকই, করিস্থু লৈতে। মরমদি, ঐ তুমম্বা নত্তে, নত্রবদি মপান্দগী চুম্না কৌবীরকপদি লাযবহুনা পুংজাউমক থীন্দুনস্থু ঐগী কা-গী অচীকপা থুগায়বা ঙম্বীরমগদবা নত্তে। অদুবু অস্থুক ঙন্নদি—?

অহল অহুনা অচলাবু উত্তুনা হায়বকই, ঙসিদি ঐগী ইমা স্থুরমাবু থন্নদং ঙৎপা তারি, হায়হুনা মঙোল্লোমদা অমূক ওনশিল্লগা নোক্নুনা হায়রকই, ঐগী দোলাই ঙাইহুনা লৈরে, হুজীকমক চৎপ্রগদবনি, পুং অলি

অহুম তাদ্রিবা ফাওবদি হল্লকপা ঙমগনি হায়বা উদে ; অতুনা ইমা, অহুকসু থেঙনা হল্লক্লগা মৈশা অমূক লাংল্লদনবা অহল অসিগীদমক্তা চক্ষ্ৎলা ব্রাইফুৎলা থরদং ফুক্তুনা থম্বীরম্মু হায়বরু করি হায়বগে ?

গৌড়ীয়া তৌবদা থম থেংলবা শা-ঙা অমত্তা চাদ্রবা ব্রাহ্মণ অসিনা মশাগী নুপী অমদি মমৌ-নুপীনা থোংবা থাকপদং নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্তগী মথুৎ থক চাবা লৈতে। মহাক্কী চাক-শঙসু পুমতোপ তোপ্পা লৈ।

করি অমুক হায়রুগনি, হায়রিবা কা অসিগী মন্নুংদা পুন্নমক্লা চপ মান্ননা হেক্তমক চঙবা য়াবগী অধিকার লৈরমদে ; অহুগা মরক মরক্তসু মথন্তা মখুৎনা থোংজহুনা হেক হেক চাজ-থকচবদগী নুপী মথৈনা মুম থাদোক্লুনা দেশতা লায়না চৎনবা ঙমলিবনি। হৌখিবা নুমিৎ কয়ানিমক্কম আসসু মহাক্লা অহুমতা তৌহুনা লেল্লকপনি অদূবু খঙহৌদনা ঙসিদি শক-খঙ-মায়খঙনদ্রিবী নুপী অসিদা মতুগী থবক শিন্নগে তৌরকপা মতৌ অসিদদি মহাক্লা ঙকপগা অমদি থোইদোক্লা মী পুন্নমক্তগীসু মানা ইহেন হেন্না কিজবগনা চমন্নথরে।

রামবাবুনা অহুগুম্বা মাগী মকশিল্লবা মমায় অহুদা চিংনা য়েংলগা নুংশিনা চান্না হায়রকই, অহল অসিনা ঙসি হায়রিবসিবু করি মতৌনো হায়না খল্লিগনি ইবেম্মা ! চাবা থকপগী মরমদা ঙাঙবগা শকপগা অহুক বেরা থাংবা অদূনবু ঙসি তৌরিবসিদি করিনো ? মহু ওইজসনু। রাক্সুসীগী মথুৎ চাবদি য়ারগা নহাক্লা থোংবা চাক-ঈনশাংদি করিগী চানিঙলোইদবনো ? ফগে-ফসনু, ফৎলোই তোক্লসনু, অহুক থেঙনা হল্লক্লগা চফু-উয়ান তাই-নরবা ঐ ঙম্নরোই। হায়হুনা করিসু খুমদনা লৈবী অচলাগী মমায় অহুদা ঙাইহাক চিংনা য়েংহুনা লৈরগা নোক্তনা অমূক হন্না হায়রকই, নহাক্লা নপুক্লিঙদা শোয়দনা খল্লমগনি, অসুম্না ইখঙ খঙহৌদনা থন্নুংদা অহল অসিনা মপুক অসুক চাউথোরক্লবদি ঐবু অমূক ব্রাহ্মবসু চাকথোংবী হিন্দুস্থানী বামনন্নুবী অসিগী মথুৎ হেকমক চাবসু ময়ারবনি। নত্তে নত্তে, ইমা, মহুদি ওইবা য়াদে। ঙসি ফাওবদা ওইরিবা অহল অসিগী অমাং অশেং মতৌ অসিদি ইশাগী লোনচৎ শাজত্তসু অহুমঙায় অহুম্মক ফত্তনা মরৈরগদবনি—সন্ধ্যা-গায়ত্রী তৌদবা হিন্দুস্থানী পুজারীশিংনা থোংবা থাকপা চাক-ঈন-শাংদি শিরবা ফাওবদা ঐগী খৌজেঙ অসিদা য়োৎশিল্লু হায়বা থক য়াগদবা লৈত্তে। অহুগা ঐগী ঈচানুপী রাক্সুসীগা নহাক্কা মখোয় অনিমকপুদি চৈরক অসিদা অমত্তা ওইনা হেক্তমক লৌশিনবা ঙমলে হায়বদুমকসু অশেংবা নত্তে

অত্থমদি ওইরগা নঙগী নশক উবা খুদিঙগী অস্থম অস্থম খল্লকই, ইচানুপী অসিনস্থ মোংমত্তং থোং-থাক্লুনা ঐবু তুক পীজ-পীথকপা থোক্লবদি মদুবু ঐগী অন্নপূর্ণামক্তা থোংবা ওইবোই হায়বসিদি কৈদৌউদেস্থ ঐনা খল্লুবা ঙমলরোই। অদুবু ঐ অমুক থীস্থবা ঙমদ্রে ইমা, হায়নিঙবা খরদি লৈরি হায়ববু মদু হোরেল চানা-চা-না অত্থম মহায়রগে। অত্থগা অত্থগুম্বা মওঙদা হায়বা-থোংপা মতৌ অত্থনস্থ অশেংবা মহায় হায়বত্থ থোকনি। হায়ত্থনা অহল অত্থনা চংলগে হায়না হেক তৌরকফাত্রিঙৈনা অচলা অত্থ ইফিং ফিংলক্লে। করি হায়কম থোকপগে হায়বত্থ লেপ্লা ঙমদ্রত্থনা খ্বায়গী মাঙ থানা অহানবা মচান্দা লাকপা রাহৈ অত্থমা হেক্তমক হায়দোরক্লে, মানা হায়রকই, অদুবু ঐদি নিঙথিনা থোংবা হৈজদে। ঐনা থোংবদি বাবানা চাবদা হৈনবিরোই।

অহল ওইরবা রামবাবুনা ওনশিল্লক্লুনা লেপ্লগা হাইকেৎ নোক্লুনা হায়রকই, বা—মদুবু ঐনা থাজো হায়রিবরা ইমা?

অচলানা হায়রকই, থোংবা-থাকপবু পুম্নমক হেক্তা চপ মান্ননা হৈবরা বাবা?

অহল অত্থনা খুল্লকই, ঐনবু পুম্নমক মান্ননা হৈ হায়ত্রববনে?

অচলানা রাহৈ অসিগী পাউখুম পাক হেক খুনদোকফম খঙদ্রত্থনা তুমিম লৈত্রে। তৌইগুম্বস্থং সুরেশতি মফম অত্থদা অত্থম লেপ্তুনা লৈকত্থ ওইথোক্তবা ওইনা থোকখরে। তাইকেৎ তাইরবী অচলাগী মমায় অত্থদা মিংচিনা য়েংশিল্লুবদগী মানা রারিবত্থ শেংনা খঙবা ঙমলে। অহল অসিগী লোনচৎ-শাজৎ, অমদি মানা চংলিবা তৌরিবা হিন্দুগী আচার-ব্যবহারশিং অত্থনা অক্কবস্থ ওইসত্থ, ফংলমদ্রবস্থ তোকসত্থ, চুমগে চুম্লম্মু, লানগে লাল্লম্মু মহাকপু থোংত্থনা থাক্লুনা পীজরুবা হায়বা অসিগী মম্লুংদা থুপ্তুনা লৈম্লিবা মমথাক তৌবগী তুক্কচরবা মতৌ অত্থমদি অচলানা খঙজদবা নত্রে, অত্থগা লৈবাক মচা-তারবী চাওখৎলবী নূপী অসিগী খম্মোইনুংগী রাখল অত্থনা অসিগুম্বা লোনথুপ লোনজানবগী হক্লুবা ফজ্রবা খবক অত্থদগী মহাক মশাবু করিস্থ নাম্থোকহনবা ঙমজদ্রে হায়বসি মঙাল য়াওদ্রবী তাইকেৎ তাইরবী মাগী মমায় অত্থদা তশেং তশেংনা উবা ফংলত্থনা মায়কৈ অমত্তদস্থ হন্না য়েংলম্বা তৌদনা মমায় মমিৎ তাবা শাশিল্লত্থনা থুনা য়াঙনা সিঁড়িদা খনং

অত্থদি ঐ চংলে, হায়ত্থনা রামচরণ বাবাস্থ অত্থম্মক খুম্লেপকী থকুং

ইমথরে। মিংকুপ ফক্সমদং জ্ঞান মাঙতুনা লৈরুরবা ক্ষুংদা নমতুনা মশাবু মিং শিং-নাশিংহল্লগা কৌরবলে, অমুক্তা তাখিখো—

অহল্ব অতুনা হজিক্লকপদা উবে, সুরমানা কন্নিনো অমা হায়নিঙ হায়নিঙদি তৌতুনসু মমিং হন্থনা পাঙদুনা অতুম তুমিন্না লেপজি। খোঙফম থন্না চঙশিলক্লগা হায়রকই, অতুগা নঙোন্দা খঙহন্নিঙবা ন্না অমগা লৈরি ইমা। নঙনা কৈদৌঙৈদসু হংগোইবতু থাদোকপা ঙমত্রবনা, কন্নিগীনো থঙদে সুরমা—অঙাং ওইরিঙৈদদি ঐ তসে লৈকাই পুম্নমক্তুগী তা'য়ায়মা ওইরম্মী। নখোয়গী বাবাদগী ঐনা চহিদা নৌরমগদবসু নত্তে। অতু ওইরবদি ঐবু ইপলয়ায়মা হায়না হেকমক কৌবা য়াদবরা ইবেম্মা।

অহল অসিনা মাবু কা-হেম্না মুংশিবী হায়বসি অচলানা খঙজরম্মী। অসুম্না ইফোং ফোংনা মুংশিবীবা উৎলকপা অসিদা মাগী মিংলুদ্রা ঈন্না চেন্নকলে। মরম অতুদগী মহাক্না তুমিন্না চুম্নগী মঙক্তুং হায়তুনা মদুবু য়াবা খঙহল্লকই।

অহল অতুনা হংলকই, অতৈ কন্নিগুম্বা খবা হায়নিঙবা লৈবিবরা?

অতুম্না অতুম্মক লৈমায়দা তুমিন্না ঙাইহাক য়েংতুনা লৈরুরগা হন্দক্তি মশাগী লৈজবা মপাংগল পুম্নমক পুল্লপ পূনশিন্দুনা মখোন শেংফাত্তনা অসিদং হায়বকই, অদুবু ঐবু পোকপা ইপাতুদি ব্রাহ্মনি।

রামচরণ বাবু অতু খঙহৌদনা থংপেক হেক থংই। হায়রকই, অশেংবরা নত্রগা কলকত্তাদা লাকপা মঙা অমা তরা অমনা মুংঙাইবোই কবি ওই তৌতুনা নোংমা নিনিদং তুক তৌনরম্বা অতুগুম্বতুরা? মখোয় অতুনা ব্রাহ্ম-কাঙবু মবক্তা যম্নগা হিঁতুশিংগী শিংলী নাউরী ফাওবা চিংথোক্লুনা চৈবা মচৈ অতুদি তশেংবা ব্রাহ্মমক্সু কৈদৌঙৈদা মচীন্দা ফাওবা পীল্লকপা ঙমদে—অতুদগী ময়ুমদা হল্লক্লগা সমাজদা লেপ্লুনা অতুগুম্বা ব্রাহ্মশিং অদুবু অতুম্না অমূক চৈবা থাংবা তৌরকই, অতুগুম্বা মখোয়গী মচৈ-মরাক অতুদি হিঁতুশিংগী পুরোল তরা-মরি ফাওবনা কৈদৌঙৈদসু হায়দোক্লবা ঙম্নদে। অতুগুম্বতু নত্রদো ইমা? অতুগুম্বমক ওইরবদি ঐগী য়ানিঙদবা মচেং অমা ফাওবা লৈতে।

অচলাগী মমায় মমিং পুম্নমক ঈকাইজবনা ঙাংশঙ ঙাঙশিন্নাক্লং মহাক্না অসিদং হায়রকই, নত্তে, মাদি তশেংবা ব্রাহ্মনক্তি।

পাউমুম অতু তাবদা অহল অতু হাইফেং হজানরক্লে। অতুম ওইমমক

ঙাইহাক্তংগী মতুংদা মায়থোং মকায়াম্না অমুক হায়রকই, নঙগী বাবা অচুনা ব্রাহ্মনি হায়দুনা, অদুগী মথক্তা মচা নিঙোল ফাওবদা মতুগী মখাঙ তারক্লনা কিকম 'থোকপা অদুগুম্বা লম্মন অদুমক্তি হুজীক্ক নহাক তোনবা নন্দ্রেদনা। অদুগী মথক্তা নঙনা ধর্ম্মগী শব্দক য়ানিম্নরিবা মহাক অদুনা হিন্দু অমা ওইবনা ন-গুণনা মাগী মঙক্তা লৈতেংলিবনা, অদুগা মহাক্না অদুগুম্বা লংজা থরা অদুবু হুজীক ফাওবদা মীবায়ন্ত্রিবা ওইবনা নঙগী বাবাগী কর্ম্ম অদুনা হুজীক্তি নঙবু শোক্লবা ঙমগদবা লৈত্রে! নোক্তুনা হায়রকই, থেঙপ্রে, হুজীক্তি চৎলগে। অদুগা সুরমা, নঙনা ফনা লৌশিং তৌদুনসু অহল ওইরবা নপাল অসিবুদি ঙসি তাং তৌবা য়াদ্রেদো। ঙসিদি নমদুনা নহাকপু চাক থোংহনগদবনি। নহান নোংমা চবা হেল্লু হায়বদা য়ানিঙখিদবদু নঙগী বাবানা তম্বীরকপা শিক্ষা অদুগী মগুণনা ওইবেসে। ঙসিদি মদুগী মথোই-মরেপ লাকথন্তুনা লৌগদবনি। অসি হায়বগা মহাক অমূক চংখগদৌবগী তৌরে হায়বা উবদগী অচলানা হুজীক্তদা ফুম্বঙনবম্বা তৌকম খঙদবা মশাগী মতৌ অদুদগী নিংকুপ অনত্তংগী মনুংদা লাপ্তোক্লগা তশেং তশেংবা থোক্তাঙদা হায়রকই, ফরে ইপল-ইবুংঙো, ঐনা ব্রাহ্ম নুপীমক ওইবা থোক্লবদি ঐগী খুং চাবিরোইদববা?

অহল অদুনা হায়রকই, চারোই। অদুবু নঙদি মতুমক্তি নত্তেদনা। নঙদি মতু থক ওইবা য়াদে।

অচলানা হংলকই, অদুবু মতুমকসু ওইবম্বা থোকলো, অদু ওইরবদি ঐগী ধর্ম্মমত তোঙানবনি হায়বা অদুতনা ঐ অসিবু ইপল ইবুংঙোগী শোক্ল-শম্ন য়াদবী হেক্তমক ওইরমগদবা?

অহলনা হায়রকই, করিগী শোকহৈরোইদবগে ইবেম্মা, শোক্লহৈদবা নত্তে। অদুম ওইনমক নখুৎতি চারোই।

হিরম অসিদা ঙসিদি মহাক্না অত্তে রা য়াম্না খঙনিঙলম্মী। মরম অদুনা অদুম তুমিন লৈথোবপা ঙমদ্রদুনা হায়রকই, করিগী চাবিরোই-দবনো, হংগোইবীবনরা?

অহল অদুনা পাক হেক থুমদোরকপা ঙমদদুনা নুপী অদুগী মমায়দা মমিং কুপ্তুনা অসুম য়েংদুনা লৈরক্রে।

অচলাদি ঈকাই হংগোই পুম্নমক থাদোক্লম্মী, মানা হায়রকই, ইপল ইবুংঙো, ইপল ইবুংঙোগী চানবী হৈবা অমদি থোক্তানবীহৈবা মতৌ অদুনা

কয়াগী মতিক চাউবগে হাযবত্থু খঙকা মী পৃথিবীদা রাক্তনা লৈ হায়বা ঐ খঙই, অদুম ওইনমক ঐখোয়দগী হেন্না খঙবা মীওইদি কমাস্থু লৈতে। অদুনদি ওইরগা ইপল ইবু ঙোগুম্বা মী অমগী পুক্নিঙনা অস্থুক পীক্লমগনি হায়বসিদি ঐনা খল্লুবা ঙমজদে। ইপল ইবুংঙোনা মীওইবব্যু কমদৌনা অস্থুক শাথীনা তুক্কচবিবা ঙন্নিবনো?

লাঙতক্কবা মতৌনা অহল অদুনা খংহায় হায়রকই, ঐনা তুক্কচবা হাযবা? কনাবো ইমা? কৈদৌঙৈদা—?

অচলানা হায়রকই, ইপল ইবু,ঙোনা মী অদুনা শোকপা পোৎ শোক-পিরুবা য়াদ্রবদি মী অদুমকপুস্থু তুক্কচবীফম থোক্লেদনা—ইপল ইবু,ঙোনা পুক্নিঙদা হ,গোইবীরিবস্থু মহাক অদুতবুনি। ঐখোযগী হুজীক লৈরিবা হিন্দুস্থানী মীনাই অসিগী রাদি থমখিসি, পুজারী অসি,কী মখুৎনা থোং-থাকপা পোৎস্থু ইপল ইবু ঙোগী খৌজেঙদা যোৎশিনবীবা য়ারোই হাযবস্থু ইপল ইবু,ঙোমক্লা তাকপিখিবনি। মসিনা লৈবাক্কী ওইনা কয়াগী মতিক মাঙবা, কয়াগী মতিক লৈখা তাবা ওইরিবা হাযবত্থু—

অহল অদু তুমিন্না অস্থুম তারম্মী, অদুগা অচলানা মযাই কাখৎলকপা মতৌ অদূবুস্থু যে,লম্মী। খঙহৌদনা মাগী রা মখা লৌথরক্ত্ববদা হাইফেৎ নোক্তুনা হাযরকহ, ইবেম্মা, ঐখোযনা মীওইবা কনাবুস্থু হ,গোইবা, তুক্কচবা লৈতে। নঙগী হুজীক্কি রাকৎ-মতা অদুদি সাহেবশি,না তৌবা মওঙনি—নখোয়গী বাবাদি মখোয অদুদগী তম্বনি—অদুগা নঙনা অমূক মঙোন্দগী মথাঙ তম্নকপীনি। নত্রবদি মীওইবা হায়বসিমক ভগবানগী শক্তি হায়বা জ্ঞান অসি মখোয়তগী নত্তে ঐখোয়গীস্থু লৈরম্মী, ঙসি ফাওবদস্থু অদুম মরৈরি।

মতম অসিদা মখাদগী লৌফম খঙ দবা ঈরাঙ লাঙ বা মীনিল অমা তারকপদগী মায়কৈ অদোমদা মিৎকুপ অমক্ত, নাকোঙ থ্রাংগক্ত্বনা তাক্লরগা অহল অদুনা হায়রকই, সুরমা, চাবা হায়বা থবক অসিবু খ্যায়দগী চাউবা পোৎ অমা ওইনা, থৌরাঙ চাউনা তৌগদবনি হায়না লৌনরিবা মীশিং অদুগা ঐখোয়গদি থক তিনশিন্নবা য়ারোই। ঐখোয়না চাজরিবা চাক অমা ঈনশাং অমা অদুদি করিস্থু লৈতবা পোৎ অমনি—মদুদং ঙসি লাঙ শিন্দুনা থমলম্মু—ঐখোয়না কনাব্বু কয়া য়াম্না তুক্কচবা অদুগা লৈবাক্কী লৈখা তানবা মরম্না মত্থুদা কয়া য়াম্না য়াওরিবা মত্থু পুম্নমক মতম অত্থুদা চানা চানা

থম্নসি—ঈশ্বরাং অসি কনথৎলকনে—পনবা য়াদ্রে ইমা, ঐ চৎলে। হায়দুনা মহাক থুনা য়াঙনা অদুন কূমথখরে।

---

## কুম্হ্রামবি শুবা তাংকক

মুংখিল অথেঙবা মুমিং লৈথরক্লবা মতমদা চাবা থকপা লোইদুনা য়াম-বাবুনা অপেনবা অমদি চাবা মবা, কাযখিবদগী মখোন হৌনা অমুক্ত, থগেরগা হৌগৎলগে হাযনা তৌরক্লবা মতম অদুদা অচলানা যাম্না রানা হোৎনদুনা হাইফেও, নোক্লগা হায়রকই অদুবু ইপল ইবুঙো, ঙসি অসিদা ইপল ইবুংঙোগী জাত তাবা হাযবদু চৈরবনি হায়বা থঙবিরকপা মুমিং অদুদদি হাযজহৌরিবসিনি শাউবীরকনুকো।

অহল অদুনা মঙক হাইযেৎ নোমদুনা মুংশিনা মোমোন নোকলগা হাযরকই, ফৈ ইমা, মদু চৈহসনু, অসি হাযদুনা আচমন তৌবগা বেঠক-খানাদা থোকখবে। কাক কাক লাউবা মাগী থুডুম মখোল অদুনা হেক তাবিবংখৈ মাগী মিংযে, পূম্নমক থাভন্দুনা মখোল অদুগী মতু, অসুম ইম্নম্বদগী করম্বা মতমদা মথোল অদু মৃৎখিবা অদুগা মপানগী সংসাব অসিনা মাগী থম্মোইদগী মৃৎথদুনা ববঙ্গা মতমদা মহাকপু নূ হেক চৈহনখিবা অদু পূম্নমক অচলানা করিস্নু খঙথিদ্রে।

মতম কুইনা লেবক্লবী, বাঙলালোন থোকপগা লোযননা বাঙালী-শিংনী লোনচৎ-ব্যবহার অাদি মতৌ মওঙ পূম্নমক খ গী মথৈদি খঙলবী হিন্দুস্থানী নানাইনুবী অদুনা কবিগুম্বা মথৌ অমগীদমব মায়কৈ অসোমদা লাকপদা মঙ্গাম্না কম্নম্লিবা মতৌ অদু উবদা পূনঙক ঙকথ্রে, অমস্নুং চহিদা মানা অহম্নি হাযবা শাদুনা মানা খম্না খঙজবা বাঙলা লোল অদু শীজিন্নদুনা অচলাব মুমিং থেঙথথ্রিবদু উৎলগা হংলকই, চাবা থকপগী থবক্তি করম তৌগদোব্রিবনো, অদুম্না অদুম্মক তুনিম্না ফমদুনা লৈবনদি চৎনগদ্রা ?

থংপেক থংনা মমিং পাঙদুনা অচলানা য়েংলকই, মুমিং লৈরমদ্রে, নিংথম থাগী য়াচঙবা মতম ওইশিল্লক্লম্লে। মঙান মশা চেন্দ্রবা মকশিল্লনা অম্না পোৎ বা অমগী মতৌনা আতিযা পূম্নমক শীনবা থুংথ্রে। ঈকাইদুনা হৌগৎলগা নোক্নুনা হায়রকই, ঐদি হোরেল মুমিদাং ওইনা চাম্নগে তৌরনি লালু-মমা। ঙসিদি চানিঙ থকনিঙবা করিস্নু পোক্তরে।

লালু মমানা ঙক্লত্তুনা হায়রকই, বড়নাবুনা লুকহাবা লোইবগা কোম্না চাগনি হায়না ঙসায ঙাইহাক্তংগী মমাঙ্দা হায খিবত্তুদি ইবেম্না ?

হুম. চারবোই , হুমিদাং হেক্তা চাবগে, হায়ত্তুনা ব্রা অওক-অথোং তৌননবগী তাঙ্গা পীরম্বা তৌদনা থুনমক অচলা অত্তু মথক্তা কাখৎখ্রে ।

মতম খবতবু ফংলবদি মহাক্না মথক্কী মাংগোন্দা রেলিঙ্ মনাক্তা চৌকি চিংশিল্লগা তুবেল্লোমদা যেংত্তুনা তুমিন্না হেক হেক ফমলম্মী। ঙসি অহিংস্তু অত্তুয়া ফমত্তুনা লৈরম্বদগী খঙ্হৌদনা বামবাবুগী খুদোন খোঙ্উপ মখোল তাত্তুনা যেংখোবকপদা অচলানা উবল্লে , অহল অত্তু লাক্তুনা লময়াযদা হাম্না লেপলম্নি অত্তুগা কবিস্তু হায ড্রিঙৈদা মথুত্তগী হিদাকপু অত্তু কাচিন অমদা ঙাশিন্দুনা থন্নগা অতোপ্পা চৌকি অমা মনাক্তা চিংশিন্দুনা ফমথখরে। হাইযেং নোক্তুনা হাযবকই, ব্রাফম অত্তুগী অথেপ্পা অমা খঙ্নসি হায়ত্তুনা লাকপনি সুরমা, ব্রহ্মজ্ঞান ফংলবা নথোযগী বাবানা চুম্ববা নম্ভ্রগা অহল ওইববা নপল অসিগী বানা চুম্ববা, মসিগী তর্ক অসিগী অরেপ্পা লাইখায় অমা তাদনদি ঙসি ঐ মখাদা কুম্লবোইদবনি ।

অচলানা খঙ্লে, হাযবিবসি জাতি ভেদগী ব্রাহং অদুবুনি, চোকথববা মখোঙ্গেলনা হাযবকই, ঐগুম্বনবু তর্ক তৌনবা হৈবরা ইপল ইবুংঙো ।

বামবাবুনা মকোক নোমদুনা হাযরকই, এ—ঙাইখো ঙাইখো, নঙ্বু ইচম চম্বা মীগী মচানুপীবা ইনা। অদুবু বা অত্তুনা ইনৎ নত্তবা ব্রাফম ওইখিবতনা ঐ হিংবনি নৎলমড্রবদি ঙসায অযুব ঐ মায়থীবমগদবা খজীক্তে ব্রাংলি ।

মতম অত্তুদা অচলাগী মপুক্লিং অত্তুদি কবিগুম্বা ব্রাফম অমত্তবুস্তু খন্নবা ঙম্বগী অবস্থা ওইরমদে ; অসিগুম্বা মরৈ য়েৎনবগী লানফম অসিদগী মশাবু কঙ্গনবা তাঙ্গা অমা উবা ফংলত্তুনা মহাক্না হাযরবই, অত্তুদি অমুক করিগী তর্কনো ইপল ইবুংঙো। ইপল ইবুংঙোনা ঙস্নীখ্রেদনা। ঙাইহাক লেপ্লগা অমুক হায়বকই, মায়থীগ্রবা মক্তদা মী অদুবু অনিশক শুনা মায়থীহনবীবগী করি কান্নবা লৈবীবগে ইপল ইবুংঙো ?

ব্রামবাবুনা খুদক্তা করিস্তু খুম্নকপা তৌখিদে। মাগী চহি য়ামলে, অহল ওইরে, সংসার অসিদা মানা উরকপা মশীং যামখ্রে—মরম অত্তুনা চোকথরবা খোঙ্গেল অসিগী মরমস্তু মহাক্না খঙ্দনা তোকখিদবা অত্তুগুম্না নুপীমচা অসিগী মথব্রায় মুংঙাইত্রে, চেক্কোন্দা চেক ঈকপগী মৈগুম্না করিনো খঙ্দবা

চৈনাখোল অমনা অহিং মুংথিল নাইদনা মাগী মপুক মনুংদা চাকুনতা লৈরে হায়বা অসিমু চোকথরবী অমদি তাইফেৎ তাইশল্লবী মাগী মায অতুদা অমুক হন্না তশেং তশেংনা উবা ফংলক্লে। মিৎকুপ মরুমদং তু মিন লৈকুরগা খংনোক মোক্লবা অমুক্তং হোৎনবগা যৌনা মুংশিবা উত্তুনা হায়রকই, ঐগী তাৎ অসি কল্লিমু কান্নদ্রে খঙলে ইবেম্মা। অহল ওইবা হাযবসিদি জবেঙ্ জবেঙ্ খরা ঙাঙজনিঙইদো—যাচঙবা মতমদা ইথন্তা অমুম লৈবদা থরায় অসি হামচৎনরকপদগী তাৎ পা তৌতুনা কাবনো খবা ঙাঙলগা নঙব্রু শাউগৎহন্দুনা অমুম ধ্রাবী খবা তৌগে খনবা শাক্লবনি, অদুবু তাৎ অতু ফাগ্রেদনা! হায়তুনা মহাক্না নোম্তুনা হিদাকপু অতু মখৎনা লাম্লবলে।

মহাক্না চৎগ্রগে হাযতুনা মতু লাম্লিবনি হাযবা অচলানা খঙলে অমমুং মখাদা চৎগ্রগা অহল অসিনা মথস্তা মতম লেনবদা যাম্না ধ্রারুগদবা মতৌ অতু উবদগী মাগী মথরায নুংঙাইবকথিদবে। মবম অতুদগী মহাক্না নোংথাঙ্-মুক থুনা চৌকিদগী হৌগৎগ্রগা মশামক্না মতু থাংগত্তুনা অহল অতুগী মখৃস্তা পীনা পীনা হাযবকই, থারিঙ নখৈ অসিদা ফমতুনা থকপিয় ইপল ইবুংঙো, অতুগা হুজীক হেক হৌগত্তুনা চৎপিখিবদি ঐ যাবোই।

অহল অতুনা হিদাকপু পাযবগা নোক্তুনা হাযবকই, ইমাইপেম্মা, অত্তম তৌনা লাগাম পুমথা থাববদি মমৈদা থাম্না ঙম্রোইকো। মিৎ-না উইশিন্দুনা ঐনা থকপা হিদাক মথক অতু উদ্রিতুনা তৌরিবনিদোসে। অহোয়নতুম অতুগী মহুস্তা বা খর থবতুম ঙাঙহল্লু—

মীগী দম থিংলুবা থোক্তনবা, মক্রা ইপল ইবুংঙো, হোয, মতুনা হেন্না ফবা তাবে। অদুবু কবিনা ঙাঙবা হৌবীগদৌবিবা হায়বিযু?

বামবাবুনা মচান্দগী লৈখু মরী অমা মথক্তা কামখৎলগা হায়রকই, অত্তনা হেন্না লুত্রেনা ইমা। ধ্রাহং মতা অতুদি ধ্রাবী লীবা হৈবা ওজাশিং ফাওবনা মচীন কাঙবা ঙম্নদ্রিবনি।

যবে ইপল ইবুংঙো, নমতুনা ঙসি মখূৎ চাবিরিবা মী অত্ত মঙোন্দগী হেন্না তোম্বা, মঙোন্দগী হেন্না হংগোইনফম থোকপা মী অমা পৃথিবী অসিদা কনা অমত্তমু য়াওদে হায়বতু কবিগুম্বা নোমা ফাদোক খঙবিরকপা থোক্লবদি মতম অতুদদি কবম তৌবীগনি? প্রায়শ্চিত্ত তৌবীগদরা? অতুগা শাস্ত্রদা মতুগী ধ্রায়েন ফাওবা য়াওরমদবা থোক্লবা, অতুদনা কমদৌবীবা?

অহল অত্থুনা হায়রকই, অত্থু ওইরবদি রায়াম থৌয়ান্নরেদনা, করিগী অমূক প্রায়শ্চিত্ত তৌরুফম লৈরি ?

অত্থুম ওইনমক মতম অত্থুদা ইপল ইবুংঙোনা ঐ অসিবু তুক্কচরকদবা মতৌ অত্থুদি !

কৈদৌঙৈদবো ইমা ?

ঐ অসিবু জাত নাইদবীনি হায়বা খঙ্‌বিরকপা খুদক অত্থুদা।

রামবাবুনা মচীন্দগী হিদাকপু অত্থু লৌথোক্লগা শেংফাত্তবা মঙাল অত্থুদা ঙাইহাক মাগী মমায়দা য়েংত্থুনা লৈরম্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, নখোয়গী অসিগুম্বা রাহৈ-রাতা অসিতবুদি ঐনা খঙবা মরৈখিদ্রে হায় ইবেম্মা। ঐনা 'নখোয়' হায়না পল্লিবসি করিগীনো খঙ্‌ব্রা সুরমা, ঐনা হেক পোকচবা ইচানপা অসিগী মচীন্দগীসু অসিগুম্বা রাকৎ অসি তাগ্রে, নহাক্না তশেং তশেংনা হায়—অসিগুম্বা চাবা-চাদবা, শোক্লবা-শোক্লদবা অসিগী বিচার-নুংজার অসিতনা দেশ পূম্নমক অসি অসুম অসুম খম থেংনা লৈখা তাশিল-লক্লিবনি। মরমদি, মসিগী মরুদা তুক্কচবা-হংগোইবা হায়বত্থু থুপ্তুনা লৈ অত্থুগা অত্থুগুম্বা তুক্কচবা অত্থুগী মরক্তুদি কৈদৌঙৈদসু করিগুম্বা অচৌবা মহৈ অমত্তসু ফংবা ঙম্বা হৌনদে।

অচলাত্থু মপূক্লিঙদা ইঙক হেক ঙক্লকই। ইমুং অসিদসু অসিগুম্বা রাফমশিং অসি খন্ননবা করিগুম্বা তাঙ্গাগী লম্বেল ফাৎলম্বা য়াই হায়বসি মাগী মপুক্তা থাজরমদে। হায়রকই, অত্থুদি রাফম অত্থু অরানবরা ?

রামবাবুনা হাইফেৎ নোক্তুনা হায়রকই, লানবা লান্দবা ঐনা মত্থুগী পাউখুম পীখিদে ইমা। অত্থুমাদি ওইরগা অচুম্বদি নত্তে। শাস্ত্রনা হায়বা বিধি বিধান ঙাক্না চৎলি হায়বগী মখৈতনি। অত্থুগা অমূকসু খরা হেক্লিন্না চৎপা মীওইশিং অত্থুদি হায়বদি ঐবু পোকপা গুরুদেব অত্থুগুম্বা,—ঐগী ইপাদি মখূৎনা থোংত্থুনা চাজে, নুপীবুদি মখুৎনা ফাওবা শোকহনদে। মত্থুম তৌখিবনি হায়ত্থুনা অমত্তা পোকপা মচানিপাবু ফাওবা ইপা অত্থুনা তুক্কচখি হায়বসি মসিদগী হেকমক লেপফম থোকপরা ?

অচলাত্থু পাউখুম পীবা ঙমদ্রত্থুনা অত্থুম্মক তুমিন্না লৈখি।

অহল অত্থুনা হিদাকপুদা কয়ারক অমূক চিংলগা হায়রকই, ইবেম্মা, পাথং ওইরিঙৈদা ঐ দেশ অয়াম্বা কোয়রুরে। উরক-রারক কয়া, চীং-মান কয়া অত্থুগা মী মখল কয়া কয়া, লোম্নচং-শাজং কয়া কয়া, মত্থু পুম্নমক্কী

মমিংশিং অহু নখোয়নদি খঙক্লরোই—মফম অমদনা চাবা-থকপগী অমদি শোক্ক-শম্নবগী বিচার অতুগা অমদনা অমূক মতুগী করিগুম্বা নাশোল খজীক্ত ফাওবা ফংদে, অদূবু ইবেম্মা, মখোয় অহু মতম কুইনদগী অতুম্না অতুম্মক চাওখৎলক্তবগুম্না হুম্ববা ওইত্নুনা অতুম্মক ১রৈ; অসি হায়তুনা থুমতুনা লোইগ্রবা হিদাক অহু অরেম্বদা অমুক অনিরক অমূক চিংলগা অহল অতুনা মদূবু অরোইবা ওইনা উখোঙ মরুমদা ঙাশিনখ্রে। ঙসায়মথৈ তুমিন্না ফম্নম্বা অতুম্না অচলা অহু ছজীকস্থ তুমিন্না অতুম্মক ফমলি।

রামবাবু মশামকস্থ ঙাইহাক চমম্নকুরগা চুম্না ফমতুনা অমুক হায়বকই, অশেংবা রাফমদি খঙবরা স্থুরনা, নখোয়দি সাহেবশিংগী মফমদগী তম্নকপনি। মখোয়দি চাওখৎপনি, মখোয়দি নিংথৌনি, মখোয়দি মরল লৈবনি। মখোয়গী মরক্তা খোঙনা মথক্তা হাইগৎলগা খুৎনা লাং য়ুংদূনা চংনরম্বা থোক্লবদি, নখোয়না হায়রমগনি, মতৌ অতুমক্তা মান্ননা চৎপা হৈত্রবদি চাওখৎলকপগী আশা করিস্থ লৈত্রবনি।

অসিগুম্বা যুক্তি তর্ক অসিদি অচলানা বাঙলা লোনগী নুমিৎ খুদিঙগী কোঙবা পাউজেন-চেশিংদা য়াম্না তোয়না পাগ্রবনি, মরম অতুদগী মহাক্তা করিগুম্বা রাহৈ অমত্তা হায়বা তৌদনা চুন্নগী হাইফেত্তং নোক্লকই। মীনোক অহু অহল অতুনা উরে, অদূবু উশিন্নদবা শাতুনা মাগী রা অহু অমুক হঞ্জিনবা ওইনা হায়রকই, শ্রীধাম শ্রীক্ষেত্রদা চংলুবা মতমদা, খঙনবা খঙনদবা মী কয়াগী মরক্তা হেক্তমক তারুই। শোক্তা-শম্নবা য়াবা-য়াদবগী রাফম অসি মফম অতুদদি লৈতে, মসিগী বিচার তৌনবগী রাফমস্থ থক খন্নরুবা লৈতে। অদূবু মসিনা তুক্কচবদগী পোক্লকপা ওইরম্নবদি অস্তুক লায়না থবক চথবা য়ারক্ষম থোক্কদরা? ঐ অসি কনাগীস্থ মথুৎ ইচামক চাদবগুম তৌরিদনা সে, অদূবু লক্ষ্মী লমখাঙদা থেংনখিবা য়াম্না হেন্না অতোন-অতাং ওইগ্রবা মীশিং অদূবু ফাওবা পুক্লিঙ অসিদা থক তুক্কচগ্রে হায়না—

য়াম্না ফিংনা লাঙতক্লবা খোম্থাঙদা মরক-থত্তুনা অচলানা হায়রকই, ইপল ইবুংঙোবু ঐনা খঙজদবা নত্তে। অস্তুক থৌজান হৈববু সংসারদা অতৈ কনাবু লৈরমগদগে?

থৌজান নত্তে ইবেম্মা, থৌজান নত্তে,—হুংশিবনি। ঐনা মখোয় অদুতবু হেম্না হুংশিজে। অতুমদি ওইরগা রা ময়েক্তি করিনো খঙবরা ইবেম্মা, ওইনিঙবা, করিগুম্বা জাতি অমস্থ ওইসম্নু নত্রগা মী অমত্তস্থ ওইসম্নু

তম্না তম্না মহাক অহুনা অস্থুম অস্থুম তোম্বরক্লবদি মতম অতুদা মহাক্না খ্বায়দগী হেন্না শীকপা পোৎ অতুগী মথক্তা মাগী দোষ পুম্নমক নমশিল্লগা মাগী হুংঙাইজবা হায়বহু ওইরিবনি। মপূক্তা থল্লি, ঈরায় লায়বা পল অসিবু লাম্থোক্লবদি অহিং অমদা হেক্তমক মহাক চাউরমগনি। ঐখোয়গী ভাবস্থু মহুমক্তি। অহুমদি ওইরগা লুনা থোকপা, লেম্ফ়ুগী মশক ওইরিবা অহুদি—

রা অদূ লোইশিন্নবা মতম ফংখিদ্রে। সিঁড়িদা থোঙ-উপ মখোন তাহুনা মায় ওম্থোরকপদা সুরেশপু উরকপদগী পাক হেক্তমক হংজিল্লক্লে, ফরে সুরেশবাবু, সুরেশবাবুদি হিন্দুনি, বাবুদি ঐখোয়গী জাতি-ভেদ অসিবু য়াবীবা নত্তরা?

সুরেশ অহু চঙক্লপ্রে—করম্বা রাহং মতানো? মখোয়দি লমথুংদবী লৈঙোই-কফুৎ মথক্তা চৎলিবনি, মহাক্তি খুদুপ খুদিঙমক কুপ্না-মুন্না য়েংবা তৌদনা পাক হেক্তমক মখোঙ থাংদোক্লবদি অক্লবা মফম অমদা হেক্তমক আ-য়োনা লুপথখিবা য়ারিবনি, মহুগী অরেপ্পা করিস্থু লৈবা পোৎ নত্তে। মতাং অসিদদি অশেংবদুমক্না তশেংনমক অশেংবা হায়বহু ওইরবরা নত্তবরা হায়বহু চেকশিন্না মুন্না য়েংবা তাই। মরম অহুনা মহাক্না কিনা কিনা মনাক নকশিল্লক্লগা অচলাগী মমায়দা অমুক্তং য়েংহুনা অশেংবা মরম থঙদোকনবা হোৎনরকই, অদুবু মমায় উবা ফংখিদ্রে। মতম অহুদা কংনোক মচা অমা নোক্লগা ঈক-আক তৌহুনা হায়রকই, ঐখোয়বু করিনো হায়বহুদি রামবাবুনা হেন্না থঙবিরিবহুনি।

রামবাবুনা হায়রকই, হেন্দোক্লা থঙই হায়না লৈজরম্বনি। অহুদা বাবুগী ইবেম্মা অসিনদি মমৈ মকোক পুম্নমক পুমওন ওম্থোক্লে হোৎনরি। হায়রি, অস্থুক শাথীনা লানবা, অস্থুক য়াম্না মাঙ-তাক্লবা মশক ওইবা জাতি থায়-দোকপা হায়বা অসিবু মহাক্তি য়োনা য়ানিঙদে, ম্লেচ্ছকী চাক চাবা ফাওবা মহাক্তি করিস্থু আপত্তি লৈতে অহুগা মহাকমক্তি অসিগুম্বা শিক্ষা অসি হেক পোক্লকপদগী হৌনা ব্রাহ্ম ধর্ম্ম .চৎপা মখোয়গী বাবা অহুদগী অহুম্মক ফংলকখ্রিবনি। ওসি মাগী মথুৎ চাক্লবদগী ঐ জাত-তাবা হায়বহু ওইরবরা ওইদবরা অহুগা প্রায়শ্চিত্ত তৌফম থোকপরা থোক্তবরা হায়বহু ওসায়মথৈ নৈনরমলিবনি। বাবুদি করি হায়বিনিঙই?

সুরেশ রা-ঙাওবা থোকখিদ্রে। মতম অহুদা ওইরিবা অচলাগী মেজাজ মতা অদুবু মহাক্না থঙলমমদবহু নত্তে অহুগা মফম অহুদা অকনবা লালহৌ

অমগী মৈরিনা অতৎ অথম লৈতনা অসুম চাকুনতা লৈরিবনি হায়বা খরক অসিসু মঙোন্দদি নৌনা থোকপা পোৎ অমা নৎলমদে। অতুম ওইনমক ঙসি খঙহৌদনা করিদগী অমসুং কদায় ফাওবা য়ৌনা অতুগুম্বা মৈরি অহু শন্দোকপ্রবনো হাযবতু মহাক্না লাকশিনবা ঙমদবদগী মুংশা থীবা অমর্দি লাঙতক্নবনা থ্রক থ্রক কংশিল্লক্রে, অতুমদি ওইরগা মিৎকুপ অমত্তংগী মতুংদা মপুক্লিঙ লাকশিল্লগা হায়গুম অমূক হাইফেৎ নোকচনবা হোৎনরকপদা নোক্লিঙবদি লায়রতুনা মতুনা মাগী মমায অদুবু ওন্থোকপা মশক অমতুম ওইহনদুনা তোকলে।

সুরেশনা হাযরকই, চুম্না ফাগি তৌবা ওইরমগনি।

রামবাবুনা শকফম হঞ্জিন্দুনা মকোক হাইনা হাইনা হাযবকই, হৌন-থ্রবমকসু রাকব অতুমক্তি হাযনা লৌবদা ঐগী আপত্তি কবিসু লৈবংলোই-দবনি অদুবু হিন্দু-নুপী অমনা মপুরোয়বগী যাইফনবগী থবক ফাওবদা মাগী মথৌবু কম্বিসু তৌনিঙথিদবা—তুলসী কৎথিবা লুমিৎ অতুদসু চবা হেনথিদবা —করে, অতুগা মসিমা করিগুম্বা ফাগি অতুমক ওইরম্বা থোক্লবদি মতু থরদংদি হেঞ্জিনবা ফাগি ওইগনি। করে সুরেশবাবু, বাবুগী লুহোঙবদুবু হিন্দুগী মত মতুং ইন্না পাঙথোকখিববা?

সুরেশনা হায়রকই, হোয়।

অহল অতু নোকমি নোকমি তৌরকলে, হাযরকই, উম, মতু ঐ খঙই। অচলাবু যেংতুনা হায়রকই, ইবেম্মা, নঙোন্দা হাযনিঙবা রা য়াম্না লৈদ্রুনসু নঙগী বাবানা ব্রাহ্ম ওইরম্বনা ঐগী অরাবা থোইনা লৈত্রে। অসিগুম্বা ব্রাহ্মদি ঐনা খঙবা য়াম্না লৈ, মথোয অতুদি সমাজ মরক্তা চঙলবসু মমিৎ উইশিন্দুনা লৈ অতুগা হৌমদবা লোনচৎসু থবা থবা মচৎলি, অতুম ওইনমক মতা-মিংঙোল থাজবা মতাংদদি মথোযগী হিসাব থক লাম্না তৌথোদক্তে। করে, ঐনা মুংশা থীরম্বতু কোকলে।

তৌইগুম্বসুং মঙোন্দগীসু য়াম্না হেন্না মুংশাথীবা কোকচম্রিবদি সুরেশনি। খুদক অতুমক্তদা মহাকসু অহল অতুগী বাঙাঙবা পাংশিন্দুনা হায়রকই, তাকপিরিবতু অশোংবমক্তি রামবাবু, হজীক-কাল অসিদি অসিগুম্বা মীওই ফাওবুনা অয়াম্বনি। মথোয় অতুনা—

অনিমক থংপেক থংই। হৌনা লাউরকপা অচলাগী য়াক্লবা থোক্লেলবা রা মরক থংলবে। সুরেশকী মমাঙদা মমিৎ অনিমক্না থালা হেংতুনা মহাক্না

হায়রকই, ময়ামনা নপোং কারবা অসিমক্তদা অমুকস্ম হেন্না লঙ্‌শিনবত্তু মমায় ইকাইদ্রা ? অদুগা মহুমকস্তু ঐমকী ইমাঙদা ! হায়খিবশিংসি অয়ানবা ঙাক্তনি হায়বা নঙদি থঙলিবা নত্রা ? ঐগী ইপাদি ঠক্‌ তৌদে, মশানা থঙনা জ্ঞান তানা ওইবা ব্রাহ্ম সমাজগী মীওইনি হায়বস্তু নঙনা থঙলিবা নত্তরা ? অদুগা অসিমস্তু নঙনা থঙলিবা নত্তয়া, মহাক্না—, হায়না হায়না মহাক চৌকিদগী হৌগৎলক্লে।

অহানবদদি সুরেশ্‌ অদু ঙকচানরম্মী তৌইগুসুং মঙক লৈথোরকপদা ঙকপনা-লাংথোক্লবা অহল অদুগী মনিং অদ্‌ উক্কবদগীদি থঙহৌদনা মহাকস্তু মৈ হৌগৎলকলে। হায়রকই, কয়িগী লানগদৌরিবা ? নথোয়গী বাবানা হিন্দুগী ইমুংদা মচানুগী থাজগে হায়না য়াখিদবরা ? নহাকস্তু অশেংবা হায়য়ু।

অচলা কবিস্তু থুমকখিদবে। ঙাইহাক তুমিন লৈহনা মশাবু'লাকথবা হোৎনরম্লিমাল্লে, মথৎদা অমুক তপ্না তপ্না হায়রকই, ঙসি ঐবু রাফম অদু হংলকলিবা কবিগীনো ? মতুগী মরম অদু সংসার অসিদা লৈবা মী পুম্নমক-তগীদি নহাক নশানা হেন্না থঙদবরা ? নঙদি শেংনা থঙবনি, ঐনা কয়িনো, ঐগী ইপানা কয়িনো, অদুবু মসিগী মরমদা নঙগা ঐগা চুম্না চীন্দা পাউদা ঙাঙনিঙদবদগী হেন্দুনা ঊকাইজবনদুম শিগদৌই। শেমগৎ-শাগত্তু্না হায়লিঙবমথৈ হায়জহৌ, ঐদি মদু তানিঙদে। হায়জহৌমো—ঐদি চৎলে। হায়দুনা মহাক্না থোঙকাপ থুরপ থাংদুনা থংনবা কা-মক্সুংদা চঙখয়ে।

মহাক্তি চৎখয়ে, অদুগা মথোয অনিমক্তি নুংনা শাবা মূর্তিগুম ঙাইহাক অদুম লেঙবা ওৎপা তৌনখিদ্রে।

অচল অদুনা পুমকাউ কাউথোকখিবগুম তৌদুনা মাগী হিদাকপু অদু লাম্নবা মথুং অমুক্তং তিংথোক্লগা থুদক্তা অমুক হজিন্দুনা মশা লেঙ-ওন্দুনা অমলগা থৌকেমদুনা মথোল শেংদোক্লগা হায়রকই, ঙসি ঙয়াংদি হকচাং অদু কমদৌবীগি সুরেশবাবু ?

সুরেশ অদু অতোপ্পা রাখাল অমদা লুপ্তুনা লৈরম্মী, ইথং থংনা হায়রকই, হোয়, হুংঙাইজবে ; অয়ুমদি হায়দোক্লবগা অশেংবা রাফম অদু নিঙশিংনক্লমাল্লে, অমুক হায়রকই, পুক-তা, অসিথাইদা থয়া থয়দি থাদি—ঙাংকগীদি থঙরে থয়া অমুক হেৎলকপয়া কয়িনো—

রামবাবুনা হায়রকই, অদুদি মেংবিয়ু সুরেশবাবু, অহিং অমুক থেঙলবা কাওবা ইংজিবা মক্তি অজিবা মপানতদা অদুম থোকপদুবু ঙমনরা ?

থোইনা চৎচরুদে রামবাবু। য়ুম অতুগীদমক্তা ওসি লুপা লীশীং অনিদং হায়া পীশিল্লরুবনি।

রামবাবুনা অঙকপা মতৌ ফো২দোক্লুনা হায়রকই, তুরেল মপানমক্তা লৈবনিনা য়ুম অহুবুদি মফৈ। অদুবু ঐঙোন্দা হ২বীরম্বা থোক্লবদি, খাম-জরমগদবনি। নহান নোংমা অসুম রা ভাঙনরকপদগী খঙজবা ঙমখি, স্বরমাদি মফম অসিদা থক লৈনিঙদে। নোক্লুনা হংলকই, মাগী মত-তি লৌবিরবরা নত্রগা বাবুতগী পৃক্তিঙ মতুং ইন্না লৈবিরিবরা?

স্বরেশনা রাহং অসিগী পাউখুমদি পীবা তৌদনা চুম্নদং হায়রকই য়ানিঙলোইদবগী মরম থোইনা উজদে। অতুগী মথক্তা লৈবদা চঙগদবা য়ুমগী পোৎ চৈ থর থরস্থু কলকাতাদগী থাররুবা হায়ভত্রে, হযেং হংচিৎতি শোয়দনা থুংলবা য়াই।

রামবাবুনা ভাইহাক চঙরনা লৈকুরগা করি খল্লকপদগীনো থংকৌ কৌরকই, স্বরমা।

অচলানা চেক-মোক লাউরক্তে, অহুমদি ওইরগা ইমু২দগী তুমিন্না অহুম থোরক্লগা তপ্না তপ্না চঙলক্লুনা মাগী চৌকি অহুদা ফম্লবে।

অহল অহুনা মু২শিবা থোনফমদা হায়বকই, ইবেম্মা, নপুরোযবা অসিনা ঐথোযগী লৈবাক অসিদা চাউরবা য়ুম অমথক লৈশিল্লে। অহল ওইরবা নপল অসিবু হুন্দোক্লমহুনা অমূক চৎখিবদি য়াদ্রেকো ইবেম্মা।

অচলা তুমিন্না লৈ।

অহল অহুনা অমূকস্থু হায়রকই, য়ুমতগা, মপোৎ মচৈতগস্থু নত্রি, ঐনা খঙই, পাডীনচিংবস্থু লাল্লগনি। অতুগা মসিদগীস্থু হেক্লিন্না ঐনা খঙবদি, পুম্নমক অসি নঙগীদমক্তনি। হায়তুনা মহাক্লা নোক্লা নোক্লা স্বরেশ অমস্থুং অচলাগী মমায়দা অমুক অমূক য়েংলকই। তৌইগুস্থুস্থুং হরাউবা স্থুংঙাইবগী খুদম মচেৎ অমা ফাওবা শূকথরবী অমদি মকশিল্লবী মমায় অহুদগী কোংদোক্লকপা লৈখিদে। থোইনা ভান্দবা মৈঙাল অসিগী মরক্তা অতোপ্পা অমনদি মলুবু শেংনা উদবস্থু য়াই অদুবু মিৎয়েং থোরবা অহল অহুগী মমিত্তদি মলু শেংনা ফাগ্রে। অহুম ওইনমক মহাক্লা হংলকই, অহুমকপু ইমা, নঙগী মত-অমতংদি—

হুন্দক্তি অচলা অহু রা ভাঙলকলে, হায়রকই, ঐগী মত লৌবগী ফাব্বা লৈতে ইপল ইবুংঙো!

থুনা-য়াঙনা গুক্কুনা অহল অতুনা হায়রকই, অদুবু রা অমনি হায়তুনা হায়রিবরা ইম্মা ! নঙমি পুম্নমক্তি, নঙতগী নপুক্কিঙ মতুং ইম্মা—

অচলানা হৌগত্তুনা লেপ্লগা হায়বকই, নত্তে ইপল ইবুংঙো, নত্তে, ঐনা নিঙবা নিঙদবগী করিস্মু লৈতে। ইপল ইবুংঙোনা করিস্মু খঙবিররোই ; খঙহন্নবা হোৎনজবস্মু ঙম্লরোই—অতু দরকার অমা অমুক লৈবীবা নত্রবদি ঐ চৎচরগে—

অহল অতুগী মচীন্দগী অমুক রা মথা তাররকথিদরে অমস্তুং মতুগী কান্নবস্মু লৈখিদ্রে, হিন্দুস্থানী মীনাইস্নুবী অতুনা মৈফ্ অমদা মৈ পীকথম্না পুদুনা হেক চঙলকপদা পুম্নমক্না মঙোস্তদা য়েংনরক্লে। রামবাবুনা ইঙক ঙক্লতুনা মরম হংগে হায়না হেক তৌবকপদা সুরেশনা ঈক-আক তৌতুনা হায়রকই, ঐনা পুবকউ হায়না হুকুম তৌরম্বদি বেরা অতুদনি, মহাক্না অমুক মী অমদা হুকুম তৌরক্লবোইরে-সে। ঐগী চৈনাখোন ফাওরিবা মফম অসিদা খঙ্জীক্কং—

মৈগী কান্নবা অতুগী মরমদদি থোইদোক্না শন্দোকলুফম লৈত্রে, অদুবু মতুগীদমক অতোপ্পা মী অমদি চঙবা তাই। রামবাবুনা অচলাগী মমায় তম্না য়েংলকই, তৌইগুম্বস্তুং মিৎকুপ অমগী মনুংদা মমায় ওস্থোকখিতুনা চোকথরবা মথোঙ্গেননা মহাক্না হায়রকই, ইপল ইবুংঙো, ঐ তুম্মিঙবনা লোইরে ; চৎ-চরগে। অসি হায়তুনা পাউথুম ঙাইরম্বা তৌদনা মহাক চখোকখ্রে অমস্তুং থংনবা মিৎকুপ অতুদা মাগী থোঙ য়ৈশিনখিবগী মথোন তানরকলে।

অহল অতুনা তপ্পা তপ্পা চৌকি থাদোক্তুনা হৌগৎলগা মীনাইস্নুবীগী মথুঙগী মৈফ্ অতু লৌতুনা হায়রকই, অতুদি চৎসি সুরেশবাবু—

রামবাবুমক্না ?

উম, ঐমক্তনি। মসি নৌনা থোকপা পোৎ অমা নত্তে, অসিগুম্বদি পুন্সী অসিদা য়াম্না থোকপ্রবনি ; হায়তুনা মঙঙ অমা ওইনা নম-হাতুনা মহাকপু মাগী কা অতু তাম্না চিংতুনা পুখ্রে অতুগা লৈমায় মথক্তা মৈফ্ অতু থম্লগা মরেক-মহাউ থোক্তুবা মকশিল্লবা মাগী মমায় অদুদা মিৎফম হোংদনা ঙাইহাক অতুম য়েংতুনা লৈরম্লগা মাগী মথুৎ নামথক কন্না পায়শিন্দুনা থোৎনা মেঙনা হায়রকই, নত্তে সুরেশবাবু, নত্তে, অস্তুম্না অতুম থক ওইবা য়াদে, শুকৃয়া য়াদে। লেপ্পমক ঐনা খঙবা ঙমলে, করিনো অমদি তৌনরে—ঐ অমুক্কং বাবুগী— ; অদুবু রাফম অতু লৈখিসম্মু—করিগুম্বা তঙাই-ফরক্লবা থোক্লবদি অহল অসিনা অমুক হন্না—, হায়রগা মহাক খংলৈপ অতুম লেপখ্রে।

সুরেশ না অমা মলওবা ওাঙজবা ওমখিজ্রে। কৌইজনবুং অহানবদদি মাগী মচানবান অহু অংাংগুম্না হয়া চমা নিক্রকলে মথং ক্লাবকপদনা মমিংকী ঈৱা লোংননবা মমায় লৈথোকুনা খাওখ্রে।

## কুহু্মিঙা শুবা তাংকক

কাংথোল অমগী নথক্তা সুরেশনা মমিং উইশিন্দুম্না হ্নিপলি অহুপা মনাক্তা চৌকি অমা চিংশিল্লগা অহল ওইরবা রামবাবুনা মাগী মথবাকী অনাবা মকম অদো কীবুন অশাবা নম্বীরি, তানজা অ সৈদা খোঙ তাংদোক-মকপগী মখোম ত্তাহুনা মখোয় অানমক্লা য়েংথোক্লরকপক্লা উরে. অচলা চঙলকলি। করিগুম্বা রাহৌদোক অমা য়াওদনা মহাক্না হায়রকই, অহিং য়াম্না থেওক্লে ইপল ইবুংঙো, লেঙ্ভাবগ্রো চেপ্লিরুরো।

অত্তীদমক্তম্বু ঙাইরম্লিবনি ইমা, হায়তুনা থুনা ক্নুক হৌগৎলগা সুরেশত্তা ওনশিন্দুম্না অহল অদুনা হায়বকই, ওসায়মথৈ নখোয় অানিমক করি মস্তবদা হেক বারৈ চেক্সরুইদো। অসিগুম্বা থবকপু ঐখোয়না হৈনবা পোংলা? চেয়ার অহু অচলাবোনদা খজোক্তুং ঈনশিল্লগা হায়রকই, মশাগী মথৌদি মশাদনা পকই ইমা, সে পায়মু, ফমথরো—ঐহু ইখোঙ ইখুৎ ঙাইহাক্তুং তিংথোক্লুগে। হায়তুনা অহল অদুনা পোথাজবা যংবগী মরাং কায়রবা পোংলুমনা নম্বরকপদগী হকাম অচৌবা অমা চন্দুনা থুংকাম্বী অমুক অনিরক্তুং কাপ্লগা হিদাকপু পায়থৎখ্রে, অদুগা ইম্বুংদগী মপাল থোক-প্লগা চেকশিম্না থোঙ থিংজিন থিংজিম্না নোকুনা হায়রকই, উইবদা থোঙ-থুৎ পোক্তিবসিতুম ইরাইবক ফবনি, কবি হায়বগে সুরেশবাবু?

সুরেশ করিসু হায়রক্তে, উইশিল্লিবা মমিং মথক্তা মখুৎ অনি থাংগৎ-লগা নমস্কার অমত্তং তৌরকই।

অচলানা হুমিম্না মানা থাদোক্লম্বা ফম্ফম অহুনা কলশ্না হিগা য়েনলবা ক্লেনেল ( কলাসী ) অহু মৈদা শাহন শাহম্না তপ্না তপ্না হুংলকই, অমুক অনাবা তৌমক্লিবনি কম্নিনো? কদাইরাইদা নারিবনো?

সুরেশ মমিং শাঙলক্তে, খুমহু খুমক্তে, মথবাকী ওয়ম্বাংবা মায়কৈ অহুনং মখুৎ থাংগত্তুনা উবলকই। অমুক পুমচিক চীকখ্রে। কদায়ুক চীকপ্লবগে

হাম্নবনু অসুম তৌনা রাঙাঙনদবী অভিনয় অসি অরোইরা অমুক ফাওবা শোং-পেক হেক লাউদবমখৈ অতুম্মক লোইশিল্লবা য়াই হায়রা খল্লম্বনি। অদুবু মতমদি থোক্কে । স্থরেশনা খঙহৌদনা অচলাগী ক্রেনেল পায়রিবা মথং অতু চিংশিল্লগা মাগী মথবাক্তা নমশিনখ্রে। অচলাগী মমায়দা লাঙতক্নবগী করিগুম্বা খুদম অমত্তা ফাওরক্তে ; মহাক্না মতু হায়দগী অতুম্মক খল্লম্মী অ.সদং হায়রকই, থাদোকউ, ফীবুল থরস্থ নমখিগেসে।

স্থরেশনা মথং থাদোকলে, অদুবু মিংকুপ অমা ফাওবা কান্নদনা খংহৌ হৌপত্ত না ফম্লগা ঈথক থক্লবা মপাম্বোম অনি তিংখোক্তুনা অচলাবু মাগী ফম্ফমদগী চিংশিল্লক্লগা মথবাক্তা কম্না কোনশিন্দুনা মখীং খঙদনা চুম্লতদা মথোঙ খঙহন্দ্রে। লাঙতক্নবা ঈরাং য়াওদ্রবা অসিগুম্বা নাটক অসিগী অরোইবস্থ মিন্থল চোংদনা রাঙাঙনদনা অস্থুম্না অতুম্মক খোক্লগনি হায়না মিংকূপ অমত্তগী মম্মাঙদা খন্নখিবনি অদুবু মথংগী মিংকুপ অমা ফাওবা কান্নদনা অমুক খল্লবলে, অসিগুম্বা ঙাঙচংনবা, ঈকাইবা খঙদ্রবা মতৌ অসিগী ঙমখৈ লৈতে, লোইবা নাইদে, মায়কৈ অমদি মতম পুম্নমক শীনবা থুংবা অসিগুম্বা অঙাওবা মতৌ অসিতনা মতম পুম্নমক্তা লোইনাইদনা অমদি মাঙবা তাকপা লৈতনা অস্থুম্না অতুম্মক লৈগনি, করিগুম্বা স্থমিত্তস্থ, করিগুম্বা যুগ অমত্তদস্থ মসিগী পোথাবা থেংনবোই, তৎনা থানবস্থ খক থোক্লোই।

অচলানা করিস্থ অপনবা পীদ্রে, মপাংগল ফোংদোক্তে ; মসিগী-দমক্তস্থ মহাক শেম-শাহুনা লৈরম্মাল্লে, অতুমদি ওইরগা মহাক্কী চিক্ক-ঈংলবী মায়থোং অতুতদি নুংগুম্না ঈংখ্রে অমস্থুং কনশিনখ্রে। স্থরেশতি জ্ঞান তারমদে—তাইরঙ শেম্বদা কল্লবা অমম্বা মপংনা মাগী মনিং অনিমক পুমতাঙ্ক তাঙহনগ্রমাল্লে নত্রবদি অস্থুম্না চুম্না মচুপ অসিগী ঈকাইনিংঙাই ওইবা মতৌ, অমদি মশাগী য়াম্না তোম্বা মশক অতু ফাওবদি মশানা খঙজরম্বস্থ ময়াবনি। খঙজববুদি ঙমখিদ্রে অদুবু মশা চোকথরকপতনা মরম ওইহুনা মাগী ঙাঙ-চংনবা মতৌ অতুনা হস্থরক্লবদা তপ্না তপ্না অচলানা মশাবু নাম্বোকহল্লগা মাগী ফম্ফমদা হম্জিন্দুনা ফমলরে।

মতম খরা অমুকস্থ অনিমক তুমিন তুমিন লৈনরবদা খঙহৌদনা অশাংবা স্বর অমা হোল্লগা স্থরেশনা হায়রকই, অচলা, ঐথোয়বু অস্থম তৌদুনা কয়া কুইনা লেনখিগদগে ! অসি হায়হুনা পাউখুম ঙাইরম্বা তৌদনা মথা শমথরক্কই, নঙগী অরাবা ঐ খঙই, অদুবু ঐগী অরাবস্থ অমুক্তংদি খঙহুনা য়েংউ। ঐদি লোইরবনি।

ৱাহং অসিগী পাউথুম পীবা তৌদনা অচলানা হংলকই, নঙবু অসিদা য়ুম লৈব্রবরনে ?

য়াম্না হরাউনা স্থরেশনা হায়রকই, মতু নঙগী দমক্তনিনে অচলা।

অচলানা মতুগী মরমদা কবিগুম্বা ৱা অমত্তা থুম্নবা তৌদনা অমুক হংলকই, পোৎ-চৈ, গাড়ী-শগোলনচিংবস্তু লৈহনগ্রবরা ?

স্থরেশনা অতুম্না অতুম্মক খুম্নকই, অদুবু পুম্নমকসি নঙগীদমক্তনি।

অচলা তুমিন লৈখি। পুম্নমক অসিনা মঙোন্দা করি কাম্নৈ, মখোয় অসিবু মানা পামলিববা পামদববা—মী অসিগী মকাদা ৱাহংশিং অসি হং-লুবদি মশাবু কবেম্নজবগুম্বা মতো অমা ওইবোইদববা ? মরম অতুনা হিরম অসিদা করিগুম্বা ৱা অমা অমূক হায়বা তৌদনা তুমিন্না অতুমক লৈখ্রে। মিকুপ থরগী মতুংদা হংলকই, বামবাবুগী মফমদা নহাক্না ঐখোয়' বাবানী মমিং পল্লুববরা ? য়ুম কদাইদনো হায়বস্তু তাকগ্রবরা ?

স্থরেশনা হায়রকই, তাক্তে।

ফীবুন অমুক যৈথিগদরা ?

য়ৈববোই।

অতুদি গুজীক ঐ চৎলে। য়াম্না তুম্নিঙলে। হায়তুনা অচলানা চৌকি থাদোক্তুনা হৌগৎলকলে অতুগা মৈফ, অদু থাংদোক্তুনা থম্নগা ইমুংদগী মপান থোকখিতুনা থোঙ থিংজিল্লমগে হেক তৌবমক্তদা স্থরেশনা ফিংনা হৌগস্তুনা যম্নগা হায়রকই, ঙসিদি ৱা অমগা হায়বমখো অচলা। নঙবু অতোপ্পা মফম অমদা অমুক চৎনিঙলিবরনে ? শেংনা অমুক্তা হায়যু ?

অচলানা হায়রকই, কদাইদা অমুক ?

স্থরেশনা হায়রকই, অমদা হেক্তো। ঐখোয়গী ইশক অমদি ইতৌ খঙদবা অতুগুম্বা লৈবাক অমদা হেক্তা। লৈবাক অতুনা অতুক্কী মতিক—

হরাওখিবগা লাঙতক্নবগনা স্থরেশকী মখোম্নেল নিকপা মতৌ অতু অচলানা শেংনা উবে, অদুবু মহাক মশাদি ফিভম করিস্তু হোংবা ; তৌদনা, ইতিং তিংবা খোম্নেলনা থুম্নকই, লৈবাক অসিদস্তু ঐখোয়বু কনানস্তু খঙন-দেনা। ঙসিস্তু ঐখোয়বু কনানস্তু খঙনদ্রি।

মপুক্কিঙগী থোনা ফংলতুনা স্থরেশনা হায়রকই, অদুবু অস্তুম অস্তুম—

মরক থস্তুনা অচলানা হায়রমই, অস্তুম মথং মথং খঙনরক্তনি অসি

মত্তরা ? শোয়দনা থঙ্‌নরকপা য়াই, অদুবু মতুদি অতোপ্পা লৈবাক অমদগী অতুম্মক থোক্লবা য়াই।

হরাওবনা লুত্তোন কায়রবা সুরেশনা ইথক থক্লা হায়রকই, অতুদি অসিদা অসুম লেপ্লেদনা। অসিদা অসুম নহাক য়ারেদনা, হায়য়ু অচলা? শেংনা অমুক্তা হায়দোকউ—, হায়না হায়না করিনো পোৎশক অমনা মহাকপু নমথুনা চিংথৎলকলে। তৌইগুম্বসুং তফিং তফিংনা মখোঙনা লৈমায়দা হেক নেংলকপা মক্তদা থঙহৌদনা চপ লেপ্তুনা য়েংথোরকই, মহাক্না উরে, থোঙ থিংজিল্লমগা অচলা অতু মশক উখিদ্রে।

মুমিৎ কয়ানিমক্কমদগী হৌনা আক্তিয়াদা অসুম নোং চেক্লকতুনা লোং-মুংশিৎ তৌগদবগী থুদম উৎলকলি। সুরেশকী অনৌবা মযুম অতুদা লোইবা নাইত্রবা পোৎ-চৈ অমদি লৈতেং কয়া কয়া কলিকাতাদগী লাক্তুনা মপে-মপে পৈরবলে; অতুগা মখোয় অদুবু শেম-শাতুনা লোইশিনবগী থবক্তি নাকল অমত্তনসু থম্নবা তৌথিদে। অচৌবা শগোল অনিগা মমল তাঙলবা গাড়ী অমথক্তা মহাক্দগী হৌনা থুংলরগা শগোলশঙ অমদা সৈস (সহিস) অমাদি শাথৌবা মীগী মথুত্তা অতুম্মক লৈরে, কনানসু থিজিনবীক্লদে। অসুম তৌনা মুমিৎশিং অতু অতুম্মক হৌজিনথরে, তাঞ্জা অসিদা নোংমগী মুংথিন্দা অহল ওইরবা রামবাবুনা মথুৎ নামনা হিদাকপু অতুগা নাম্না অমনা অশংবা মচুগী চিঠি অমা পায়তুনা থুংলবে।

অচলানা রেলিঙ মনাক্তা লী-গী সোফা মথক্তা হকচাং তংখায় অমা ঙাথরগা বাঙলা-লোনগী থাগী চেক্লোঙ অমদা বিজ্ঞাপন অসুম পাদুনা লৈরম্মী, মপল ইবুংঙোবু উবদগী হৌগত্তুনা ফমলে। রামবাবুনা চিঠি অতু পীশিল্লগা হায়রকই, সে সুরমা, নঙগী য়াক্তুসীগী চিঠিনি। অমুক কুইবসি নঙোন্দা ইরকপা ঙমখিদ্রে হায়তুনা ঐঙোন্দা ইরকপা চিঠিদা মশীং খঙজনবা ঙাকপিনবা হায়জরকপগা লোয়ননা মশীং খঙদনসু থুক্নমজরকই। মতমা মাবু ঙাকপিয়ু। হায়তুনা নোক্লা নোক্লা মহাক্না চে অতু মাগী মথক্তা লান-শিল্লগা চৌকি অমা চিংশিন্দুনা থোইমা লাপ্তনা ফংথপ্রে অতুগা তুরেল্লোমদা য়েংনা য়েংনা মপুক্রিঙ লৈতানা হিঁদাকপু চিঁংল-চিংলগা মৈথুত্তনা ইমম হেক মমশিলহল্লরে।

অচলানা চিঠি অত হৌখদকী লোইবা ফাওবা অনিরক হক্লা পারগা মমাল হায়দনা য়েংতুনা হায়রকই, অতুদি মখোয় পুম্মক হংচিং অমুক্তী

গাড়ীদা থুংলরগদবা ? ইনে হায়বসিবু কনানোনে ইপল ইবুংঙো ? অদুগা মাগী মমৌ ইবেম্মা, মজাইবুংঙো, গারজেন-টিউটার হায়বসিনা—

রামবাবুনা নোক্লুনা হায়রকই, ঐগী ইচানুপী রাক্ষুসী হায়বসিদি ফাগি তৌফম অমত্তংবু ফংলবদা মানা থক থাদোক্কদবা নত্তে ; ইনে হায়বনা ঐগী ইচল অতোম্বী লুখ্রাবী অমনি অদুগা ইমৌ ইবেম্মা হায়রিবসিনা মহাক অদুগী মচানুপীনি। ভাঁড়ারপুরগী ভবানী চৌধুরীনা লৌবীনি—মানা হায়বসু হায়বনি, অদুবু মখোয়গী ময়ুম অদুদি নিংথৌগী সঙ্গাইমক্নি। মজাইবুংঙো হায়বসিনা চহি তরা শুরবা মাগী মচানিপা অমবুনি—অদুগা অকোনবা হায়রিবা মীওই অদুদি করম্বা জাতনো, মদুমদি ইমিৎমক্কা উদনদি হায়বা শুমদ্রে ইবেম্মা। তলব য়াম্না চাবা কনাগুম্বা থবক তৌবা মীওইককা ওই-রম্বসু য়াই। অচৌ-অশাং মচাগা অসুম কোয়মিন চৎমিন্নবা, লোম্না নত্রগা ফোংনা 'সিগা 'দুগা পুম্নমক শীন্দুনা অহল অঙাং অনিমক্কী মপুক্লিঙ পেন্নবা তৌবা অসিগুম্বা করিনো থরদি তৌবা মীওই ওইরমগনি খল্লি। অদুবু মদুগীদমক্তি থোইনা খল্লুদে সুরমা, লাকসনু, চাবা-থকপদা, নোংচুপকী ঈশিং তুংশিৎতা মখৌরী নাবা, মবুক শাউগৎপনচিংবদু নিনিত ওইরবসু য়েথোক-হল্লবদি য়াম্না পেনগনি। তৌইগুম্বসুং ঐনা খল্লিবদি অসিনি মদুদি— ৫৫ ইয়ুম অসিদি পিশক পীকইদো ; নিংথৌ অমদি নিংথৌগুম্বা মীওইগী রা খন্দুনা শাখিবসু নত্তেদো, ইমুং-মাংগোনগী থৌরাঙশিংসু মদুগী মতিক চাবদি ওইদেদো। মনাই মশন নিপা-নুপী কয়া অমসু কান্নবা মশীংদগী শক্কক অহুম হেক্তিন্না লাক্কনিদো। মরম অদুদগী ঐনা খল্লিবদি—নঙগী য়ুম অদু করিগুম্বা—

অচলানা ফিংনা হায়রকই, অদুবু ইপল ইবুংঙো, মদুগী মতমদি অমুক লৈত্রে। অদুগীসু মথক্তা অদুক লাপ্পা মখোয় মথন্তা লৈরুবদুবু থুদোং—চাগত্রনে ?

রামবাবুনা হায়রকই, হুজীক্তগীবু থবক পায়থৎলুরবদি হেন্দোক্লা নং-গনি। অদুগা মকমদুবু শেম-শাদুনা লৈরবদি কদাইদা কনানা লৈবদা খুদোং চাবগে চাদবগে হায়বা লেপ্পবা অদুবুদি লায়রে। সুরেশবাবুদি হেক তাবগা টম টম অমা রায়দুনা চংথ্রে—নঙগী গাড়ীসু শেম-শাদুনা লাক্লে অসে ; নঙ-দনবু থুরপ শেম-শাবা লোইবা ওম্নবদি ইবেম্মা, চৈরক অদুদা ঐসু থোক্তউপ জোড়া অমত্তং ওম্থোক্লুনা লেংবান্দা ইম্নফি অমা য়ানশিল্লুরগা লোইরে। নঙগী

নয়ুম নকৈগী শীন্দোক শীনজিনগী থবক্তি তশেংনমক ঐখোয়তনা ঙমগদবা নত্তে !

মিংকুপ অমত্তং তুমিন লৈরুরগা অচলা অদু হৌগৎলকলে ; হায়রকই, ফরে, ঐ ফি অসিদং হোংদোকলুখিগে, হায়দুনা তপ্না তপ্না চংখ্রে।

রামবাবুনা হায়রিবসি মরম চাদবস্তু নত্তে, অদুগা মরো লৈবা চনৈনবা রাফমস্তু নত্তে। নক্লবা মরীগী নিংথৌমচা অদুগা নিংথৌ পোকপী মমা অদুগগী মফম পীননবগীদমক, য়ুম অসি থাদোক্লগা অতোপ্পা মফম অমদা মহাক চত্তবা য়াদ্রে হায়বসি অচলানা য়াম্না লায়না খঙবা ঙমলে ; অদুম ওইনমক খঙবদদি লায়না থোক্লবস্তু মাগী অরাম্বা কোকথোংদি কবিস্তু য়াংখৎলকপা লৈখিদে। মহাক্না মদুবু হেঞ্জিন্না খঙলক্লিবা অদুকী মখৈ লুম্নবা ষ্টিল-রোলারগুম্বনা মপুক্লিঙদস্তু তকখায়বা হৌরকলে।

অস্তুক কুইবসিগী মস্থুংদা কনানস্তু মহাকপু ইমুংদগী মপান থোকহনবা ঙম্লক্তি মিনিট তবামঙাগী মতুংদা ইহান হানবা ওইনা ঙসি মহাক্না মশাগী হৈনজবী ফিজেৎ-লৈতেং তৌদুনা মদুগীদমক্তা কুমথবক্লবদা, মায়কৈ মরিমক্কী পোৎ পুম্নমক মাগী মমিত্তা ইনো নৌখ্রে অমস্তুং ইঙক ঙক্না থোকখ্রে, অমুক করিবু হায়রুগদগে, মশা মথস্তনস্তু মশামকপু কন্নিনো মওঙ অমা ওইনা খঞ্জবকলে। হোজঙ-থোঙ রাংমদা চাউরবা জু ড়িগাড়ী (শগোল অনিনচিংবা) থাদুনা লৈ, অনৌবা ফিজেৎ হোংলবা শাথোবা অদুনা মপুনি হায়বা খঙলদুনা মথক্তগী সলাম তৌরকলে, সৈস ( শগোল শেনবা ) অদুনা থোঙ হাংদোক্লগা ঈকাই খুম্নমা থৈদোক্তুনা লেপলে, অদুগা মাগী মতুং ইল্লক্তুনা অহল ওইরবা রামবাবুনা মমাঙদা কাখত্তুনা ফমলবা মতম অদুদা পুম্নমক অদু অঙকপা মমঙ-মহাগী থৌওঙগুম থল্লক্লে। মাগী ঙকচানরবা মমিৎনা তারুবা গাড়ীগী শক্লক অদু উরগা মহাক্না খল্লকই, মসিদি চুম্নগী মমল য়াম্বা পোৎ ওইবতা নত্তে, ঈনাক-থুনবগী শেলগী নাপল ঙাকস্তু নত্তে, মসিগী বিন্দু খুদিঙমক কনাগীনো অমগী ঙমথৈ লৈত্রবা সুংশি-সুংওনতনা য়োমদুনা শাগৎখিবনি ।

অকনবা নুং থাবা লম্বী মথক্তা শগোল মখোঙ নিপানগী খুক্লপ মখোল থোকহন্দুনা জুড়িগাড়ী অদু চেল্লকলে, অদুবু অচলাগী মনাকোঙ মস্থুংদদি মদুবু মশেল-মরাংতা ওইনা তাখি। মাগী থম্মোই অমদি মপানগী ইন্দ্রি পুম্নমক অদু আ—মমৈ তাবা ফাওবদা অস্থুম্না চময়দুনা অদুম লৈরমগদবনি

অদুবু খণ্ডহৌদনা রামবাবুগী মথোল হেক তাবদগী থংপেক থংখি। মমাঙ-লোমদা য়েংথোকহল্লগা মহাক্না হায়রকই, ইবেম্মা, যেংউ অসে নঙগী নম্বুম উরকলে। মী-নোং, মীনাই-মীশন পুম্নমক হাপথ্রবনি, শেম-শাবগী থবকস্থু চাউরাকপা অমদি ঙসায়না লোইশিনগদৌরম্লগনি, নখোয়গী হিপফমক্না অদুতদি ঐনা কনাবুস্থু থুং থাহম্ত্রি ইবেম্মা। মানা চৎলমদাইদা ঐনা হায়খ্রে, সুরেশবাবু, যুম অদুগী অতৈ মফমদি তৌনিঙবা তৌরু, ঐ কম্বিস্থু হায়দে, ঐগী ইমাগী কা অদুতদি অরেম্বদা ঐগী থবক হাপকৎনবা থুং থাথীরমখিগদু। অসি হায়রগা অহল অদুনা ঈকাই হংগোই মীনোক অমা উজনিঙদুনা মমিৎ হাইগৎলকপদদি খণ্ডহৌদনা অদুম্মক তুমিন লৈখ্রে।

মহাক্না অস্থুম তৌনা করিগীদমক থংলেপ লেপথ্রিবনো হায়বদু মিংকুপ অদুমক্তদা অচলানা থঙবা ঙমলে, মরম অদুনা গাড়ী অদুনা অনৌবা যুম অদুগী থোঙজীন্দা হেক যৌদ্রিবা ফাওবা মহাক্না মাগী কংলবা অমদি কুচু থোক্তুবা মমায় অদু মপান্দা ওন্থোক্নুনা ঙকচানরবা অহল অদুগী মিৎয়েংদগী লোৎনবা হোৎনদুনা লৈখি।

গাড়ী মথোন তাবদগী সুবেশ মপান থোরক্লে, মীনাই নিপা-নুপী মথৈস্থু থবক থনা হুন্দোক্লদুনা কিনা কিনা মরুমদগী অনৌবা মখোয়গী মবেম্মা অদুবু য়েংজবা লাক্নরে, তৌইগুম্বস্থুং মায়থোং অদু উরুবদগীদি কনাস্থু হৈনিঙবা পোক্নখিদ্রে।

রামবাবুগা লোয়না লোযননা অচলাস্থু কুমথরক্লে অদুগা সুরেশকী মায়কৈদা মমায় হাইগত্তুনা অমুক্তস্থু য়েংলক্তে, মথংদা মখোয় অদুম্মক তপ্না তপ্না রা-লাল করিস্থু ঙাঙনবা তৌদনা অদুম্মক তুমিল্লা অনৌবা যুম অদুগী মনুংদা চঙমিন্নরক্লে। যুম অদুগী মনুং মপান, মথক-মখানচিংবা মকম অমত্তদা হুংঙাইবা মরীক অমত্তং ওইরবস্থু লৈ হায়বসি ঙাইহাক্তি মখোয়না খ্লেংক্না মাথকৈ অমত্তস্থু উনবা ফংখিদে।

# কুম্থ্রাতিরুক শুবা তাংকক

তৌইগুম্বস্নুং মতুগী মঙ্গুংদা কয়াগী মতিক লানবা য়াওরম্বগে হায়বা অতুস্নু ইকুই কুইদনা মশানা অতুম্মক উৎচরক্লে। যূম শেমজিন-শাজিনবগী থবক তৌনা তৌনা মমল য়াম্লবা অমদি মরাং কায়রবা পোৎ-য়ামশিং অসিগী মরক্তা লেপ্পা লেপ্পা রাখল পুম্নমকপু নম্মৎপা ও তোপ্পা রাখল অমনা পুম্নমক্কী পুক্লিংদা হন্না হন্না শুৎপা হৌবক্লে। মতুংদি, লুপা লৈবা মীনা খরচ তৌবা হায়বা অসিবুদি অনৌবা রাফম নত্তে, অদুবু মতৌ অসিদি মতুতগী রা নত্তে। মসিদি মী অমনা মী অমবু মপুক্লিঙ লৈতাংনবা অমদি মুংওাইহন্ননবা হোৎ-নবদা লোইবা নাইদ্রবা লাওতরুজবগী মতৌনি। থবক ময়ামগী মরক্তা পোৎ চৈ খাংদোক-খাংজিন তৌবদা ইচম চম্বা রা-লান কয়া কয়া ওাওনগ্রে, মিৎক-মিৎকস্নু কয়াবক চান্নগ্রে অতুম ওইনমকস্নু পুম্নমক অতুগী মরক্তগী হায়-দোকুদবা রাহৈ অমখক্তংন,দ অতুম মৈচেম্নতুনতা লাক্লবা অতুগুম্বা কোংদোকুবা ঈঙ্গিত অমগী মায়কৈতদা মখুৎ থিনবা হৌরক্লে।

য়ূম অতু তৈথোক নাম্থোকপগী থবক লোইশিন্দ্রি। মরম অতুনা মদুবু চাউরাকনা লৈবা য়ানবা ফাওবদং হোৎনবতদা নুমিৎ তাশিল্লক্লে। রানরতুনা অমদি চোকথনরতুনা মখোয় অতুম্মক যূমদা হল্লক্লবগীদমক গাড়ী তোংখৎ-নরবা মতম অতুদা অহিং য়ুথক অমগী মতম ওইশিল্লক্লে। মুংশিৎ অমা হৌবক্তুনা মাওদা আতিয়াগী শরূক থরদি তরু-তকুরক্লে, অমুবা মচুগী নোং মচেৎ অমনা মরক-মরক্তা ওরোইবা ওমথৈদগী লাক্তুনা তুরেল লাম্থোকগ্রগা অতোপ্পা ওমখৈ অমা তান্না পাইতুনা অস্নুম চৎলি অতুগা মতুগী অহাঙ অহাঙবা মরক অতুনা তরেৎনি পানবা অখোয়বা থা মচেৎতগী নাম্বরক্তুনা করিগুম্বদনা ইবং হেক লংবা অতুগা করিগুম্বদনা মকশিল্লবা থাবনগী ঈচেলনা লমহাঙ-তুহাঙ অমদি উপাল-রাপাল মথকতা তাশিল্লরি। অহল ওইরবা রামবাবুনা অসিগুম্বা ফজরবা মতৌ অসিবু মমিৎ অনিমক থম্না থকচিঞ্জনবগী-দমক্তা মিহুৎ মপান্দা মমিৎ লাওথোক্তুনা য়েংলি; অতুগা প্রকৃতিগী রস অমদি ফজবা মতৌ পুম্নমকপু ফংফম থোক্লরিবা অতুগুম্বা চহি মতাংগী ওইরিবা অহল নত্তবা মখোয় অতুতদি মোম্পাক থাবা গাড়ীগী কাচিন অনিদা মকোক ওাথনরগা মমিৎ মমিৎ উইশিন্দুনা লৈনরি।

মতম কুইমনখিবদগী মপুক্লিঙদা মশেল মরাংতমক ওইনা উরবা অতুগুম্বা

স্মৃতি অমথক মতম কুইগ্রবগী তুংদা ওসি অমূক অচলাগী মপূক্কিওদা নিঙ-শিংলক্লে—মুমিং অত্তসু অসিগুম্বা য়াচওবা মতমদা অসিগুম্বা গাড়ী অমদা তোংলগা মখোয়না সুরেশকী কলিকাতাগী ময়ুম অত্তুদগী হল্লক্লম্মী। মুমিং অত্তুদা মহাক্না মরল মথুম অমদি মুংঙাইনিঙবা ময়াই কন্না চেনখিবনা পেন্দ্রবী মাগী মপূক্কিও অদুবু মহিমগী মকাদগী য়াম্না লাপ্না চিংথোকখিরম্মী। অত্তুগুম্বা মুমিং অত্তুদদি সুরেশকী মথৃত্তা এশাবু কখোকলুবদা অত্তুকহাক্লা নাতৈ চাদবা অমদি ওইথোক্তবা ওইনা খন্‌খদে—ওসিদি য়াম্না কুইরবা মতুংদা রাক্ষম অদুবু করিগীদমক্তা অমূক নৌনা নিঙশিংলক্লিবনো হায়বসি খম্বক্লবদা থুম্না লৈগ্রবী মশাগী লকাত্তুংগী মৃত্তি অদুবু তশেং-তশেংনা উরকপদগীদি মশা পূম্নমক শীনবা থুংনা ঈকাইবগী অকনবা নোংলৈ-মুংশিংনা হুম্লকলে।

ঈকাইবা! ঈকাইবা! ঈকাইবা! তোংলিবা গাড়ী অসি, য়ূম অদু অমদি মদুগী মপোৎ-মচৈনচিংবা পৌরাঙ পূম্নমক লোইনা মাগীনি—পূম্নমক অসিবু মাগী মপুরোয়বগী মুংশি থৃদোলনি হায়না নোংমদি মী অপুম্বনা খঙ-নরগনি; অত্তুগা মাগী অশেংবা অধিকারদি মসিদা লীক্কোন খৃক্তিং মচেৎ অমা ফাওবা য়াওবা নত্তে হায়বসি পূম্নক্কা খঙনরকপা মুমিং অত্তুদদি—মসিগী মখোঙদগী মতোন ফাওবা মীনম্বগী মীনম্বঙাক্তা ওইরগদবনি। মুমিং অত্তুদা মাগী ঈকাইবদুবু মানা থমলুগদবসি কদাইদনো? অত্তুগা ওসিগী-দমক্তদি রাক্ষম অসি করিসু মীনম্না নত্তে মত্তুদি, তৌরিবা পূম্নমক অসি মাবু পূজা কচ্ছনবগীদমক লুনা লাওথৎচবা ঙাক্তনি অত্তুগা হৌবদগীনা হেক লোইবা ফাওবসু মুংশি-মুংওম্না, অমদি লুনা-চান্না তৌবনা মত্তুগী মশা পূম্নমক অদু য়োম্লবনি! মায়কৈ পূম্নমক থুংনা নিকহন্দুনা মহাকপু পুদুনা চোল্লবা, শোকপতদা তরোম-তমোন মুংঙাইবা পোক্লিবা, চোংবা-হুনবা লৈত্রবা, অপল-অত্তই নাইত্রবা খোঙজেলগী মুংঙাইবা পীরিবা—অসি পূম্নমক ওসিদি মাগীনি! অত্তুক য়াম্বা মীনাই নিপা-নূপীশিং অত্তুনা ওসিদি মহাক্তগী মমাম্ন য়েংত্তুনা লাওতক্লনা ঙাইনরি।

য়েংনা য়েংনা মাগী মবুক মত্তুংদা অপাম্বা অমম্তুং থাদোকপা, ঈকাইবা অমম্তুং অরেম্বা মখোয় অসিনা গঙ্গা-যমুনাগুম ফাংনা-ফাংনা চেন্নবা হৌরক্লে অত্তুগা মসিগী অমত্তবুসু মহাক্না মিংকৃপ অম্নক্তগী মতম কাওবা থাদোকপা ঙমখিদ্রে। তৌইগুম্বসুং অত্তুম ওইনমক য়ূমদা থুংলগা অহল ওইরবা রাম-বাবুনা সন্ধ্যাগী মখো পাঙথোক্লুনবগীদমক চংগ্রবদা, খঙহৌদম্না মহাক্না

মশা চোকথবা অমদি মকোক চীকপগী মা হাম্বজিন্দুনা মতম ইচা চাদনা থুনা য়াঙনা মপাগী ইমুংদা চঙগ্রগা থোঙ লোমশিন্দুনা ফমুংদা ছিপথরকপা মতম অহুদদি ঈকাইবা অমদি থৌওই উশীংপীদবগী মাখলতনা মহাকপু য়োংশিল্লকদবগুম তৌরকলে। মপাগী ঈকাইবা, মপুরোয়বগী ঈকাইবা, শাগৈ নাতৈ, ঙাই-শেননচিংবা মক্লপ-মপিজাশিংগী ঈকাইবা অসিনচিংবা মম্মামগী অপূনবা ঈকাইবা অহুনা নোংমদোন থেংনা বাংখংখিদুনা মাগী মমিং মথক্কা লৈরম্বা অম্রা-অনা পূম্নমক অদুবু কূপশিনখ্রে। বাফম অসিতবু মহাক্কা হন্না হন্না থল্লক্লে, অসিগুম্বা তাং অসিবু শোয়দনা নোংমা ফাথিবা অহুগুম্বা মতম অহুদদি কদাইদনো মাগী মমায় লোংকম ফংলুগদবা?

অহুমদি ওইরগা অঙাং ওইরিবৈঙদগী হৌনা মী অমা ওইরকথিবা ফাওবদা মাবু অস্নম যোমহুনা লাক্লিবা অহুগুম্বা সমাজ অমদি সংস্কারগী মরক অহুদদি শক্তি মউনগী ফম্মুং অমদি উথাদা য়াহীপ্পগী বাফম অমত্তবুসু পাম্ফন খোকপনি হায়না য়াওবা মহাক্কা তাবকথিবা লৈতে। মফম অহুদদি চংপা কোয়বা, তোংনবা-তিম্নবা, চাবা-থকপা অসিনচিংবা অমত্তদা য়াদিবা তৌদে, মথং মথং অস্নম চাউখংপা হেল্লকপা অহুগুম্বা অনুবাগস্থ মহাক্কা উব্রে, মফম অহুদা লৈরিবৈঙদদি মহাক্কা হিন্দুধর্ম্মগী করিগুম্বা ফিদম অমত্তগা মশক থঙনবক্তে—লাইরমলেনতগী য়েংহুনা মীরমলেনগী হুংঙাইবা পূম্নমক অসিদগী মশাবু খত্তোক্তুনা থম্বগী হুংশি তৈত্রবা অহুগুম্বা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক অদুবু মহাক্কা নোংমত্তুস্থ উরকপা লৈতে, মহাক্কা উরকপদি মীগী মত্তৌ তমদুনা শেমগং-শাগংপা ইমুংশিংতনা লিংবা অদুগুম্বা সমাজ অদুতবুনি। মহুদা লৈনরিবা নিপা মূপী পূম্নমক্কা থৌজেঙ-থুম্বমথৈ সংসারগী ঈথৌ লাং-নদুনা নোংমগী মথংদা শোংমা অস্নম অস্নম কংশিন্নরকপদমক থংলি।

মরম অসিদগী মহাক্কা চীক্লবা ফম্মুং মথক অসিদা মমিং উইশিন্দুনা য়াতারগা হুংঙাই-ফাইফবা হায়বা পোংশক অদূবু করিস্থ লৈতে হায়দুনা উড়াইথোক্লুনা মদুবু পামজদে; করি ফাম্নবনো হায়না হায়ক্লপাদবদা মাগী মপুক্কিগুনদি মাচুংবা কৌবা লৈখিদ্রে। মানা পোকবৈঙদগী ফংজরকপা শিক্ষা অমদি সংস্কার মত্তা অদুনা মসিগী অমত্তবুসু করি লৈতবা ওইনা থম্মনবগী থুদোং চাবা পীখিদে অহুমদি ওইরগা খোয়রাঙ খোম্নলাউবনস্থ থম্মোই লকাহুং পূম্নমক শীনবা থুংনা মচু মুশীন মুশিল্লক্লে। মরম অহুদগী মাগী মশা অদুবু মওঙ পূম্নমক্কা হুংঙাইহুম্নবগীদমক হায়জক্লবস্থ নত্তনা মাগী মথোঙ

ময়াদা পুন্নপ পৈশিল্লরবা অতুগুম্বা লন-থুম অমদি ভতৈ পোৎচঙ পুম্নমক অদুবু থিংডমজ্রবা অপাম্বনা অরাবা খঙদ্রবী মাগী মথৎ নামনা অস্নম চিং-শিনবা হোৎনরি অতুগা মথৎ নামা অমনা মদুবু অস্নম লংথোকখিবতা থংলি।

অমরোমদা, অরাবা মঙলানলক্তা অরা-অনা কোকপগী নিংনিং লাউবা অপীকপা রাখল মচা পিশক অমদি অস্নম চেম্নতুনতা লৈবগুম মাগী মপুক্লিঙ-দগী খংমৎমক্তি মৃৎথিবা নক্রিবা অতুগুম্বা বাখল অমদি নোংদম থীবতনা মরম ওইতুনা ঙসি অসিদনা তাৎ ওইররিবা অসিগুম্বা পোৎশক অসিমক অচুম্বা অশেংবা অমা ওইরম্বদা নোংমদি অপনবা কবিস্তু লৈবম্বা নত্তে। স্তবেশ অসিমক্তা অশেংবা মাগী মপুরোযবা ওইবম্বা যাবনি অতুগা মতুংদা করম্বা মতমদনো মতুস্তু খক থোকহৈরদে হাযবা অসিমস্তু কনা অমত্তনা কম্না হায়বা ঙম্বা রাফম অমদি নত্তে।

মথোয়গী অসিগুম্বা সমাজ পুম্নমক্তা লুপ্রাবীনা অমৃক লুহোঙবা চৎনৈ, হিন্দু-নূপীগুম নিপা অমত্তগী নুপী ওইদুনা, মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা মতুগী কিশি থাংতুনা অস্নম কোয়না চত্তবা য়াদবা অতুগুম্বা থাদোকফদ্রবা শাসন অতু মথোয়দি য়াদে ; মবম অতুনা চঙবা শিবা অনিমক্তা নিপা অমদগী খক হেনবা যাদে হাযনা খল্লনবা অতুগুম্বা অফা-অপুনগী পুক্লিঙ মতা অতু মাগী মকাদদি খক আশা তৌকবা যাদে। মপুবোয়বা লৈনা লৈনা অতোপ্পবু মপুরোযবনি হাযকবা মবালগী পোৎলমনা নম্ববক্লনা অরাবা কয়াস্তু ফংলসনু, ঈকাইবা অমদি অথীবা মিংচৎকী মৈবিনস্তু ফনা য়াম্না চাক-থেক্লরসনু—মাগী অতুগুম্বা মপুক্লিঙ অতুনা ধর্ম্ম অমসুং লাইরমলেনগী গদানা থাদুনা মহাকপু লৈমায় মথক্তা হাই-থুহনবগী অকিবদি খক উৎলবা ঙমখিদে।

থিংলিবা থোঙ থীম্না থীম্না বামবাবুনা কৌতুনা হায়বকই,—ঈশিং ফাওবা য়োত্তনা হিপপ্রবদি নশা য়াম্না ঙমদ্রবরা ইবেম্মা ?

অচলাগী রাখল-লংলা থংতৎ তৎথ্রে। থোঞ্জেন অসিবু মপাগী মথোন-মক ওইরবোই হেক খল্লকই। মানা শাউতুনা মতম চাদনা হিপ্তুনা লৈপ্রবদা সুংশা থীবা থোনফম্না অসিমক মাম্না থোঙজীন রাংমদা লেপ্তুনা মহাক্লা হেক হেক কৌথোক কৌশিল তৌখি।

অসিগুম্বা বাখল অসিবুদি মহাক্লা খক থৌশাররোইদবনি ; অদুবু সুংশিন্নবা মীকৌ অসিবুদি মহাক্লা লৎনবা ঙমখিদে, মিৎকুপ অমত্তগী মস্নুংদা

মমিং অনিময়ক পিনা চোল্লে। থুনা মপি ঙৈথোক্লগা থোঁদেমহনা মখোন শেংহল্লগা থুম্না থুম্না থোঙ হাংদোক্নুনা থোরক্লগা মমাঙদা লেপ্লে।

গতম অমুক্ক কুইনা অতুক লুনা তিন্নরকপা ওইতুনস্নু ঈকোই কোইবা মতৌ অমদি অতুম তৌত্নুনা লৈরক্লিবা অহল অসিনা ঙসিদি, যুম অসিদা মথোয়গী অরোইবনি হায়না থল্লুরমাল্লে মিংকুপ অমগী মনুংদা পল অহু ল্যাম্পোল্লে। অচলাগী মরেংবান মথক্তা মখুং নামা থল্লগা, নামা অমনা মাগী মরাইবক শোক্নুনা মিৎকুপ অমগী মতুংদা নোক্না নোক্না হায়রকই, অহল ওইরবা নপল অসিবু অতুম্না রাহনবা করিগীনো ইবেম্মা? করিস্সু তৌবা নত্তেসে লাউ, হায়তুনা মখুৎ পায়তুনা মাংগোল তান্না পুরক্লগা চৌকি অমগী মথক্তা ফমহল্লে।

থোইনা লাপ্তুনা চৌকি অমদা সুরেশ ফমতুনা লৈরম্মী ; মহাক্না মমায় হাইগত্তুনা অমুক্তং য়েংলম্লগা অমুক মরু লুকখি। অহিংদা মেন-তানা ফম্নরগা সুমিং-চুপ্পা তৌখিবা থবক-থনা অতুগী মরমদা থল্লসি হায়না লেপ্নখিবা রা অমা লৈবনা মহাক্না মথস্তা ফমতুনা রামবাবুনা হল্লকপা অসুম ঙাইরম্লি-বনি। মঙোন্দা ওনশিন্দুনা য়েংলগা হাইফেৎ মোক্নুনা অহল অতুনা হায়রকই, সুরেশবাবু, নহাক্কী লল্লৈমা অসিদি বিলাইতি মপানা পোকপী অমা ওইবনা—সুমিং ফবা-ফত্তবা, অমদি পাঞ্জী-গণক-ককা থক থাজদে। সুরেশ বাবুদি থাজগে থাজো, থাজরোই তোকউ. মতুনা করিস্সু থোইদোক্কে —অতুম ওইনমক চহি হুম্ফু শুনা চুশিনগ্রবা ঐগী ফজ্রবা সংস্কার অসিদি কোকখিগদবা লৈত্রে। হয়েং য়ুথক অমা মথায়গী মনুংদা (পুং ৪½) অফবা পুংফম অমা লৈ—

সুরেশনা ইঙ্গিত অসি পাক হেক ভাব তাবা ঙমদ্রতুনা ইঙক ঙক্না হল্লকই ; অফবা পুংফমদি করিগী?

রামবাবুনা ইতিং তিংনা পাক হেক খুমদোকপা ঙমখিদে। হাইফেৎ ইক-আক তৌত্নুনা হায়রকই, অদুবু মতুং অসিদদি চয়োল অমরোম অসিগী মনুংদগী পাঞ্জী-খুৎপায়দা থিবদা সুমিং কংবা লৈত্রে—মরম অতুনা থল্লম্লিবনি—

হায়রিবতু সুরেশনা হন্দক্তি থঙবা ঙমলেদি হায়রবু, হোয়-মাইদি করিস্সু খুম্বা ঙমদ্রতুনা কিনা কিনা লোম্না মমায় হাইগত্তুনা অচলাদা অমুক্তং য়েংথৎলুবদগীদি মমিং অদু অমুক হম্হনবা ঙমখিদ্রে ; মানা উরে, মমিং কুপ্তুনা মহাক্না মাবু য়েংতুনা তুমিন্না অতুম ফম্লি।

তথা-মেণ্ডনা অচলানা হায়রকই, হয়েং অয়ুকমক য়ুম অতুদা ঐখোয় হেক্তমক চৎখিবা য়ারোইদ্রা ?

অঙকপনা লাকহৎলবা সুরেশকী মচীন্দগীদি ইতিং-তিংবা রাহং অসিগী ঈরায়-লায়বা পাউথুম অতু থক মপান থোরকখিদরে। শেংফাণ্ডবা মরোলনা মহাক্লা অসিদংদি মওঙ অমা ওইনা খঙহঞ্জনিঙখি মতুদি, য়ুম অদু হুক্কীক ফাওবদা মপুংফানা লৈবা য়াবা হায়বতু থোক্তি। মতুগী লৈমায়াশং অতু হুক্কীক ফাওবা চোৎলমখিগনি, অনৌবা ফক্লাংশিং অদুসু কংশিল্লমখিরোই— অচলাগী মশা হেক ঙম্লক-খোৎলক্তবা নত্রগা মাগী—

তৌইগুম্বসুং মাগী আপত্তি পরেং অতু লোইশিনবা ঙমখিদ্রে। হাইফেৎ নোকপগুম তৌতুনা অচলানা হায়রকই, মদু পুম্নমক ওইজসনু। হূই-লমহূই ফাওবনা মকোন থাদোক্তনা চৎনিঙদবা অতুগুম্বা খুদোং থীরবা মুমিৎ অতু ফাওবদা খঙদ-উদবা মফমদা পুথোরক্তনা এবু উ-খাদা নমশিন্দুনা থমবা ঙম্রিবা নহাক্লা হাইফেত্তং লৈমায় লৌনন কাবা অমদি ফক্লাং খঙীক্তং কং-ফাত্তে হায়তুনা ঐগীদমক অতুক কিনা থন্দুনা রাকফম থোক্তে। মুমিৎ অতুদা শিখিত্রবনিনা মহাক অতু ঙাসসু অতুম্মক হিংগনি।

রামবাবুদা ওনশিল্লগা হায়রকই, করিসু মুংশা শ্রীবিরুগমু ইপল ইবুংঙো। ঐখোয় হয়েং অয়ুকমক চৎখিবা য়াগনি। ইপল ইবুংঙোগী লম্মন্দি ঐনা মপোক মপোক খুদঙদসু শিংজবা ঙম্নরোইদবনি, হয়েং অয়ুক্তি ঐখোয় বিদায় লৌজখিবা তাবে। হায়না হায়না মহাক্লা কপ্তুনা মাগী কা-দা চেনশিনগ্রগা থোঙ অতুম লোনশিনখ্রে।

অহল ওইরবা রামবাবু অতু বক্তনা থারবা মী অমগুম জ্ঞান মাঙতুনা অতুম্মক ফমতুনা লৈখ্রে। লাঙতক্ররবা তৌফম খঙদ্রবা মিৎয়েংনা মহাক্লা লুকথরিবা সুরেশকী মমায়দা অমুক অতুগা থিংজিনগ্রবা থোঙ অতুদা অমুক য়েংলগা অরেম্বা রাহং অসিদমক হন্না হন্না হংজরকলে, করি মতৌনো অসিদে ? করিগীদমক্তা অসুম থোকখ্রিবনো ? কমদৌনা অসি ওইখ্রিবনো ? তৌইগুম্বসুং অন্তর্যামী নত্তনদি অসিগুম্বা থম্মোইশোক্লা শাউবা মতৌ অসিগীবু কনানা পাউথুম পীবা ঙমগদগে ?

# কুম্‌হ্রাতরেৎ শুবা তাংকক

মতুংগী মুমিংতি অয়ুক অঙনবদগী হৌনা আতিয়াদা নোং-মংই। মচু মকশিল্লবা অহুগুম্বা আতিয়াগী মখাদা সংসার পুম্নমক অসিসু ইমক মকশিনবা ইমুং-মুংঙাইতবা মতৌ অমা ওইনা উরি। হোজঙ-খোঙদা শেম-শারবা গাড়ী থাহুনা ঙাইরি ; তুরঙ্গ উপু থরগা লোয়ননা হিপ্পা-চানবা পোৎচৈন-চিংবা থরসু মহুগী মথক্তা হাপকৎখ্রে ; পাঞ্জীনা তাকপা অফবা মতমদা অচলা অহু মখাদা কুমথরক্লে। অহুগা গাড়ীদা কাখল্লিঙৈগী মমাঙদা রাম-বাবুগী খুয়া-উফুন লৌরুবদা নমহাহুনা মচীন্দা নোক্লগা মহাক্লা হায়রকই, ইমা, অহল ওইরবা মীগী মমা ওইবা হায়বসি য়াম্না ৱারৈ চেনবনি। খোঙদগী উফুন থরদং কোৎলগা অহুগা মাইল অনিদং লাপ্না চেন্থোকখ্রগা হেক্তমক দশা কোক্লবনি হায়নদি খল্লুগন্নুকো।

মপি তরং তরং চেল্লবী মমিৎ অনিমক অহু ওনখত্তুনা অচলানা হায়-রকই, ঐদি মদু পামজদে ইপল ইবুংঙো।

মুংশিবা ৱাহৈ মতেক অসিদং তাবদা অহল অহুগী মমিত্তসু ঈরা চেল্লক্লে। শকখঙদবী নুপী অসিনা পরিচয়গী ৱাংমদা থাপ্না অমুক চখোকখ্রবা ওইনা খঙহৌদনা মহাক্লা হেক খল্লকই। মুংশিবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, মদু ঐদি খঙদবরা ইমা? নক্রবদবু নপুন্নোয়বগা লোয়ননা নশাগী নয়ুমদা চৎপদবু মিত্তা করিগী অমুক পি তারুগনি? অদুবু অহুম অহুম ওইনমকসু থিংবাদি ঙমাখদ্রে। হায়হুনা মখুৎনা মপি মতুম অমা মুখৎলগা নোক্তুনা অমুক হায়রকই, ইনাক্তা লৈরিঙৈদদি অহিং হায়বা মুংথিল হায়বা লৈতনা কয়ারক ওৎপা নৈবা তৌইদো, হুজীক্তা মহু য়াথ্ররোইদি হায়ববু বাকি-শিকি লাক-খত্তুনা অমুক লৌনবা হোৎনগদৌরিবনি, নহাক য়েংজোদো।

তুংদা সুরেশ লৈরম্মী, মহাক্লা ঙসি অহানবা ওইনা অশেংবা ভক্তিগা লোয়ননা অহল অহুগী খুয়া উফুন লৌহুনা খুরুম্নরবদা মহাক্লা তুমিন তুমিন হায়রকই, ঐগী অসিদদি মুংঙাইবা করিসু ফংখিদ্রে হায়বহু ঐনা খঙই সুরেশ-বাবু। নশাগী য়ুমদদি মহু হন্দক লৈতবা ওইরসনু, থবায়-হকচাংমক য়াওনা ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরিবসিনি।

সুরেশ করিসু হায়রক্তে, মকোক নোম্বদুনা অমুক্তুংগা হন্না খুরুম্নগা গাড়ীদা কাখত্তুনা কমখ্রে।

অমূকস্তু হন্না আশীর্ব্বাদ তৌরগা রামবাবুনা খোঙ্চেল বাংনা খঙহন্নকই মচুদি, মাগীস্তু শগোল গাড়ী অমা লৌহনখ্রি। মুমিং তারম তাফাখ্রিভৈদা হেক্তমক য়োরকপা য়াই, অদুবু মতম অতুদা শাউবা লাকপদি য়াদেকো। অসি হায়ত্তুনা ফাগি তৌগে হোৎনরুবদা অশাংবা স্বর মপী অমত্তুম হোন্দুনা ত্তুমিন লৈখ্রে।

গাড়ী চৎখ্রবদা মহাক্না মপূক্তা অত্তুম খক্তহৌই, মতম লৈরিভৈদা মখোয়না চৎখ্রিবসি ফনতুম ফবে। মফম অসিদদি চুম্না চিনবগী রা ডাকস্তু নত্তে, মাগী মচল লুখ্রাবী অতুগী মওঙ মতৌ অদূস্তু মহাক্না মুন্না খঙলম্মী। অতোপ্পা মীগী মিহুল খঙনিঙগনবদা মাগী মপা লৈতে। মহাক্না হেক লাকপগা স্তুরমাবু অকনবা চাংয়েং তৌবা হেক্তমক হৌগৎলগনি অদুগা মচুগী মহৈনা অমা অমস্তু ওইরসনু, হন্নাউখোকপা য়াবা পোৎ অমদি খক ওইরগদবা নত্তে। নূপী অসিগী মরমদা থোইনা করিস্তু খঙলুদ্রবস্তু লৈবাক-মচা তারবী নূপী অমনি হায়র্বসিদি মহাক্না খঙলম্মী। করিগুম্বা থুদোংচাবা অমন্নীদমক কৈদৌভৈদস্তু মহাক্না মীনম্বা রা, হায়বা ঙমলোই—মহাক মপা ব্রাহ্মনা পোকপীনি, মহাক মশামকস্তু অমাং অশেং অমদি লাই-তীন করি অমত্তা থাজবা লৈতে হায়বসি করি অমত্তা থুপ্পুনা থম্নগদবী নত্তে। মতম অতুদা য়ুম অসিদা থোক্লগদবা ঈরাংমতা অতু খল্লুবতদস্তু থম্মোই নীক্লবা মশক্নি। অদুবু মদুবুদি হৌখ্রে, মহাক মশাগী মুংঙাইবা মুংঙাইতবগী রাফম মখৈত্তনি। অদুগা মহাক মশামক্কী মকাদা তশেং তশেংবা ওইনা মহাক্না লৌশিন্নিঙদবা অতোপ্পা মওঙ অমগা লৈরি। মাগী মচানিঙোল লৈজদে, অত্তুমদি ওইরগা মাগী মচা অহল অতুদি নূপী ওইনা পোকখি। মহাক অতুনা ঙসি ক্নাওবদা হিংলম্বা থোক্লবাদ অচলাগী মমা ওইবা য়ারন্নগদবনি, মরম অতুনা চহি মতাংদস্তু নত্রগা মশক মচুদস্তু করিগুম্বা অমত্তা মান্নরক্তম লৈত্রবনি। অত্তুম ওইনমক মদুগী খৌরাংলম্বা মখৌরাং অতু মঙোন্দা কন্নাগী মতিক চাউনা লৈরম্বগে হায়বতু শকখঙদবী নূপীমচা অসিনা নোংম্না লম্বী খুদিঙ্দা কপ্পা কপ্পা মাইবা-ডাক্তর কোয়থি থিদূনা চৎলম্বা মুমিং অতুত্তদা খঙবা ঙমখি। মতম কুইনা মাঙখ্রবা মচা অদুবু ইখঙ হেক খঙহৌদনা থিবদা ফংলকপগুম মুমিং অতুদা মহাক্না থনখি অতুগা মতম অত্তুদগী হৌনা অতুগুম্বা মাগী খৌরাংজবা মতৌ অতুস্তু নোংমা নোংমগী অত্তুম হেনগৎলকখিবা অমস্তুং থম্মোইস্তুংদস্তু ইপেন পেঞ্জখিবা অশেংবনি অদুবু লুখ্রবা খঙঙমদ্রবা করিনো অমনা নূপীমচা অসিবু কোয়শিন্দুনা মখোয়নদি উবা ঙমদনা অত্তুম লৈরক্তম

ইতৌ তৌই ; মতুম্ম লৈজসনু—স্নিংকী কায়ন য়াংমদা লৈখিবা অতুদি ‘অতুম্মা অতুম্মক লৈখিসনু, থৌওইনা হোংনতুনা মদুবু মপানদা অমূক ·চিংথোক্লুবগী কায়বা লৈতে।

য়াকুসীনা নোংমদি·ঈঙ্গিত থরদি উৎখি মতুদি—ইমুং-মনুংগী ওইবা য়াথোক অমা মনুংদা লৈবা তাই—থংনতুনা সুরেশ বাবুনা মাগী নূপী পুতুনা ময়ুমদগী থোক্লক্লিবা ওইবা তাই ; অতুগা সুরেশকী মরেংবান্দা হায়দগী হৌনা নগুণ থাংবতু উতুনা লৈরবমক্তদা অচলানা নোংমা খঙহৌদনা মশাবু ব্রাহ্ম-নূপীনি হায়না ফোংদোরকখিবা সুমিৎ অতুদদি অহল অতু খংপেক খংখি, চৈনাখোল ফাওখি ; অতুম ওইনমক মপুক্লিঙদা অরোনবা ঈরাং অসিগী মরম অনদি থিবদা ফংখি ; সুমিৎ অতুদা মহাক্না শেংনা খনখি, সুরেশনা ব্রাহ্ম ইমুং অমদা লুহোঙথোক্লুবদগী খুদোং থীবা অসি থোকহনখ্রিবনি হায়বসিদা চিংনফম করিস্ম লৈতে। অসিগুম্বা থাজবা অসিনা মহাক্কী মপুক্লিঙদা অস্থম অস্থম চেৎনা মরা তাশিনখি।

অহল অসিদি থাঙ্গৈমক শেংনা হিন্দুদ-হিন্দু হায়বতু ওইরম্মী, মরম অতুদগী মহাক্না হিন্দুধর্ম্মগী চৎনরোন অদূতমক ফংখি, মদূগী সুংশি হৈতবা মতৌ অদুবুদি ফংখিদে। ব্রাহ্মণ-মচা ওইবা সুরেশকী অসিগুম্বা খুদোংথীবা মতৌ অসি থোক্লমত্রবদি মহাক পেল্লমগদবনি, অদুবু অসিগুম্না সুংশিনবা অনি লৌনজবী মতৌ, অসিগুম্না শাগৈ-নাতৈ কায়নবা মওঙ, অসিগুম্না লোৎপা খুৎলোং অতুগা মসিগী ফজবা, মসিগী অথুম্বা অসিনচিংবা মতৌ-শিংনা মনুং মনুংদা মহাকপু পূমগুম শুম্কংহনখি। মসি খঙদনা সুনা তৌশিন্নবদমক ওইরল্লবদি মাগী মপুক্লিঙ পূম্নমক অতুনা অস্থম্না করম্নবু রসদা লুপ্লম্ফম থোকপগে ? মরম অতুদগী লালহৌ মওঙতদা মুক্তুনতা লৈরবা সুং-শিনবা অনি অসিগী সুংশি-য়াথোক্না মাগী মফমদা মরক-মরক্তা অমগা অমগা সুংঙাইনদবগুম হেক হেক উৎনরকপা মতম অতুদা মথরায় য়াম্না সুংঙাইতনা মহাক্না য়াফম অসিতবু হেক হেক থল্লকই মতুদি, অতোপ্পা মীগী ময়ুমগী কা-হেম্না থূরবা, চিল্লবা পল-মনুংদা লৈমিন্নবদা ঙাইহাক লৈতনা থেংগায়নরম্বতু মশাগী ময়ুমগী মনিঙ তৌজবা অমদি মরাংকায়না ফংবা মতম অতুদদি সংসারগী মশাং লাকঙমত্রবা থবক নংপা নত্তবদা অমদি ঈচীক-ঈরাং পুম্নমক্তা লৈতাজরুবা ফংলগনি।’

মাগী ঈরুজবা মতম ওইরক্লম্মী, মরেংবান্দা গাম্ছা য়ানশিল্লগা তুরেল

যৌনবা চৎপা লম্বীদা অসুম চৎনা চৎনা নোক্লুনা হম্না হম্না মথক্তা মপুক্সিঙদা হায়জরকই, চৎলমদাইদা অহল অসিগী মথক্তা শাউনা শাউনা চৎথ্রেদো ইবেম্মা। নঙনা থল্লি, মশাগী ওইবা মীশিংগীদমক্তা ইপল ইবুংঙোনা ঐথোয়বু য়ুমদা লৈহন্দ্রে হায়না। অদুবু হুমনি-মরিনিগী তুংদা চৎখিবদা মোকচবত্না নমায় নমিৎ ইথম হেক থনজবা নতৌ অদু ঐনা উরবা হুমিৎ অতুদদি খঙলোইদ্রদো মহুগী হুনিত্তা হায়গনি, হন্নুবা অসিগী মকোক শোক্ল-তুনা শেংনা হায়য়ু ইবেম্মা, হুজীক অসিদা হায়গী অশাউবা অদু মাত্রা কয়া য়াম্না লৈরিবগে ? মসিদা ঐগী ইচাতুনা করি খুম্নকপা য়েংগেদো। হায়তুনা চিক্লা-ঈংলবা মীনোক্লা মাগী মমায় পূন্নমক ঙাঙ্গোকহল্লক্লে। মহাক্লা মপুক মহুংদা তশেংনা উবা ফংলক্লে, সুবমানা খোযকম নোমোন তৌতুনা থবক অমা তৌশিন্নতুনা চৎথোকখ্রি, অদুগা হেক থংনবা মিৎবুপ্তুনা পুখম অমদা সন্দেশ থন্না হাপ্লগা হল্লক্লুনা মমাবদি হেক ঙমলিবনথৈ শুকথরগা হায়রগনি —ইথুংমক্লা শাজবা অথুম-অহাউশিং অসিবু হেক চাবিদ্রবদিনে য়েংঙোয় ইপল ইবুংঙো, তশেং-তশেংনা ঐদি যাম্না খৎনগদৌরিপোৎনি।

ঈরুজবা লোইতুনা ঈশিংদা লেপ্পা লেপ্পা গঙ্গাগীস্তোত্র থীবিঙৈগী মরক অতুদসু নুপীমচা অদুনা লোৎননবা হোৎনবা মতৌ অদুবু ঈনশাং মনা মশাংনা কুপশিন্দুনা,ঙা-লোত্তুনা থম্বগা চাংদম্নকবদগী অহল অদু নোক্লিঙবনা শিগদৌরক্লে অদুগা সন্ধ্যা আহ্নিক লোইতুনা হল্লকপা লম্বীদা ঈংলবা রাখল ঈরীক্লা থিক্লুনা ঙরাং অহিংদগী অসুম লোইবা নাইদনা মথং মথং হেনগৎ-লকপদমক থংলম্নবা অদুগুম্বা থন্নুংগী খোযরাঙ খোয়শাউরম্বা মতৌ অদু অতুম্মক ঈশিং ওনখরে।

তার তৌরক্লে, হয়েং অযুক্তি পূন্নমক থুংলবগনি। মাগী মশু মজা-ইবুংঙো অমদি মচননুপীনা পোকপী মমো ইবেম্মা অদুগা লোয়ননা মী-নোং থরদি য়াম্না লাক্কনি। ঙসিদি মাগী মযুমদা থবক য়াম্না য়াম্মী। মসিগী মথক্তা নোংথক্কী ফিবমসু অফবা নৎলমদে। তৌইগুম্বসুং নোং হেক তারক্লুনা চৎপদা অপনবা ওইরগদ্রা খন্দুনা রানবাবুনা মুংথিল ঙন্তানা শগোল-গাড়ী অমা রায়তুনা, বকশিশকী অপাম্বা উত্তুনা থুনা থোননবা হায়রকই। অতুমক্তদা লমথাঙদা অচোৎপা মুংশিৎ থেংনবক্লে অমসুং য়ুম অসিদা মহাক্লা হেক থুংলবগদি নোং খন্না খবা তাবা হৌবক্লে।

অচলানা মপান থোরক্লুনা হায়রকই, খুদোং থীবা মরক অসিদা ঙসি

অমুক করিগীদমক লেঙবিরক্লিবনো ইপল ইবুংঙো ? খজীক্তং চোঙ্গরম্লবদি পুমচোৎ চোৎলমগনিদো।

মাগী মমাল্লদা অমদি মখোঞ্জেন মত্তা অতুদা হয়াউনিঙঙাই ওইবা করিগুম্বা খুদম অমত্তা উদবদগী অহল অতুগী মপুক্লিও যাম্মা হৃস্থে। মতুম খোক্কল্লি হায়বদি মতাক্লা করিস্ন খল্লম্বা লৈতবনা কনাননো অমনা মাঙ্গী ব্রাখল্ল পল্লেং অত্ত খংথৎ থৎখরে। অতুম ওইনমক মমায় মাযথোংদা হৈনিঙবা মতৌ অতুম্মক উত্তুনা হায়রকই, ইমাইপেম্মা, অহুম ভৌরমক্লবদি ঐদি তোক্বেদনা, ঈশিংনা চোৎপদুবুদি খাঙবস্থ মঙম্মী অতুগা মমানা হুন্দোক-পিরবা মচা ওইনদি কনানা কয়া কুইনবু অসুম লৈবা ওমগনি ইমা?

অহল অতুনা কৈদৌঙৈদসু মতৌ উঙমদ্রবা নুপী অসিবু থক মুন্না খঙবা ওন্নক্তি। থোইদোক হেন্দোক্লা ওরাং অহিংগী মতৌ থৌওঙ অতুদদি ওকপানা হেক চমন্নখি। অতুগা ওসি তৌরম্লিবা মাগী মরমচৎ মতৌ অসিগা উবদগীদি লম্মুক্লতুনা জ্ঞান পুম্মাঙ মাঙখরে। কয়স্থা মতমদা, কবিগুম্বা মরম অমদগী মহাক অসিবু অস্থম্না তৌথোবকপা ওন্নগনি হাযবদি মহাক্লা চুম্না মমঙ মঙজবা ফাওবদা ওইথোক্লনদে। ঙাওখিবা ব্রা হায়বরু অসিতনি। তৌইগুম্বসুং মতুগা লোয়না লোয়ননা নুপী অতুনা অঙাওবীমকা মান্নদা গ্রোঙ চেনশিল-লকুনা মাগী মথবাক্তা মমায় লোৎলগা ব্রা ব্রা কপথোক্লরে। হায়রকই, ইপল ইবুংঙো, করিগীদমক ঐব্রু অতুক হুংশিবীরিবনো—ঐদি ঈকাইবনা লৈহ্নংদা চঙজখিনিঙলে।

মতম য়াম্না কুইবখা ফাওবদা অহল অতুনা করিগুম্বা ব্রা অমত্তস্থ হায়বা থোকখিত্রে, মখুৎ নামনা মাবু মথবাক্তা কোনশিন্দুনা থম্নগা মখুৎ অমনা অসুম মকোক নানবীরক্লে। হুংশিবনা মহী চেল্লবা মাগী থম্মোই অতুনা— অতুগুম্বা সমাজনা য়াদবা লৌন লৈনবগী ব্রাফম, শাগৈ-নাত্তে অমদি মমা মপাগা য়ানদবা কায়নবগী ব্রাফম অমদি খৎনতুনা ময়ুম মকৈ থাদোকপগী ব্রাফম—অতুগুম্বা মল্লবা, ইখঙ খঙনরবা অমসুং হন্না হন্না চুদুনত্তা অতুম আল্লবা ময়াম অতুগী মায়কৈতদা অসুম্না মমায় লৈশিনখ্রে, অতুগা মহাক্লা অনৌবা থোং-মচা অমা তৌনবগী ব্রাখল ফাওবা থক খনখিবা নৈতে। অসুম তৌনা ব্রা-ঙাঙ্গবা থোকখিত্রবা অহল অতুগা অমদি কল্পতদা মপুম-খিৎলবী নুপী অতুগা অতুম্না অতুম্মক য়াম্না কুইনা লেপমিন্নতুনা লৈখি। অতুগী তুংদা তুমিন তুমিন্না হায়রকই, মসিদা করিগী ঈকাইকম লৈবগে ইমা!

নঙদি ঐনা পোকচবী ইচানি, নঙদি ঐগী সতীলক্ষ্মী ওইবী ইমা অহুমক্তি, ঋাম্মা কুইথ্রবগী মমাঙদা নিনিদংগী ওইনা ইতম্বাক্তা লৈরম্লগা চংখিবদগী মুংশিবা থাদোকঙমদহুনা নপাগী মথাম্নুংদা অমুক হল্লক্লিবনি হায়বসি নঙমু অহানবা উথিবা অহুমক্কদা হেক্কমক খঙবা ঙমখিবনি স্থরমা। হায়হুনা অনকপদা লৈবা চেযার অমদা মহাকপু ফমথহল্লগা মসিদা করিস্থ ঈকাইফম লৈত্তে হংগোইফম থোক্তে হায়বা ম্বাহৈ অসিতবু হম্না হম্না খঙহম্নবা হোং-নরক্লে। যুগ যুগ খৃদিঙদা মতম পূম্নমক্তা অস্থম্নতা তৌহুনা লাক্লিবনি। সতী হায়বী—মশামক্লা আত্মাশক্তি ওইবী অহুগুম্বী মহাকমকস্থ মপা মমা অমদি শাগৈ-নাতৈ পূম্নমক্কা থংনহুনা মখোযগী মাযোক্তা মপুম্নোযবগী যুমদা চংথ্রিবনি। ঙম্না অমূক ফরকথিগনি, পূম্নমক অমুক ফংলথিগনি, ঙসিদি মমায় লৈথোকলিবা অহুগুম্বা মীওইশিং পূম্নমক অহু মরাইনা অমুক মমায় লৈশিঞ্জরকখিগনি, মচা-মমৌ অনিমকপু অমুক লুনা চান্না তৌহুনা লৌখৎ-লথিগনি। য়েংউ, য়েংসিদো ইনা, ঐগী আশীর্ব্বাদ অসি কৈদৌউঙদস্থ থক অম্নেম্বা ওইম্নোইদবনি।

অহল অহুনা অস্থম্না মশাগী মপূক্লিঙনা ঈল্লকপা ঈহুন মতুং ইন্না কয়া কযা ঙাঙবা হোংনরি। মহুদা মচি ওইবা থরা যাওরম্লবস্থ মহু অহুম্মক লৈথিসম্নু, তৌইগুম্বস্থ, মহুগী অরাম্বনা ননথবকপদগী নোম্বথ্রবা অতাবা মী অহুগী মকোক অহুদি অস্থম অস্থন তপা তপ্পা হাইথখিহুনা লৈমাযদা থেং-জিনথিগদৌবগী মতৌ তৌরক্লে। নোং কম্না তাশিল্লক্লে। তাঞ্জা অসিদা উরকলে, মশা ইচোং চোংনা, লৈখোম লৈনা, ঈতৈ-তৈনা স্থরেশ অহু কদাইদগীনো যুমদা প্রপ প্রপ চঙলক্রি। হেক উবদা অচলানা থুনমক মপি তৈথোক্লগা হৌগত্তুনা মখুত্তা নোংগী ঈশিং যারগা মমিংতা তারম্বা পিগী ময়ি পূম্নমক চামথোক্তুনা অমুক ফমলরে। রানবাবুনা ভাব তারে, করিগুম্বা মম্নম অমগীবু ওইরবস্থ স্থরমানা মমিত্তা পি তাবগী বাফম অদু মপুরোয়ববু খঙহননিঙবা লৈতে।

মথক্তা কাথংলকপদা মহাক্লা রামবাবুবু উবদগী ইঙক ঙক্কুনা করিনো থম্না হায়গে হেক তৌরকপমক্কদা তফিং তফিংনা মহাক্লা হায়রকই, রা লান কোম্না ঙাঙনসি স্থরেশ বাবু, ঐ চেনখিগদবা নত্তে ফি-রোল অমূক্কং হোংদোকপিরুখো।

নোক্কুনা স্থরেশনা হায়রকই, ঐ করিস্থ তৌদে। হায়হুনা চৌকি অমা

চংশিন্দুনা ফমগে হেক তৌরকপমক্তদা অচলানা মমায় হাইগৎলকই—ইপল ইবুংঙোনা তাকপিরিবসি তাবদা করি কায়বগে ? অতুক কন্না নাম্বরদগী ফরকপা থা অমা ফাওবা ফাখিদ্রি। হন্না হন্না ঐবু নঙনা কয়া য়াম্না লাক্লগে হায়রিবনো ? মাগী মাঙাঙগা য়েংলিবা মিৎয়েংগতু অস্তুক্কী মতিক লাপ্নখি মহুদি—মখোয় অনিমক্তা ইঙক ঙক্না থোকখি— অতুমদি ওইরগা অঙকপগী ঈচেল অতুদি ওন্না তৈনবা মায়কৈদা চেনথোকখরে। কম্রিগুম্বা পাউথুম অমত্তস্থ পীরম্বা তৌদনা সুরেশ অতু অতুম্মক তুমিন্না য়াথং ঙাকপা চৎখ্রে, অতুগা রামবাবুদি মপাল্লোমদা মমায় লৈথোক্লগা ফমখ্রে।

মপানগী নোংজ্র অতুদি খক হাংবা লৈত্রি, অহিং থেঙজিন থেঙজিল্লক্লগা অস্তুম অস্তুম কনথৎপদুম হেল্লকলি। মতম শাংনা চুপথৎখিবদগী লৈপাক লৈমা অসি পূমকং কংলুববনি ; মহাক্কী অরাবা অমদি অরাংপা পূম্নমক অতু ঙসিদি বিধাতানা অহিং অসিগী মন্নুংদা মপূং ফানা লোইনবা অমুক পীবিরগে হায়না থৌরাঙ তৌরমাল্লে।

রামবাবুগী লাঙতক্লবা মতৌ উতুনা অচলানা তপ্না তপ্না হায়রকই, হনখিবদি য়াম্না রারগনি ইপল ইবুংঙো, ঙসি অহিংমক হনখিদ্রবদি য়ারোইদবরা ?

মহাক নোক্লক্লে, মপূরিঙ লাঙবদু ফাদুনা হায়রকই, রাগনি হায়বগী নত্রবস্থ খুদোংথীবা মরক অসিদা অনৌবা মফম অসিদা নখোয়বু থাদোক্লম-ছুনা ঐ খক চংলমলোইদবনি। অদুবু মখোয়না লাক্কদবনা হয়েং অয়ুকমক ওইখিবনা অহিং অসিদা ঐ হনখিদবা ইয়ামক য়াদবনি সুরমা। অদুবু অস্তুম্না অস্তুম্মক লৈগদবদি মাল্ল্রে, পূং থরগী মন্নুংদা হেকমক হাংজিল্লক্ল-গনি। মতম থরা অসিদংদি তূক ঙাইহুনা য়েংখিগে।

মতাং অসিদা হয়েং য়োরক্কদোবিবা মখোয় অতুদগী অস্তুম হৌরক্কুনা রারী তৌনরকপনা অস্তুম অস্তুম সংসারগী, সমাজগী, ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী, পাপ-পুণ্য অমদি মীরমলেন-লাইরমলেন অসিনচিংবা মায়কৈ কয়া কয়াদা তপ্না তথ্না পাকথোকপা হৌরক্লে। মখোয় অনিমক অস্তুক্কী মতিক মুম্নখ্রে মহুদি, মতম্না কয়া কুইরক্লবা, অহিংনা কয়া থেঙজিনখ্রবা, মতু কনাস্থ উনবা লৈখিদ্রে। থাকপগা থোংবগা অমদি নোং হৈথবগনা মপান্দা কয়াগী মতিক কনশিল্লক-খ্রবগে অতুগা অমম্বা অতুনা কয়াগী মতিক শূক্না মমশিনখ্রবগে হায়বতু কনানস্থ হন্না য়েংনবা তৌখিদে। অহল অসিগী মবুক্তা লৈরম্বা জ্ঞান, মানা

তাশি উথিবা কয়া অমদি মতোদা নৈয়য়া ভক্তি—পূময়ক অহুনা য়ৌনা হুংশিজরবী মরানিংতোন অনিংগী মরাদা অপনবা নৈতনা চেনশিনকম খং-খিকাগী মী অনিতগী মত অসিবু খোয়থুয়হনথ্রে। অচলানা অসিজুবা পাপ মচেৎ অমা কাওবা পক্তুবা মী অমগী অশেংবা থম্মোইগী য়াবা অহু থঙজবা ওমলে অহুগা মাগী মুংশিবা, খাজবা অমদি পেনবিবা মতৌ পূময়কহু মহাক্কা খংজয়ে হায়রবা অসিতমক মপুক্কিওদা থজরবলে।

খঙহৌদনা খোঙথাং মখোন অমা তারকপদগী ইথং থংনবা অনিমক তুংহমা য়েংখোক্কুরকপদা উবা ফংলে, মীনাই অদু লেপলম্মী। মহাক্কা হায়রকই, ইমা অহিং থেঙথ্রে, নোংয়াই য়োগদৌরে—চান-থক্কবগী থৌরাও— ?

অচলানা ইথং থংনা হায়রকই, নোংয়ায় য়োরবা ? বাবুদি ?

চাবা-থুক্পা লোইদুনা হুজীক্তা তুম্বা চঙথি।

মহাক ওসায় চৎখিবহুদগী অমুক হল্লকখিদ্রিবনি, হায়বহু হুজীক্তদা উবা ফংলক্লে। অচলানা মঙক হাইদোক্তুনা য়েংলকই, তুম্ফম কা-গী পর্দ্দার অহোবদা মৈঙান উরি। হুংঙাইত্রহুনা অমস্থুং ঈকাইরহুনা রামবাবুনা হয়া হয়া হায়রকই, ঐনা য়ায়া লানথ্রে ইমা, য়ায়া লানথ্রে। ঐনা নঙবু অসুম্মা ফাদুনা থম্বদগী মা চায়বরা চাদ্রিবরা হায়বহু নশানা য়েংজরুবা ফাওবা ঙমখিদ্রে। চৎলো ইমা, হুজীক্তি নহাক চাকরো—

হায়বিবশিং অসিবু অচলানা খোইনা তাবা তৌখিদে। মীনাইদা হংলকই ; শাখোবহুনা গাড়ী পানথত্তুনা মতম চানা পুশিল্লকবা করিগ্নীনো ?

মীনাই অহুনা হায়রকই, শগোল অনৌবনি, অমহা নোং-মুংশিং অসিদা মহাক মপাল থোকপা কি।

অহুদি অতোপ্পা গাড়ী অমদি করিগী পুরক্তে ?

মীনাই অহু হুমিন নৈথি। অমুবু মহুগী অর্থদি মরাল অদুবু য়াজবা মক্তে, অহোয়নহুম য়ানিঙদবা উৎপনি, হুকুম অসিমদি মখোয়না ফংখিবা নৈতে।

রামবাবুনা মপুক্কিও লাওতক্কবগী মহুক্তা হেন্নহুম ঈকাইরহুনা হয়া হয়া হায়রকই, গাড়ীগী কামবা নৈতে—চত্রবহু অকায়বা নৈতে, ষ্টেশনদা অমুক তক্তা য়ৌখিবদং ঙমবদি লোইরে। অহিংদদি ঐ করিহু চাদে, মহুগী খাই-টিনবহু ঐগী ইশাদা য়াওদে। মহাক-তং চখোম অনিদং চাবরা হুমুরো

চংলো ইমা, বারী অমুম তৌখিউদা অহিং মায়া থেঙ্ঙিনখরে—ঐদা হংবোক্লা লানবা হায়রবছু ওইদ্রে। অসি হায়রুনা মহাকপু মন-হায়ুমা মখাদা কূমথহনদ্রে অমদুং মিনিট তরামঙাগী তুংদা মহাক্লা অমুক মথক হেক কাখৎলকপদা লাওতক্লবা লোয়নদা তকিং তকিং হায়রকই, মিনিট অমা কাওবা থেঙ্ঙখকত্রে ইবেম্মা, চংলো, মঙ তুমু্রো। ঐদি কানুম কাগী কাং-খোন অসিগী মথক্তা হুংঙাইনা অমুম হিপহোৎবা য়াপনি, ঐগী অমাবা খুদোং চাদবা করিম্থ অমত্তা লৈরোই নহাক্তা তুম্বা চঙব্রো হুরমা, ঐ য়েংথেসে।

অহল অতুগী অসিগুম্বা লাওতক্লবা হায়ক-চৎচ অমদি হন্না হন্না থৌবা মতৌ অতুনা অচলাবু মখোঙ থঙহনখিদ্রে। মপামক্তা মায়ম্বা মুখিং খুদিঙগী মহাক্তগী য়াইযনবতা খঙ্গরিবা অহল অসিগী মকাদা অমুক কুইবসিদা মমখাক তৌত্নুনা ইনৎ হেক নত্তবদা মহাক্লা ফংলক্লিবা ইকাই-খুম্বা, হুংশিবা অমদি থাজবা অতুগুম্বা অপাম্বা অতুতনা মাগী য়োনা খুদোং-থীরবা আম-গুম্বা মতম অসিদমু মথৌজেঙ মেনশিনখিদুনা খিংবা ওমথ্রবা পাংগলমা মহাকপু চীক্লবা সুরেশকী তূম্ফম-কা রোমদা ঈনশিল্লক্লে। মহাক্লা নিঙশিং-লক্লে, অমুম তৌবা নোং হুংশিংকী খুদোং থীরবা অহিং অমনা মহাকপু মপুরোযবা শেংনহনখিবনি, অতুগা ওসিনা অমুক লাম্থোকঙমদ্রবা অতুগুম্বা খুদোংথীবা অমগী অভিশাপনা মহাকপু মপুন্সী-চুম্নগী ওইনা লোইবা নাইদ্রবা অমম্না মরক্তা লুপহনগদবগী থৌবাওলি। হয়েংদি থাওঙমদ্রবা লাকচথিবা মতৌনা, মহাকপু ঈকাইবগী-লুরবা ইনাং-মরক্তা মথৌজেঙ য়োনা লুপহন্ন-রগনি হায়বসি তশেং তশেংনা উজবা ফংলক্লে অদুবু অতুমক্কদমু ওসিগী অসিগুম্নবা মীনম্বা অসিতনা মায়-পাকপগী লৈরাং-পরেং ওইদুনা কম্নি অমম্রমু মহাকপু অশেংবদু ফোংদোকহনখিদ্রে। ওসি, পুন্সিগী থম থেংলবা অরোইবা মিংকুপ অসিদমু অতুগুম্বা মাগী রারৌচাউবা অমদি ওম্নাংপা মতৌ অদুতনা অতুম্নক জয় ওইগ্রে। মহাক্লা অপনবা পীরমদ্রে, রা ওাওলমদ্রে, অমুক্তুং ফাওবা তুং-হন্না য়েংলম্বা তৌথিদ্রে। তুমিন্না, তম্না তম্না সুরেশকী তূম্ফম কা-মতুংদা অতুমক চঙথরে।

ঙাওরবী মপানগী প্রকৃতিনা হান্নগুম অতুমক ঙাওচংনরি, মপুং-ফারবা মুক্না অমম্না মরক্তা নোক্না নোক্না অতুম্নক নোংথাঙ কুপলি, অহিং নোং-শোয়রা অতুমগী মরক্তা মতৌ অতু অমুক্তমু হোংলকপা লৈথিদ্রি।

অনৌবা মফম অতুদা রামবাবুত্থ নিঙথিনা তুম্বা য়াখিদে, থোইদোকহি

মপুক মমুংদা রাখললা ওৎপনা মহাক অমুক য়াম্না ঙম্না মিৎকপ থোকখি। মপান থোরকপদা উয়ে, নোংদি হাংখরে অদুবু মংবদি তোক্ত্রি। মীনাই কনাগুম্বা কৌগৎনবা য়াওরবিগদ্রা হায়না য়েংগে নিংদুনা মহাক্না মাঙ্গোল মচি অমদা লাকপদদি মহাক পুমঙক ডবখ্রে, টেবিলদা মকোক থমদুনা কনানো অমা চেয়ারদা ফমলি। মনাক্তা চঙশিল্লগা ঙক্না হায়রকই, সুরমা, নঙ ওইরে? অসুক ঙম্না হৌগৎলিবদি করিগীনো ইবেম্মা?

সুরমানা মমায় অমুক্তং হাইগৎলম্লগা অদুম্না অদুমক টেবিলদা মকোক অমুক নোম্বখ্রে। মাগী মমায অদু অসিবগুম্না তাইফেৎ তাইখ্রে, মিৎপান অনিমক মুশিন মুশিনখ্রে অদুগা অমুবা মুংথক্তা ঈফুৎবী ঈশিং চেম্বরকপগুম মিপান অনিমক্তগী মপি শিম্বরকলি।

শেংফাত্তবা মখোল ত মত্ত থোকহল্লম্লগা অহল অদুনা তুমিন্না অদুমক তংখায অমা শিরবী নূপীগী মশা অদুবু অসুম যেংদুনা লৈবক্লে, করিগুম্বা রাহৈ অংত্তনা মাগী মখোজেঙ ফাওদোক্‌না মপান থোরকপা ঙম্লখিদরে।

## কুঞ্জনিপাল শুবা তাংকক

অযুক অঙনবদা কেদারবাবুনা শাবু শাবু তৌবা কবোক মুড়ি থরগা চা থবপা লোইরবদা তপেনবা মুংশাম্বর অমা হোন্দোরক্লে। মৃণালনা কোল্লীক লুথাকশিং অদু লৌথোক্কে হাযদুনা ইমু হেক চঙলকপদা হায়রকই, ইবেম্মা, নঙগী শাবু শাবু তৌবা মুড়ি অসিগা নুং তেংকোৎতা হাপ্না চা অসিগা অনি অসিদা করম্বা অমৃত যাওবনো খঙদে, অদুবু ঐদি থা অমত্তং অসিগী মমুংদা লেঙবা ফাওবা ঙমশিল্লক্কে।

অচলাগী মরীদগী মৃণালসু মহাকপু বাবা হাযনা কৌবা হৌখি। হায়-রকই, চেনখিনবগীদমক অদুক ফিংগৎলিবা করিগীনো বাবা, বাবাগী আ—ঐবু সেবা তৌবা থক হৈত্রবরনে?

বাবাগী আ নচানুপী অসিবু—হাযবা রাহৈ অসি মৃনালনা চীল্লাং-থরাং হেক হায়দোক্কে তৌরুবদগী নমশিন্দুনা থম্লগা অতোপ্পা অমা ওইনা ফোংদোরকখি। মরম অদুনা ওইরমাল্লে, অসিগুম্বা ইঙ্গিত অসিবু খঙদুনসু কেদারবাবুনা খঙশিন্নখিদ্রে। তৌইগুম্বসুং মাগী মখোজেঙদি খঙহৌদনা

তনিক তনিক তৌরক্রে, হাযরকই, বদাইদা, ঐনা চেনগদবগী পাথৎলিবা ইমা। নঙনা লোনবা চা, নঙনা থো.বা চাক ঈনশাং, অদুগা নঙগী লৈ-রংনা শাবা সুম অসিবু থাদোক্কুনা ঐদি স্বর্গ ফাওবা কানিঙজ্রে। অপীকপা মীহুখোঙময়া অসিদা যমতুনা ঐনা হুমিৎ কয়ানি চুপ্পা থল্লক্লিবনি মৃণাল, ভগবানগী কৃপাদগী চহি অনিদংতগা হি.জখিবা ফংলবাদ কলকতাগী মবুক মহুংদা অসুম লৈতুনা পুন্সী চুপ্পদা লঙশিনখিবা ইশাগী মাঙজনবতা ওইবা কয়া অদু অমুক্তুংদি লোইনা ফ্.কৎচখিগে। অদুগা অদুগুম্বা শেল্লেপ খরা অহৃত, খুত্তা পায়জতুনা নো.মদি ইবু ঙো মাগী মকাদা চঙতুনা লেপচক্কবা ঙম্ব্রা য়ে.গে।

রাহেশিং অসি মহাক্না মথরায়দা মুঙাইতবা কয়া ফুমদুনা হায়রক্লিবনো অতগা থরায়-শোক্লবা কবম্বা ঈকাইবনা মরম ওইতুনা পোকউদগী যাওম্লজ-রক্লবা অদুগুম্বা কলিকতাগী বৈরোয়-লৈবাই অমদি ময়ুম মকৈ থাদোক্লমতুনা, পুন্সী চুপ্পদা মশাগী ওইনা লৈজরক্লবা অদুগুম্বা সমাজবু হুন্দোকলমতুনা অসিগুম্বা উবক রাবক্তা লৈবা থা.পোকশঙ অমদা অবেঙ্গা মপুন্সী অদু অসুম লেনগে থন্দুনা ফোংদোবক্লিবনো হাযবতু তশেং তশে.না খঙলবী মৃণালনা মতুগী পাউথুম করিস্তু পীরম্বা তৌদনা চাগী তে.কোৎ অদু পায়রগা তপ্পা তপ্পা অতুম্মক থোকখরে।

মতাং অসিদা অহৌবগী রারম খরদ, হাযহৌবা চুম্মী। কেদারবাবু লাক্কুনা লৈরবসি থা অমরোম ফাজিল্লক্রে, মতম অতুদগী অতুম্মক হনখিবা ঙম্লক্ত্রিবনি। মহিমনা নাখিবদা সুরেশকী কলিকতাগী ময়ুমদা লুপ্রাবী মুপী-মচা অসিবু মহাক্না অহানবা ওইনা মশক মচু খঙখিবম্নি, তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা মহাক মশাগী ময়ুমদা লাক্লগা অমুক নৌনা ফংলবা মাগী পরিচয় অসিদদি মহাক্কী মথরায়-হকচা পূম্নমক অদুবু সনাগী যোহ্লিংনা পুনশিন-খিবগুম তৌগ্রে। অসুম্না পুনখিবা অসিদগী অহল অতুনা থক নাঙ্গোকচবা ঙমখিদরে। অতুগা অমরোমদা মাগী তৌগদবা মথৌদি কয়া তম্মা তাতুনা লৈল্লিবনি।

মহাক্না মহিমগা থেংনদ্রি। মহাক লাকই হায়বা হেক তাবগা মহিমদি থুনমক চথোকল্লবনি। চৎলমদাইদা মৃণালনা মহাকপু ফাদুনা থম্নবা কম্রিস্থু হোংনবা তৌখিদে, মমমদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী তাতোমগী ইন্দ্রি খুহুমচনবা অমদি থাঙহৈবা মতৌ, মাগী মবুদ্ধি-মবৌশিং অমদি থম্নহৈবগী মতৌ—পূম্নমক অসিদা য়ৌনা থাজবা লৈখিবনা মহাক্না শেংনা খঙজখি

মতুদি, হুজিক অসিদা অচলাগা উন্নরুবা হৌনদে হায়না থনবত্তনা মহিমনা অস্থমা চেন্দুনা থাওলিবনি। মহাক্না থনখি, মাগী চিঠি ফংবদগী কেদারবাবুনা মচাগা মন্নাককা চান্নহন্নবগীদমক মচানূপী পুদুনা অস্থুক থুনা লাক্লিবনি। অদুবু লাক্লিবদি মহাক মথন্তনি।

ওসি ফাওবদস্থ লাইথায করিস্থ তাত্রি, চিংনবা পোৎলুমতনা অস্থুম লুমথরক্লবা অতুগুম্বা মুমিৎশিং অতু মনা মনিল নাইদনা অস্থুম চথরকলি। মথকলোমদা গুনথত্তুনা য়েংবদা অসিদংদি থঙবা ঙমখি মতু দি, ফাওদোকঙম-দ্রবা নোংমদোন থক্কী অমংবা নোংগী মবোল মবোল অসি নোংমদি হায়-দারকপস্থ ময়াই, অদুবু মতুগী মরুমদদি অনম্বতমক লৈ, থাবল মঙান্দি লৈতে।

স্থরেশকী মনে ইবেম্মনা থিফম থঙখিদ্রবা মযানিপাগীদমক্তা নথরায় রাতুনা মৃনালদা ইখিবা চিঠি অতু কেদাববাবুগী মখুত্তা তারবে। মহিমদি অচৌবা জমিদার অমগী সবকাবদা ইমুংগী ওজা অমা ওইবগী থবক ফংগ্রে হায়না তাক্লনা পাউ পীবকলি, চিঠি অদুস্থ মহাক্না হন্না হন্না পাবে, মচা-নুপীগী রাদি কদাইদস্থ কনা অনম্তগী মফমদগী পন্নরকপা লৈত্রি, অতুম ওইন-মক চিঠি অনি অতুগী পরেং খুদিঙমক, মযেক খু দিঙমক অতুনা মরাইবক থীরবা মপা অস্রিগী মনাকোঙদা রাহৈ অমত্তংনদি অস্থুম চামরক হন্না ঙতুনতা লৈখি মতুদি, মদুবু অচুম্বনি হাযনা লৌজনবগী মপাংগল অমত্তস্থ মঙোন্দা লৈজখিদে।

অচলাবু মাগী মথন্তা পোকচবী মচানি হাযবা অতুতস্থ নত্রি; অঙাং ওইবিঙৈদা মমা শিখিবদগী হৌতুনা মমাগী মহুৎ শিন্দুনা মহাক্তনা মথাদা কোঞ্জতুনা মচানুপী অসিবু মী ওইনবা অস্থুক চাউববা ফাওবদা যোকচরক-পনি। অতুগুম্বী মচানুপী অতুগী ফত্তবা থোকলম্বা য়াবগী যৌনা মুংশা থিজবনা মাগী মশা অতুনা নোংমা নোংমগী অস্থুম অস্থুম কংশিল্লকপা অতুগা সনা অহিংবা মাল্লম্বা মশাগী কুচুনা কালিমকুম মুশিল্লকপা, অতুমদি ওইরগা ফত্তবা থোক্রম্বগী চিংনরিবা লম অতুদি মপা ওইবা পুম্নমক্কী মকাদা খ্বায়দগী হৈন্না কন্না থিংলিবা অতুগুম্বা মশক অমনি।

খুলগী অহল ওইরবা লৈকোক লৈকাইগী মী থরা মরক মরক্তা মাগা রারী রাতাই শামিন্নবা হেক হেক লাকনৈ, অতুগা মহাক মশাদি হুংগোইবদগী কৈদোঙৈদস্থ কনাগী ময়ুমদা থক চত্তে। মৃণালনা করিগুম্বা হান্নরকপা

খোল্লখদি মহাক্কা নোক্কুনা হায়রকই, করিব্ৰু কাপ্পগদগে ইবেম্মা! ঐগুম্বা ম্রেচ্ছতি মী অমত্তগী মমুমদসু চৎলুদবনা ফে।

মৃনালনা হায়, অদু ওইরবদি মখোয়নদি করিগী লাক্লগদৌরিবা!

রাকম অসিদা অহল অদুনা করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পীবা তৌদনা মকোক্তা ছাতিন তুপ্লগা লৌবুক লমহাঙলোমদা হেক্তমক চথোকখি। মফম অদুদা মহাক্কা লৌ উবশিংগা হেক হেক ৱারী শাবা হৌরুই। মখোয়গী অৱা শুংঙাইগী মরম, যুম্বান-কৈবানলোন, অচুম-অৱান, পাপ-পুণ্যগী মরম--অসুম তৌনা ৱারী কয়া কয়া শানরগা সুমিং থেঙজিল্লরুবতদা যুমদা হঞ্জিল্লকই। সুমিং থুদিঙগী অয়ুক চা-থকপা হেক লোইবগা মসিনা মহাক্কী থবক ওইরম্মী।

পোকপদগী মখোয়দি অদুম্মক কলিকাতাদা লৈরক্লবনি। সহরগী মপান্দা মশীং লাকপা ঙমদবমথৈ লৈরিবা খুংগঙশিং অদুগা মখোয়গদি আ—মপা মপু হাক্তক্তগী হৌনা অদুম্মক মরী থদৎনরক্লবনি—মখোয়না অতোপ্পা ধর্ম্ম-মত অমা হোংখিবদগী শাগে-নাতৈ, ভাই-শেম্নচিংবমথৈসু অদুম্মক লোইনা মাঙথ্রবনি, মরম অসিদগী সহরগী মী অতৈ অদুগুম্মা মহাকসু ইথঙ হেক খঙদনা মখোয় অসিগী মরমদা অঙক অঙকপা ৱাখল কয়া কয়া থল্লম-গনি হায়বা অসিসু অঙকপা অমা নত্তে। লৌ-শীং উবগী থবক তৌদুনা চাজবা লাইরিক-লাইগু করিসু হৈজদবা মশীং খঙদ্রবা মী কাঙবু অমা অরাপ্পা খুংগঙশিংদা মপুন্সী চুপ্পা অদুম্মক লেনবা, মখোয় অদুগী মরাইবক্তা সহরগী মশক উজবা ফংবদি করিগুম্বদতা মথোকপা অদুগুম্বা মখোয় অদুবুদি মহাক্কা শা-অমগুম্না লৌরম্মী অমসুং মখোয় অদুনা লিংবা সমাজ অদুবুসু লমলক্কী সমাজনি হায়নতা খঙলম্মী; অদুবু ঙসি লাইবক থীবা হায়বদুনা অথৌবা হু-চেল্লবা মাগী ময়া অনিমক্তা মহাক্কী থম্মোই-লুকাম্নুং অদুবু থিন-দত্তুনা মাগী মপুক্লিঙ পুম্নমক অদুবু মশাগী সমাজদগী মমায় ওম্থোকহল্লক্লবা মতম অসিদদি ইবা-পাবা থোক্তুবা লৌরায়গী লায়রবা লৌমীশিং অসিগা মহাক্কা থঙন-চান্নবা অদুক্কী মতিক হেনগৎলক্লিবা মথৈ অশোমদা মাগী অপেনবা অমদি থাজবা মতৌসু অসুম হেনগৎলকপা অদুগুম্না অমরোমদসু মহাক মশাগী সমাজ, মশাগী শাজৎ-লোনচৎ, মাগী মহৈ অমদি লৈবাক মচা তাবা মতৌ, মাগী ধৰ্ম্ম, মাগী চাওখৎপা, মাগী অয়া-য়াদগী মতৌ—পুম্নমক অসিগী মায়োক্তা তাথীবা অমদি পান্নক্তখনা মাগী থম্মোই পুম্নমক অদু ঈথন থজিল্লকখি।

মহাক্লা ভশেং তশেং উবা ফংলে, মথোয় অসিনা ইবা-পাবা থোকচন্দ্র-বস্তু করিস্তু থঙদবদি নত্তে। যুগ কয়াগী লৈবাকমচা তাবা মতৌ অদু হুক্তীকনু মথোয়গী সমাজগী লু-তোংদা নপু্না লৈরি। ধর্ম্ম নীতি অমদি সমাজ-নীতিগী ঈপৌ-পোবা য়াকমশিং অদু মথোয়না থঙই। করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তবু মথোয়না তাথীরুবা থক লৈতে; মরমদি, তাইবঙ পানবগী ধর্ম্ম পুম্নমক মরুদদি অমত্তনি অদুগা লাইনিপা-নুপী কোটি কুম্ভ্রাহ্মমদোই অসিবু থাজরু-দ্রবস্তু ঈশ্বর অমত্তবু অতুম্মক থাজরবস্তু য়াই হায়বা জ্ঞান অসি মথোয়গী লৈ অদুগা মথোয় অসিনা অতৈ কনাদগীসু করিস্তু হন্সবা লৈতে। হিন্দুগী ভগবান অদুগা মুসলমানগী আল্লা অনি অসিস্তু পোৎশক অমত্তনি হায়বা অচুম্বা-অশেংবা অসিস্তু মথোয়না থক থঙলমদবা নত্তে।

ঈকাইজরক্লবা মাগী মপুক্লিঙ অদুনা হন্না হন্না হায়রকই, মথোয় অসিনা ঐথোয়দগী করিদা হন্সরিবনো? মথোয়দগী ঐনা করম্বা মরমদা হেন্না থঙবা লৈ? মথোয়গী সমাজ, অমদি মথোয়গা তোৎন-তিন্নবা থাদোক্লুনা করিগী-দমক্তা ঐথোয়না থাপ্না চথোক্ল্রিবনো? ঐথোয়না অস্নপকী মতিক থাপ্না চথোকলুরে মতুদি, ইশাগী লন্নাই-মীওইশিং অসিগী মকাদা ঐথোয় অসি ঙসিদি ম্লেচ্ছমক ওইনা থোক্লরে।

মপুক্লিঙদা অস্নুম্না থন্না থন্না পুং তরারোম তাবদা যুমদা হল্লক্লে। মৃণাল চঙলক্লুনা হায়রে, ভরাং বাবাগী হকচাং ঙমখিদবনি, ঙসিদি অমুক পুত্রীদা ঈরুজবা চৎপিরুরগনু। ঐনা ঈশিং অশাবা লুমদুনা থমজরবনি।

পুমশা শাহল্লুরবা? হায়দুনা কেদার বাবুনা মাগী মমায়দা য়েংদুনা লৈরকই।

ঈরুজবা লোইদুনা মৃণাল অদু ফমদুনা আহ্নিক তৌজরম্মী, মানা কৌরকপন্দগী হৌগত্তুনা লাকপদমক ঙায়রি। লেংপাক্তা অচোৎপা শম-মুখৈ ঈচাই চাইথোকলি, মুগা ফি অমা শেৎলি, মায়থোং মকারামলি, অদুগা মক্তুবা অশেংবা মতৌনা মশা পুম্নমক শীনবা থুংনা ঙাল্লি—মঙোন্দা মিৎ থম্না থম্না অহল অদুনা অমুক হায়রকই, করিগী য়ানবা তৌরুরি ইবেম্মা, দরকার লৈবসু নত্তবদা! হাইফেত্তুং লেপ্লুরগা অমুক হায়রকই, ঐদি কলি-কাতাগী মীওইনি, পুন্সী চুপ্পসি 'তোতি-ঈশিংতদা হৈনরকপনি। অদুবু মহাক্লা ঐবু অসিস্তম্বা শাইদাংকম অমা পীবিয়ে মৃণাল, নঙগী ইশূক-শূকপা পুত্রী অসিবু ফাওবা ঐনা থাগত্তবা ঙমদে। মসিগী ঈশিংনা ঐবু নোংমত্তত্তু নাহন-য়েকহন্দ্রি—ঐ পুত্রীদা অতুম্মক লুজরুগে ইবেম্মা।

মকোক হাইদুনা মৃণাললনা হায়রকই, নত্তে বাবা, মত্থ ওইবা য়ারোই। ওয়্যাং হুকচাং ওমখিদবনি, ঐনা শেংনা খঙই, ঐ ঈশিং লোথোক্লবগে-সে খাউদুম তৈবিরমলো। হায়রুনা মহাক্না চংখিগে হেক তৌবমক্তদা কেদার-বাবুনা খঙহৌদনা হায়রকই, করে অদুবুদি মওইরে, অদুবু ওসিদি রাফম অসি ঐখোন্দা তাকউ মৃণাল, অতোপ্পবু অস্থন্না সেবা তৌবগী বিদ্যা অসিবু নহাক্কী চহি মতাং অসিদা কনাদগী কমদৌনা তম্লিবনো? অসিগুম্বনি ঐনা মফম কদাইদস্থ অমুক্তা উখিবা লৈত্রি ইবেম্মা!

ঈকাইজবনা মৃণালগী মমায় অহু ভাঙশিল্লকখি অদুবু নমহুনা নোক্লগা হায়রকই, অদুবু ঐগী কা-দবু বাবাবু মীতোপ অমরনে?

কেদারবাবুনা হায়রকই, নত্তে অতোপ্পা অমবুদি নত্তে—ঐদি নঙগী নচানি। অদুবু অহুম তৌহুনা লৈথোকখিবনদি য়াগদবা নত্তে, জবাব পীরম্লগা ওসি চংখিবা য়াগনি।

ওনশিল্লক্তুনা লেপ্লগা ঈকাইবা মীনোক অহু অহুম্মক নোক্তুনা মৃণালনা খুম্লকই, অসিবু কয়া লুবা থবক্তি হায়রুনা রানা অমূক ওম্বা নাইক্লগদৌরি-বনো? মসিদি ঐখোয়না পোকপদগী অহুম্মক তম্লক্লবনি। অদু ঈশিংদি ঈংথরম্বা তারে বাবা—

ঈংজরমসম্থ, হায়রুনা ফিবম হুঞ্জিল্লগা কেদারবাবুনা হায়রকই, মুমিং কয়ানিমক্তম অসিদা ঐনা রাফম অসিতবু খন্দনা লাক্লিবনি মৃণাল। মীওই-বদি হান্নবা তম্লগা কোম্না ঈরোইনৈ, অদুবু উচেক-রায়া অমদি ঈশিংদা লৈবা জীবশিংদি পোকপগা হেক্তমক ঈরোইবা হৈরকই। অসিগুম্বা মাগী ম-তম অসীবু কনানস্থ উবা ফংদেদি হায়ববু, তৌশিন্নবা থবক অহুগীদি খক মহে ফংনিংঙাই ওইদে ইমা! মসিদি ভগবাননা শেম্বিরম্বা নিয়ম অমা নত্তে। অমদা নত্রবস্থ অমদা, করিগুম্বা মওঙ অমদা তম্লকপগী অৱাবা অমদি মশাদা য়াওদবা খক য়াদে। মরম অহুদগী ঈশিংগী জীব অহুগুম্না মহুমম্থংদা লৈনা লৈনা পোকওঁদগী ঈরায় লায়না নহাক্না অস্থক চাউবা নহে অমা হেক্তমক শাগোম্নহুনা লাক্লিবা অহুগুম্নবা মপা লৈতনা চাউপ্রবা সমাজগী মহুম অহুগী রারমতমক ঐনা অহিং মুংথিল নাইদনা খল্লক্লিবনি। ঐনা খল্লিবদি অসিনি, মহুদি—

অদুবু ঈশিংদি—

লৈজসম্থদা, ঈশিংহু ইবেম্মা। পুথ্রী অসি কংখিত্রিদনা। ঐনা

খল্লিবদি অসিশি—অহল ওইরবা নওগী মচা অসিনা অঙাংগুম্না মমাগী মকমদগী লোম্না লোম্না তমশিমগ্রিবা ৱারম কয়া অদু মহাক্নদি করিস্থু থঙ্গে। ঙসি ফাওবদস্থু দেবা-দেবী, মন্ত্র-তন্ত্র অমম্ভদস্থু লীকোন-খুজিং অমগী চাং ফাওব্া থাজবা লৈত্রি, অদুবু ঐগী ইমানা ঈরুজখোক্লগা রাউথাংনবা মচুগী অপোৌবা মুগা-ফি অদু শেত্তুনা আহ্নিক তৌথিবা হেক উবদা ঐস্থু অমুক নগুণ থাংহনা অহুম্না কুশি-তামি লোযননা হেক ফমলগে খল্লকই।

মৃণালনা হায়রকই, ইশাগী ধর্ম্ম, ইশাগী সমাজবু থাদোক্লুনা অতোপ্পগী লোনচৎ-শাজৎপুদি করিগী তম্নগদোরিবনো বাবা? মদুবুস্থু কনা অমম্ভনা যত্তে হায়নবা ঙম্বা নত্তে।

কেদারবাবুনা হায়রকই, কনাগুম্বনা ঙম্নবা যাওরিগদ্রা যাওরিবোইদ্রা, মহুনা তোঙানবা ৱাফমনি, অদুবু ঐনদি মদুবু খক তাথীরুবা তৌরোই। মহুনা অফববু ওইরবস্থু ফত্তববু ওইরবস্থু চহি অতাং অসিদদি থাদোক্লুবা ঙমগদবা লৈত্রে, ওস্থোক্লবস্থু হোৎনবা লৈতে। মসিগী লম্বী অসিদা অসুম্মক পুন্সী লোইবা ফাওবা মচৎলগদবনি। অহুমদি ওইরগা নহাকপু উরকপা মতমদদি— করিস্থু লৈত্রিবা চহি মতাং অসিদা অহুক য়াম্না থাদোকপা ঙম্বা নতৌ অদু য়েংবদা অহুগা নোংগাথ্রবা মহাক অহুগী মফমদা অমুক যোনা থাজবা অসি উবদা, মাবু পোকপী মমাবু অপোকপী নমামক্লি খন্দুনা—ফরে, তোক্লুন্সি অমুক হেম্না হায়ররোই—অহুম অহুম ওইনমক ঐ অসিনা মথাক্লুংদা মী ওইজরকখিবি মহাক অহুবুস্থু পুক্লুংদা অম্নম চাংদম্নদনা লৈবা ঙম্লক্রে ইমা। সমাজ লিংদবা ধর্ম্ম অহুদি কৈদৌঙৈদস্থু মঙোন্দা থাজবদুবু লেঙদনা খক থম্বা ঙমদে মৃণাল?

মৃণাল অদু মথস্তা মপুক্লিঙদা ন্থুংঙাইতবা পোক্লক্লে। মহাক মশাগী ওইবা পুন্সীগী মরাইবক থীবা অদুবু অম্নম তৌনা মহাক্লা মশাগী সমাজগী শিক্ষা দীক্ষাদা তাইশিল্লকপা মতৌ অদু মঙোন্দদি ওস্থোক্লা চুমদবা ওইনা খনখরে। হায়রকই, বাবা, ঐখোযগী সমাজ অসিবুস্থু মওঙ অসিমক ওইনা উবীরকপা মতম অদুদা মসিগী মম্নুংদস্থু অশোয়বা অমদি দোষ কয়া কয়াবু থেংনবিরক্লনি, উবিগনি, ঐখোয়স্থু ইশা ইশাগী দোষশিং অদুবু ইশাগী লেংবান্দা খোংগৎপগী মহুত্তা সমাজগী মরেংবান্দা খোনগৎকদবগীতা হোৎ-নহুনা লৈনৈ। ঐখোয়স্থু—

তৌইগুম্বস্থুং ৱা অদু লোইশিন্রিদ্রৈদা কেদারবাবুনা মরক খৎলক্লে।

হায়রকই, অদুবু ঐদি কম্বি অমস্তা হোৎনবা লৈতে ইবেম্মা। নখোয়গী সমাজগী দোষস্তু লৈসনু, অশোয়বা কয়াস্তু য়াওরমসনু—অদুবু নঙদি লৈরিদমা। অসিমদি ঐনা ইকোক অসি ফনমক শুগায়জনুনস্তু থিবা ফংগদবা মরৈত্রে।

অমুক হন্না মৃণালগী মমায় অতু ঊকাইজবনা শাঙশিল্লক্রে; হায়রকই, অম্মম তৌনা ঐবু চামরক হন্না ঊকাইবা পীবিদুনতা লৈরবদি, হান্নমা হায়জ-হৌম্বিবসিনিক্কো বাবা, ঐবু থিবা থক থঙদনবা—য়োনা হেক চেনখিতুনা তোকনিকো।

অহল অতুনা খূদক অতুদদি করিস্তু হায়রকপা তৌখিদে; মমায় মকশিন্না তুমিন্না অতুমক মাগী মমায়দা য়েংতুনা লৈখ্রে। অতুগী তুদা তপ্না তপ্না হায়রকই, ঙসিদি ঐহাকস্তু নঙোন্দা হায়তুনা থম্লবসিনি ইমা, অসিগুম্বসি নহাকপু ঐনা থক তৌহল্লোই। নঙদি ঐগী মিৎ-নহানি, নঙদি ঐবু পোকপী ইমানি, ঐগী অনিগুম্রবা তাংজফমস্তু নহাক্কি। কনাস্তু লৈজত্রবা, করিস্তু কাম্নত্রবা অহল অসিগী শ্বার পুবা অসিদগী ছুটি লৌবা হুমিৎ অতু লাক্কদবা মতম থোইনা লাপ্নমগদবা নত্রে ইমা, অদুবু মদু ঐগী ইমিৎ অসিনদি উবা ফংলগদবা লৈত্রে হায়বা অতুস্তু ঐনা শেংনা খঙবা গুম্মী। হায়না হায়না মাগী মিৎলু নাপোমদগী মপি চেম্থরকলে।

কৃরিৎ খূদাংনা তৈথোক্লপা হায়রকই, ঐগী থবক অমদি হুজীকস্তু অম্নম পন্দুনা লৈরি—মদু মহিমগা উন্নবনি। কবিগীদমক্তা মহাক্না চেনথ্রিবনো হাযবতু মশাদা অমুক্তং হংনিঙই। মহাক অতু হুজীক হিংনা লৈরমদবস্তু ময়াইদো?

অতুক য়াম্না কিবিবদুবু করিগীনো বাবা?

কিবা? অহল অতুগী মচান্দগী অশাংবা স্বর অমা হোন্দোরক্রে; হায়রকই, মচা শিবা হায়বা অতুনা মপাগী মফমদা খ্বায়দগী হেন্না চাউবা অমদি নত্তে ইমা।

## কুম্বামাপল শুবা তাংকক

মপাগী মমিত্তা অমত্তা ওয়জবী মচা নিঙোন অমা শিবদগী হেম্না চাউন্না থোকপা অদুগুম্না খুদোং থীবা অত্তুগী নাপোন থজীক্তুং ঋংবমক্তদা ইকাই-হুংগোইজবনা মৃণালনা ভুমিন্না অত্তুম লৈথোক্তুনা চংথ্রবদা, ধর্ম-কায়জত্রবী লুপ্রাবী নুপীমচা অসিগী ঈকাইজখিবা মতৌ অত্তুনা কেদারবাবুগী থমুংদা অচৌবা নুংঙাং অমনা থাবগুম থোকখি। পোক্লা ঙৌরবা মকোই অদু নান্দুনা মথন্তা ভুমিন্না অম্তুম মতম যাম্না কুইনা লৈরুবগা মমৈদা হুংশা-থগী অমা হোন্দুনা তপ্পা তপ্পা থাউ-তেংকোং অদু চিংশিল্লকলে।

ওসি অয়ুক্তি য়াম্না তরু তরুবম্মী অদুবু মুমিৎযুংবা মতুং ওাইহাক লৈরগদি অস্তুম অস্তুম মোং মংশিল্লক্লে। হুজীক্তদা হৌগত্তুনা ফমুংদা ফম্লগা কেদারবাবুনা নোংচুপ থুংবা মীভুথোঙ অত্তু হাংদোক্তুনা মপান্দা অস্তুম য়েংহুনা লৈরম্মী মমাঙ্ থৎনা হৌবিবা পুংতোন পাম্বী অমদা মশা পুম্নমক য়োম্না মপান শারি অত্তুগা মত্তুগী মথক্তুনা মশীং-লাকওমত্রবা হুয়িংথোইশিংনা হুরাউজবনা লোইবা নাইদনা ইনিল নিল্লি। থোইনা লাপ-তনা থোরী-লীশাং অমনা পুল্লিবী মৃণালগী মথুৎমক্তা শিংপা-নানবতা তৌবনা মচুলংলবী অমদি নোয় পেল্লবী বণবী অত্তুনা স্বব ফী ফী কামনা কামনা কোযনা শজীক চাবি অমসু, মাগী মযাঙ লৈন মথক অত্তুদনা খুল্লক লম্বীগী শব্দক কয়ামরুম তশেং তশেংনা উরি।

বাবা, চা পুজবরুগেদো ?

কেদারবাবুনা হুম্না যেংহুনা হাযবকই, হুজীকমক হেক্তা পুররুগদবা ইবেন্মা।

বা—হুজীকপু ঙল্লিববনে ?

হাইফেৎ নোক্তুনা মহাক্লা মোন মখাদগী ঘড়ি অত্তু চিংথোররুগা হাযরকই, অদুবু হুজীক ফাওবা অহুমবু তাত্রিনে ইমা।

মৃণালনা হায়রকই, অহুম অদুবুদি তাত্রবসু বাবা, ওসায়দি চাক ইচা চাবিথিত্রে ?

কেদারবাবুনা থঙ লে, হায়জবা শাবা অরেস্বনি। মরম অত্তুনা হায়রকই, ঋরে, ঋরে পুদ পুরবলো ইবেন্মা।

মৃণালন্না মিংকুপ অমত্তং লেপ্তূনা লৈরগা হায়রকই, অত্থুগনে বাবা, চেঙ্.পাক-অঙোবা য়াম্না পাম্মী হায়না ইতত্তত্তনা শোনবীখিবদাই ?

মদুবুদি পঙ.হায় হেক্তা হায়খিবা নত্তেদা ইমা ।

অত্থুদি, মত্থুস্থু থরদং পুজরক্লে ?

অত্থুস্থু পুরক্কদৌরিবকো ? ফরে যরে পুরবলো হায়থুনা মহাক্কী মমায়দা য়েংলগা নমহাত্থুনা হাইফেং নোক্লকই । মৃণালনা চংথ্রবদা মীহুং অত্থুগী মপান্দা অমূক য়েংথোকখিগে তৌরুবদা উরকলে, পূম্নমক মশেন মরাং ওইনত্তা তৌগ্রে ; অত্থুগা থংনবা মিংকৃপ্তুনা অশাবা পি মতুম মঙা তন্নকথক মাগী মতম্বাক্তা তোপ্‌ তোপ্‌ তারকলে । তফিং তফিংনা মফ্রিং খূদাংনা পি মরী অনি অদূবু তৈথোক্লগা মমায় মমিং পূম্নমক ঈংথহন্দুনা করিস্থু তৌদবা মালহন্নবগীদমক অহল অত্থুনা হাংদোক্কুনা লৈরিবা এমার্সনগী লাইরিক অদূবু থুনমক মিথয়েং মমাঙ্‌দা থমগ্রে ।

লামায় অত্থুদা করি য়াওব মত্থু য়াওজসন্থু মপূক মন্নুংদদি রাহৈ অসিতগী ছাপা তারক্লে মত্থুদি, তাইবঙ্‌ খূৎশেম অসি কয়াগী মতিক খঙঙমদ্রবা অঙকপা মশক অমা ওইরিবনো ! সংসারগী নুমিৎশং অসিনা শীংথাবা য়াশিল্লক্লবা মতাং অসিদদি শাংলবা পুন্সী অসিদা খঙ্‌লক উরকখিবা পূম্নমক অমদি হান্নদগী লাঙ্‌শিল্লকপা থৌরাঙ্‌ পূম্নমক অদূবু ঙম্না থাদোক্লম্লগা ইনৌ নৌনা অমূক তানথত্তবা য়াশিল্লক্তরে ; তশেং তশেংনা উবা ঙমলে, ঐগী মীওইবা মপোক্কী হৌগ্রবা পুন্সী পূম্নমক অত্থু ঙম্না ঙরেম্বমক ওইগ্রে—অত্থুগা মসিমস্থু শেংনা খঙ্‌বা ঙমলে মত্থুদি, অসগুম্বা শাংলবা অশোয়বা অসিবু মেনখৎলবা মতমদদি থা অসিমত্তংনস্থু হেন্দোকমন্না থোক্লরি ।

থোঙদা থোঙ্‌থাং তাবদগী মহাক মমায় হাইগৎলক্লে। নূং তেংকোৎতা চা অত্থুগা শেম্পাক্তনা চেঙ্‌পাক-অঙোবা হাপ্তূনা পুরক্লগা মৃণাল অত্থু চঙ্‌লককলে । মথূৎ অনি তিংথোক্তুনা পোৎ-শিং অত্থু লৌনা লৌনা হায়রকই, ঙসি নিঙ্‌থিনা চাবা-থকপা তৌথিদবত্থু হুজীক্তদা খঙ্‌লক্লে । অদূবু য়েংঊ ইমা—

নত্তে বাবা, বা-ঙাঙ্‌বতবু হৌগ্রবদি পূম্নমক উন ঙনথিবা তারে ।

কেদারবাবুনা বা-ঙাঙ্‌দনা চা তেংকোৎ অদূ মচীন্দা থাংগৎগ্রে অমস্থুং লোইরগা মথাদা থমহুনা স্বর-মপী অমা হোল্লগা হায়রকই, ঐনা অসিতবু পামজে মৃণাল, মত্থুংগী মপোক্তদি নঙ্‌ অসি ঐগী ইচানিঙোল ওইনা

পোকমজু। ইথাদা কোন্দুনা মী ওইনবা য়োকপতু ঐ য়াম্না হৈ, অতুম্না তৌতুনা মপোক অতুনগী পুন্সী-চুম্নতুমা অতুম্না লেনজবা ফংনবা।

লোইশিন্নকপগী অতুন্নাইদা মাগী মখোঞ্চেন অছু তনিক তনিকখি,—মৃণালনা অসিগুম্বা ন্নাকম অসিতবু খ্বায়দগী হেন্না কিজরম্মী। মন্নম অতুনা কন্না শেংনদ্রি কোংদোরক্তবা অদুগুম্বা মাগী থোয়রাঙ্‌বা মতৌ অদুবু হন্না ঙাওবা য়েংলম্বা তৌদনা নোক্তুনা মহাক্না হায়রকই, বা, যেনে বাবা, বাবাগী নচানিপা-নুপী মন্নামগী মরক্তা ঐসু অমা হেক ওইরগা লোইরেদনা।

কন্না মকোক হাইরগা অহল অতুনা হায়রকই, নত্তে, নত্তে, মন্নামককা অমত্তা নত্তে, অয়াম্বা নত্তে; নহাক নথন্তনি—ঐগী ইচানিংঙোল অমত্তনি। নহাক নথন্তনা ঐগী থম্মোই পুন্নমক থন্নগদবনি। হন্দক অসিদা নঙ্‌গী নফমদগী ঐনা তমতুনা থঙ্‌লিবা থন্না অসি অমমনতা ওইনা ঐগী ইচানুপী অতুদা অমুক হৈননবা তম্বীরগা অস্তম তৌনা ইশা অহল অমূক ওইরক্লবদা ঐনা তম্বী তাকপিখিবা পুন্নমক অদু মঙোন্দগী অমুক লোইনা লৌতুনা মতুংগী মপোক অমুক তানজগনি। হায়তুনা উহন্দনা মখুৎনা মিৎলুদা অমুক্তং নাম্নক্লে।

মৃণালনা মথন্নায় হুংঙাইতনা হায়রকই, বাবানা ঐবু হেক্তা ঈকাই-হনবীবা। ঐনবু কন্নি থঙ্‌গনি হায়তুনা?

ঐ চাম্রি হায়বসি ইশানদি থঙজদে অদুবু নহাক্নদি থঙ্‌লম্নি; অসিগুম্ব-নিদনা ইমা!

ও—অদুবুদে, মদুবু থঙ্‌বা কৌবন্না? মমিৎ পাম্লিবা মী খুদিঙ্‌মক্না মহুদি হেক্তমক উনবদুবো?

অদুবু হায়ন্নিবা মিৎ অতু মী খুদিঙ্‌মক্কী লৈতেনে মৃণাল। হায়তুনা ঙাইহাক অমুক লেপ্লগা হায়রকই, ঐনা উবদা খ্বায়দগী হেন্না ঙক্লিবদি অসিনি ইবেম্মা, ভগবাননা কদাইদা, কৈদৌঙৈদা, করম্বা পাম্বৈনা মীওইববু তশেং তশেংবা মশাগী ওইবা মীবু থেংনহনবীবনো হায়বতু কনা অমত্তনা থঙ্‌নবা লৈতে। মসিগী করিগুম্বা থৌন্নাঙ্‌হায়বা অমা লৈতে, মন্নী থোক্লবা থোক্নদবা নাইদে, মতমগী হিসাব ইমস্তু চত্তে। মিৎনা কৃপ্নদা কদাইদা কন্নি ওইন্নকই—মাবু ফংজবদা থম্মোই ইথন হেক থম্নকপা খুদক অতুমক্তদা হেক্তমক থম্নকই—অম্নুক চাউবা থম্মোইম্নুংগী অহাঙ্‌বা অসিবু অম্নুক কুইথসি কন্নম্না অম্নুম থাঙ্‌লম্নিবকো?

মৃণাললনা তথ্বা তপ্পা হায়রকই, মতুদি অশেংবনি বাবা, নত্রবনবু উন্নক-হায়রক অসিদা নচানিংঙোম অনা লৈবকু অস্মুক কুইবসিদা করিগী খিবা-হুম্বা তৌরম্লোইদবা লৈবগে ?

কেদারবাবুনা হায়রকই, মানা হুকুম তৌরক্তি ঙৈদদি ঐগুম্বগী ইতিকনা খিবা-হুম্বা ঙম্বা পোংলা। হুকুম অমুকপু তৌগ্রবদি কদাইদস্মু অপন-অচ্চুই করিস্মু লৈত্রে, করিনো অমনা হেক্তমক শোয়োশোরো লাক্কুনা চিংশিল্লকই। মীনদি উনরি, খঙন চাম্লরকপসি থা অমত্তা মঙায়রি। অদুগা ঐনা খঙ লিবদি মসি পাঙ্গি খুংপাযগী লামায যেংদুনা মুমিৎ থা মশীং পানদুনা লেপকদবা অদুগুম্বা চুম্নগী যুম ভাড়া লৌবা শানবগী হিসাব মতৌ অদু নত্তে। মসিদি, মুগ-কয়া-কয়া চুপ্পা নহাক্কী নকুমতদা থুপ্তুনা অস্মুম ফম্লরুবা মতৌনি—মসিগীবু অমুক মুমিৎ থা চহি নাইরিবা পোংলা ? হায়রগা মহাক ঙাইহাক অমুক লেপখরে।

মৃণালস্মু করিনো অমা হাযগে তৌরকই তৌইগুম্বস্মুং মাগী মমায় থংউ উরুবদগীদি রা-ঙাংবা থোকখিদরে। মানা খল্লকই, মতম অস্মুক কুইনা অহল অসিগী থস্মোই মনুংদা তুমিন্না চাক্তুনতা লাক্লিবা অরাবগী মৈরী অদুবু হুজীক করম তৌনা মুথরক্লিবনো, অদুগা মতুগী অরোইবা শরুক খরা অদুনা মাগী মমাযদা লংনা মঙাল তাশিল্লবনা শেংকাত্তবা অঙানবা অদুগী মরক্তা কদায় রাইগী করম্বনো য়োনা মুংশিবা মতৌনা থোজানগা তোংশিন য়ানশিন্নখিতুনা মপান্দা ক্ষোংদোরকলি।

ঙাইহাক্তি কনাস্মু কবি অমত্তা হায়নখিত্রে—মৃণালগী হস্তরবা মিৎয়েং অদু হান্নগুম অদুন্মক লৈমায়দা তুমিন্না যেংদুনা লৈরি। অচীকপা অসি কেদারবাবুনা থুগাযরকই। হাযরকই, মৃণাল, ঐনা ধর্ম্ম অমবু থাদোক্লগা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদা দীক্ষা তৌরবা থোক্লবদি মতম অদুদা মপানগী মীওই-শিংগী মফমদমক নত্রবস্মু ঐ ইথস্তগী ইশা অসিমক্তদস্মু পাউখুম পীদবদি ম্যাঙ্রবনি। অস্মুক কুইববুদি মতু নাস্থোরকলিদি হায়ববু ঙসিদি অমুক তাং তৌতুনা অস্মুম থম্বা ঙমগ্রে। ধর্ম্মগী মরীদদি হুজীক ঐনা রাফম অসিবু শোংনা খঙলক্লে—

মিথক্লুপ অমত্তং মৃণালনা মমিৎ হাইগাংলকপদা কেদারবাবুনা হায়রকই, কিরুগমু ইমা, কিফম লৈতে, হন্না হন্না ঐনা নঙগী নমিংতা অস্মুম পন্দুনত্তা তোহুনা নঙবু মুংশা হীহনবা তৌররোই, অদুমদি ওইরগা অস্মুক কুইববী

তুংদা ঙসিত্তদা মসিমদি লেপ্পমক ঐনা শেংনা খঙ্‌লে মত্তুদি, লান তৌনবনা, থংন চৈনবনা অমদি মরৈ মরাং য়েৎনবনা ফংনিঙ্‌বা পোৎ অতৈ কয়াস্থু ফংনরক্কসনু, ধর্ম্ম হায়বা পোৎশক অতুতদি মফংদ্রে।

থম্মোই শোকপা মাগী রাহৈ অতু মৃণালনা খঙ্‌লদুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, মতু চুম্লম্বা য়াই বাবা অদুবু ঐনা অফবনি হায়না খঙ্‌লবা ধর্ম্ম অদুবু লৌনবগীদমক্তি শা-লান, থংনা চৈনবা অমদি মরৈ মরাং অমুক য়েৎনক্কবগীস্থু করি অমত্তা কাম্নবা লৈতে হায়না ঐনা খঙ্গে।

কেদারবাবুনা হায়রকই, নোংমদি ঐস্থু অতুম্না খঙ্‌লম্মী হায়বদুস্থু নত্তে, অদুবু কাম্নবদি হেক হেক লাক্কবা য়াদে মৃণাল। করিগুম্বা পোৎ অমত্তবু ঐখোয়না নুংশি নুংশিনা পাম্মু পাম্মুনা খক থাদোকপা ঙমদে। থাদোক্কে খল্লিবা অতুগী মরমদদি পূক্নিং অসি খুত্রিক খুজিল্লকই, মদুবুদি কৈদোঙৈদস্থু অমুক পাকথোক-চাউথোকহল্লকপা ঙমদে ; মরম অতুগীদমক্তা ঙসি অসিদা চাউরবা কৈফিয়তকী দায় অমনা নল্লরিবনি। অতুগা নখোয়দি হেক পোকপদগী হৌনা নশা নশানা ঈরায় লায়না অতুম্মক ফংনজরকপা অদুবু ফরবস্থু ফত্রবস্থু মদুতবু অতুম্মক কোন্দুনা লৈনরি। খেন্নরিবতু অমুক্তং খন্থদুনা য়েংউদো!

মৃণাল তুমিন লৈখি, খুম্লক্কবা জবাব অমত্তা মহাক্না পাক থিবা ফংখিদে।

কেদারবাবু মশামকস্থু মিৎকৃপ অমত্তং তুমিন লৈরুরগা অমুক হায়রকই, ইমা! মতম কুইনা কাউথোক্লুরবা রাফমস্থু ঙসিদি—তপ্না তপ্না অস্থুম মমিৎ পাঙ্‌লক্লে, অদুবু মখোয় আসি অস্থুক কুইবা মতম অসিদা কদাইদবু লোৎলম্লিবনো!

মমিৎ হাইগত্তুনা মৃণালনা হংলকই, কনাগী রানো বাবা?

কেদারবাবুনা হায়রকই, ইশামক্কীনিনে ইমা। অচৌ-অশাং ওইজনবা ইরৌশিং-ইবুদ্ধিস্থু ভগবাননা পীবিরমদে, কৈদোঙৈদা অচৌবা অমা ওইজ-রকপস্থু ঙমখিদ্রি। ঐদি ইচম চমজবা মীনি, অচম্বা মীওইশিংতগা তোৎনা তিন্নদুনা লেল্লকপনি, অতুমদি ওইরগা ঐখোয়গী ইরক্তা অচৌবা ওইরিবা, সমাজগী মকোক থোংলিবা, সমাজগী গুরু ওইরিবা অতুগুম্বা মখোয় অতুগী পাউতাক্তি ভক্তি শ্রদ্ধা লোয়নননা লৌজরকলিবনি। মতম কয়া হৌরবা কাউরবা অতুগুম্বা মখোয়গী রাহৈ কয়া ঙসিদি ঐগী পূক্নিঙ অসিদা অমুক ফাওরক্লে। নঙ্‌না হায়রিবতুনি মৃণাল, ধর্ম্ম অমা হোংবগী থবক্তা, অফবদুবু

খন্নোক্লুনা নৌজবদা কন্নিগী থৎন-চৈনবা লৈফম থোকপগে, মহুম তৌরু-বগীশ্সু কন্নিদা কান্নবা লৈবগে ? ঐস্সু ঐনা মতম অস্লুক কুইনা খঙ্‌লকপদো অদূতবু। অস্নুম হায়ন্নিবনি। অদূবু ঙসিদি উবা ফংলে, কান্নবা লৈফম থোকই। ঙসিদি উরক্লে, দেশতা অমদি দেশ ব্রাংমদা মথোয়বু ঐথোয়না মরু লূকখহনবা ঙম্নিবা অতুক্তি খৃষ্টান পাদ্রীশিং ফাওবনস্সু ঙমদে হায়না হিন্দুশিংগী মন্নক্তা ব্রাকৎনবা য়াওন্নিবা অতুগুম্বা মথোযগী ব্রাকৎশিং অদূবু ঙসিদি হায়জিন্নবনি হায়না হেক্তমক উডাইথোকখিবা ঙমদ্রে। অশেংবমকস্সু, ঐথোয় অসিগুম্বা বিভীষণদি মীরৈবাক্কী বিধর্ম্মীশিংগী মথুস্তা কনা অমত্তস্সু য়াওবা লৈতে।

মৃণাল অতু তপথক্কম খঙ্‌জন্নক্তন্নে, অদূবু অহল অতুনা অদোমদা হুম্না যাওবা য়েংখিদে। হায়ন্নকই, মৃণাল, শাউগৎনবগী মতৌ অতু লৈত্রবদি ঐথোয়গী ইরক্তা হিরম পূন্নমক্তা ফিদম্ননিঙ্‌ঙাই মশক ওইন্নিবা, অতুদগীস্সু হেন্দোক্লুনা মীওইবা পূন্নমক্কী মন্নক্তস্সু ফিদম ওইনফম্নি হায়বমক য়ান্নবা অতুগুম্বা মথোয অতুমক্তা ধর্ম্মগী মন্দিরন্নদা, অমদি ধর্ম্মগী লৈপুংদা লেপ্তুনা 'ন্নাম'বু ন্নেমো, 'হন্নি'বু হোন্নে, অতুগা 'নান্নায়ণ'বুনা নান্নাণে হায়না মচীন্দা কন্নিগী কাঙ্‌থোক্লম্নিবনো ? মীযাম পূন্নমকপু কৌদূনা থোঞ্জেল লাউনা অস্নুম্না বন্নিগীদমক লাউন্নিবনো মতুদি, মন্নাইবক থীন্নবশিং অসিনা খাড়া তেক্লুনা লুপ্তুনা শিনিঙ্‌ত্রবদি ঐথোযগী সিঁড়ি চনবা ঘাট অসিদা চঙ্‌জ-ন্নকসস্নু। ইবেম্মা, ধর্ম্মগী পাউতাক্কী অসিগুম্বা অকনবা থকইন অসিনা সমাজ হুপ্না মতম অতুদা ভক্তিতনা ঐথোয় অপূম্বগী ঈ শাগৎহনখিবা অতুগুম শ্রদ্ধাদস্সু অতুক্কী মতিক চৃগম্নবা মতৌ ওইন্নমগদবনি—মসিগী মন্নম থম্ন-ঙাঙনন্নকপা মতমদস্সু হন্নাউবগী মচাং অতু কন্নিগুম্বদা থোয়দিং অমা ফাওবস্সু ব্রাৎলম্নোইদবনি, অদূবু ঙসিদি পুঙ্গীগী অন্নোইবা ঙমথৈ অসি য়োন্নক্লবদদি তশেং তশেংনা খঙবা ঙম্নবে, মতুগী মস্লং অতুদা কন্নিগুম্বা পাউতাক য়াওন্নবস্সু য়াওন্নমসস্নু, অতুমদি ওইন্নগা মতুগী মচি অমত্তদা ধর্ম্মগী কন্নিগুম্বা মচেৎ অমা ফাওবস্সু যাওন্নমগদবদি থক লৈতে।

মৃণালনা মথন্নায় মুংঙাইতবা খোনফমদা হায়ন্নকই, বাবা, অসি পূন্নমক নতাক্লা ঐবু তাহনবীবা কন্নিগীনো ? মথোয় পূন্নমক অতু ঐগীদি পূজা ফংনফমনি, ঐগী থুক্লম্নজফম ঙাক্তনি ! হায়তুনা মখুৎ অনি লোম্ননগা মশাগী মন্নাইবক্তা শোক্লক্লে। ভক্তিনা মাঙওইনন্নবী নৌজম্নিবী নুপীমচা অসিগী নোম্লুকপনা তুথন্নবী মায়থোং অতু তম্না য়েংবতদা অহল অতু ইমুন মুনখি

অমসুং মিংকৃপ অমগী মতুংদা মপান্দগী মীনাইনুবীনা কৌরকপদগী মৃণালনা হৌগত্ত্রুনা খোকগ্রবমক্তদসু মহাক্তি মওঙ অমত্তদা অহুম্না অহুম্মক লেঙদনা অসুম ফমদুনা লৈখি।

করিগীদমক্তা মনেম্না মাবু কৌখিবনো হায়বত্তু তাক্লবগা ঙাইহাক্কী মতুংদা মৃণালনা অমুক হল্লক্লবদা কেদারবাবুনা খঙহৌদনা মথুং অনিমক্ত ভিংখোক্লগা খিংঙনত্রবা লাঙতক্লবা খোনফম্না হায়রকই, অসুম তৌনা অত্তোম্না মীগী দোষতমক খিবদা ঐগী পুন্দী অসিমা লেপ্লগদ্রা মৃণাল ? করিগুম্বদসু মসিদগী লাম্থোকপা ফংলরোইদবরা ইমা ?

মৃণালনা হায়রকই ; বাবাগী কাঙথল চিথেক অদু খরা শেগায়রে, খজীত্তং হন্দোকপীয়ু, অমুক্তা কোৎচিঞ্জরমগে। হায়দুনা দেওয়ালগী কোঠাদগী সেলাইগী মপোৎ হাপ্পা কৌটা মচাদু লামদুনা লৌখোক্লবদা অহল অদুনা ফমুংদগী হৌগৎপ্রগা মোড়া অমদা ফমপ্রে অমসুং চঙখোম্না থবক তৌরিবী ঝাঙাঙদবী নুংশীমচা অদুগী লুকথরিবী মমায় অদুদা মিংফম হোংদনা অসুম য়েংদুনা লৈরকলে। করিগুম্বা মায়কৈ অমত্তদসু মমায় হাইগৎলকপা তৌদনা মহাক্লা মখোদা অদুম মপূক্লিঙ চঙলি, অদুগা য়েংনা য়েংনা কেদার-বাবুগী মমিৎ অনিমক্তনা মবম ইরৈ তেক লৈতনা হম্না হম্না পিনা থুম্বাৎলক্লি অদুগা ফৈজোম শুঞ্জা মতোম্না মদুবু হম্না হম্না অসুম হেক হেক তৈথোকলি।

ফোৎপগী থবক লোইরদুনা মৃণালনা কৌটা অদুবু মশাগী মফমদা থমলুরগা ওনশিল্লক্লুনা লেপ্না লেপ্না হংলকই ; হোরেনদি করি চাগনি বাবা ?

রাহং অদু তাবদগী খঙহৌদনা অশাংবা স্বরমগী অমা হোন্দুনা পি-না পেথ-হল্লথা মচীনবান্দা হাইফেত্তুং নোকপা মালহন্না কেদারবাবুনা হায়রকই; হোরেন চানবগী মরম খন্নবগীদমক্তা হজীত্তগী হৌনা লাঙতক্লরুবগী কান্নবা লৈতে ইমা ; মদুদি মাগী মতম চানা অহুম্মক থনবা য়াই। অদুবু নহাক্তম অমুক্তা লেঙদনা ফমখোনে ইবেম্মা। ঙাইহাক লেপ্লগা অমুক হায়রকই, অসিগুম্বা ইরাল অসি ওসিদগীদি লোইরবনি। ঐগী ইচীন অসিদগী কনাগী মিংদা ফত্তবা য়াহৈ অমত্তসু করিগুম্বদা অমুক তাররোইদবনি মৃণাল। অমুকসু ঙাইহাক লেপ্লরগা অমুক হম্না হায়রকই, অদুগা নঙমদি ঐবু শাউবা তৌগম্লকো ইমা, মসিগীদমক্তা য়াফম অসিবু, ঐনা হৌদোকপা নত্তকো !

পিয়াং লোয়নরবা মাগী মখোজেল অতু তাবদা তপথকম থজ্জরবী মৃণালনা হায়রকই, অতুগুম্বা বা অদুবু করিগী তাকপিরিবনো বাবা; ঐনবু কৈদৌঙৈদা বাবাদা অশাউবা উৎচল্লরবগে ?

কেদারবাবুনা খুদক্তা কন্না কন্না মকোক হায়দুনা হন্না হন্না হায়রকই, কৈদৌঙৈদসু ওইখিদ্রে, শুকওইমক ওইখিদ্রে। নওদি ঐবু পোকপী ইমানিনা, অহল ওইরবা নচা অসিনা ওৎপা-নৈবা পুম্নমক মুংশিবা মীনোক নোক্না নোক্না থাওবিহুনতা লাক্লিবনি। অতুমদি ওইরগা অসুক কুইরবগী তুংদা থম্মোইনুংদা চেল্লিবা ইশাগী ঈ অতুগী মহুক্তা ঙাসতদা ফজেরক্লিবা অচুম্বা অদো, অদুবুতা নওগী নফমদা উৎচনিঙতনা তৌবনি মৃণাল, অতোপ্পবু তাথীতুনা অমদি হল্লাম্নিঙতুনা তৌবা নত্তে। ঙসিদি লেপ্পমক তশেং তশেংনা খঙলে, ধর্ম্ম হায়বা পোৎশক অসিবু বাঙবু লিংদুনা মতলব অমগী মথা পোন্না ঐথোয়না নোংমা ফাগে হায়না হোৎনখিবদু, মাবুদি মগুঙ অতুম্না থক ফাক্ত-পুল্লুবা য়াবা পোৎ নত্তে। মথন্তনা ফাহল্লবা নত্রবদি মাবু থক ফাক্রবা য়াদে। থম থেংলবা অৱাবগী শকফম লৌদুনা য়োনা হক্লবা মীওই-বগী চৈনাখোন মথক্তা মখোঙনা নেত্তুনা মশা মথন্তা লাকচরগা লেপ্লবা অতুগুম্বা মুমিৎ অতুতদা মাবু শেংনা মশক খঙনফম থোকই। মহাক্তি অশোয়-অঙাম খজীক্তফাওবগী অক্নবদু থক পুজবা ঙমদে, মমায় লৈথোক্তুনা হেকমক হনখি। অতুমদি ওইরগা ঐগী খ্বায়দগী হেন্না য়েক্লবা মী অতুগী-দমক্তসু মাগুম্না মরাইবক থীবা অমা ওইসনু হায়নদি ঐনা নিঙলুবা ঙমদে মৃণাল।

মৃণালনা মথং মথং অসুম অপনবা পীদুনা নাকোয়-থৈনা খাঙজরক্লিবা অতুগুম্বা বাফম অতুনক্কী ইঙ্গিত তৌরক্লে হায়বা খঙবদগীদি মানা হংগোই-জবা অমদি মুংঙাইজদবগী পান্দম লৈখিদ্রে, অতুম ওইনমক ঙসি অসিদি মহাক্না কবিনো অমা হেক্তা হায়জিন্দুনা চেনখিগদবগী তৌবদু তোক্তুনা করিসু খুমদনা অতুম তুমিন্না ফমদুনা অতুম লৈরি।

হন্না হন্না অপল-অহুইত অসুম ফংমল্লক্রবদগী কেদারবাবুগী মশাগী ঙিংয়েংসু মাঘকৈ অশোমদদি থোবা হেল্লক্লমী অদুবু ঙসিদি মহাকসু করিগুম্বা অমত্তবু হন্না য়েংবা তৌখিদ্রে, হায়থরকই, ইমা, হন্না হন্না হায়খিহুনসু বা অমদি ঐনা থক পেনবা মরৈদ্রে, অসুক চাউরবা তাইবঙ-মালংপান অসিদা নহাক্তং নত্তনা ঐগীনি হায়রবা অতে কনা অমত্তসু করিগুম্বা মতমদা লৈরম-ল্লমাল্লে ; মরম অতুনা ওইরমাল্লে, করম তৌননো খঙদে, ঐগী অম্মোইবা

পুন্সীগী অন্নবা কোকথোং পুন্নমক অমদি অফ-ফত্ত পুন্নমক হেক লাকপদগী হৌনা অতুম্মক নঙগী নথক্তা ননশিল্লগা পুক্নিঙ লৈতাজবা ফংলয়ে। থৌশীল থৌরাঙ পুন্নমক্কী মপু ওইবীরিবা অতুগুম্বা মহাক অতুতগী খুৎশীননি হায়বসি চিংনবা লৈতনা খঙলবা মরম্না ঐনা অমুক ইকাইবা, হংগোইবা করিগুম্বা অমত্তসু লৈখিয়ে। মীবু পাউথোকহনবনি খন্দুনা অহানবদদি ঐ ঈক ঈক লাউনা খাঙলম্বনি অদুবু ওসিদি ঐগী পুক্নিঙ অসিদগী মতুগী ফত্তবা রাখল অতু কোকথরে।

মৃণালনা মমায় হাইগত্তুনা হাইফেৎ নোক্লকই। হাইকেত্তং নিঙজিং মাঙজিং তৌরগা কেদারবাবুনা হায়রকই, অতুম ফনা ওইনসু ইপন পনবগুম তৌবা মতৌ অমদি অতুম্মক লৈবগুম তৌরি মৃণাল, অতুম অতুম্মক ওইনসু রাইহে অদু খৌজেওদগী থোকথো হায়বতদি খক ইযা ময়াদ্রে।

অতুদি লৈরসমু কৈদৌরগে বাবা—অতুগুম্বতু ওসি অসিদা হায়বিদ্রগা করি তৌরগে।

মঙক হাইতুনা কেদারবাবুনা হায়রকই, নত্তেনত্তে, অমুক পন্থবা য়াদ্রে —অস্নুম পন্দুনা লৈথবা হৌনদ্রে, ঐনা শোয়দবনি লেপ্লে, মহাক সুরেস হায়বতুগা—

মৃণালগী মপুক মমুংদসু মসিগী চিংনবা অসিনা হন্না হন্না চৈনা ফাওহ-ল্লকখিবা ওইবনা করিসু হায়রকপা তৌদনা মরু লৎকথতুনা মহাক অতুম্মক ফমতুনা লৈখি। মতম থরা তুমিন্না হৌগ্রে, কেদারবাবুনা ওম্বমখৈ হোৎনতুনা মশানা মশাবু মায়থীবা পীজবগুম্না হায়বকই, মহিমগী মনাক্তা অমুক্তংদি চৎনিঙই মৃণাল, মাগী মচৌনগী মরা অমুক্তদি তানিঙই—মসিগীদমক্তা ঐগী থম্মোই মমুং অসি লোইবা নাইদ্রবা অকনবা মৈরিতনা চাকথেক্তুনা লৈরিবনি। অদুবু ইথস্তদি করম চত্তুনা মাগী মকাদা লেপ্পুরসিগেদো ?

খুদক্তা মমায় হাইগৎলক্লগা মৃণালনা মাগী মুংশি হৈরবী মমিৎ অনি অতুনা মরাইবক খীরবা অহল অতুগী ঈকাই-ঈকি য়াম্নরবা মমায় অতুদা লেঙদনা অস্নুম য়েংলগা হায়রকই, বাবা নথস্তদি করিগী চৎলুগনি—চৎপবু তারবদি ঐথোয় অনি পুম্না চৎমিন্নগদবনি।

তশেংনমক চৎকদরা ইম্মা ?

করিগী চত্তনি বাবা। অতুগী মথক্তা, ঐনা বাবাবু নথস্তা কময়দৌনা খাদোকনি ? বাবানা চৎনিঙবা মফম অমদা চৎপদা, ঐগা লোয়নত্রবদি

থক থাদোক্কদবা লৈতে, মতু হায়জহৌরিবসিনি। কনানসু ঐবু লোম্নন-বীনিঙদে বাবা, অতুনা ঐ অসি কদাইদসু ঙাইহাক্তুং ফাওবা চখোকচবা ফংদ্রিবনি।

পাউখুম ওইনা অহল অতুনা করি অমত্তসু হায়রকপা তৌখিদে, খুবাক অনিনা মমায়দা খুমজিল্লগা মশাগী খুকউ অনিগী মথক্তা নোম্থগ্রে অত্তুগা থংনবা মিংকৃপ্তদি উবা ফংলক্লে মতুদি হায়দোকপা ঙমদ্রবা মুংগী চৈনাখোন্ অতুনা মরম ওইতুনা চপশিন-কংশিল্লবা মশা অত্তুগী নাকল অমদগীনা অতোপ্পা নাকল অমা ফাওবদু শীনবা থুংনা থক্ থক্ নিকপা হৌরক্লে।

নাশোন পীক্লা মৃণালনা মাগী মকোক মনাক্তা ফমলরে, মাগী মচীন্দগী করিগুম্বা থোমজিন-থোংচিনবগী রাহৈ অমত্তং ফাওবা হায়দোরকখিদে। মথন্তা পোকচবী মচানিংঙোল অতুনা তৃক্কচনফম ওইনা লৈখা তাখিবনা মরম ওইতুনা মপাগী থম্মোই থিনগাইগ্রবদা মহাক অদুবু থেমজিঙ্গনবা মাগীবু করি লৈবা হৌনবগে?

অসুম তৌনা মতম য়াম্না শাংনা হৌগ্রবদা অহল অতুনা মশাবু ফাথ-ঙ্গরগা চুম্না ফমদুনা কৌরকই, ইবেম্মা!

মাগী মমায় উরুবদা মৃণালগী থম্মোই অতু শেগাক কায়গ্রে, অদুবু ঙম্বমখৈ কন্না মপি থিংগত্তুনা থম্নগা খুম্নকই, করিনো বাবা?

সংসার অসিদা থরায়-নুংঙাইতবগী মচাংনা অসুক চাউনা লৈরমগনি হায়বসিদি ঐনা কৈদৌঙৈদসু খল্লমদে মৃণাল? মসিদগী লাম্থোকপা ঙম্মবা কদাইদনো লম্বী অমা ফাওবা লৈত্রবরা? কনা অমত্তনসু মসি খঙনদবরা?

অদুবু মীদি অশি-অনাগী অরাবা ফাওবা খাঙনবা ঙম্মী।

কেদারবাবুনা হায়রকই, ঐগী কা দদি মহাক শিগ্রবনি, মসি নত্তরা ম্মা নঙনা হায়রিবদো! উম্, অমরোমদদি মতুমক্কি। ঐগী পুক্নিঙদসু মতু চয়্যারক হন্না খনগ্রবনি—অদুবু শিখি-নাখিবগী রাবদি মানা হক্লিবা চাং মতুপকী মতিক পুক্নিঙগী শান্তি অমসুং নুংশিববুসু পীবি। তৌইগুম্বসুং মতুগুম্বা পুক্নিঙ ফানবা উপায়দি কদায় মৃনাল? থাঙঙমদ্রবা মসিগী ংঙাইতবা, পুঙমদ্রবা ঈকাইবা অনি অসিনা ঐগী থম্মোয়নুংগী লম্বী পুম্নমক ফুন ফুন্না মওঙ অসুম্না থিংজিন্দুনা থমগ্রে মতুদি, মখোয়বু মফম কদাইদসু জীত্তুং মচি-লেঙহল্লগা থাংদোক্লুনা থম্নবা অহাঙবা মচেং অমা ফাওবা লখিদ্রে। হায়তুনা মমিং উইশিন উইশিল্লা মথুং কল্দোক্লুনা মথবাক্তা

থক্লগা তপ্লা তপ্লা অমুক হায়রকই, ইমা, মচা মশূবু শিহুন ম্যহল্লিবা অদুগুম্বা মহাক অদুবু ঐখোয়মা অসি হায়না ঙাকপি মহুদি, মাগী থৌদৌ-থৌওঙ পুম্নমক ঐখোয় অমত্তনা থঙনদে। ঐখোয়না—

থংথং থত্তুনা মৃণালনা হায়রকই, অদু ওইরবদি বাবা, ঐখোয়সু মহুম তৌবা য়ারোইদ্রা? ওইনিঙবা মীওইসু ওইসহু, মাগী থৌদৌ-থৌওঙ থঙদে হায়হুনা মী অদুবু ঐখোয়না ঙাকপিবা ঙমদ্রবদি, য়ামদ্রবদা পূক্নিঙতম্না ওইরবসু মহুগী বিচার তৌবগা মাবু লালহন্দনা থম্বদি য়াইদনা?

অহল অদু থংপেক থংবগুম তৌরকই অমসুং মমিৎ অনিগী থৌরবা মিংয়েং অনিনা অতোপ্পা অমগী মমায়দা পুল্লপ হৈজিল্লগা লেঙবা ওৎপা কর্নি অমত্তা তৌদনা নূংগুম্না অদুম ফমহুনা লৈখি।

ঈকাইজবী মায়থোংনা তপ্পা তপ্পা মৃণালনা হায়রকই, অদুতসু নত্তনা ঐনা ঐখোয়গী তা'তোনগী মফমদগী তাখি বাবা, মহুদি, থৌওইনমক হোৎনহুনসু ঙাকপিফম থোক্তবা অদুগুম্বা মরালদি সংসার অসিদা মশীং অদুক হাক্না য়াম্না লৈবা নত্তে।

ময়াইকাবা হেল্লক্নুনা কেদাববাবুনা ময়াঙ তিংখত্তুনা চুম্না ফম্লগা হায়রকই, কনাগুম্বনা অসিগুম্বা মরাল অসিবু ঙাকপিবা ঙম্ফম থোকপরনে মৃণাল?

মৃণাল ছুমিন্না অদুম লৈ। খোঞ্জেল য়াক্না মহাক্না অদুম্মক হায়রকই, থক ওইরোই, কৈদৌঙৈদসু ওইবা য়ারোই। মপা অমা ওইনা ঐনা অসিগুম্বা মাগী মিংচৎথীবা মতৌ অসিবু কৈদৌঙৈদসু ঙাকপিরোই। ঙাকপিবদা মতিক'চাদে, ঙাকপিফম থোক্কে—ঐনা নঙোন্দা তশেং-তশেং-নমক হায়রবসিনি।

মৃণালনা তপ্না তপ্না হায়রকই, মতিকচাবা চাদবা হায়বহুদি রায়েন বিচারগী য়ারমনি বাবা, মদুবু ঙাকপিবা কৌরুবা থক য়াদে। অদুগীসু মথক্তা অসিগুম্বা ঙাকপিবগী ফল অদুবু লাল্লুরিবা মী অদুতনা ফংবরা, ঙাকপিরিবা মী মহাক অদুনদি করিসু ইফংমক ফংদবরা?

অহল অদু পুমঙক ঙকখ্রে। নুপীমচা অদুগী অসিগুম্বা অতক্না অমেঙবা রাহৈশিং অসিনা মহাকপু মিৎকুপ অমত্তগী মমুংদা পুমঙম শুক্নাৎখ্রে। তৌফম্ন থঙদবা মঙডদা ঙাইহাক অমুক কমলগা মহাক্না খংহান্ন হায়দোরকই,

ঐদি অহুম তৌনা থক থন্দুনা য়েংখিদ্রি—মৃণাল। নঙগী নকমদগী ঙসি অমুক অতোপ্পা অনৌবা তত্ত্ব অমা যংজরে ইমা। অচুম্বমক্কি! যংবগী খাত্তাদা অনা তবাতক্ককমক শুনা উসল তৌরবা অরৌবা মী অহুনবু অপীবা মীগী অকুদা শৃন্য অমুক হাপচিল্লু থিগদবা লৈবরা? অসিগুম্বসিদি করিগুম্বনস্থ অচুম্বা থক ওইবা য়াদে। অশেংবনি। কনাগী মরালনা কয়া য়াম্বনো হায়রগী, বিচার অহুদি অপাম্বা মীনা তৌজসন্থ, ঐ ইশাগী য়েংহুনা ঐদি ঙাকপিরগনি! অসি নত্তবরা ইবেম্মা, নঙগী পাউতাক অদো?

অহুম্না তাকপিহুনা কবিগীদমক ঐতগী ইরাল ইপোৎ ফাহনবীবনো বাক্ক? •

নঙগী নরাল? সংসার অসিদা মতুগীস্থ মফম অমূক লৈরমখিগত্রা ইমা!

মৃণালনা খঙহৌদনা ফ্‌ব হৌগৎলগা হাযরকই, ইমানা ঐবু অমুক কৈথ্রমাম্লে—থুনা অমূক লাকচগে বাবা। হাযহুনা থুনা য়াঙনা মহাক ইমুংদগী মপান থোকথবে।

## নিফু শুবা তাংকক

মৃণালদি হৌগত্তুমা চংথ্রে, অদূবু অহল অহুনদি অদোম্রদা থোইনবু যেংখিদ্রে। মশাগী রাহৈগী সুর অহুদা লূপ্তুমা মথন্তা মপূক্লিঙদা শোঙ্জরকই, ঐ হিংলে। ঐ হিংলেদনা ইমা, নঙনা ঐবু হিংহনবীরেদনা। শূক্লবা উমংদা মিং অনিস্থ খুমজিনথ্রবা, অশি লম্বেন নত্তনা অতৈ লম পূম্নমক থিংথ্রবা অহুগুম্বা লম্মাঙনববা ঐবু, ইখূৎনা লাম্বা যংনা মুক্তিগী চাউরবা লম্বী অমা লৈরম্মী হায়বসি নহাক নত্তনা অতৈ কনানদি তাকপিবা ঙম্রক্ষম থোকপগে! ঙাকপিবগী বাম্বমদি কৈদোঙৈদস্থ থক থল্লুবা ঙম্লক্তিবনি। করিগুম্বা মতম্রদা থনখিবা থোক্লবস্থ, খূদক্তা অহুম্মক ইখূৎ অনি চঙনা মদূবু ঈস্থোকথ্রগা হৌনা লাক্তনা অমদি নাপন লোয়নমা হেক হেক হায়খি—ওইরোই, কৈদোঙৈদস্থ ওইরোই। ইচা নিংঙোল ওইনা পোক্লগা অহুক হক্লা মরাল লঙজবা ঙমথ্রবী অদূবু মপা অমা ওইনা ঐনা কৈদোঙৈদস্থ অহুক চাউবা দান অমি মঙোন্দা পীবা ঙমলোই। অদূবু হে মিস্তাঙবা, হে অপঙবা, হে অরীকপা— মপা অমা ওইনা মঙনা পীবা ঙমথ্রবা পোৎ অদূবু অতোপ্পনদি কমদৌনা মহুক পীবিরকদা লৈ? অহুগা মহাক অহুনস্থ নঙগী করিবু কয়া য়াম্না লোখিবা

ওমগাদৌরিবনো ? নঙনা ঙাকপিখিবগী শরুক পূম্নমক অদু নঙত্তগী নথুমদা অমুক লোইনবা হল্লকদবা ঙাক্তনি। নঙগী নফমদা মৃণালনা হায়খিবা ওত্র অদুবু নমিৎ অনিমক পাঙথোক্লগা অমুক্তং মুম্না য়েংউ। অসি হায়রুনা মহাক্না অপাম্নবা করিনো থরা য়েংনবগীদমক মমিৎ অনিমক লাওথোক্লুনা নোং-মংবা আতিয়াদা ওনথত্তুনা য়েংলগা হেক ওয়মথৈ কম্না মথক্তা মপুক্তা হায়জরকই, ঐনা ঙাকপিরবনি, ঐনা ঙাকপিরবনি ! সুরেশ, নঙবু ঙাক-পিরবনি ! অচলা নহাকপুসু ঙাকপিরবনি ! শা-উচেক, তীল-কাও পূম্নমক ! কদাইদা কনা লৈনরিবা—ওসিদি ঐদা নথোয় অপুম্ববু পুল্লপ্না ঙাকপিরবনি । ওসিদগী হৌনা ঐনা কনাবুসু শাউবা-ঘারৌবা অমদি কনাগীসু মথক্তা রাকৎলুবা লৈত্রবনি, ওসিদি ঐ মুক্তি ফংলবনি, ওসিদি ঐ ইনিঙ ইথা তৌজবা ফংলবনি, লোইবা নাইদবা মুংঙাইজবা হায়বত্তু ওসিদি ঐ ফংজরবনি। হায়না হায়না হায়ফম থঙত্রবা মুংশিবা প্রেম অমনা মাগী মমিৎ অনিমক অত্তু উইথরক্লে অত্তুগা মথূৎ অনিমক পুনশিন্নরগা মতম্বাক মথক্তা তপ্না তপ্না হেক থল্লকপমক্তদা উইশিল্লিবা মমিৎ-মিৎলু অনিদগী মপাগী মুংশিবা ঈরানা পি ওইনা থোরক্তুনা মশীং লাকওমদ্রবা ঈচেল কয়া চেম্থবা হৌরক্লে। অত্তুগা তনিক তনিক্লবা মচীন চীনবান অনি অত্তুনা কপ কপ লাউনা নিক্তুনা শেংফাত্তুনা হায়রকই, ইবেম্মা ! ইবেম্মা ! নঙবু কদাইদা লৈঙ্রবগে—অমুক্তংতদি হল্লকখোগবা ! ঐনা নঙবু পৃথিবী অসিদা পুরকখিবনি, ইথাদা কোম্দুনা চাউনবা য়োক্লকখিবনি—ইপাগী ইবেম্মা, নঙগী নরাল, ঈকাইবা অমদি অথীবা মিংচৎ পূম্নমক পুদুনা ইপাগী ইতম্বাক অসিদা অমুক্তং হল্লকখো অচলা, ঐগী থম্মোই অসি পীদুনা নঙগী অশোক-অপন-পূম্নমক, মৈচাক-মৈরি পূম্নমক লোইনা মুখৎলগা হান্নগুম অমুক মী ওইহন্নবা হোংনগনি। ঐথোয়না থক মীরক্তা তিল্লরোই, য়ুমদগী হেন্না থক মপান থোক্লোই, নঙ অত্তুগা ঐ—অসিতনা লোইরে—

বাবা ?

অহল অত্তুনা মমায় লৈথোরক্তুনা মৃণালগী মমায়দা য়েংলকই, মশাবু অমুক্তং কাথজনবসু হোংনরম্বগুম তৌই ; তৌইগুম্বসুং মিংকুপ অমত্তং লৈরগদি লৈমায় মথক্তা ওন্দুনা অঙাং অমগুম মথবায় শোক্না কপথোরক্লে—ইমা ! ঐগী ইমা ! ঐগী থম্মোই শেগাক কায়রে ! পূম্নমক চঙত্তুনা মহাকপু কয়াগী মতিক বাহনবীগ্রবা, কয়াগী মতিক মথবায় শোকহনবীগ্রবা ! ঐ অমুক খাঙথবা ওমক্তে ।

মৃণালনা করিদ্রু হায়রকপা তৌদনা মনাক্তা চংলক্লগা লৈপাক্তা তারবা মাগী মকোক অদু রা-শুঙদনা মতম্বাক্তা চুন্নদং থাংগৎলগা তপ্না তপ্না মথুংনা অস্থম নানবা হৌরিকই। মাগী মমিং অনিমক্তস্থ মপি অস্থম চেস্থরকখি।

ফাইরেন তাজীনগী নোংখি নোংমংবা অসিগুম্বা মুমিং অসি অস্থম্না অতুমক লোইরম্লগদবনি, তৌইগুম্বস্থং কেদারবাবুনা মমিং থংপাক্ত পাক্তদুনা ফুক হৌগত্তুনা কম্লগী হায়রকই, মহিমদা চিঠি ইবদা জবাব অমত্তা ফংলোইদরা মৃণাল ?

করিগী ফংলোই বাবা ? ঐনা খল্লি, হয়েং হংচিত্তি মাগী পাউখুম ফংবস্থ য়াই।

নঙনা মঙোন্দগ করিগুম্বা ইখিবা লৈব্রনে ?

মভক নোমর্তুনা মৃণালনা খঙহল্লকই, হোয়।

চিঠিদা করি ইথিবগে হায়রবর্তুদি হংগোইবদগী অহল অসিনা হংলকপা তৌখিদে। মপাল্লোমদা য়েংথোক্তুনা হায়রকই, হুজীকস্থ মতম হাইফেং লৈরি, ভাইহাক্তং কোয়থোক্লখিগে। হায়চনা মহাক্না ইমফি শামতুনা মখুত্তা চৈস্থ পাযরক্লে, অদুবু খোঙথাঙ অমা অনিদং থাংদোক্লগা থংলেপ লেপ্তুনা হায়রকই, অদুবুনে য়েংঙোই ইমা—

করি ওইরবনো বাবা ?

ঐনা কিরিবদি— নত্তে নত্তে, কিবমকস্থ নত্রি— অদুবু ঐনা খল্লিবদি অসিনি—

করিগীবো বাবা ?

নঙনা খঙবা করি লৈবনো খঙদে, ঐনা খনবদি— ফরে, মৃণাল, ঐখোয়না চৎনিঙবদা মহিমনা মত্থদা অপিত্তি তৌরকদবদি লৈবরা ?

মৃণালনা অসিগুম্বা অকিবা অমদি মুংশাথীবা অনিমক অসিতগী মমম খন্দনা লৈরকপনা অমস্থং মপুক্লিঙদা হান্নদগী মসিগী পাউখুমস্থ মওঙ অমা ওইনা শেম শাতুনা লৈরম্বনা খুদক্তা হেক্তমক হায়রকই, হুজীক অসিদা ঐখোয়না মত্থ থিরুত্তুনা করিবু কান্নগদগে বাবা ? মাগী লৈফমবু খঙলবদি ঐখোয় হেক্তমক চংকদৌরিবনি— মথং তারকপদা, তাতোননা ঐবু তাস্থোরকপমক হেক গুমকপা মতম অতুদদি খঙকম থোকপা হুনিয়াগী বারম

অয়াম্বা মথক্তা মরাইনা অত্তুম খঙজরক্কদবা লৈ। মত্তুগীদমক কনাদস্মু অমুক হংলুগদবা লৈবা নত্রে।

মিংকুপ অমত্তং তুমিন লৈরুরগা কেদারবাবুনা হায়রকই, অত্তুদি নহাক শোয়দনমক ঐগা চৎমিন্নগনিদনা ?

মৃণালনা হায়রকই, অশেংবমক্কি বাবা। অত্তুগা ঐনা বাবাগা চৎমিন্নগদবা নত্তে বাবা, বাবানা ঐগা চৎমিন্নগদবনি।

পাউথুম ওইনা অহল অত্তুনা করিনো অমা হায়জগে তৌরকই; অদুবু মিংকুপ অমত্তং মাবু অস্তুম য়েংত্তুনা লৈরম্লগা মমায় ওস্থোক্তুনা তুমিন্না অত্তুম্মক মপান থোকখরে।

অসিগা চপ হেক মান্নবা ফাইরেনগী মুমিদাং-রাইরম অমদা বাঙলা লৈবাক অসিগী রাংমদা নিপা-নুপী অনিখকস্মু অস্তুম তৌনা মমিংকী পি থিংবা ঙম্লখিদে ; সুরেশনা চা-জুম নম্বা অচৌবা চেখাউ অমা অচলাগী মখুত্তা পীরগা হায়রকই, অস্মুক কুইবসি পীগে পীগে তৌনা তৌনা নঙগী নখুত্তা পীবা ঙম্লক্লিবনি, অদুবু ঙসি অসিদি পীদবা য়াশিল্লক্তরে।

অচলানা চেখাউ অদু মখুৎনা লৌরগা চিংনত্তুনা হায়রকই, মত্তুগী অর্থদি ?

হাইফেৎ নোক্তুনা সুরেশনা হায়রকই, ত্তুনিয়া অসিদা ঐনা তৌঙমদবা অতুগুম্বা অকিবা পোৎপু করি লৈরমখিগদগে অসি নত্তবরা নঙনা খল্লিবদো।

খনবা য়াই— ঐস্মু কয়া অমা খল্লি। করিগুম্বা মসিগী অর্থ লৈরম্বা থোক্লবদি মত্তু, শাংমদি মরাইনা ফোংদোকচরক্কদবা লৈ। অত্তুমদি ওইরগা করিগুম্বা অর্থ অমত্তস্মু খঙজবা লৈতনা নহাক্না ঐগী ইফমদগী অখীবা মিংচৎ অমদি অরাবা পোৎলুম কয়ারক লৌশিঙ্খিবদো অত্তুগুম্না মসিস্মু অত্তুম লৌশিল্ল, অচলা।

তপ্না ঈংনা অচলানা হংলকই, মসিগী মনুংদা করি য়াওবগে ?

সুরেশনা মখুৎ লোম্নত্তুনা হায়রকই, ঙসি ফাওবদা ঐনা নঙগী নকাদগী ফংলক্লিবা পুম্নমক অত্ত হুরানবা-ডাকুগুমনা নম-হাদুনা ঙাক্তা মুনখিবনি। অত্তুম ওইনমক ঙসি অসিদি নঙোন্দগী ভিক্ষা অমত্তং নিরি মত্তুদি— রাক্সম অসিতদি নহাক্না খঙনিঙলকস্মু।

অচলা তুমিন লৈখি, মথংদা করি অমুক হায়ফম থোকপগে হায়রবত্তু খনবদা থোকখিদে।

মপান্দা মুথল মরুমদগী বেয়ানা কৌরকই, বাবুজী, শগোলগাড়ী খোবা অদুনা হায়জরি, থেঙথরবদি থুংলুবদা অহিং ওইগ্রগনি। লমথাঙদা নোং-মুংশিং থেংনবসু থঙদে।

ইথক থকুংলদুনা অচলানা হায়রকই, নঙবু ঙসি অমুক কদাইদা চংকদৌরিবনো? মতম অসিদবো—?

নোক্না মোক্না সুরেশনা চুমথোক্নুনা হায়রকই, হায়বদি অমুক মতম ফংগবদা। আ মাবুলি হায়বা অদুদা চংলিবনি। প্লেগকী ডাক্তর ইফংমক ফংমখিদরে; অমরোদা থুংগঙশিং অদুদি লোইনবা মোংফম ওইশিল্লক্লে। হন্দক্তি মুমিং তক্লক-তরেংনি লৈরুবা তারি—অদুগা কনানা থঙগনি চান্নবা অদুম হেক লৈখিবসু য়াই। হায়দুনা অমুক হন্না মহাক হাইফেং নোক্লকই।

অচলানা লেঙদনা মাগী মমায়দা অদুম য়েংদুনা লৈখি। মহাক মশামকসু পাউ থরা থরদি থঙলম্মী, ক্রোশ তরেং নিপান লাপ্না মফমদা খুল থরদি তশেংনমক চহি অসিদা প্লেগনা মোংফম ওইনরক্লে হায়বা পাউ অসি মহাক্না তাখিরম্মী। সহরদগী অমুক লাপ্না অকিবা ফংলবা মহামারী অদুগী মরক্তা লৈত-লায়রশিংগী লায়েংবীনবা ডাক্তর রাংলমগনি হায়বসিসু অঙকপা অমদি নত্তে। লুপা য়াম্না চঙনা সুরেশনা হীদাক-লাংথক কয়া কয়া মায়কৈ খুদিঙমক্তা লোন্না হেক হেক থারি হায়বসিসু মহাক্না শামিন ফংখি; অদুগা মশামকসু অযুক তু-হেক উরকপদা হৌগৎলগা মফম অমদা নত্রবসু অমদা হেক্তমক হেক হেক চথোকখি, হল্লকপদা করিগুম্বদনা য়াচঙবা মতম অদুগা করিগুম্বদনা অহিং ফাওবা ওইরকই— নহানদি হল্লকপা ঙমখিদে, অদুমদি ওইরগা মহাক অসিনা মযুম থাদোক্নুনা, মহাকমকপু থাদোক্নুনা মুমিং কয়ানিমরুম-চুপ্না অশিবগী মরক অদুদা চত্তুনা অসুম্না লৈরুগে হায়না খল্লমগনি হায়বসিদি মহাক্না মপুক্লিঙদা ফাওবা খল্লমদে। মরম অদুদগী মহাক্না বা অদু তাবদা ঙাইহাক্তি তুমিন্না অদুম মাগী মমায় য়েংদুনা লৈখিবনি। ভগবানবু মানিদবা, পাপ-পুণ্য মশক খঙদবা, অমত্তা ঙায়বা মরূপ অমাদি মবাল লৈজদবী মাগী নুপীগী অসুক য়াম্না শাথীনা মাঙ-তাক্লবা তৌবা ঙম্বা—অপল-অহুই অমত্তবু করিসু থোশাদবা—মাগী মমায়দা হেক য়েংশিল্লুবমক্তদা তুকচবা হুনা মাগী থম্মোই লকা হেক্তমক শীন থুংগ্রবা অদুগুম্বা মহাপাপী অমনি, অদুবু মাবু অসুম্না য়েংলুবা মিংকুপ অসিদা ঙসিদি হুনা নংখিদ্রে, ইথঙ থঙহৌদনা মাগী থম্মোই পুম্নমক অদু ঙকপনা পুমথন থনগ্রে। নিপা অদুগী মীনোক অদু মতম অদু ফাওবদা মচীনবানগী

অরোইবা মতাইদা লৈরম্লি— মহু থডিজনি, অদুবু মীনোক মচেং অহুতগী মহুংদা অচলানা তাইবঙখোনবা অতুগুম্বা পূক্কিঙ-পুমইনইনবগী মতৌতনা থম্মা লৈরম্বা উরবলে। মাগী মমায় অহুদা লাউতক্কবা অমদি ময়াই-কাঁবগী মতৌ কম্নি অমত্তা য়াওদে, অশিবা ময়ামগী মরক্তা চঙহনা লেপ্লুনবগীদমক যাত্রা তৌরবা অসি ফাওবদা মমায় অহুদা লুংশাখীবগী থূদম মচেং অমা ফাওবা পক্তে। অতুদি ঈশ্বরবু থাজদবা; মশা মথন্তগী খৌনা ওইজবা তানবা মী অসিগী মফম মক্তদম্তু মহাক মশাগী মথয়ারনা অস্থুক মমজ হোত্তবা! সংসার অসিদা মশাগী হুংতাইবদং নত্তনা অতৌ করি অমত্তবুম্তু থত্তবা লৈত্রবা মী অদুনবু মাগী হুংতাইজনবা-থৌরাঙ পূম্নমক্কী ময়ক্তা লূপচত্নুনা লৈরিঙৈমক্তদবু মাগী মপুন্সী অহুনা অস্থুক মমল য়াওত্রবা— পুম্নমক অসিবু থাদোক্লমহুনা চংখিনবগীদমক মিংকুপ অমত্তগী মহুংদা অস্থুক লায়না শেম শাত্নুনা হেক্তমক হোগংপা ওম্বা—অস্থুক থোশাদবা ক্লাবা পোং অমত্তম্না থনবা? অমুক হল্লক্তবম্তু থঙদে! ফলমক হায়রত্নুনম্তু মসিমদি ফাগি-শী মতৌ নত্তে। অহুম ওইনমক য়া অসিবু অস্থুক লায়না হেক্তমক হায়দোকপদি হৌনবরা?

থঙহৌদনা মুংগী থকইন অমনা মহাকপু ঈথক থক্কহৌরক্লে; মথুত্তগী চে অমু উত্তুনা হংলকই, মসি নত্তগী উইল-লা?

সুরেশনম্তু হংলকই, হজীক্তা নত্তনা পীরবা ভিক্ষা অদু, মদু অমুক লৌশিন্নবা পাম্লত্নুনা হংলিবরা?

অচলানা হাইফেং তুমিন লৈরুরগা হায়রকই, যম্নে, ঐ থঙনিঙলরোই। অহুম ওইহুনম্তু ঐনা নত্তবু চংহনবদি ওম্লোই।

করিগী?

পাউথুমগী মতাংদা অচলানা চেথাউ অদুবু অমুক লেঙবা ওৎপা তৌরগা হাইফেং ইক-আক ত্তৌনা তৌনা হায়রকই, নত্তনা ঐগীবুদি কন্না অমা কনা তৌখিহুনম্তু ঐগীদমক্তদি নত্তবু শিহনবা তৌরোই।

সুরেশ থুম্নক্তে। অচলানা মশাগী বাক্তাঙ অহুদা হাইফেং ঈকাই-মহ্নহুনা বা অদুবু য়াংখোকহন্নবগীদমক অমুক হন্না হায়রকই, নত্তমদি হাহ্ররি-গনি, নত্তগীদমক্তদি মুক্তাইত্তবা কম্নি লৈত্নুনা শিগদৌরিবা, ঐদি তাম্নবশিংগী মথাক্তা কনবীদা চংপনি; মৈ অহুক ওইরদম্তু ঐনদি চংহল্লোই।

বা অদু হেক তাবমক্তদা সুরেশনা মপুক্কিঙদা মাইমবু থঙনিঙ খিংখিংলক্লে

অমসুং এবুক মমুংদগী হোন্দোরকপা স্বর মপী অমনা চীক্লবা কা মচু অতু শীনবা থুংনা শরা শনখ্রে। মরমদি, মহাক্না মাগী মথরায়বু কয়াগী মত্তিক করিসু লৈতনা থনবা অতুগা মদুবু মহাক্না থাদ্রোক্লবা হোৎনবনা অমুক কয়াগী মত্তিক লায়না থোকপা হায়বতুগী ওসি ফাওবদা লৈরিবা সাক্ষী অমত্তংদি মহিম মথন্তনি। অসিগুম্বা ওসিগী থোঙচৎ অসিনা মাগী অরোইবা থোঙচৎ ওইখিবা থোক্লবা অদু ওইরবদি মী অমত্তগা তিন্নজবা নায়তোম চাবা, মা ইঙাও ঙাওদবা নিপা অদু মথন্তনদি মপুক্কিঙদা থঙগনি মচুদি, অপাম্বনা নত্তে, শাউচুনা নত্তে, তুক্কচরকপনা নত্তে—সুরেশনা মথল্লায় থাম্রিবসিদি মীরমলেন-লাইরংলেননচিংবা করিগুম্বা আশা অমত্তগী নত্তে, মানা শিপ্রিবসিদি মাগী শিয়ু হায়বা অদুতনা শিজখিবনি।

মাগী মমিৎ অনিমক পিনা চোল্লক্লে অদুবু মদু ফাদুনা থমখ্রে। অহোযনচুম মমায় হাইগৎলগা হাইযেত্তং নোক্লবা হোৎনচুনা হাযরকই, কনাগীদমক্তসু ঐ শিনিঙবা নত্তে অচলা। অবেন্থদা তুমিন্না অন্নম ফমদুনত্তা লৈবতু হৈনরক্লে, মরম অতুনা অমুক্ত কোয়থোক্লগে তৌবনি। করিগীদমক শিগনি অচলা ঐ থক শিরোই।

অতুদি উইল অসিদি করিগীদমকনো?

অদুবু মদুবু উইলনি হাযবদি প্রমাণ লৈত্রিদনা।

লৈতসনু, অদুবু ইথন্তা ঐবু হন্দোক্লমতুনা নঙনা চংখিগদৌবিবা?

অস্নম্মক চংগ্রগদবনি, অমুক হল্লক্লরোই হাযবা অসিসু অরেপ্পা নত্রিদনা।

নত্রিবোইবে? মীরৈবাক অসিদা ঐবু ইথন্তা চঙজফম থঙদনা নঙনা—হায়রগা অচলা অতু কপথোরক্লে।

হোৎংকে তৌরুবদগী সুরেশ অতু ফমথরক্লে। থিংঙমদ্রবা লাঙতক্লবা অমবু মপুন্সীদা মহাক্না ওসি ইহান হেক হানবা ওইনা থিংচুনা ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা থোঙ্গেল তপ্পা হায়রকই অচলা, ঐ অসিদি নঙগী লোয়নবা অমা নত্তে। ওসিসু নঙদি নথন্তনি—নায়তোমনি, অতুগা করিগুম্বা মচুগী মমিৎ অচুনা থাঙ্গৈমকশেংনা হেক থোক্লরবা অদু ওইরবদসু মতম অতুদসু নহাক্না মসিদগী হেন্নদি থক চঙজফম লৈজদবী অমা ওইরমগদবা নত্তে।

অচলাগী মমিত্তা মপি শিন্থরম্মী, পিনা চোল্লবী অতুগুম্বী মমিৎ অনি অদুবু মহাক্না সুরেশকী মমায়দা লেঙদনা থক্লে, তৌইগুম্বসুং মচীনবানদি তনিক তনিকলি। অতুগী তুংদা য়াথক্না মচীনবাম চীক্লনা নিক্লিবতু কাগে

তৌরকপদগী খঙহৌদনা খোনফম কায়না কপখোরকলে, ঐগী ইকাইগী মঙনা অমুক কনি হেক্না পান্নিখগে, ঐগী অমুক করিবু লৈজরিখগে ? হায়না হায়না মচীন্দা কীজি নমশিল্লগা মপাক্লোমদা চেপ্পোকখ্রে।

খেন্না অহু অমুক হল্লক্কুনা হায়রে, শগোলগাড়ী খৌখদূনা—

খঙলে, খঙলে, মাবু ঙাইহাক্কুং ঙাইখো হায়য়ু।

খোইনা কান্নদনা সৈস ( শগোল শেন্নবা ) অহু অমুক লাক্লুনা খঙ-হল্লরে মহুদি গাড়ী শেম-শাবা লোইহনা ঙাইরিবা কুইরে।

গাড়ীদি করিগী ?

সৈসগী মরোল অহুদগী খঙবা ঙমলে, মখোয়গী মাইজীনা অশোমগী য়ুম অহুদা কোয়বা চংকনি হায়না হুকুম পীখি, অহুগা মীনাইশুবীনদি হায়রি, য়ুমগী থোঙ লোনশিনখ্রে, ফনা কৌবা-খোংপা তৌহনম্ম করিম্ম খুৎকখিদরে। শগোল থাদোক্লগদরা নত্রগা থাদোকখিরোইদবরা, মহু মহাক্না খঙনিঙই।

কৈ, অমুক্কুং ঙাইখো।

কা অসিগী মন্নুং-থোঙ অহুদি অহুম হাংদোক্লম্মী, মহুগী পর্দ্দা অহু হাইগংলগা সুরেশনা মখোয়গী হিপফম-কা অহুদা তুমিন্না চঙলক্লে অহুগা অনকপদা লৈরম্বা চৌকি অমগী মথক্তা তুমিন্না অহুম ফমথরক্লে। কা-অসি মখোয় অনিমকীনি, মফম অসিদা মাগী অধিকার লৈতনা চঙলকপা নত্তে, অহুমদি ওইরগা পাক্লবা-নিঙথিজরবা-ঙোরোক-ঙৌবা ফম্মুং অহুগী মথক্তা মমায় উপশিন্না হিপ্তুনা শকহেনবী নূপী অমনা বপ্তুনা লৈরিবা, মহুগী করি-গুম্বা অমত্তনা ঙসিদি মাগী মপূক্লিও অদূবু মাঙদা খক চংশিনবা তৌখিদ্রে অহোইনহুম চৈনাখোল পীহুনা ভুংহন্না ঈপ্পোরকলি। মহাক্না লাক্লিবহু অচলাদি কক্কিম্ম খঙত্রি, মহাক অহুম্মক কপলি অহুগা মঙোন্দা মমিৎ কুপ্পনা লেংহুনা লৈরগা সুরেশনা তুমিন্না অসুম মওল মওল খল্লি। হুমিৎ খরগী মনাপলগী মশাগী অশোয়বহু মশানা ফাজরক্লম্মী, অদুবু ওন্ন-থোইনা থাঙলিবী ফজবী শাবান অমদি মথবায় হুংঙাইত্রিবা মতৌ অসিগী অপুনবা নিঙথিজ-বহুনা মাগী মমিত্তা পক্লম্বা উফুল অদুবু মিৎকুপ অমত্তদা কোকহনখ্রে। মান্না খক্কই, অমুক অঙনবগী হুমিৎ মঙান মরক্তা উনা মতোন্দা ফনিক ভনিক হক্লুনা কৈথেল কীক্লা অদুগী পান্দম্লিংঙাই লৈত্রবা কোইবা নাইত্রবা ফজবা অমুবু মিতাংদা খীনা মখুত্তা মদুবু পায়হুনা শান্নিজবা অহুমক্তা পাংথক ওইনা

মহাক্না শেন্নাজক্নে। মহাক্তি নাস্তিকনি, আত্মা হায়বা অমা লৈ হায়বত্থু মহাক্তি য়াদে ; লোইবা-থস্বা লৈত্রবা ফজবগী ঈকৎহনা অতৈ-অমম লৈতনা অহুম চেন্নসুনত্তা লাক্লিবা মপান-মাইত্রবা অতুগুম্বা ঈকৎ-পেন্নে অসু মাগী মকাদদি মীনম্বনি, মমম অতুনা শোকপা-পনবা-য়াবা-হকচাং অহুত্তদা মিৎয়েং পুম্নমক পুক্সপ খাজিল্লগা চিংনবা লৈতনা মহাক্না থঙখি মতুদি, নিঙখিজরবী হকচাং অসিতবু খুতুম চনশিল্লবদি মতুগী মরক অত্তদা মানা কংনিঙলিম্নহু মশানা অহুম্মক মপুং ফাজরকপা ওইগনি। ঙসিদি নোংমদোন-থেৎনা বাংলবা অরানবা পোৎচঙতনা শাগৎলম্বা অতুগুম্বা বাংলবা দলান অহু মিৎকুপ অমত্তদা উফুল ওনখ্রে। মশক উদনা লৈথ্রবা, ফংবগী জগৎ অতুদগী নাম্বরক্তুনা ফংবা হায়বসিনা কয়াগী মতিক লুম্বা পোৎলুম অমা ওইরিবনো, মসিনা কয়াগী মতিক লানবনো হাযবা অশেংবা রাখল অসিনা ঙসিদি মাগী থম্মোই লকা-হুং য়োনা থিনগায়ররে। লীক্লা-মরীক্লা ঈশিং মরীক অমগুম্না অসুম উনা-উনা খুবাক ময়ায়দা কমদৌনা কংশিনলকপগে হায়বত্থু অচলাবু য়েংনা য়েংনা মহাক্না হায়রিবা অচুম্বা অসিতবু অসুম উরকলে। ওস্তোকপা হায়বত্থুনি, উনা মতোন খজীক অদুতনা মাগী লৈফমনি হায়না ভগবাননা তম্বীথ্রবা অতুগুম্বা মহাক অদুবু অসিগুম্বা লৈকংল্যা অসিদা পুরক্লগবু কম-দৌনা হিংহল্লুবা ওম্ফম থোকলিবনো ?

মশানদি থঙজদনা মাগী মিৎলু-নাপোমদা মপি শিন্থরকলে, মুথৎলগা কৌরকই, অচলা !

অচলা খংপেক খংই, অতুবু তুমিম্না অতুম্মক তাতুনা লৈ। সুরেশনা হায়রকই, মঙগী গাড়ী শেম শাতুনা লৈরে, ঙসি নঙবু রামবাবুখোয়গী অতুদা চংলুগদৌরিবরনে ?

অতুমক্তদা পাউথুম করিম্থু ফংদ্রবদা অমুক হায়রকই, করিগুম্বা চং-লিঙদবা থোক্লগনা ঙসি অসিদি শগোল থাদোক্লসম্নুদনা। ঐহু ঙসিদি চথোকপা ওঃদবা তারমাল্লে। শগোল গাড়ী অসি হলহনখিনবা হায়রক-খিগে। হায়তুনা মহাক্না যম্ফম কা-দা অমুক হুম্না চংখ্রে। মহাক্না মকম অন্দুলা মিনিট তরামত্রি-তরামঙা চঙনা বরিবু থল্লম্নিবনো হায়বত্থু মহাক মশামকন্থু খঙজখিদে, খঙহৌদনা শুরু-শরা লাউবা শাড়ী মথোন তারকপদগী জ্ঞান থংতা তারক্লবদা মমাঙমক্তদা অচলাবু উরকলে। মনিংকী জাঙশিল্লম্বহু ঈশিংনা তম্বনথৈ চানথোক্লগা ইনাক-খুনবী নুপী অমগী চপ-চানবী মিজেং

লৈজেং শুমা লৈজেংহৌনা মহাক খোরকপনি। হায়রকই, মখোয়গী অদোমদা শুসি অমুক্তংদি শোয়দনা চৎলুদবা য়াদে।

ফিজেং লৈজেংশি, অসি মহাক মশাগীদমক্তদি নত্তে, মসু মকম অতুবা লাক্লমগদৌরিবা লৈমা-নি,থৌনচিংবা অতিথিশিং অদুগী য়েংহৌনা তৌরিবনি হায়বসি সুরেশনা খঙবা ওমলে, অদুম ওইনমক মণি-মুক্তাতনা খাম্বা-হুৎপা তৌবা অসিগুম্বা ফিজেং লৈজে,তনা লৈজেংলবী নিঙথিজবী নুপী অসিনা মিৎকুপ অমগী মতমদি মাবু পুমগুম শুম্বাংখরে। অঙকপা খোনফমনা হং-লকই, করিগীদমক্তা চত্তবা য়াত্রিবনো?

পাউ ফংলে, রাক্ষসী অদু কলকত্তাদগী লাইহৌ তৌনা তৌনা লাক্লে, ইপল ইবুংঙোম্ম ওরাংদগী লাইহৌ তৌই হায়বগুম তৌই।

হেক লাকপদগী নহাক নোংমত্তম্ম মখোয়গী মমুমদা চৎলুত্রিবরা?

চৎলুত্রি।

মখোয়স্মু কনা অমত্তা লাক্লমদবা?

মঙক হাইহৌনা অচলানা হায়রকই, লাক্লমত্রি।

রামবাবু মশামকস্মু লাক্তবা?

লাক্তে।

য়ুম অসিদা হেক হো,লকপদগী হৌনা সুরেশনা প্লেগকী বোয়চেন চেনবদা অস্মুক্কী মতিক মথৌ চিন্নম্মী মহুদি, ময়ুম-মকৈগী অমদি মরূপ-মপিজানচিংবগী অসিগুম্বা দোষ মচা মশুশিং অসিবু মহাক্তা হুম্না য়েংবা শুমথিদে। অদুনা বা অদু তাবদা থা,গৈমক শেংনা ওকলহৌনা হায়রকই, অঙকপা হায়বহৌনি। ফরে, চৎলো।

অচলানা হায়রকই, ঐখোয়না ওকপমুক মখোয়গীদি ওকফম লৈত্তে। মী অমনা লাইহৌ তোরে, অমস্মু মশা হেক ওক্সক্তি,বা ফাওবদা মরূপ মপাং-শিংগীদমক্তা হোৎনবদা মথৌ চিঙ্গরম্মীবনি। ঐখোয়না চৎফম খোক্লম্বনি।

ফরে, চৎলো। খরা ওল্লপ্পা হম্মকউ।

মিৎকুপ মক্কমদং তুমিন লৈক্ররগা অচলানা হায়রকই, নহাকস্মু চৎলি।

ঐবুদি করিগীনো?

অচলানা শাউনা হায়রকই, নশামক নাবক্কী বা খঙবা ওমত্তবমকস্মু চুক্লগী জাক্তর অমনি হায়তুনতা ওইরবস্মু মচৎলু।

কৈ, চৎলি, হায়রদুনা সুরেশ অদু হৌগৎলক্লে অমসুং থংমবা কা অদুগী মফি-মযোন হোংবা চঙত্রে।

করিগুম্বা হুকুম অমত্তসু ফংদবদগী উপায় লৈত্রবা শগোন-গাড়ী থৌবা নিপা অদু মতম অদু ফাওবদা অদুম ঙাইদুনা লৈরম্মি। মথাংদা কুমহৈরবগী নহাকপু উবদগী মবম ইচা-চাদনা শাউগৎলক্লুনা অচলানা থেরাদা মহুগী কৈফিয়ৎ তাক্লকই অমসুং ভাড়া পীথোক্লগা খূদক্তা চৎহনথিনবা য়াথং পী রকই। নিপা অদুনা সুরেশকী মমায় য়েংলগা কিনা কিনা হংলকই, হয়েংদি—

অচলানা মহুগী জবাব পীরকই, হায়রকই, মত্তে মত্তে। বাবু লেঙলরোই, শগোলগাড়ীককা দরকার লৈত্তে।

গাড়ীদা কাথত্তুনা সুরেশনা মমাঙগী ফম্ফমদা ফমগে তৌরকই, ঙসিদি অচলানা মাগী ফুরিৎ-মচি পায়দুনা থংচিং চিংলগা মনাক্তা ফম্নবা ইঙ্গিত তৌরকলে। গাড়ী চৎপা হৌরক্লে, কনাসু করিসু হাষনদে, থংননদি ফম্মিন্নরগা অনিমক নাকল অমমমগী হাংদোকলিবা মীহুৎ অদুদা মপাক্লোমদা য়েংথোক্লরি।

বাগানগী গেট লাম্থোক্লুনা গাড়ী অত্রুনা লমজাউ-শোয়োক হেক্ক তারকপা মতম অদুদা সুরেশনা তপ্না তপ্না কৌরকই, অচলা!

করিনো?

ঙসি ঙরাং অসিদা ঐনা করি থল্লি খঙবরা?

খঙদে।

নহান মখৈ অসুক কুইবসিদা থল্লম্লিবা অদুগী হেক শম্ম-তৈনবদো। মতম অদুদদি থল্লগী, কমদোরগা নহাকপু ফংগনি, হুজীক্কা অহিং-হুংখিদা নাইদনা খন্দুনতা লৈ, করম্বা পাম্বৈনা নহাকপু থাদোকপা ঙমগনি। ঐনা অদুম নঙগী ভার লৌবা অসি ঙমশিল্লক্করে।

থলবদা লাম্বা ফংত্রবা অমদি য়োনা হুংশিহৈত্রবা অসিগুম্বা অকনবা ঠিকদু অসিমা মিংকুপ মক্কমদি অচলাগী মথবায়-হকচাং অনিমকপু শঙথহনখি। অদুমক শেংবা থাজবা ঙম্নবগী হায়বা অদুমকসু নত্রি, অদুম ওইনমক জাম মাঙলবগুম্ন কমদুনা শেংকাক্তবা মখোয়া হায়রকই, ঐ খঙই। অদুবু মদি—

সুরেশনা হায়রকই, উম্, ঐগী ইরাননি। নখোয়নদি মদুবু হায়দৈ পাপকী ফল। অদুম ওইনমক হায়রিবনিদি অশেংবমক্তি। পুক্নিঙ য়াগ্লবা

হকচাংগী অক্লমনা অতুকী মতীক থাংবা ওমদনা লুল্লমগনি হায়রবসিদি মওদা-ক্ষাওবা মণ্ডলমদে।

মম্বিৎ হনগৎনা য়েংহুনা অচলানা হায়রকই, ঐবু হন্দোক্লুনা নহাক চৎপ্রগে হায়রিবরা?

করি অমত্তস্থ চিংনবা লৈতনা স্থরেশনা খুম্লকই, হোয়, মহুমক্লি হায়না হেক লোৗয়ো।

চিংনবা লৈত্রবা পাউখুম অদূ তাবদগী অচলা অদূ অতুম করিস্থ ঙাওলক-খিদয়ে। ফুক্তিনপ্রবা মাগী থম্মোই মহুং অদূবু নৈথায়রুবদা ৱাহৈ অসিতনা মায়কৈ মরিমক্তা মকোক শুগায়জবা হোৗরকলে, অসিবু স্থরেশ অতুনিকো! অসিবু স্থরেশ অতুমক্লিকো! ওসিদি মহাকমক্কী মকাদা মহাক অসিনা পুওমত্রবা পোৎলুম ওইররবা, মহাক অতুমক্কা মহাকপু ওসি হন্দোক্লিওলবা। ৱাহৈ অসিবু মচীন্দা কাওথোরকপা ফাওবদা ওসিদি মহাক্লা করিস্থ অপনবা লৈথিত্রবা!

অতুমদি ওইরগা খ্বায়দগী হেম্না ওক্লিবদি অসিনি মতুদি, মাগী ভমথৈ লৈত্রবা অৱাবগী মক্লদি মী অসিমক্লিকো! ওৱাং ফাওবদা মাগী শউম ফংবদা হকচাং পুম্নমক্তা হু-কারম্লিবনি!

শীনবা থুংনা নোং-মংলবা মুমিদাংৱাইগী আতিয়া-মথাদা অচীকপা লমজাউ শোরে'কপু মখোল থোকহন্দুনা য়াওনা চেনবা গাড়ীগী মহুংদা ফমলিবা নিপা নুপী অনি অতুদি ৱা-লাল মচেৎ অমা ফাওবা ভাওনবা লৈত্রি। স্থরেশনা করিবু থল্লমগদগে মতু মহাক্কুনা খওলমগনি, তৌইগুম্বস্নং মহাক্লা হায়দোরকপা ৱাহৈগী ৱাখলগী ৱাংমদা লৈপ্রবা মুংশি হৈত্রবা মতৌ অদূবু লাম্থোরক্কুনস্থ ওসিদি অচলাগী মপুক্লিও পুম্নমক অতু অনৌবা অকিবা অমনা কোয়না লাংগোয় চনথ্রে। স্থরেশ লৈত্রে— মহাক মথন্তনি। অসিগুম্বা মথন্তা নাইতোম-তাবা মতৌ অসিনা কয়াগী মতিক পাক-চাউপ্রবা, অতুগা কয়াগী মতিক ৱানবা মচাক ওইপ্রবা হায়বগী মরম অসি নোংথাওগুম থুনা মাগী মপুক্লিওদা থল্লক্লে। নোংদম্বা লাইগী তায়োল্লবা মতৌদগী মহাক্লা তোংহুনা সংসার সমুদ্র অসিদা কোয়না তাউরিবা অতুগুম্বা হি অতুদি শোয়কত্রবা অশিবগী মথয়াৎ মহুংদা থজীক থজীক অতুম লুপশিল্লক্লি, মসি মহাক মশাদগী হেন্দুনা কনাস্থ থোইদোকপা খওনবা য়াওদে, অতুম ওইনমক মশক-মচু শেংনা খওলবা অকিবগী মশক ওইবা অতুগুম্বা তাংজকম অদূবু থাদোক্লুনা ওসিদি মহাক মায়কৈ-খওত্রবা সমুদ্রদা কোয়না অতুম

তাউঁরেদকো হায়রবসি থনবা হৌরকপদগীদি মশা পুম্নমক উনমুক ঈংথমল্লে। মাগী কনাহ্ন অমা অমূক লৈজল্রে ; মাবু হুংশিবীগদবা, মাবু তুক্কচবীগদবা, মাবু ঙাকপি-শেনবীগদবা, মাবু হাত্তোকপিগদবা— অহুগুম্বা মীওই অমত্তহ্ন কদায়দম্ন লৈখিদ্রে ; মীয়মলেন অসিদা মহাক মথক্তা নায়জোম তারবীনি ! রাখল অসি থল্লুবদগী মাগী মন্থুংশাম্বর কাওবা তংখিগদৌরল্লে।

মপাংগল য়াওদ্রবা, চোকথরবা মাগী মথূং অহুনা ইখঙ খঙহৌদনা সুরেশকী মতম্বাক্তা দক হেক তাশিল্লু বদগী মহাক্কা ইথং থংনা য়েংথোরকই। লাঙতক্কবা য়াওদ্রবা মখোঞ্জেল অদুবু হেক ঙমজবী থাহুনা শেংদোক্লগা অচলানা হায়রকই, নঙনা ঐবু অমুক হুংশিবা তৌদ্রবরা ?

য়াম্না লুনা তৌহুনা সুরেশনা খূং অদুবু মাগী মথূং মন্থুংদা পায়শিল্লগা হায়রকই, রাহং অসিগী মরমদা চিংননিংঙাই লৈতবা অহুগুম্বা পাউথুমদি পীবা ঙমদ্রে অচলা, পুক্লিঙদা থল্লি, মহুনা ওইনিঙবা অমম্ভ ওইরমসন্থু, অহুগা রাফম অসিমদি অচুম্বনি মহুদি— অসিগুম্বা লৈপাক্কা শাবা হকচাং অসিবু কোয়না অস্থুম থাংহুনা চংননবা ঐগী পাংগলদি লৈশিল্লক্কেরে।

অচলানা অমুক মতম থবা তুমিন লৈক্কুরগা য়াম্না থোংনা-মেঙনা অমদি হুংশিবা খোম্থাঙনা হায়বকই, নঙনা ঐবু কদাইদনো অমুক পুরগা চংলোদনা—

বাঙালী লৈতবা মফমদা ?

উম্। ঈকাইবনা ঐবু অতংপা লৈতনা অস্থুম থিন্দুনতা লৈরোইদবা অহুগুম্বা মফমদা—

মফম অহুদবু নঙনা ঐবু হুংশিবিবা ঙমগদ্রনে অচলা ? মহু অশেংবরা ? হায়না হায়না খঙহৌদনা ফাওরকপা পাখংপা মতৌ অমনা মহাক্কা মথবাক্তা মাগী মকোক অহু চিংশিল্লগা মচীনবান্দা চুপলল্লে।

লাকচথিবা মতৌদা ঙসিস্থ অচলাগী মমায় অহু ঙাঙশিল্লি ; মচীনথান অনিমক অহুস্থ বৃশ্চিক হায়বা তীন অহুনা চীকপগুম্না মৈশা লাংলি ; অদুবু অহুম অহুম ওইনমক মঙক নোমহুনা লোম্না লোম্না হায়রকলি, উম্। মতম অমদদি ঐনা নঙবু হুংশিরম্নিবনি। নত্তে, নত্তে সে, মীনা উথিহুনা তোক্লরলি। অসি হায়হুনা মহাক্কা মশাবু নাম্থোকহল্লগা হৌগত্ত্না চুম্না মমল্লে। অদুবু মথূং অহুদি মাগী মথূং মন্থুংদা অহুম্মক কাহুনা লৈহৌরি,

[illegible] [illegible] [illegible] মাল্লা মুংখিনা খজীতুং কল্লপ পায়শিল্লগা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] হোন্নোরকই।

[illegible]-পোৎলোক থাদোক্লমতুনা গাড়ীনা রামবাবুগী খাঙলাগা শম্বা নৈকোননবী [illegible] লানশিল্লক্লে অমম্তুং চাউরবা ওয়েলার অনিমা চিংবা লুম্নবা শগোলখাড়ী অহুনা ঘুম পুম্নমকপু থ্রক থ্রক নিকহন্দুনা য়েংনা য়েংনা চঙশিল্লক্লগা গাড়ী-বারান্দা মথাদা থাম্বরে।

অমংকা অহনবা পোশাক শেৎপা লহিন মখৈনা পাড়ীগী থোঙ হাং-[illegible] অমম্তুং সুরেশনা মশা হান্না কুমথরগা অচলাবু মখুৎ পায়তুনা, কুমথহল্লক্লে। অচলাদি মখকী মাংগোল অতুত্তদা য়েংলম্মী। মকম অতুদা অতে অতে নুপীশিংগা লোয়ননা রাক্ষসীগু ফম্মুংদগী চেম্থোক্লক্লুনা লেম্না য়াওরম্মী; মতম কুইরবগী তুংদা মিংকা-মিংকা চাম্নজবা যংবদগী মক্লপ অনিমক নোক্লপনা মমায়গী নৈতেং ওইনজখরে। রামবাবুদি মথাদা অতুম লৈরম্মী, মহাক্না মশাদা ইল্লম্বা বালাপোষ ( লশিংফি ) অতু লংথোক্লগা মথবায় হুরাউনা অমদি হুংশিনা কৌরকই, লাউ লাউ, ইমা চঙলকউ লাউ।

অসিগুম্বা অথঙবা থোঙ্জেলগী লাঙতক্লবা অমদি খৌরাংবা মীকৌ অসি তারকপদগী নিঙথিবা মীনোক্না নৈতেংলবী মহিংকী মিংয়েং অমু মিংকুপ অমগী মহুংদা হম্থরক্লুনা অহল অতুগী মথক্তা তাররে; তৌইগুম্বম্তুং গুসিদি মাগা হেক থংননা লেপ্পুনা নুংনা শাবা মূর্ত্তিগুম মহিমনা মাবু য়েংহুনা লৈরনল্লে। মিংকা মিংকা চাম্নরুরে— অদুবু অতুগুম্বা মিথয়েংশিং অতুদা পা কুপ্নবা লৈথিদে। ফিজেৎ লৈতেংগী মণি মুক্তাশিং অতুনা অচলাগী মশা পুম্নমক্তা অতুম্মক ঈরং ঈরং লংলি, হীরানচিংবগী মঙালস্তু হাম্নদগী কম্লিস্তু মকশিনখিবা লৈতরি, তৌইগুম্বম্তুং মথোয় অতুগী মরক্তা ফুগায়মা শাংলম্বী [illegible] অতুদি মিংকুপ অমগুগী মহুংদা থরায় হামচৎনখরে।

অতুগা ওইশিল্লক্লবা য়াচঙবা মতমগী শেংফাত্তবা মঙাল অতুদা অহল অতুনদি শেরাম্নবা মওঙ অমা ওইনা থনখি। শকথঙনদবা নিপা অমগী মমাঙদা খঙচৌদনা মহাক্না ঈকাইবদগী মকশিনখিবা অমদি তৌফম [illegible]-[illegible] হায়না খন্দুনা তৃফিং তফিংনা মহাক্না লুকথগ্রবী অচলাগী মমায় [illegible] [illegible] অনি [illegible] পায়রগা হায়রকই, ওকল্লে ঈমা, খুম্না উকুল লোজকন্থ [illegible], [illegible] চৎখ্রো—

অচলা কম্বিস্তু হায়রক্লে, হাঈরং-তুম্নং তৌনা তৌনা [illegible] চথোক্লক্লে।

রামবাবুনা হায়রকই, সুরেশবাবু, মহাক অদি—

সুরেশনা হায়রকই, অশেংবমক্লি ! ঐখোয় অনিমক ক্লাশ অমত্তদা তম্মিন্নরকপনি— ঐখোয় অনিমক অত্তাং ওইহিঙৈদগী হৌনা—, হায়দুনা খংনোক নোক্কে হোংলবদা মমায় অদু কৈরেং-তুরেং চিংদুনা হায়রকই, করি মতৌনো মহিম, নঙনা ঈখঙ হেক খঙহৌদরমখে—

তৌইগুম্নসুং রাহৈ অদু লোইশিনবা ঙমখিদে। মহিমনা মমায় লৈথোক্লগা থুনা য়াঙনা অদুম্মক ইমুংদা চঙশিনখি।

তৌফম খঙজদবা অহল অদুনা সুরেশপু য়েংলকই অদুগা সুরেশনু পাউখুম ওইনা অমূক হন্না নোক্কে হোংনরকই, অদুবু মত্থমকম্ মপুং ফাহনবা ঙমখিদ্রে। মথক বাখৎনবা সিঁড়িদা খঙহৌদনা তৌরবা মখোল অমা তানরপদগী মখোয় অনিমক জ্ঞান মাঙনখ্রে। কোয়রাঙ লাঙনরে ; রামবাবুনা চেনশিনখিবদা উরে, অচলানা মমায় উপশিন্দুনা তুশিল্লি। মহাক্না থাক অনি অহুমতমক কাখৎপা ঙম্লম্মী, অদুদগীদি অদুম্মক জ্ঞান মাঙদুনা রাম্থখ্রে।

## মিফুমাথোই শুবা তাংকক

হল্লকপা লম্বীদা গাড়ী কাচিন্দা মকোক ঙাথবগা মমিং উইশিন্দুনা অচলাদা রাহৈ অসিতবু হন্না হন্না থনখি, ঙসিগী রাম্থবদু অদুম জ্ঞান তারক্রবদি করমগদবনি। মথন্তগী মপুৎনা মশা মথন্তবু হাপ্তোকচবগী অকিবা শকফম অদুবুদি মহাক্না মপূক্লিঙদা নিঙলুবা ফাওবা ঙমজদে, অহুমদি ওইরগা অসিগুম্বা ঈংনা শিবা অচম্বা মীশি অমা—খঙহৌদনা জ্ঞান মাঙদুনা হেক তুমথখিবা— অদুদগীদি অতুম মিংকপ থোক্লক্তবা। অশিবম্ অদুম্না ঈরায় লায়না হেক্তম্মক ফংজনবা করিগুম্বা লম্বী অমত্তম্ লৈতবরা ? কনা অনত্তনসু খঙনরমলোইদরা ?

সুরেশনা মাগী মশা শোক্লুনা হায়রকই, নঙনা কদাইদনো অতেংপ্না মফম অমদা চৎনিঙলিবদুবু, চৎকে হায়বরা ?

চৎস্মিনে।

মতুং তারকপদা মফম অসিদা হয়েংদগীদি মায় থংফম লৈরক্লোই।

অদুম ওইনমক মহাক্নদি কনাদস্থু করিগুম্বা ৱা অমত্তা হাযদোক্কদবা লৈতে।

সুরেশকী মচীন্দা অশাংবা স্বর অমা হোন্দোরকই, ঙাইহাক তূমিন লৈরুরগা তপ্না তপ্না হাযরকই, লৈতে। মহিমবু ঐনা খঙই, তুক্কচবদগী মহাক্না ঐখোয়গী মিংথীশিং অসিবু ফাওবা মচীন্দা থক পল্লক্কদবা লৈতে।

ৱাহৈ অসিবু সুরেশনদি ঈরায লাযনা হায়দোরকই, অদুগা অচলাদদি তাবদা মশা পুম্নমক অদু শ্বায হেক পাখৎখি। অদুদগীদি গাডী অদুনা যূম য়ৌরক্নুনা হেক লেপ্ত্রিবা ফাওবদা অনিমক ৱা অমত্তা ঙাঙনখিদ্রে। সুরেশনা মহাকপু যাম্না যতন তৌনা, চেকশিন্না কূমথহল্লগ হায়রকই, নহাক ঙাইহাক্কুং তুমথনবা হোৎনক অচলা, ঐদি অকুবা চিঠি খরদং ইগদবা লৈ। হায়দুনা মহাকনা মশাগী লাইরিক-শঙদা চঙখ্রে।

ফমুংদা হীপ্পগা অচলানা থনখি, হুজিক মশাগী চহি কুনমাথোই শুবক্লে, মসিগী মন্থুংদা মহাক্না কনাগী মবাদা অসিগুম্বা কবম্বা মরাল লঙজখিবা লৈদূনা অস্থুক চাউবা অৱাবা অসি মবাইবক্তা থোক্লবিবনো! ৱাখল অসি অনৌবা অমা নত্তে, ঙাইহাক লৈতনা মশানা মশাদা মসি হংজদূনতা লৈবক্লিবনি অদুগা অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা অস্থুম নিঙশিংজনবস্থু হেক ঙম্লিবমখৈ হোৎনখি। ঙসিদি, নোংমা মৃণালনা মরৈ যেংখিবগী ৱা অমথক থংনিঙ নিঙশিংলকপদগী মদূনা লংজীন ওইদুনা ঙাঙন-শক্লখিবা ৱাফম পুম্নমক অদূবু মথং মথং অমমমতা ওইনা মপূক্লিঙদা অস্থুম হায়জরক্লে। মযুম পানবগী পুন্সীদা মপুবোয়বগা মহাক্না মতম অয়াম্বদা থংন-চৈনদুনতা লেনখি। হৌগৎ-কাঙখৎ ঙমদনা মহাক অদুনা নাদুনা লৈবিঙৈ, অৱোইবা সুমিৎ খৱা অদুতদদি মপুবোযববু মহাক্না খ্বায়দগী নকশিন্নবা ওইনা ফংজখি। মাগী মপুন্সীদা করিগুম্বা নুংশা থীনিঙঙাই অমত্তা লৈরক্ত্রবা অমদি অকিবা লৈতনা মপূক্লিঙ লৈতাজবক্লবা অদুগুম্বা মতম অদুগী ঈংলবা, ঈরায় লায়বা অমদি মক্তবা নুংঙাইজবা মরক অদুদদি অতোপ্পগী অৱা-অনা অমদি মরাইৱক থীবা মতৌ উরুবগা মথৱায য়াম্না শোকখিবা অদুগুম্বা মতমদা নোংমদি মহাক্না মৃণালগী মঙক কোল্লগা ম-পিনা ফুনগৎলবা খোম্বাঙদা হায়খি, ইবেম্মা, নহাক্না করিগুম্বা ঐখোয়গী সমাজদা য়াওদুনা ঐখোয়গা মত তিন্নরম্বা থোক্লবদি নঙগী নপুন্সি পুম্নমক অদূবু ঐনা থক অরেম্বদা তাহল্লমোইদবনি।

মৃণাললনা নোক্কুনা হংখি, কমদৌনা ইনমতোন, ঐবু অমুক যুম পালহল্লমগদবরা ?

অচলানা হায়খি, করিগী পান্দনি? অদুবু ঙাইখো, ঐ নখোঙ পায়জগে, শাস্ত্রদা থোনজিনবদি খক তৌরক্কনুকো। মহুগুম্না মল্ল-যুদ্ধ মতা অহুদি তোয়মনখ্রহুনা অমুকস্থু থোক্লগনি হায়বগী পাউনিংখোন অহু তাবতদস্থু কিজরবান।

মৃনালনস্থু অহুম্না নোক্লা নোক্লা হায়খি, হোয়, মিপাইফমদি থোকই। মরমদি, মখোয়গী তুপকা-তাপকা তৌবা মখোন অহুনা কৈদৌঙৈ কদোম-দগী হেক ফুজিল্লকদগে হায়বহুগী অরেপ্পা কারস্থু হায়নিংঙাই লৈতে। অহুমদি ওইরগা নহাক্লা ব্রা অমাদ খক খন্থদ্রে ইনমতোন, মহুদি, মখোয়না লান তৌই, কারগীদমক্তা, লান তৌবনা মাশনফম ওইবনা—মশাগী মপাঙ্গল অমাদ মখুত্তা থুংলাই পায়বনা। মরম অহুনা মমায় পাকপা, মায়থীবা পুম্নমক মখোয় মশা মশাতগীান, মহুনা ঐখোয়গীাদ করিস্থু মাঙবা-তোংবা লৈতে। মীচঙ অমত্তনস্থু ঐখোয়বুাদ খক কারগুম্বা অমত্তস্থু ব্রাহং পাউহং-নরবা লৈতে।

অচলানা হংখি,— অহুগা শিরবদি কমদৌবা ?

মৃণালনা হায়খি, মহুাদ শেংনা খঙদেবো। চৈরক অসিদা কনাগুম্বা বর ওইবীনবা মী অমত্তং ফংজরম্বা থোক্লবদো নঙদৌনা খনবস্থু মতম্নমগ-দৌবান অহুগা নঙনা হায়বস্থু কোক য়ারমগদর্বান। হায়হুনা মহাক নোকথোরকখি।

মীনোক অসিদা অচলানা য়াম্না শাউনা খুমখি, ঐখোয়গী সমাজগী ব্রা-তবু হৌদোক্লবাদ নঙনা হেক্তমক কারস্থু লৈতনা হায়গদবা লৈ হায়বহু ঐ খঙই। অদুবু করে, ঐখোয়গী ব্রা-ব্রাদ থাদোকলো, অসিগীদমক্তা লাম্থী-নরিবা মীশিং অদুবু, মখোয় অদুবু ঙম্নমক মশিন ওইনবা ঙাক্তরনে? অশেংবা মিন্নুংশিগীদমাক্ত খক কনাস্থু লান তৌনদবরনে?

মৃণালনা মরৈ চীক্কুনা হায়খি—, অহুগুম্বা ব্রা অহুদি পুক্নিঙদা চুম্না থল্লুবা ফাওবা পাপকি মশক্লি ইনমতোন। অদুবু মহুদি নত্তে ইনম্মা, ঐদি হুয়েং অয়ুকমক চৎলগদর্বান, করম্বা মতমদা অমুক উম্নরগদবা খঙদে, অদুবু চাত্রিঙৈ অসিদা চুম্নগী ফাগি মতেক অমত্তং ফাওবা তৌবা য়াদ্রবরা? হায়না হায়না মাগী মমিত্তগী মপি শিস্থরকখি। কপ্পিঙবা কারগা শকফম

মহিমন্দুনা অমুক হায়রকথি, অদুগা নঙনদি ঐগী যারম পূম্নমক করি অমত্তম্হ খঙবা ঙমলোই ইনমতোন। লুহোঙবা হায়বসি নখোয়গী মকমদদি চুম্নগী সমাজগী চৎনবী অমা ঙাকপগী মথৈতনি। মরম অদুনবু মদুগী মরমদা অফ-ফত্ত বিচার তৌনরিবনি, মরৈ মরাং য়েৎনদুনা মদুগী অয়া-য়াদম্ম হোংদোক হোংজিন নাইনরিবনি। অদুবু ঐখোয়গীদি মসি ধর্ম্মনি। ইপু-রোয়ববু ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইপুরোয়বা ওইনা অদুম্মক লৌবা তম্নকই। অসিগুম্বা পোৎশক অসিদি ইনমতোন, বিচার-মুংজার পূম্নমক্কী যাংমদা লৈবা মশক্নি।

ইঙক ঙকথদুনা অচলানা হংখি, ফরে, মদুম্হ মওইরো, মীওইবগী ধর্ম্ম হায়বা অসিবু হোংদোক-হোংজিন থক তৌবা য়াদবরনে ইরেম্মা?

মৃণালনা হায়খি, ধর্ম্মগী মতামতত্তি হোংরা য়াই, অদুগা অশেংবা মশক অদুবুদি কনানা হোংলুবা ঙমগনি ইনমতোন! অদুনবু, শা-লান, খৎনা-চৈনবা ঙাক্তা অম্মক য়াম্না থোক্লবা অসি ফাওবদা মরু ওইবা পোৎশক অসিমদি জাতি পূম্নমক্কী ওইনা ওসি ফাওবম্হ অমত্তা ঙাম্নবা অমা ওইনা অম্মক লৈরিবসিনি। ইপুবোয়বগী দোষ-গুণ বিচারবুদি ঐখোয়ম্হ মতৌই, মাগী মরমদা ঐখোয়গীম্হ য়ানিংবা-য়ানিংদবা মরৈ— ঐখোয়ম্হ ইনমতোন, মীদি মকোবনিনা। অদুমদি ওইরগা ইপুরোয়বা হায়বা মশক অসি ঐখোয়দদি ধর্ম্মনি, মরম অদুনা মাদি মাঙবা-তাকপা নাইদবা লৈঙদবনি। চঙলিঙৈদম্হ অরেপ্পনি, শিরবদম্হ অরেপ্পনি। মাবুদি ঐখোয়না অমুক ওম্মোক্লু্বা থক ঙমদ্রে।

ঙাইহাক ভুমিম্না লৈরুরগা অচলানা হায়খি, মসিনা চুম্বা থোক্লবদি সমাজদা অকায়বা তৌবা লমচৎ নাইদবা মতৌ-ঙাক্তা অম্মক য়াম্না য়াওন-রিবসিদি করিদগীনো?

মৃণালনা হায়খি, মদুদি য়াওফম থোকপলা য়াওবনি। ধর্ম্ম হাবেম্সিনা লৈত্রগদি মদুম্হ হেক্তমক লৈখিরোইদবনি। লমচৎনাইদবা হায়বম্হ চুই-হৌদোঙশিংগীদি থক লৈতেদনা ইনমতোন!

পাক হেক বাহৈ থিযম খঙদদুনা অচলানা শিংকুপ ফরামজম ভুম্রিন লৈকুরগা হায়খি, নঙগী সমাজগী শিক্ষাম্না অম্মক চাউবা ওইরবদি, অদুগুম্না শিক্ষা অদুবু পীবিরিব্না মখোয় অদুমক্তা অম্মক চিংনদা অমদি অম্মক চেকশিনবা মতৌ তৌবিবশিনি—অদুদি করিদমজদবো? অম্মক মাথো

পর্দাগী চৎনবী, অস্মুক য়াম্বা অযা-য়াদা— পূম্নমক অসিবু তুনিয়াগী মরুমদা লোত্তুনা থম্ননবগীদমক্তা থরায় থাগদবমখে অস্মুক হোৎনরিবসিদি করিগী-দমক্তনো ? অস্মুক বাংনা থাংগৎলিবা সতী ওইবা হায়বসিগী মমল অতু করিগুম্বা পরীক্ষাগী তাঙ্গা লৈরম্লবদি থঙলম্লোইদ্রদো।

মৈশা হেনগৎলকপা মতৌ অতু উবদা ওক্লবী মৃণালনা নোক্নুনা হায়-রকখি, পাউখুম অতু মসিগী অযা য়াদগী মরম শীল্লম্লিবা মীশিং অতুগী মফমদা অতুম্মক হংলু ইনমতোন। ঐখোয়দি ইপা-ইমাগী মফমদগী তমজরকপা অতুগী মখৈতা চুম্না ঙাক্নুনা চৎচবনি। অতুমদি ওইম্লগা বা অমদি নঙোন্দা কম্না হায়বা ওম্মী ইনমতোন, মপুরোযববু ধর্ম্মগী মরমনি, লাইরমলেনগী-দমকনি হায়বসি শেংনা লৌজবা ওম্লবী মহাক অতুদি মখোঙদা য়োহিল্লং-ফলাং চনগে চল্লু অতুগা ককথৎকে কবথৎলু, মাগী সতী ওইবী মতৌ অতুদি মশানা মশাগী মমল অতুম্মক লেপচথ্রবনি। হাযতুনা মহাক ঙাইহাক্তং লেপ্লুরগা অমুক তপ্না তপ্না হাযবকই, ঐগী ইপুরোয়ববুদি নহান উথ্রেদনা ? মহাক মশা অহল ওইথ্রবনি, যুম্বান-কৈবানদা মাদি লাযরজবনি, মশক-মগুণসু তবামচাদগী মানা করিসু হেনখিবা লৈতে, অতুম ওইনমক ঐগী মীরমলেন হায়বসু মহাক্কি, লাইবমলেন হাযবসু মথস্তনি। অসি হায়তুনা মহাক্কা মমিং উইশিল্লগা মিৎকৃপ অমত্তং মহাক অদূবু থম্মোইলকানুংদা য়েংজবগুম তৌরুরগা অমুক পাঙথোরক্নুনা কংনোক অমত্তং হাইফেৎনা নোক্লগা হায়রকই, ঐনা চাংদম্নরিবসি চপ-চাবদি থোক্লম্লোই ইনমতোন; অতুমকপু মসিমদি হায়-শিম্নবা নত্তে মতুদি, মপা ওইবা অমনা মমিৎ তাঙবা-মখোঙ তেকপা মচা অতুতদা মাগী মুংশিবা অপুম্বা হৈজিল্লি। মশক-মতৌ চঙখোনবা মীগী মচা উরগা মিৎকৃপ অমত্তংদি মপুক্নিঙদা খোযরাঙ খোয়শাউনরনগনি, অদূবু মতুনা মপা অমগী তৌফম থোকপা মথৌদি খক ময়েং তাহল্লবা ওমদে। শিবমদাইদা মহাক অতুনা মাগী লৈজবা ’পুম্বা কদাইদা থম্নগা চৎখিবগে হাযবতুদি নঙনসু মখঙলিদনা। তৌইগুম্বসুং মাগী মপা অমা ওইবগী মতৌ মতুদা চিংনবদগী করিগুম্বদা মাগী মপা ওইবগী হৌনবী মথৌ অতু কায়খিবা থাক্লবা অতু ওইরবদি মতম অতুদা অসিগুম্বা মুংশিবগী ইনিল অসি কদাই-সু খিবা ফংখিদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী শিক্ষা অমদি বাখনগী ঈচেলদি তাংঙানবনি ইনমতোন, অতুনা অসিগুম্বা ঐগী চাংদমশিং অমদি ঙাঙলি-দক্লিবশিং অসিবুদি নহাক্না তশেং তশেংনা খঙবা ওম্নমগদবা লৈতে, অতুম ওইনমক ঐগী বাহৈ অসিবুদি কাউতুনসু নহাক্না খক থাজবা তৌরুগনু মতুদি,

মপুরোয়থবু ধর্ম্মমক্তি হায়না থম্মোই-লকাহনুংদা খনজবা তমম্রবী অহুপ্পী নূপী অহুদি, মপুন্সী-চুপ্পহুমা মখোঙদা য়োন্থিলং থাংহনা ক্কাজিন্নগা খ্রমগে থম্মু, থাদোক্কে থাদোকউ অহুগা মাগী সতীগী জাহাজ অদুবু অহল্লী মতিক চাউবনি হায়না খন্দুনা ঙম্নমখেম্নু চাউহল্লসন্নু, পরীক্ষাগী লৈঙোই শেক্তাদা থেংবতবু থেংলুরবদি মহাক হেক্তমক লূপ্পগদবনি। মহাক অহুদি পর্দা-মনুংদম্নু লুপকনি, মপান্দম্নু লুপকনি।

মহুমক ওইরবে! মতম অহুদদি মসিগী অশেংবসি অচম্বানা থঙখিদ্রে, অহুগা ঙসি অহুগুম্বা মৃণালগী লৈঙোই-শেক্তা অহুনা লাকুহল্লুনা মহাকপু পাতাল-লোমদা অম্নুম অম্নুম চিংথরক্লবা অসিদ্দদি মহাক্কা ভাব তানা খঙলক্লে। হুমিৎ অহুদা বা অদুবু মঙোন্দা খঙহনবীনবা মহাক্কা কয়া য়াম্না হোৎনরম্বা! অথিংবা লৈত্রবা সমাজগী অপন-অহুই য়াওদ্রবা মনিঙ তৌবগী মমিৎ-মনা পূম্নমক পাঙথোক-হাংদোক্কা অহুম্মক থম্না থম্না মহাক চাউরক-খিবনি, মাগী মপুন্সী অদূবু মহাক মশানা থঞ্জহুনা পাম্না লৌশিঞ্জরকলিবনি হায়বা অসিনা মাগী নাপল ওইজরম্নিবনি, তৌইগুম্বসুং য়োনা খুদোং-থীরবা পরীক্ষাগী মতাং ওইশিল্লক্লবা মতমদদি পূম্নমক অসিনা মঙোন্দা কয়িস্নু চম্নর-খিদ্রে। মাগী খুদোং থীবদি লুনা তিম্নবা মরূপ শাশিম্নহুনা য়াম্না লোননা লোম্না লাকখি; মপল-ইবুংঙোগী হুংশিবা অমদি থাজবগী শক্তম লৌহুনা মহাক অহু চঙলকখিবনি। অসিগুম্বা মাগী ফননবতা খনবিবা মাবু য়োনা হুংশিবীবা অহল অসিনা হম্না হম্না হায়খিবা অমদি লোইবা নাইদনা অম্নুম তক্লখিবা মতৌদগী মহাক্কা সুবেশকী হিপ্পফমদা চঙহুনা মশা মথন্তা হান্তোক-চখিবা অহুগুম্বা খুদোং থীরবা অহিং অহুদা মহাকপু ঙাকপি কনবীবা ঙম্নম-গদবদি মৃণালনা মঙোন্দা খঙহনগদবগী হোৎনরম্বা চঙবা-শিবা অনিমক্তা অমম্তা ঙায়রবী অমদি মাঙবা-তাকপা লৈত্রবী অহুগুম্বী থাদোকফত্রবী মহাক মশাগী সতী ধর্ম্ম হায়রবী অদুতনি। অদুবু হুমিৎ অহুদদি মাগী মপানগী কুয়োম অদুতনা চাউবা হেনখিবদগী ধর্ম্মবু মায়থীবা পীখি। মথোয়না পোকঙৈদগী লোয়নজরকপা শিক্ষা অমদি সংস্কার অহুনা হুংগী পোৎপুদি করিস্নু লৈতনা খনবদগী, কেশুমশঙমক্তম খন্দুনা মপানগী জগৎ অসিতবু মতম পূম্নমক্তা খ্বায়গী কোবলেন্দা থাংগল্লুনা থম্মী— লোম্লুনা লৈবা ধর্ম্ম, শুহাহনুংদা লৈবা ধর্ম্ম, অমদি মকা-ফোংদোক্লবা থনুংদা লৈম্বা ধর্ম্ম অহুদি মাম্পী মকাদা কৈদৌঙৈদম্নু মথৱায় পানবা ওইনা চোংথোরকপা চম্নখিদে। মরম অহুদগী মপানগা থোং-মাম্নহনদা চংপা ঙম্নরবা হুমিৎ অহুদম্নু মহাক্কা

ঈকাইবদগী লৈৱাকমচা তাবী—নুপীগী ঈকাইখুম্নবগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা মপানগী যিফজেৎ অদুতবু অসুম য়াম্নহুনা লৈখি, অসিগুম্বা কুয়োম অসিগী অপাম্বহু থাদোক্লুনা মশাবু করিগুম্বা কুয়োম অমত্তনা খনজিনহনবা তৌদনা করি অমত্তসু হায়জবা ঙমখিদে, ইপল-ইবুংঙো— ঐনা খঙই অসুক কুইরবা চীংহুম্মুক চাউরবা ঐগী মীনম্বা ইতৌ অসিগী মখা তারকপদা ঙসিদি ঐ ইশাগী অচুম্বা অদুবু অচুম্বনি হায়না তাইবঙ পানবা অসিদা কনানসু থাজ-নবীগদবা লৈত্রে ; ঐনা খঙই, হয়েংদি ইপল ইবুংঙো অহুমক্কসু তুকচখিবদগী ঐগী ইশক অসি য়েংবীথরোইদবনি, সতী-সাধ্বী ওইবী মমৌ-ইবেম্মা অহুম্নী যুমদ্গী থোঙ অহুসু ঐগী ইমায়দা য়ৈশিন্দুনা থিংজিনবীখিবদগী হয়েংদি ঐগী মিংচৎ-থীবদুনা তাইবঙ পুম্নমক শীনব-থুংগ্রগদবনি ; মহু পুম্নমকসু খাঙবা মঙমগনি অদুবু ইপল ইবুংঙোগী অকিবগী মশক ওইরবা ঙসিগী মুংশিবী-হৈবা মতৌ অসিবুদি থক খাঙজবা ঙমথরোই। অহোয়নহুম নহান মখৈগী ঐগী সতী-মিংথোন অহুগী মহুত্তা ইপল-ইবুংঙো খোয়দা ঙসিগী ঐগী অথীবা মিংচৎ অসিত্তনা অমাঙ অতা লৈখিদবা ওইজনবা আশীর্ব্বাদ অহুমত্তা ঐঙোন্দা পীনবীয়ু ঈপল ইবুংঙো! অদুবু ওস্তোকপনি! ব্রাক্ষম অসী মুনিৎ অহুদদি মহাক্কা মচীন্দা করি অমত্তসু কাঙথোকপা ঙমজখিদে।

ঙসিদি অবেম্বদা শাউবা মতৌ অমদি চনিঙ তাদবা স্বরনা তোয়না তোয়না মখৌরীফুনবা হোরক্লে অহুগা মপুং-ফারবা মাগী চৈনাখোল অহুদা মহিমগী নুংশিহৈত্রবা মিৎয়েং অহুনা ছুরিগুম্না লেনথংলরে।

অসুম তৌনা অহিং নোংয়ায় মতম অহুবায় ফাওবা লেললক্লে। অহুম ওইনমক অৱাবা পুম্নমক্কী পোথাবা মতাং অমদি লৈবা কৌবনা পিগী ঈফুৎ অহুসু মতম অমদদি খকত্রে অহুগা তচোৎ-তচোৎলবী মিৎকী-পা অনি অহসু পোত্থানিঙহুনা উইশিনত্রে।

অসিগুম্বা ম-তুম অসীদগী মিৎকপ থোরকপদদি হুমিং চান্নরমলে। সুরেশকীদমক্তা অহুমক থোঙ হাংদোক্লুনা থমলক্ষ্মী, অদুবু মহাক্ক কা অহুদা চঙলক্লম্বরা চঙলমদবরা তশেংনা খঙবা ঙমত্রে। মপান থোৱকপদ্দা বেৱানা খঙহল্লকই, বাবুজিদি অযুক য়াম্না ঙন্না শগোল গাড়ী ত্তোংহনা মাক্কুলিদা লেঙত্রে।

কনা কনা চৎমিন্নখি ?

কনাসু য়াওখিদে। ঐদি চৎচগে হায়বনি অদুবু বাবুনা পুবীযু হায়বা য়াখিদে। প্লেগনা শিনিঙলবদি চৎলু হায়না তাকপিরকখি।

নশাদি চক্রগা চানবীতুনা শগোল গাড়ী কৌবিরুরিবদি অতুনা ওইরে? ঐবু হৌদোরক্কবদি করিগীনো?

বেরা অতু কবিসু খুয়ক্তে।

মহাকসু ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা অচলানা হংলকই, শগোলগাড়ীদি কনানা লৌরুই? নঙনবা?

বেরানা মরু-লুক্না খঙহল্লকই, থোইনা কৌরুকম লৈখিদে; ঙরাং মহাকপু বিদায় তৌবা মতমদা বাবুমক্না ঙসি অয়ুক-ঙস্তা লাকনবা য়াথং পীনবীখিবনি।

তাবদা অচলা অতু পুমঙক ঙকগ্রে; মহাক্না খল্লম্বা অতুদি নৎখিদ্রে। ঙরাং য়াচঙবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক অতুগদি মসিগা থোইনা মরী লৈনদে। থৌদোক অতু নৎলমদ্রগসু অতুম্মক চৎলম্লগদবনি। চৎকে নিঙবা অতুদি মহাক্না তোকখিদে, মহাক্তবু কিবনা মতম খবদং যৈথখিবগী মথৈতনি।

হংলকই, বাবুদি বৈদৌঙৈ হল্লকনি ঙাকপীবম্মী?

মকোক হাইতুনা হরাউনা খঙহল্লকই, য়াম্না থুনা, হংচিং নত্রগা মশেম, নত্রগা মরৌদি শোয়রোই।

অচলানা মখা অমূক হংখদ্রে। সিঁডিদা তুশিনখিবতু কয়া য়াম্না শোকখি পনখিবা হায়বতু ঙরাংদি শেংনা খঙবা ঙমখিদে, ঙসিদি মশা পুম্নমক অতু চীকপগা নাবগনা পীক থনগ্রে। অতুগী মথক্তা বামবাবু অতুনা অমুক হংবা লাকনি হাযবগী নুংশাথীবা অতুনসু মপুক্তিঙ পুম্নমক অদুবু ঙাইহাক লৈতনা চক-চক থিন্দুনতা লৈগ্রে। মহিমনদি করিগুম্বা রা অমত্তা কাঙথোকপা তৌরোই হাযবতুদি মঙোন্দগী সুরেশনা থোইনা হেন্না খঙখিবা নস্তে, অতুম ওইনমকসু খুদক্তা হেক্তমক থোক্লবা য়াবা মথল পুম্নমকপু কিবনা খ্বাযদগী হেন্না শোক্তুনা নাবিবা মকম অদূতদা থরায়-হকচাং পুম্নমক রোম-শিল্লগা শেম্নতুনা লৈবা অতুমক্তা মাম্ননা মথোঙ-মখূৎনচিংবা মাপী ইন্দ্রি পুম্নমক্তা মপান-থোঙদা কম্নগা শঙতুনা অতুম লৈগ্রে। অসুম তৌনা অয়ুক হৌগ্রে, নুংথিল লোইগ্রে, সন্ধ্যাসু ওইগ্রে। অহিংদদি মহাক লাক্কদবা লৈত্রে হায়বা খঙবদগী চিংনবা লৈতনা কম্মুং চঙলে। মনাক্তা লৈবা টিপয় মথক্তা লৈ-য়াওদ্রবা ফুলদানী অমনা ননশিন্দুনা কদাইরাইদগীনো কবিরাজগী

হিদাকশঙ অমগী চাউরবা কেটলোগ অমথক লৈরম্মী, চিংথোক্লগা মতুংগী লামায়শিং অতুদা চোকথরবী মমিং অনি অতুনা অসুম য়েংলুবদা ইখঙ খঙহৌদনা মতম অমদা মহাক মশাগী অরা-অনা কাউথোকখিতুনা কনাগুম্বা শ্রীমন্মহারাজাধিরাজ অমগী অনা-লায়কোকপদগী হৌতুনা বামুনঘাটি-মাইনার-স্কুলগী ওজাতোন অতুগী পৈ অমদি ফীরাক্কী অনাবত্থ ফখিবগী রারী অতু পানা পানা অতুম তুমথখরে।

## নিফুনিথোই শুবা তাংকক

বেরানা হায়খি, হংচিং মশেম নক্ত্রগা মরৌদি শোয়দনা বাবু লেঙ-লক্কনি। অতুমদি ওইরগা অসিগুম্বা মাগী 'মরৌ' হায়বা অসিগী অশোয় শোয়দা মতৌ অতু নোংঙানবদগীনা মুমিৎ তাবা ফাওবা অসুম চাং-য়েংদুনা লৈথোকপা ঙম্বগী মপাংগল অতু অচলাদা য়াওখিদ্রে। মুমিৎ হুমনি অসিগী মনুংদা নোংমতমু রামবাবু লাকখিদে। মানা লাকপীবদুবু মহাক্না থরায়-হকচাং য়াওনা কিজরম্মী অতুগা অমরোমদা মনুংদা থুপ্পুনা লৈরিবা লাকখিদ্রিবসিগী অর্থ অদুবু খল্লুবদসু মাগী মশা অদু হেক পঙথশিল্লকই। মহাক মশা ঙমখিদে, মরক অসিদা অনাবত্থ অসুম হেনগৎলক্লম্বসু য়াই হায়বা রাফম অসিমদি মহাক্না নিঙবা ফাওবা নিঙশিংলুদে। ঙসি অয়ুক্কুংদি মখোয়গী ময়ুমগী থোঙ-শঙবত্থ লাক্লম্মী, অদুবু মনুং চঙলম্বা তৌদনা মপান্দা পাঁড়েজী উম্নরম্নগা অতুম্মক হনখি। মহাক কৈদৌবা লাক্লম্বনো, করি পাউ পুখিবনো অসিনচিংবা করিগুম্বা রারম অনত্তসু কিবদগী অচলানা কনাগী মফমদসু হংজবা ফাওবা ঙমখিদে, অতুগা মসিগী মতুং তারকপদগীদি মহাক্না ময়ুম-মচৈ, ইমুং-নাংগোল, মপোৎ-মচৈ অমদি লৈরিবা মীয়াম-পুম্নমক অসিদগী থাপ্না চেন্থোকখিবদং ঙমলবদি হেক হিংজগনিদকো হায়না মপুক্কা থনবা হৌরকখি।

বেরাবু কৌতুনা হায়রকই, রঘুবীর, নঙগী নয়ুমদি তশোমদনি, নঙবু মাবুক্নি হায়বা থুল অতু খঙবরনে?

মহাক্না হায়রকই, মহৌশা য়াম্না কুইগ্রে, বরযাত্রা য়াওজুনা অমুক্কং চৎখি মাইজী।

কয়া থাল্লমগনি হায়বা ঙমগদরা ?

লৈবাক অসিগী মী ওইরবস্তু রঘুবীর অসি মতম য়াম্না কুইনা বাঙালীগা ঁয়াম্না-তোংনরকপদগী মতুগী হিসাব অযাম্বা খঙবা ঙমখি, মগী মপূক্তিঙদা অস্থুম আন্দাজ তৌরগা মহাক্না হায়রকই ক্রোশ তক্লক তরেৎগী দি তারমলোই মাইজী।

ঙসি নহাক ঐগী ইতুং ইন্দুনা চৎপা ঙমগদরা।

পুমঙক হেক ঙক্কুনা রঘুবীরনা হায়রকই, মাইজী, নহাকপু চৎকনি হায়বা ? মফম অতুদি পিলেগনা যাম্না না-নরিবা মফমনি।

অচলানা হায়রকই, নঙনা চৎপা ঙমলোইদবা লৈবগা কনানো অতোপ্পা চাকর অমবু দি য়াহনবা ঙমগদরা ? মানা পাম্বা বকশিস অছু ঐনা পীগনি।

রঘুবীরনা মথবায় স্থুংঙাইতনা হায়রকই, মাইজী, নহাক্নাদ ঙম্নগা ঐনদি ঙমলোইদবা ? অদুবু লম্বীদি লৈতে, ঐখোয়গী গাড়ী অচৌবা অতুদি চৎপা য়ারোই। চুম্নগী শগোল অমনা চিংবা গাড়ী নত্রগা দোলাই মচাদি নঙনা অমত্তদস্তু তোংতুনা চৎপা ঙমলোইদো মাইজী।

অচলানা হায়রকই, অফংবা অমদা হেক্তমক চৎপা ঙমগনি। অদুবু অস্থুম অস্থুম থেঙথখিবনদি কাম্নদে রঘুবীর। অফংবা অনা হেক্তমক লৌবরো চৎলো।

মথং অমূক যেৎনরম্বা তৌদনা রঘুবীরনা ঙাইহাক্তংগী মতুংদা দোলাই অমখক থিরুতুনা পুরক্লে অমস্থং চৈগুদা মশাগী খুজাই-কম্বল য়ান শিন্দুনা মরেং-বান্দা হাইগৎলগা নিপা-থোক্না মথোঙনা অতুম্মক চৎমনবা থোরাঙ লোইখ্রে। তঙাইফদবা য়ুমগী ভার পুম্নমক থোঙশঙবদুগা অতৈ মীনাই-শিংগদা শিন্নরম্নগা মফম মরাং খঙদবা মাঝুলি হাযবা খুল অমগী লম্বীদা স্থুরেশতবু তমহুনা ঙসি অচলানা য়ুমদগী মপান থোরকথিবা মতম অসিদা তৌরিবা থোঙ পুম্নমক অতুনা মঙোন্দদি ঙকপ্রবা মমঙ-মহা অমগুম থোক্নরে। মহাক্না হন্না হন্না নিঙশিংলক্লে, অঙকপগী মশক ওইরবা ঙাইথঙ মালং-পান অসিদা অসিগুম্বা থোঙস্তু নোংমদি থোক্লকনি হায়বসিবু কনানা খন্নরমগদগে ?

লৈঙ্গোই-উফুনতগী খোঙলম্বী মচা অমখক লৈ। করিগুম্বদস্তু মতু পাক্লবা লৌবুক লমহাঙদা হেক মশেল মরাং উখিত্রি, করিগুম্বদনা অস্লুক

অদীকপা খুংগঙ মতুংদা হেক লুপশিন্দুনা মাঙখ্রি। মযুম্-মকৈ লিংলিবা মীওইশিংনা মখোয়গী খুদোংচাবা অমদি অপাম্বা মতুং ইন্না মহুগী পাকপা চাউবা অমদি মায়ওন থৈদোক থৈজিন্নচিংবা তৌহনা কবিগুম্বদনা তুরেন-তোর্বান্দা, কবিগুম্বদনা অমুক যুমগী শুমাঙ মতোন ফাওদুনা মথংগী খুংগঙ ঙ্কোনবা চংখ্রি। কনা লাপ্লক্লবা ফাওবদা অহানবদদি মরক মরক্তা মহাক্না লাওতক্লবা খঙনিঙবা মতৌ অমা হেক হেক ফাওরক্লম্মী। রা-মকক অমদা অশিবা অমা পুনশিল্লগা মী খরনা মাগী মনাক নক্না পুহনা চংখিরা উবদা কায়না লৌনরক্লগনি হায়বগী। কিখিবনা মাগী মশা অত্থ পিশক হেক পীক-শিনখি, মহাক্না থর্নখি, কবিনা শিবনো, চহি কয়াগী মীওইনো অদুগা মাগী কনা কনা লৈহৌরি— অসিনচিংবসি অমুক্তং হংহৌগে হায়না। অদুবু, লম্বী অহনা অস্থম থাপতোক্লক্লিবা অতুকী মথৈ মুনিংস্থ অস্থম অস্থম থেংজিল্লক্লি অদুগা মাগী মনাকোঙদা অনকপদা অমস্থং অনাপদা খুল্লক মতুংদগী থোক্লবপা মীকপ মীরাউখোনশিং অদু অস্থম তাশিল্লক্লিবমথৈ মাগী মথরায়-হকচাং পুম্নমক অদু অস্থম অস্থম পঙথবক্তুনা লৈকথরক্লদৌরক্লে।

মহাক্না ঈশিং থৌরাংলক্লিবা কুইরে, হুজীক চংলিবসিগী লম্বী মতেক খরদি অরাংবা-তুরেল-লৌনম্বান-মথক্তা অস্থম লাকপনা হিদেন-তাফম অমা যৌরক্লবদা দোলাই থাহল্লগা মহাক কুমথরে অদুগা মখুৎ-মশা হুামদাগা মমায়-মমিৎ তাখোক্তুনা ঈশিং থক্লুগে হায়না মখাদা হেক কুমথরকপমওদা পুমলি-পুমলি তৌরবা অশিবা মশা অনিথক ইনক নক্না ঈশিংদা পন্দুনা লৈবম্বা উরুবে। অকিবা ফংলবা মখোয়গী মওঙ মতৌ অতুনা হুজীক্তি মাগী মপুক্লিঙ অদুবু কবিম্থ শোম্থহনবা তৌদ্রে। ঈরায় লায়না মহাক্না মমায়-মমিৎ তাখোক্তুনা ঈশিং থক্লগা তপ্না তপ্না হল্লক্তুনা মাগী দোলাই অতুদা অমুক তোংখৎলরে। মতম থজীক্তগী মমাঙ ফাওবদদি কবিগুম্বা ফিবম অমস্তদস্থ মসিগুম্বসিবু মঙোন্দা ওইখোক্লগনি হায়বসি মপুক্লিঙনা খঙক্লবা ফাওবা ঙম্নমদ্রিবনি।

মসিগী মতুংদগীদি খুল পুম্নমক অয়াম্বা মী লৈনদ্রে, ঈহাঙ-ঈহাঙ হাঙনরে, য়াম্না শাথীনা মরিংজেল লৈবা অতুগুম্বা মীওইতনা কবিগুম্বদা খরা তুক লৈনরম্বা য়াওরবস্থ অতৈ পুম্নমক্তি মানা মানা ঙম্বা মফমদা কোয়না চেম্নগ্রদা ঙাক্লনি। মফম কদাইদস্থ কবিগুম্বা মখোন অমত্তা তাবা লৈতে, মীখিল্ তাদে, থোঙ-লুক পুম্নমক লোনশিন্নরি, অমোৎ অকায়তনা ঈথন থল্লি— উবতদা, খাঙপোকশঙশিং অসি ফাওবনা শিবদি শোয়ত্ত্রবনি হায়বা

খঙজরবদগী মমিং মনা উইশিন্নত্নুনা মতম ঙাইনরিবা ওইনা পূক্নিঙদা হেক ফাওরকই। অশিবা লাইনা শাসন তৌরবা মী-চীক মীরাউখোন তাত্রবা অসিগুম্বা খুল্লক-ঈরকশিং অসিগী মনুং ফাওত্নুনা অসুম চৎনা চৎনা রঘুবীর অমসুং দোলাই-লেংশিংনা লোন্না লোন্না ঙাঙন-শানবা মখোল অমদি অকিবা পাখৎপা মখোয়গী খোঙথাং-মতৌশিং অসিনা মিৎকূপ খুদিংগী অচলাদা খুদোংথীবগী পাউ অসুম তমলি, অদূবু অদূমক্তদসু মাগী মপূক্তা করি অমত্তসু কিবা লৈখিদে, মতৌ অত্নুগা মাগা হান্নগী মপোক করম্বদগী.নো অত্নুম্মক খঙন-চান্নরকপগুম্না মাগী থম্মোই-লকান্নুং পূম্নমক অত্নু ঙসিদি অত্নুম্না অত্নুম্মক ফিবম করিসু হোংলকপা লৈখিদে।

অসুম তৌনা অরেম্বা লম্বী মতেক অত্নু চৎলগা মখোয়না মাঝুলি য়ৌরকপা মতম অত্নুদদি নুমিৎ তাশিল্লক্কদৌরে। অচলানা চেৎনা থাজরম্মী মত্নুদি, মখোয়না হেক য়ৌবগা লম্বীলমশাংগী অরাবা .পূম্নমক হেক্তমক কোক্কনি। তৌবীমল খঙলবা খুলগী নিপা-নূপীশিং অত্নুনা চেনথোরক্তুনা তরাম তরাম ওক্লগা মখোয়বু ডাক্তর-সাহেবকী মনাক য়ৌনা পুদূনা চৎকনি, মফম অত্নুদনা, অনাবা অমদি মখোয়গী মরী-মতাশিংনা চথোক-চৎশিন তৌনবতদা, হীদাক-লাংথক পীথোক পীশিনগী লাঙনবদা মফম পূম্নমক অত্নু পূমনোম হেক নোম্নমগনি, ময়াম অত্নুগী মরক্তা অচলা মশাগী মফমনা কদাইদা ওইরুফম থোকপগে হায়বগী মশক অত্নু মহাক্না মপূক্তা অসুম হান্নদগী খন্দুনা থমজরম্মী। অদূবু লাক্লগদি উররে, মানা খনজরম্বশিং অত্নুদি পূম্নমক অরেম্বনি। ম.সিগা মদূগদি কদাইদসু করিগুম্বা অমত্তদসু চানরমখিদরে, অহোয়নত্নুম, মহাক্না লম্বী নাকল নাকন্দা অসুম উনা উনা লাকখিবা অত্নুগুম্বা মশক অদূতা মফম অসিদসু লেঙদনা লৈরম্বা থেংনররে। মফম অসিগী লম্বীসু মী অমত্তা চত্তে, য়ুম-কৈ পূম্নমক ঙম্না থোঙ লোনশিন্নরি, মত্নুগী মফম কদাইদা কবম্বা খুন-লৈকাইদা সুরেশনা লৈরিবনো হায়বা অত্নু ফাওবা থিরুবদা লুনা থোক্লরে।

নিত্তিগী কাবা কৈথেল মচা অমদি খুল অসিদা ঙসিসু অত্নুম্মক লৈরিদি হায়ববু অত্নুগা অতোপ্পা মতমদদি য়াচঙবা মতম ফাওবদা অত্নুম্মক মসি মপূং ফানা তিল্লম্বা ওইত্নুনসূ, হুজীক্তদি মতম ফত্তবগীদমক লৈবা-য়োনবগী থবক থনা পূম্নমক হেক হেক্তমক লোইথোক্লরগা হুমিদাং-বাই য়ৌশিল্লক্ত্রিঙৈদা য়াম্না হান্না চেন্নখ্রে— কায়থবা কৈথেলগী মচি মচিদা মদূম্মী খুদম থম্ব থরজন্নু ভুক লৈহৌবত্নু মঙায়রে।

রঘুবীরনা কোয়থি-থি, কোয়হং-হংদুনা ছুকান অমদি থেংনকয়ে। অহল ওইরবা ছুকানমপু অদুনা বাকক-থোঙ অদু খিংবা হোৎনরম্বী , মাগী চায়রকই, মাগী মচা-মশূ পুম্নমক্তি অতোপ্পা মকম অমদা লোইনা থৈরে, হন্নবগা হন্নবীগা মথোয় অনিতদি ছুকান থাদোক্নুনা ওসি ফাওবদা চংখিবা ওমদনা লৈরি। সুরেশকী মরমদা অসিদংদি তাক্লকপা ওমথি মহুদি, ডাক্তর-বাবুদু নন্দপাঁড়েগী লিম মথোঙদা লৈবা যুম অদুদা লৈরম্মীদি হায়রবু, হজীক ফাওবদা অদুম লৈথরিবরা নত্রগা মামুদপুরদা চখোকথিরক্লগদরা মহাক খঙবা ওমদ্রে।

মামুদপুরদি কদাইদনো ?

অসিদগী চুমথ্রিঙনা মথারোমদা ক্রোশ অনিরোম চংলগা।

নন্দ পাঁড়েগী মযুমনা কদোমদা ?

অহল অদুনা মপান থোরক্নুনা থাখা খুদোম্বী খিন্দুনা চাউরবা নিম-পাম্বী অমবু উৎলগা হায়রকই লম্বী অসিদা অদুম চথরবদি হেক্তমক থেংনগনি।

থোইনা থীন্থবা তৌদনা কিনরবা অমদি মশা চোকথনরবা দোলাই লেংশিং অদুনা নিম-পাম্বী মনাক অদু য়োরক্নুনা দোলাই থারবা মতম অদুদদি, সুমিৎ মযুম চঙথ্রে। অচৌবা যুমনি, মতুং-লোমদা অরিবা থায়নগী অমনবা চেক যুম অমা অনিথকম্বু উরি অদুবু অযাম্বা শক্তক্তি ইহো-হোয়ে। মমাঙদা চেকপল থাদে— পুমহাও হাঙই। যুমবু অদুবু থোইনা লায়রবমগনি হায়বম্বু নিঙদে, অদুবু মী অমা ফাওবা থোক্নরক্তে। মাংগোল মচি অমদা পুক্লিবা অপীকপা শগোল অমত্তৎদি অরাম-থৌরাংবা উৎদুনা য়াম্না অরাবা খোনফমনা অতিথিশিং অদুবু ওক্লমলি।

খোঙজাউ অদু হাংদোক্লম্মী, রঘুবীরনা থোইনা নাচুংলুবা তৌদনা মগুক নোম্বদুনা মহুৎদা য়েংশিনখিবদা উবা ফংলে নাকল-লোমগী মাংগোন্দা চারপাই মথক অমদা সুরেশ হিপ্পুনা লৈরি অদুগা য়াম্না অহল ওইরবী মূপী অমনা মনাক মক্কদা উথোঙদা ওাহুনা থোক থোক উইরি।

বাবুজী !

সুরেশনা মুমিং পাঙথোক্নুনা য়েংলকই অমস্তুং থুনিঙনা শৌদুনা হকোক হাইগৎলগা ওাইহাক্তং মঙোন্দা য়েংলগা হংলকই, কনানো, থেমা নত্রা ? রঘুবীর

সলাম তৌরগা চঙশিল্লক্লুনা মনাক্তা রঘুবীর লেপ্লরে অদুবু মঙ্খুংঙোগী ভাংশঙ শাঁডলবা• মমিং অদুবু উরুবদগীদি মাগী মচীন্দা বা-ভাঙবা থোক-থিদরে।

মঙ অসিদা ?

রঘুবীরনা অমুক হন্না সলাম তৌরগা মপাল্লোমদা ওন্থোক্লুনা ইঙ্গিত তৌরগা অসিদ, হায়রকই, মাইজী—

হন্দক্তি সুরেশ অহু ঙকথিবনা হৌগত্তুনা ফম্নগা হংলকই, নঙবু থারক্লিবা ?

মঙক হাইরগা রঘুবীরনা হায়রকই, নত্তে, মাইজী মশামক লাক্লি।

পাউথুম তাবদা সুরেশনা বাহৈ অদুবু পাক লাকশিনবা ঙমদ্রে হায়বা মতাগুনা মিংফম হোংদনা মাবু অহুম্মক যেংহুনা লৈরক্লে। অহুদগীদি মমিং উইশিল্লগা তপ্না তপা অমুক হিপথখবে, কবিসু হায়রকথিদরে।

অচলানা চঙলক্লুনা কাংথোল মচি অমদা মাগী মশাগা নক্লনা তুমিন্না ফমলবা মতম অহুদা ঙাইহাক্তি মমিং উইশিল্লগা তুমিন্না অহুম্মক লৈবা তাখি, হৌনবী ঙাক্লনবা চুম্নগী 'লাউ' হাযনতা কৌবা ফাওবা ঙমখিদে। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা মপুন্সী চুপ্পদা অহুম্মক কা হেন্না লুনা-চান্না য়োকপা-খোংপা তৌরকথিবনা নারাংনা অমদি তৌনিংবতা তৌহুনা মহাক হৌরক-পনি, মথোয অদুবু লাকশিন্নবদি মহাক্না কৈদৌঙৈদনু তন্নকখিদে। মাগী অনোকপা মাযথোংদা থোঙপাক্না কাওথুরম্নগা মমায লৈথোক্লুনা মহিমনা ইমুং চঙখিবা অহুগুম্বা হুমিং অহুতদা মাগী পুন্সীদা ইহান হানবা ওইনা মসিগী শিক্ষা অসি ফংখি হুমিং অহুদা মিংকুপ অমত্তগী মনুংদা মথোলদি থোক্তনা মবুক মনুংদা কয়াগী মতিক মথক মথা ওনখিবগে হায়বহু তত্ত্বর্ধামী-ভনা খঙবিখি, অহুগা লেঙবা ওংপা লৈত্রবা তুমিন্না য়াতাব্রিবা হকচাং অসিগী মফম পুম্নমক শীনবা থুংনা কয়া কনবা নোংলৈ-হুংশিংনা হুমখিবগে হায়বহু ঙসিসু মহাক অহুতনা উবীরি। হুমিং অহুদা মহাক্না মহিমগী থোঙ্গাও অদুবু খাঙখিবা অহুগুম্না মাগী অসিগুম্বা ককঙাওনরবা মপুক্তিঙ লাঙবা মতৌ অসিগা তুমিন্না অহুম্মক থেংনব্রিবা ঙসিগী লানফম অসিদসু অবাবা হুংঙাইতবা মতৌ থজীক্তুং ফাওবা ফোংদোকপা লৈখিদে।

অস্থম্বা অস্তুম্মক মতম কম্বা লেপ্পমগদবনো হায়বা ঙমদে, অদুবু রঘুবীরনা দোলাইলেংশিংবু কৌবা থোকখিবা মখোল তাবদগীদি তপ্পা তপ্পা সুরেশ অদু মমিং পাঙলক্লে। হায়রকই, নঙ ঐগী চিঠি ফংবরা ?

মমায়দি হাইগৎলকপা তৌদনা অচলানা তপ্পা তপ্পা খুম্নকই, ফংদে।

সুরেশনা ঙক্তক তৌবা উত্তুনা হায়বকই, চিঠি ফংবসু নত্তনা লাক্লি-বকো, অঙকপনি! যরে মদু ওইরসনু, অমুক্তং উম্লিবা অসিমক য়াম্মা ফত্রে। হায়রগা রাক্ষম অমগীদমক লূকথরিবী মাগী মমায অদুদা মিংকুপ মক্ষমদ৲ য়েংলম্লগা মথন্তা অস্তুম হায়জরকই, ঐগী ইরমগীদমক্তা নহাক্কী য়াম্মা রানবা ওইথ্রে— হিংদুনা লৈবিনথৈদি মসিগী অবোইবা লৈরবোইদবনি, অদুবু অস্থক শাথীনা পূমলান লানথ্রিবা অসিমক্তি, নহাক্না মহিমবু অস্থক যাম্মা নুংশি হায়বসি ঐনসু থঙখিদে, কেদৌঙৈদা নহাক নশামক্লসু মদুবু শেংনা থঙজরমদমাল্লে! নত্রা ?

তৌইগুম্বসুং অচলানা করিসু খুম্নকপা তৌদনা মক লূক্না অদুম্মক লৈখিবা উবদগী অমুক মহাক্না হায়রকই, অদুগী মথক্তা ঐনা থাজবদি— মীওইবগী পূক্লিঙ হায়বা করিগুম্বা তোপ তোপ্পা পোৎ অমা থক লৈবা নত্তে। লৈরিবা অদুদি হকচাং অসিতগী ধর্ম্মনি, নুংশিবসু মদুনি। খল্লম্মী, করিগুম্বা অমা তৌদুনা নঙগী নশা অদুতবু ফংলবদি নপূক্লিঙ অদুসু অদুম্মক মরাইনা ফংজবক্কনি, নঙগী নুংশিবা অদুবুসু ফংঙমদবা থক লৈরোই—কনানা থঙগনি নোংদম্বা লাইনা নোংমদি চানবীরকপসু ময়ারম্বনি—লৈজবা খিবিক অমত্তা থাক্তনা কখোক্তুনা হাযজবা ঐগী ইতৌ অসিনা নহাকমকসু নোংমদি নশানা য়ানা ঐঙোন্দা ভিক্ষা হাপলকপসু মযাবম্বনি। অদুবু হুজীক্তি মদুগী মতম অদু লৈত্রে, অস্থম ঙাইদুনা লৈননবগী তাঙ্গা অদু ফংদ্রে। হায়দুনা অমুক হম্না খুনিঙনা শৌবগা মকোকা হাইগৎলক্লে অদুগা যাচঙবা মতমগী মমশিল্লক্লবা অঙানবা থজীক অদুগী মবক্তা মমিং অনিমক্কী মিংয়েং অদু ঙম্বমথৈ থোইহল্লগা লুকথরিবী অচলাগী মায়থোংদা শংত্রিক অদুম হেংদুনা লৈরক্লে।

অসিগুম্বা থরায় হকচাং লূপ্পবা মী অমগী মিংয়েং অসিনা অতোপ্পা অমগী হৃদয়না য়েংবা মিংয়েং অদুবু নমদুনা চিংলক্লে— অদুবু মদু মিংকুপ অমত্তগীনি। অচলানা খূদক্তা অদুম্মক মমিং হৃদয়রগা য়াম্মা মেঙনা, য়াম্মা ঈকাই ঈকাইনা হায়রকই, লন অসিদগী মী পূম্নমক ঙম্না চেম্নথ্রে— মফম অসিদা নঙগী তৌগদবা থবক লোইবা থোক্লবদি য়ুম নত্রগা অতোপ্পা দেশ

কয়া কয়াগী মতৌশিং— চংঙিংবা অমদা চংলো, ভিক্টোরিয়াগী পুং অমা কাওবা লৈনিংঙ্গে।

মহা ঐঙোন্দগী হেন্না থঙবা অতৈ কনাসু য়াওবগে? হায়দুনা সুরেশনা অশাংবা স্বর অমা হোৎলগা কোক্কা মোনগা তাইননা হিপথখরে অমসুং ওাইহাক তুমিন্না লেঙবা ওৎপা তৌদনা অতুম লৈক্করক্লা তপ্না তপ্না অমুক হায়রকই, ঙসি অয়ুক চিঠি অনিথক য়াম্না রাম্না হোৎছুনা থাথিবনি। অমম্না নঙোন্দা, অমনা মহিমদনি। মরক অসিদা চংখিরমদবা থোক্লবদি, ঐঙন্দা খঙই, মহাক শোয়দনা লাক্কনি।

তামদা অচলা অহু ওকপগা-কিবগনা খায় হেক পাখৎখি, হায়রকই, মাবুদি কয়িগী?

সুরেশনা তপ্না তপ্না অতুম্মক হাযবকুই হজীক ঐঙোন্দা য়াম্না কান্ন-রিবদি মহাক মথন্তনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মীরমশেন অসিদা অযাম্বা মতমদা কিশি কয়া কয়া কিদূনতা লাক্লিবনি, অতুগুম্বা কিশিশিং অদূ থোকরুবগীদমক পুক্সী চুপ্পদা মী অসিবু কান্নরকখিবনি। মরম অসিদগী ওসিসু মাবু কৌগবা য়াথিদবনি। মাগুম্না অথাওকনবদি পৃথিবী অসিদা অতৈ কনাসু লৈতে।

অচলাগী মবুক মসুং, অহু থোক-থাক ওনবা হৌরক্লে, অতুম ওইনমক মমায় হন্দনা তুমিন্না অতুম্মক তারি। সুরেশনা হায়রকই, ঐগী চিঠি মসুং অহুদা য়ারম পুম্নমক ইখিবনি— পারগা অতুম্মক থঙগনি। ঐগী লৈজবা ইরল ইথুম পুম্নমক্কী পাকা-উইল অতুদি নহান নোংমা নঙগী মথুম্তা পীরম্লবা অতুনি। নঙমবু পাম্নবদি মহুগী অয়াম্বা পোৎ-চৈ পুম্নমক অতুম লৌবা য়াগনি অমুবু ঐনা হায়নিঙবদি, মহু লৌরুদুনা কান্নদে। অহোয়নতুম ঐনা হিংতুনা লৈরবদসু লায়রবা অনংবতনা মহু-পুম্নমক অতুম যংজখিন্নদবা লৈবনিনা, ঐনা শিগ্রবদসু মথোয়না অতুম যংজহৌসনু। ঐগীনি হায়বা কবিগুম্বা পোৎশক অমত্তগা নঙগা যেৎশিন্নহন্নগনু অচলা— ঐগা লৈনবা মরী পুম্নমক পুমথৎ থদত্তুনা লৈতাম্না লৈজহৌ, রৈথাম্ন-খিনগায়বা য়াওদনা হিংজহৌ। পৃথিবী অসিদা হোৎপু হোৎনরবদি অয়াম্বা অবাবসু থাওবা ওম্মী ঐনা যংহল্লম্বা অবাবা থিবীক অদূ নোংমদি মহাকসু লায়না থাজবা [illegible]নি।

মাগী রাঙাও-শাঙাওনচিংবা তৌরিবা মতৌশিং অঁহু উবদা অচলানা মানা হেক য়ৌরকপদগী হৌনা অহুম্মক মপুক্লিন্ডদা কিতক কিতক অহুম তৌরক্লবনি ; ছজীক মাগী অকোনবা রাঙাও অসিদদি মহাক থাঙ্গেশেংনমক কিরকলহুনা হায়রকই, অদূ পুম্নমক নঙনা হৌদোরক্লিবদুবু করিগীনো ? হৌগত্তু নহুম ফম্মুসে ! ঐখোয় ছজীকমক থোক্কুনা চংখিবা য়ানবহুম তৌরো !

মাগী সুংশাথীবা অমদি ইপা পাখংপা মতৌ অদূ ফনা উন্নুনহু সুরেশনা কন্নিস্থ খুম্নকপা তৌখিদে। য়ুম্নীদা ভাহুনা থোক থোক চিংনা উইহুনা লৈরিবী হন্থুবী অহুনা মমিং শিংলহুনা হংলকই, ছজীক ইমুংদা চঙলগত্রা বাবু, নত্রগা মপান্দা থাউমৈ পুথোরকউ হায়বরা ?— মসিগীস্থু মহাক্না কন্নিস্থ খুম্নকপা তৌখিদে ; থল্লকই, থঙহৌদনা মহাক ভুমথনিঙলকপ শুম তৌরমাল্লে। লাঙতক্লবনা হেল্লক্লবী অচলানা মাগী হান্নগী রাহুং অহু অমুক হন্না হংগে তৌরকপদা সুরেশনা মমিং পাঙলক্লগা ঈবায় লায়না হায়রকই, ছজীক ফাওবদা অশেংবা রাদি ঐন। নংঙোন্দা হায়বা তৌদ্রি অচলা, ঐ শিগদোরবনি — হিংগনি হায়বা থাজদ্রে।

মহুগী পাউখুমদা অচলাগী থৌজেঙদগী মবোল শেংদবা মকা ফোংদবা থোক্কেল অমত্তং থোক্লকখিবনা লোইরে, অহুদগীদি মহাক অশাবা মূর্ত্তিশুম চপয়ুংনা অহুম্মক যমথ্রে।

সুরেশনা হাযথরকই, উইলবুদি ঐনা হান্নদগী অহুম্মক তৌহুনা থম্নবনি অদুবু কনা কনাগুম্বনা ঐ অসিবু শিগে হায়বা য়াওনা হেক্তমক শিজথ্রিবনি হায়না কবিগুম্বা থন্নবা য়াওবক্লবদি, অহুগুম্বা চুমদবা, অরানবা রাফম অহুনা শিবদগী হৈন্না ঐঙোন্দা চৈনা ফাওহল্লগনি। ঐনা হেক ঙম্বমথৈ চেকশিল্লকপনি, অদুবু কন্নিস্থ কান্নখিদ্রে। কবিগুম্বদা কনাগুম্বনা নঙোন্দা হুংলকপা য়াওরবদি মখোয় অহুদা নহাক্না অস্থুম হায়দু মহুদি, সংসার অসিদা মী মঙা-তরানা শিনবা মওঙ অহুম্না মহাকস্থ অহুম্মক শিখিবনি— অশিববু নাম্হোকচবা ওমদবতনা শিথ্রিবনি, নত্রবদি মহাক কন্নিস্থ শিনিঙবা লৈখিদে। ঐনা শিবসিদা ঐগী কন্নিগুম্বা থুং চঙখিবা লৈ হায়বা নত্রগা মহুগী থোইদোকপা করিগুম্বা অমা য়াওখি হায়বা অসিগুম্বা ফজদবা তোকঙা অসি কনা অমস্তনস্থ শন্দোক্লরক্তবা ওইসন্নু।

অচৌবা ঈকরিসু হায়রকপা তৌখিদে। মাগী রা ঙাওবা ওম্নবগী মপাংগল অহু থ্রক থ্রক কংথ্রে হান্নবসি অকিবনা লাকহংলবী মাগী মমায়

অতুদা ফনা য়েংহুনবদু মমশিল্লবপনা হেল্লবা মরক অতুদা সুরেশনা করিসু ফাবা ঙমখিদে। মিংকুপ অমত্তং মহাক্না মশাবু ফাথজন্নগা অমুক হন্না হায়রকই, ঐনা মফম অসিদা লাক্তনা অতুম তোকখোকপা ঙমখিদবদগী হুমিং অতুদা নঙবু খঙহন্দনা অয়ুক অঙনবদা লোম্না চেল্লকখিবনি। য়োরক্ক-পদি উরবে, খুল-পুম্নমক ঈহাঙ-ঈহাঙ হাঙলমলে। যুম অসিদা মীনাই অমা শিক্লে অতুগা মাগী হৌনবী করিগুম্বা অমত্তম্ব তৌবীরম্বা তৌদনা যুম অসিগী মী পুম্নমক চেম্নখিগদৌবগী তৌনরক্লে। মখোয় অদুবু ঐনা থাম্বা ঙমখিদে, অতুম ওইনমক ভাশিবা অতুগীদি হৌনবী তৌবিক্লে। মতুদগী হল্লক্লগা ঐন্থু যুমদা হল্লগে হায়না খল্লকই, অদুবু কুংথিল পোবোপত্তা মামুদপুরদগী নিপা মচা অমা লাক্লগা কপ্তুনা তম্লরে, মনা কম্না নারে। মাবু থাঙ থারুবদগী ইশাগী থুদোংথীবসি থোকপ্রিবনি। অম্বুম্না কয়া কয়া অমসু তৌপ্রবনি, ঐনা হেকশিনদা রাংখিবসু নত্তে, অদুবু লাইবক থীবা হায়বতনি, শগোলশ-গাড়ীগী কাংখোঙনা ঐগী খুৎপী-মনম অসি তকথংপ্রে হায়বতু খুত্তা তৈবা ঈ অদুবু চামখোকখিবা মতম অদুতদা উবা ফংলকই। প্রপ প্রপ হল্লক্লগা তৌফম থোকপা পুম্নমক তৌরে, যুমদা চৎননবা উপায় লৈরবদি পন্দনা অতুম্মক চৎলম্লগদবনি, করিসু লৈররোইদবনি, অদুবু করিগুম্বা উপায় অমত্তসু তৌবা ঙমখিদে। ওরা৲ অহি৲দগী ইশা শাগৎলকখিবনি— মসি করম্বা লাইহৌমতানো হায়বতু অতুম্মক শে৲না থঙবা ঙমলে মতম অতুদা য়াম্না রানা হোৎনতুনা নখোয অনিদা চিঠি অমমম ইতুনা নিপা অমবু থাখিবনি।

পিরাং লোয়নবা লাঙতক্লবা থোম্থাঙদা অচলানা হায়রকই, অদুবু হুজীক্তি উপায় লৈরে, ঐগী দোলাইদা নঙবু পুরগা হজীকমক ঐ চৎলগনি-- মিনিট অমা ফাওবা চোম্থহল্লরোই।

অতুগা নহাক্তি ?

ঐদি খোঙনা চৎকনি— ঐগী রাদি নঙ করিসু থল্লুগনু।

নখোঙনা চৎপা ? অসুক শাংবা লম্বীদবো ?

নখোঙ শোত্তুনা হায়জরিবসিনি, নঙনা অমুক পলহল্লগদু, হায়না হায়রনা অচলাতু কপথোরক্লে।

মিংনা কুপ্পদং তুমিন লৈরুই, অতুদগী স্বরমপী অমা হোল্লগা তপা তপ্পা সুরেশনা হায়রকই, কৈ 'হুদি চৎসি। অদুবু, মলিগী কায়বদি করিগুম্ লৈত্রবনিকো।

অচলানা মপান থোক্লগা য়েংলকই, উখাদা কমতুনা রঘুবীর অমু তুমিন্না চানা-কাংঙৌ শাযরমলি ; হায়রকই, রঘুবীর, বাবু অসি কন্না নাবে, মাবু হুজীরমক পুবা তারি। দোলাই-লেংশিংদা হায়রু, মখোযনা লুপা কয়া পাম্লিবা, ঐনা মতুদগী য়াম্না হেন্না পীগনি— অতুগা মিনিট ফানা থীনবদি য়াদ্রেকো।

মবুংঙোনা লৌবী মবেম্মগী মথন্নায রাবগী খোনফম অমু তাবদা রঘুবীর অমু খায় পাখৎখিতুনা ফুক হৌগৎলগা হায়রকই, অদুবু মখোয়না মী অনিবুদি পুবা ঙম্লোইদো মাইজী।

নত্তে নত্তে, মী অনি নত্তে, মী অনি পুগদবা নত্তে। ঐদি খোঙনা চৎকনি, অদুবু মিনিট অমা ফানা থীম্বদি য়াদ্রবনিকো রঘুবীর, থুনা চেল্লো— মখোযদি কদাইদনো ?

রঘুবীরনা হাযরকই, ভাড়া লুপাতু পুহনা মখোয় হুকান্দা চান-থক্লবা লৈবা চৎখ্রিবনি। হুজীকমক কৌজকরগে মাইজী, হায়তুনা মহাক্না অরেম্বা চানাকাংঙৌ থরতু ফীজিদা পুনশিন পুনশিন্না চেনচৎ চৎখ্রে।

হঙ্গিল্লকুনা অচলানা সুরেশকী লুখুমদা ফম্লরে, অতুগা মখুৎনা মাগী লাইপক্কী মৈশা যেংলুবদগীদি নুংশাথীবনা লোইখ্রে। মুনিয়াগী মমানা অনকপা লৈমায়দা চুখত্তুনা থনম্বা কেবোসিন পোদোন অতুগী মরাংকায়রবা তেঙ্গালি মক্তুনা মফম পুন্নমক অদুবু মোৎশিলহনবা উবদগী মদুবু থাংদোক-খিগে হায়না তৌরবদা অচলানা হিদাক লৌকলী অমা উরক্লে , হংলকই, মসিবু নঙগী হিদাক-লা ?

সুরেশনা হাযবকই, উম্ ঐগীনি। ঐনা ঙরাং শেম্লম্বনি, অদুবু হুজীক ফাওবা থক্ক্রি। পীযু—

রাহৈ অতুনা অচলাবু নারবা চৈফু অমা ফংহনখ্রে, অদুবু থক্কি বতুগী মরমদা অমুক রা মথা তানিঙখিদে। হিদাক লানশিল্লগা লুখুমদা চঙলকুনা হায়গুম্না অমুক তুমিন্না ফমথররে। সুরেশনা রা লান ঙাঙদনা তুমিন্না লৈরকপাসি মতম ফনা শাংলক্লে, অদুবু মহাক্না তুমিন্না অতুম্মক কয়া য়াম্না

চৈনাখোন খাঙজিবনো হায়বত্থু থল্লুবদগী অচলাগী থম্মোইদু অত্থু শৈগাক।

কনা কুইগ্নে— রঘুবীরদি কদায় ? মরক মরক্তা মহাক্না খুনিঙ কাঙনা কাঙনা হৌগৎখিত্নুনা থোঙদা মঙক লীখোক্লুনা অমম্বা মরক্তা মঙ্গিংনা উবা ঙম্ম মখেদা কোয়না কোয়না অস্নুম য়েংলকই, অত্থু কদাইদম্সু কনা অমত্তগী শঙম ফংবা লৈতে। করিগুম্বা অমদগী অসিগুম্বা মাগী লাঙতক্লবা মতৌ অসিবু সুরেশনা হেক ফাখিত্নুনা তোক্লবদিকো হায়বসিগীদমকত্থু মহাক্না মপূক্তা ইপা হেক পাখৎচরকই।

অহিং অস্নুম থেঙজিল্লক্লে যুম্বী মনাক্তা মুনিয়াগী মমানা মনাতোল্দা নাথোক্লক্লে— মতম অসিমক্তদা মপূক লাম্লবা, চৎপতদা রাজরবা বঘুবীরনা লান্নগী-মায়থীবা-পাঙ-পুবকপা দূত অমগুম লাক্লগা মমায মকশিন্না খঙহল্লবে, দোলাইলেংশিং অত্থুদি দোলাই পুদুনা চৎখিবা য়াম্না কুইখিরম্লে, মফম কদাইদম্সু মখোয়বু থিবদা ফংবা লৈত্রে।

পূম্নমক কাউথোকখিত্নুনা অচলানা খোনফম কায়না হন্না হন্না হংলক্লে, মখোয় করম্বা মতমদা চৎখ্রিবনো ? কদোমদা চৎখি ? অত্থুগা চৎখ্রিবদি করিগীনো ? ঐখোয়গী লৈজবিবা থরা অসি লোইনমক পীথোক্লগা অতোপ্পা অমা অমুক থিরুবস্থু ফংলোইদরা ?

রঘুবীর অত্থু মরু লূকখত্নুনা তুমিল্লা অত্থুম লৈগ্রে। অসিগুম্বা ঙমখে লৈত্রবা অরাবা মতৌ অসি মহাক্তগী রাথল থেনবনা থোকখ্রিবনি হায়বসি মশানা খঙজরম্মী মরম অত্থুনা মহাক্না মথরাযমক থাগদৌবমখৈ হোৎনত্নুনা অরেম্বা গুইহল্লবা মতম অত্থুতদা হল্লকপা ঙমখিবনি। তোইগুম্নত্থুং অমরোমদা মী অমস্থু মহাক্নুন্না তুমিন্না ফম্মুং মথক্তা অত্থুমক লেঙদনা তাত্নুনা লৈবি। ইথক থক্কৎনবা মতৌ অসিনা মঙোন্দা করি অমত্তস্থু শোক্লু-থেংলুবা ঙমদে। বঘুবীরনা চৎখ্রবদা তপ্পা তপ্পা মহাক্না হায়রকই, ফিংগৎলুত্নুনা করিবু কাম্নগদগে অচলা, মখোয় অদুবু ফংলম্বা থোক্লবস্থু করিস্থু কাম্নরোই-দবনি। মসিনা ফরে— মসিনা ঐগী ফরবনি।

অচলানা হ্না মখা তারকপা তৌখিদে, লোইবা-থম্বা-লৈত্রবা-অত্থুগুম্বা লামশাংদা চৎখিগদৌরিবা যাত্রী অত্থুগী শারবা মরাইপূক মথক্তা মখুৎ থমত্নুনা নুংমা শাবা লাই অমগুম লেঙবা ঙংপা করিস্থু তৌখিদ্রে।

মাগী অকোয়বা মায়কৈ মরিমক্তা মী লৈত্রবা অচৌবা যুম্ব অহুনা অশিংবা লাইগুম পুমচীক চীকলি। অমম্বা অহিং অহুনা মপান্দা অম্ন্ম শুকপা যুম্বা হেল্লক্লি, য়েংনা য়েংনা অমুবা অতিয়াম্থ অম্ন্ম অম্ন্ম মুশিল্লক্লি— অদোমদা য়েংলুরগা মহাক্তা অসিতবু হন্না হন্না থল্লকই মহুদি— মসিগীবু করি কাম্নবা লৈরিবনোকো। মসিগীবু কবি কাম্নরিবনোকো।

মাগী পুন্সীগী কুরুক্ষেত্র-শীনথুংনা অম্বুক চাউনা শাথীরবা লানফম অমা থোক্লিবসিবু, সংসার অসিদা মসিগীবু করি কাম্নবা লৈরিবনোকো? হুনিম্বাগী লৈরিবা মৈচাক অমদি অতোনবা মতৌ পুম্নমক্তা মশাগী অপাম্বা, পুম্নমক থুংলহুনা অহিং অসিনা তৌবগুম মহাকম্থ ওসিমক লোইখিগদৌরিবরা? অহুগী মুতুং তারকপদদি মহাক্তী মপুন্সী চুপ্পা অসিমা কুরুক্ষেত্রগুম মোংফম্নগী মশক্তমক ওইহুনা যুগ যুগ থৃদিঙদা অম্ন্ম তাদুনা লৈরগদরা? অশিংবা মী পোৎলোইবগী থৃদমশিং অদুবু মসিদদি কৈদৌঙৈদম্থ থক মুংলরোইদ্রবরা? পৃথিবী অসিদা মসিম্থ কাম্নবগী মস্থুং চল্লিবরা?

অদুবু অসিগুম্বা কুরুক্ষেত্র অসিমক্তি করিগীদমক্তা থোকপ্রিবনো? কনানা থোকহনবনো? মশাগী মুংঙাইযাইফ, মরলমথুম, অমদি শাগৈ-নাতৈ-মরুপ মপিজা পুম্নমক্কী মরী থদত্তুনা কনাম্থ লৈজ্রদবগুম অম্বুক তোনবা মীশিনা শিগদবগী তৌবিবা মী অসিতনা অম্বুক চাউরবা লানফম অসিবু মথন্তনা থোকহনথ্রিবরা? অহুগা অতৈদি কনাগী মপুক্লিঙদম্থ করিগুম্বা অপাম্বা অমদি মিহোবা অমত্তম্থ লোম্না-থুপ্না লৈনথিবা য়াওদবরা? মফম অমত্তদম্থ কনা অমত্তনা করিগুম্বা পাপ অমা ফাওবা তৌনথিবা য়াওনদবরা?

তৌইগুম্বম্থুং, অসিগুম্বা রাথল অসিবু মহাক্তা কম্না ঈম্থোক্তুনা থমত্র-বগুম থজীক্তুং মশা লেঙলক্রে। কনাননো অমনা মথূৎ অনি চঙহুনা মাগী মথৌরী মেৎথিবগুম তৌরি। তাঞ্জা অসিদা সুরেশনম্থ ঈশিং থক্রে হায়রকলি। নোম্থহুনা মাগী মচীন্দা ঈশিং ইনবীরগা অচলাহু হাম্নগুম অমুক তুমিম্না ফমগ্রে। মাগী অরাবা লৈতে, চোকথবা নাইদে মাগী মমিত্তা থরদং তুম্নিঙলম্বা অহু ফাওবা মাঙথরে। অহুগুম্বা চগংনরবা মমিং অহু পাঙথোক্লগা মহাক্তা তুমিম্না অমুক মিংফম হোংদনা অতিয়া মথক্তা য়েংহুনা লৈগ্রে। মতম কুইথ্রবগী মমাঙদা, য়াম্না লুনা চেকশিম্না হোংনহুনা লোই-শিনুহল্লুব্রবা মহাভারত অহু— ওসিদি মশামক্কী মহুগী অরোইবা পুমতাক তাকপা হায়বা অহুনা ফক্লাংদা তাবা লাইগুম্না ঈর্চেল

নাইনা অসুম চেম্ববা হৌরক্লে। মফম অতুদা ঈ-স্ত্রী স্তুরেশ কয়া চেন্নি, মশক খঙদবা মী কয়া কয়ানা অমগা অমগা মাত্র-কক্তনা মহে মহে হাৎল-থিন্নরি— লীশীং চা কয়া কয়া থোক্লা অশিবা পোৎলোইবগী মৈরি চাকল্লি, মুৎথনরি— মতুগী মৈথু মপৈ মপৈতনা থক-খা পুম্নমক খুংনা শীনখিন্নুনা অনিমক অমত্তা ওইহনগ্রি।

ঙাইহাক্তি স্তুরেশ অতু তুমথক্লবগুম তৌই— মহাক করিস্সু তাক্লমদে। অদুবু অস্থুম্না অসুম তৌদুনা কয়া থেঙজিনগ্রবা মপান্দনা কমদৌনা মতম হৌজিনগ্রিবা, অহিং অতুনা কমদৌনা নোং-ঙানবা-মায়কৈদা অসুম অসুম চঙশিনগ্রিবা— অচলা অতু অদোমদসু ক্সান করি অমত্তা তাখিদে। উইশিল্লিবা মাগী মমিং-মিংলু নাপোমদনা মপি শিস্থরি, হীকথরবী মথুং অনি অতুনা স্তুরেশকী মোন মথক্তা তাদুনা লৈরি, মথবায় শোক্লা মহাক্লা হায়রি, হে ঈশ্বর! অবাবা কয়া; চৈনাথোন কয়া ফংজরক্লবী ঐনি, ঐগী অন্না অনা পুম্নমক অতুগী মচত্তা ঙসি ঐবু ঙাকপিদুনা মসিবু নতস্বাক্তা কোনশিনবীরো, ইমা লৈজস্রে, ইপা লৈজস্রে, ইপুরোয়বা লৈজস্রে— অসুক য়াম্না ঈকাইবা খাঙদুনা মফম কদাইদসু ঐগী লেপ্লুফম লৈজদ্রে। ঐনা কয়াগী মতিক খাঙজরকপগে হায়বত্থু নহাক্তি খঙবিরিবনি— ননাইবু অমুক হিংহনবীরগসু ইবুংঙো! ঐবুসু ননাক্তা চিংশিনবীরো!

ঝাহৈশিং অসিবু মহাক্লা মপুক্লিঙদা মথল কয়া থোক্লা কয়া-য়াম্না শোন্দুনতা লৈথিবগে হায়বত্থুগী পোলোই লৈখিদে— অতুগা মমিত্তগী পিরাংনা কয়াগী মতিক শিস্থগ্রবা হায়বা অতুগীসু ঙমথৈ খঙখিদে।

মাইজী!

মতম অতু অয়ুক নোংঙাল্লকপদমক ঙায়রি, থংপেক থংনা অচলানা য়েংথোরকই, রঘুবীরনা কনানো অমগী চঙলকপা ঙাইহুনা থোঙজাউ অতু হাংদোক্লগা লেপলি।

করিনো রঘুবীর! হেক হায়রকপদা মাগা মমিং চানক্লবা মী অদো কনা নৎলমদে মহিমনি। অমুক্তং মশা থংনিক নিক্লম্নগা মহাক মমিং হুম্ব্রে।

থোঙজীন মনাক্তা মহিম অতু মিংকুপ অমত্তংদি মথোঙ থাংবা থোকখিদে, মফম অসিদা অসুম তৌনা মাগা অমুক উক্লরগনি হায়বসিদি মহাক্লা

থল্লমদে। অহুম ওইনমক থংনবা মিংকুপ্তদি তথা তথা চওশিল্লক্লগা মহাক মনাক্তা লেপ্লরে। য়াম্না হেন্না তপ্না হংলকই, হুজীক্তি সুরেশ কমদৌরি ?

অচলা মমায় হাইগৎলক্তে, বাঁ অমত্তা ওাওলক্তে, মক্তোক হাইহুনা মহাক কবিস্থ খণ্ডবা লৈতে হায়বা অসিদং খওহন্নবা তৌরকই।

মিনিট কয়ামরুম তুমিন লৈরুবগা মহিমনা মরাইবক হেক শোক্লব-মক্তদা সুরেশনা মমিং থংপাও পাওথোক্লুনা য়েংলকই। মঙাব য়াওব্রবা ঈ-মুক ওাওলবা মমিং অহু উবদা মহিমগী মথৌরীদা খওহৌদনা খব হোন্দোরকখিদরে।. মথং তাবদা হায়রকই, কমদৌরি সুরেশ ?

সুংওাইব্রে— চৎলগে। নঙ লাকনি, ঐ খণ্ডই— মাওদা ফম্মু। মহিমনা মাগী মথোঙ মনাক্তা ফম্মুং মচি অমদা ফমলুরে। হায়রকই, ডিহরীদদি ডাক্তর লৈ, ঐগী শগোল গাড়ী অসিদা—

মণ্ডক হাইহুনা সুরেশনা হায়রকই, নত্তে মত্তে, চিংথোক চিংশিন তৌরগনু, রাহুনা তোক্লবনি। ঐবু অসুম চৎহল্লো quietly।

অদুবু হুজীকস্থ—

উম্ হুজীকস্থ জ্ঞান তারি, অদুবু মরক মরক্তা কাউরকলে। ঐগী পুল্লী অসিবু লৈত লায়রগী থবক্তা কান্নহনবা ওল্লমদ্রে, অহুবু লন-থুম অহুদি মহিম, মথোয়গী থবক্তা কান্নহল্লু। অহুগীদমক নওবু ঐনা অহুক বানা অসুক থাপ্না চিংহুনা পুরকপনি ; নত্রবদি শিরমদাইদা ওাকপিয়ু হায়জহুনা ঐনা থক শৈরেং শেম্লিওদে।

মহিম তুমিন্না অহুম লৈ।

সুরেশনা হায়রকই, মহু পুম্নমক ঐদি থাজদে, পাবস্থ নত্তে। নোংম-ক্সংগী ওইবা ওাকপিবদু ঐনা থক মিতাদে। ফরে, উইল অমথক লৈবনি। অচলাবু ঐনা কবিস্থ পীরমদে—ঐগী ইথুৎ অসিনা মাবু অমুক হন্না ইকাইবা পীনিংদ্রে। অহুমদি ওইরগা দরকার লৈ থল্লবদি খরদং পীবিথো।

মহিমনা লাওতক্লনা হায়রকই, ঐবু অমুক মসিদা কবিগী য়েংশিল্লিবনো সুরেশ ?

সুরেশনা হায়রকই, নওবু য়েংশিলহন্দনবগী দমক্তনি। কবিস্থ অমত্তগী অপাম্বা লৈত্তবা, অচুম চুমদ বিচার লিংবা— খণ্ডহৌদনা মথক্তোমদা

মমিং ঙনখত্তুনা হায়রকই, হাইমা, নঙদি অহিং নোংশোয়বা ফমঙ্গুনা লোয়রুনি অচলা— চংলো, নমায়-নমিং তাথোক্ল। মুনিয়াগী মমানা পুম্নমক মরাইনা তাকচগনি— চংলো—

মহাক্না হৌগত্তুনা থোকপ্রবদা হায়রকই, মরুওইবা হাফম অমগীদমক্তদি ঐ য়াম্না মুংঙাইত্রে। অচলানা নহাকপু কয়াগী মতিক মুংশিজ্জনম্বগে হায়রবদু ঐনসু খঙলমদে, নঙনসু খঙদে— মহাক মশামক্নসু খঙজরমদে। নঙগী লৈত লায়র নত্তৌ অদু মতমসু অতুম্মক নৈশিন্দুনা লৈখি— ফরে, হৌরে। অমুক নিঙথিজপ্রবা পোংশক অসিবু লৈপাক ওলহল্লে— ইশানসু ফংদ্রে, মীবুসু ফংহল্লে। অদুবু করমদি তৌগনি। ইনেদু খরা য়েংবীয়ু— মথবায় খাম্না শোক্লগনি।

স্নুহল্ল ওইরবী মুম্মিয়াগী মমানা ছিদাক লীকলী পায়তুনা মনাক্তা লেপ্লবা উরদগী শাউরঙননা হায়রকই, নস্তে নত্তে, হীদাক্তী মতম নত্রে। ঈশিং থরতুম পীযু। মহিম, নাটক অমা ইবা হৌগংলম্বনি, ঐগী ড্রয়ারদা য়াওবনি— ওম্নবদি পাত্থুনা য়েংউ।

মহিমনা মাগী মমায়দা য়েংবা ঙম্লমদে মরু-লূকথতুনা অদুম তারম্মী —ইন্দক্তি মমিং হনগত্তুনা করিনো অমা হায়গে হেক তৌরকপদা সুরেশনা থত্তুনা হায়রকই, ঙমদ্রে মহিম, ঙাইহাক্তুং তুম্লগে। চান-থরুবা থোরাঙ পুম্নমক রাত্তনা লৈবনি, অদুবু নখোয়না হৈনগদবদি নত্রে। হায়রম্লগা মহাক মমিং উইথদ্রে।

ঙাইহাক তুমিন লৈরুম্লগা মহিমনা তপ্না তপ্না হায়রকই, অরোইবী ওইনা ঐ নঙোন্দা রা অমত্তং হায়জগে য়াগত্রা সুরেশ ?

করিনো ?

ভগবানবু নহাক্তি নোংমতসু খল্লক্তিবা মীনি, মাগী মরমদা—

ঐ মতু হৈনদেদা। হায়রগা মমায় শুগত্তুনা সুরেশনা ওম্নোক্তুনা য়াতাদ্রে।

খিংঙমদ্রবা মুংশামপী অমা কম্না ফাদুনা থম্লগা মহিম অতু রা-ঙাক্তনা অতুম্মক লৈত্রে।

# নিকুঞ্জমদোই শুবা তাংকক

রামবাবুদি মমুমদা লৈরমদে। নোং-ঙাল্লগা বক্সারদগী হল্লক্লবদা মহিমগী চিঠি থেংনকুবদগীদি মিংকুপ অমা ফাওবগী মতম খীত্থবা তৌদনা মপান থোক্লকখি— শগোল অদুবু মুংশি-খঙদবমখৈ লম্বী-লমশাং পুমক অদু থৌদুনা শিরুম নারুম তৌহল্লগা মহাক্না মাঝুলি যৌরকপা মতম অত্তুদদি হুমিং মমুম চঙথ্রে। পুলিশকী দারোগা ওইরবোই নিঙদুনা ডুকান্দার অত্তুনা মশামক্না লমজিংত্তুনা নন্দপাঁডেগী নিুম পাম্বী মনাক য়োনা পুরক্লে অত্তুগা শগোল গাডীদগী কুমথরকপা মতমদা য়াম্না ঈকাইখুম্মনা শগোলগী লাগাম পায়ত্তুনা লৈরে। মঙোন মক্তদগী পাউ ফংত্তুনা খঙলে, অচলাসু লাকলে। থোঙজাউ অত্তু অত্তুম হাংদোক্লম্মী, মনুংদা মখোঙ হেক থাংজিন-খিবমক্তদা থৌদোক অত্তু লোইনা খঙবা ঙমলে। সুরেশনা শিখিবা পু. অনি ফাথ্রে। কাংথোন মথক্তা মাগী অশিবা মশা অদুবু মখোঙদগীনা মকোক ফাওবা কুপশিল্লি অত্তুগা অচলানা লাপতন্না খুযারোমদা তুমিন্না ফমত্তুনা লৈরি।

খঙহৌদনা মতৌ অসি উরুবদা অহল অত্তু থাঙজবা ঙমখিদ্রে— হা ইমা! হায়ত্তুনা থরায শোক্লা কপথোবক্লে।

অচলানা অমুক্তং মমায় থাংগত্তুনা য়েংলম্বনা লোইরে, অত্তুদগী মরু লূক্তুনা তুমিন্না অত্তুম ফমথ্রে। অরাবা থোনফম অদুনা মাগী মনাকোঙ ফাওবতমক চঙখি— অত্তুগা থমুংদি যৌথিদে।

মহিমদি ইমুং চঙত্তুনা শী. কোযথি থিরম্মী, মীকপ-খোঞ্জেল অত্তু তাবদগী মপান্দা থোরক্লে। হায়রকই, সুরেশনা লৈথিদবসি ঙাইহাক ওইরে রামবাবু। লেঙবিরকপা য়াম্না ফরে, নত্রবদি ইথন্তা খুদোং য়াম্না চারম্লরোইদবনি।

রামবাবুনা মখোলদি থোক্তনা অত্তুম্মক মপি তৈথোক্লি। মানা হুজীক করি তৌগনি, হায়গদবনা করিনো, নুপীমচা অসিগী মমাঙমক্তদা অকিবগী মশক ওইরবা মিমুংশি খঙত্রবা থবক অসিদা করম তৌনা মহাক্না চঙত্তুনা মত্তেঙ পাংল্লগনি,— মহাক্না মত্তুগী ঙমখৈ অমত্তসু থনবদা লাম্বা ফংখিদ্রে।

মহিমনা হায়রকই, তুরেন নকই, রঘুবীরনা শীং থর-থরদি হোন্দোকপ্রে, থরসু অমুক ফংলে— মত্তুদংগা রোহনথগদি ঐথোয় অত্তুম চঙত্তুনা বাবু

পুথোকপা ওম্নগনি। নত্রবদি খুন্দা মী অতে কনাস্থ লৈত্রে, লৈর্য়বস্থ বাঙালীগী অশিবা মশানি হায়দুনা কনানস্থ শোকউ হায়বা য়ারোই।

রামবাবুস্থ মহু থওলন্মী। অচলাবুদি উহন্দনা লোম্না লোম্না চংলকই, ঐখোয় অনিগা অমত্তি কনাগা ?

মহিমনা হায়রকই, রঘুবীরস্থ মতেং পাংলবা য়াইনা।

তাবদা অহল অহু ইথক থকথরে, নস্তে নস্তে, মহু শুকওই ওইবা য়াদে। ঐদি অতোপ্পা অতৈ কনাবুস্থ ব্রাহ্মণগী মশা শোকহনবা ওমলোই। ভূরেনস্থ পওলাপ লাপতে হায়বনিনা ঐখোয় অনিনা অহুম্মক ওম্নবা হোৎনহুনা পুথোকপা তাই।

মক্রে অহুম তৌরসি, হায়রম্নগা মহিম অহু মনুংদা শীং-থিবা অমুক চঙরে। রামবাবুনা মাংগোল ভন্থুগী মচি অমদা মমায় ওন্থোকুনা তুমিম্না -উখোঙদা ভাহুনা কমল্লি।

মাগী চহি য়ামশিল্লক্লে, শাংলবা মতম অসিগী মনুংদা অশিবা কয়াবু উরক্লবনি, য়ৌনা থম্মোই শোক্লবা অৱাবা কয়াগী মরক্তস্থ তপ্পা তপ্পা মহাক্লা মাওগী লম্বীদা অম্মম চঙশিল্লক্লবনি। থাওওমত্রবা অৱাবগী মুংশিরবা স্থর কয়া কয়ানা পুনশিন্দুনা লৈপ্রবা অহুগুম্বা মাগী থম্মোই বীণাগী তার অহুদা ওসিদি অসিগুম্বা থোদোক অসিনা থেংলুবর্দগী বে-স্থর ভাক্তা থোরকলে। স্থরমা অসিমক্লা নোংমদি ঈপল ইবুংঙো হায়দুনা মাগী মথাদা মমায় উপশি-ল্লথিবা অহুগুম্বা মশক অদুবু মহাক্লা কাউথিত্রি। অহুগুম্বা মাগী মপা ওইবগী মনুংশিহুঅহুনা ওসিস্থ অহুগুম্বা পোৎশক অদুতবু খৌরাংজবনা মনুং মনুংদা অম্মম ওমচাক্লরক্লে। করম হায়না মাবু থেমজিনগদগে মহাক থওদে, সংসার অসিদা মাগী মপুক ফাথবীননবা কদাইদা করি লৈবগে হায়বহুস্থ মহাক্লা করিস্থ থওবা লৈতে, অহুম ওইনমক অৱাবনা লাকহৎলবা মাগী মপুক্তিঙ অহুনা অসিতবু হন্না হন্না পান্নক্লে মহুদি, নুপীমচা অসিবু মথাদা চেজেং কোনশিল্লগা হায়নিঙই, কিফম লৈতে ইমা, ছুজীকস্থ ঐ শিত্রিদনা।

অদুবু, স্থর অহুদি কদায় ? মাগী ঈখৌলাংবা অহু কোকহনবীনবা কনানস্থ খোঙকাপ অমা ফাওবা চঙশিনবীরকথিদরে। হান্নগুম অহুম্মক তুমিম্না, লাপথ্রবা করিস্থ থোক্লদবগী পল অমা থাজিল্লগা স্থরমানা মহাক মশাবু অহুম্মক তোঙান তাহন্দুনা থম্মক্লে।

অম্লাবা মতমদা, পুদোং থীরক্লবদা, মঙগুমত্রবা মথোয়গী অরা অনা অমদি মনিল থোক্লদবা থম্মোই মৈশা লাংনবা কম্লা কয়াগা লেংথৈনহুনা মহাক চৎপ্রবনি অরোনবা-অকোংবা ইঙ্গিত কয়ানস্থ মাবু মরক মরক্তা হেক হেক পদ্মা থিনপ্রিবনি অদুবু নোংমতস্থ মহাক্তা মশা শোকহনবদি তৌথিদে —চিংনবা পুম্নমক মুংশিবা-কুয়োম্লা নমশিন্দুনা থম্লগা, মপানগী মক্তবা অতিয়াদা নোং খক চেলহনথিদে। তৌইগুমস্থং ওসি অসিদি, লুপ্রা-শাংদ-চনবদমক ওায়রিবী অসিগী অসিগুম্বা হায়দগী করিস্থ থওলক্তবা মুংশি হৈত্রবা খাও-হৈবা মতৌ অসিনা অমুক কুইনা লোওুনা থমজরক্লবা মাগী মুংশিজবা অহুগী মশা হোগায়বিরুবদগী মহুদগী থোক্লকপা ফত্রবা মনিলনা থম্মোই পুম্নমক ইথন থলহনপ্রে।

মুমিং তাপ্রে। মহিমনা অশোমগী থবক অহু মওঙ অমা ওইনা লোই-শিল্লম্নগা মনাক্তা চওলক্তুনা হ'য়রবে, রামবাবু, হুজীক্তি অশিবা অসিবু পুথোকপা যারে। অচলারোমদা ওনশিল্লগা হায়রকই, থাউমৈ থানগৎ-লম্নবনি, নও মুনিযাগী মমাগী মনাক্তা ফমহুনা লৈরু, ঐথোয়স্থ পওথেও-থেওনা হল্লক্লোই।

অচলা করিস্থ হায়রকথিদে। রামবাবুনা মশাবু কাথজরগা হৌগন্তুনা লেপলে, মানা মকোক হাইরকই। লুকথহুনা লৈরিবী অচলাগী মমায় য়েংলগা ফুনগৎলক্লবা স্বরবু শেংদোক্লবা হোৎনরগা থোনফম কায়রম্না হায়রকই, ইবেম্মা, হায়বদা থম্মোইবু কায়গদৌই, অহুম ওইনমক নুপীগী অরোইবা মথৌ অহুদি নওনা তৌবা তাই। মৈকোয়বগী থবক্তি নশামক্লা—, হায়না হায়না মহাক উহু উহু কপ্লক্লে।

অচলানা কংশিল্লবী মমায় অমদি অহুদগীস্থ হেম্না কংশিল্লবা মমিং অদি অহু অহুল অহুদা থম্লগা ওাইহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা অওম্বা অমেওবা থোঞ্জেলনা হায়রকই মুখাগ্নিগী কাম্নবা লৈরবদি ঐনা তৌরবহু য়াই। অহুগা হিন্দুধর্ম্মদা তশেংনমক মসিগী ফল লৈবা থোক্লবদি, মদুবু ঐনা অরেম্বা তাহনবদি পামজদে। ঐ মাগী নুপী নত্তে।

রামবাবু অহু বজ্রনা থারবা মীগুম্না মমিং মনা চপ মুংনা অহুম য়েংহুনা লৈরগা মমৈদা ওপ্না তপ্না হায়রকই, নও স্থরেশকী নুপী নত্তবা?

অচলানা অহুমমক থোনফম কায়দনা হায়রকই, নত্তদে, মহাক ঐগী ইপুমোয়বা নত্তে।

মিৎকুপ অমত্তগী মতুংদা রামবাবুনা থোদোক পুম্নমক নিঙশিংলক্লে। মাগী ময়ুমগী শাইদাংলবদগী হৌনা মহান মানা রাস্থখিবা অদু ফাওবদা খোকখিবা থোদোক পুম্নমক অদুনা নোংথাঙদগী হেয়া থুনা হুন্না হুন্না মাগী মথুক মতুংদা কোয়রৈ লৈনা লৈনা নৈথায়দুনা কদাইদসু চিংমবগী মনি মচেৎ অমা ফাওবা লৈহনখিদ্রে। মসিবু কনানো কনাগী মচানো, মাগী জাতিনা করিনো— গুরুবী অমত্তুম ওইথোক্লবসু য়াদ্রি— মঙোন্দা ইমা ফাওবা কৌথোকলুরে, মানা শোকপা পোৎসু চারুরে— মসিগী মথুংনা থোংবা চাকপু মানা লাৎচরিবা লাই ফাওবদা কথোক্লুরে। রাহৈশিং অসি খঙ্গক্ল-খদগীদি তুক্কচখিবমা মশা পুম্নমক্তা অমাংবা পোৎ তৈরবগুম থনপ্রে অদুগা অসুক কুইবসিদা মহাকপু থাজনা, অমদি লুনা চান্না খীক্তুনা য়োকখৎলকপা অদুগুম্বা মুংশিবগী ঈস্নীক অদুনা লৈক-লাগী ঈশিংগুম কদাইদা কমদোনা মাঙখিবনো হায়বদুগী খুদম মচেৎ অমা ফাওবা লৈখিদ্রে।

তৌইগুমসুং মহাক মথক্তসু নত্তি মহিমসু চঙকনা লেপ্পগী, ইখিং খিংগৎনা মহাক্না হায়রকই, মত্তু ওইবা য়াবা মরম লৈত্রবনিনা কান্নদে রামবাবু, লেঙলসি, ঐথোয় পুরসি।

চৎসি হায়দুনা মমঙ- মহাদা চৎপগুম অহল অদু চঙশিল্লকলে। মাগী খুদোংথীবা অসিগা য়েংনরুবদা খুদোংথীবা মখল অতে পুম্নমক মশেন মরাংতা মওইগ্রে— মাগী মনাকোঙ অনিমক্তা রাহৈশিং অসিতগী খোঙ্থাঙ য়ৈরক্লে— জাত তারেদো, ধর্ম্ম মাঙলেদো, মীওইবা মপোক অসিমা অরেম্বা ওইরেদো, করিসু চন্নফম লৈত্রেদো।

অদুম অদুম তৌনা তৌনা সুরেশকী পোৎলোইবা অদু লোইশিনবদা অদুক হাক্লা কুইনা মতম চঙখিদে। মতম পুম্নমক অদুদা রামবাবুদি রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙবা তৌখিদে অদুগা হল্লক্লগনা হেক্তমক শগোল-গাডীদু শেম শানবা হুকুম তৌররে।

মহিমনা হংলকই, লেঙবিরগে হায়বরা ?

রামবাবুনা হায়রকই, হোয়। অদুক অঙনবগী ট্রেনদা ঐ কাশী য়োনবা চৎখিগদবনি, হুজ্রীজগী চৎখিত্রবদি মতম চানা থুংলুবা ঙম্লোইদৌরি।

মাগী রাখল অদু মহিমনা খঙদবা নত্তে অদুগা প্রায়শ্চিত্ত তৌনবগীদমক কাশী তান্না চেল্লিবনি হায়বসিসু মহাক্না খঙই, মরম অদুনা তান্না হংলোই

ঙক্লোইনা মানা হাল্লজরকই, এদ মাবেবাক মচানি, লৈবাক অসিগী মরমদা করিসু থঙজদ্রে। চানবীহুনা মাগী চংননবা করিগুম্বা খোরাক অমত্তং—, বা অমু লোইশিনবা ঙমখিদ্রে। অচলাবু পুদুনা চংখিনবা বা হায়রকপা তাবদা অহল অমু মৈ ক্রদ্ধ তৌরক্লে— চানবীবা, মহিমবাবু, নহাকপু থাওরবা জাংদা?

মহিমনা রাহং অসিদা করিসু য়েংখিদে। কিনা কিনা, নোল্লুক্লা হায়রকই, নিনি-হুমনিসি মহাক করিসু চারম-থক্লম্রোই হায়না খল্লি। অশি কোন অসিদা অকিবগী মশক ওইরবা ফিবমদা হুন্দোক্লুনা চংপসিবু—

মাগী রাইে অসিমসু লোইনবগী মতম ফংখিদে। থম থেংনা গৌড়ীয়া তৌজবা ব্রাহ্মণগী পোকউদগী লোয়নজম্রবা অমুগুম্বা সংস্কার অমুদা অকায়বা থোকহনবদগী শাউখিবনা মুংশি থঙদবা মতৌনা শাথীনা করেম্নহুনা হায়রকই, ও— বাবুসু ব্রাহ্ম ওইরে, মহু ঐদি খঙলুদেদনা, অদুবু বাবু অফাওবা ব্রহ্মজ্ঞানীমকসু ওইবীযু, ঐগী কয়া য়াম্না মাঙন তাক্লবা ওইগ্রবগে হায়বহু খঙবিরম্রবদি ওক্তবী অসিবু চানবীবা মুংশিবীবগী রাফম অমু চীন্দা ফাওবা পনবীরম্লোইদবনি। হায়তুনা গাড়ীদা কাখত্তুনা ফম্লগা হায়রকই, ফরে, ব্রহ্মজ্ঞাননা কাম্নপোং নত্তে— থরায় পাম্মুবীরবদি কাখংপিবকউ—জায়গা লৈগনি।

রাঙাঙদনা মহিমনা নমস্কার তৌরকই। মাগী অমাঙবনা কয়া তাক-লিবনা কয়া হায়বা মহুগী মচাং অমুগী মরমদসু যেংনরুবা তৌখিদে অমুগা থরায় হিংহন্নবা বার্ত্তোন অদুবুসু লৌখিদে। মহাক্লা চংপ্রবা মতমদা স্বর মপী অমত্তং মবুক পোকথায়বমখৈ শাংনা হোল্লকই।

মাঙবা তাকপগী মচাং। উম হায়বমক য়াই!

মহুংদা ফম্লা ফম্লা গাড়ী-মখোন্দা অচলাসু মদু খঙলে। করিগীদমক্লা মহাক্লা মহুংদা চঙলকখিদবনো, চংলমদাইদা বা অমত্তা ফাওবা করিগী হায়-রমদবনো, মদুসু শেংনা অমুম্মক খঙলবা বাফমনি।

মতম অমুক কুইবসিদ্দি শোয়দনা শিরগদবা সুরেশকী মতৌ অমুনা অকিবগী মশক ওইরবা মুংঙাইতবা বাথল অমা পোকহন্দুনা চৈথল অমত্তুম লৈরম্মী, মহুসু লৈত্রে; হেক মমাঙমক্তদা হন্দক্তি মহিম লেপ্পরে, হেমসু মকশিম্না লেপ্পখিগনি, অদুবু মাগী মপুক্লিঙনদি করি অমত্তসু নাচুংবীখিদ্রে।

কাইজগদবা ফাওবদা চোকথুবনা ইরেক লেক্লুথরে।

মহিমনা চঙলকপদা উরে, কেরোসিন থাউটৈ অতুমা মমাঙদা থম্লগা মহাক ভুম্লিন্না ফমহুনা লৈ ; হায়রকই, হুজীক নহাক করম তৌগনি ?

ঐবো ? হাঃহুনা অচলানা মাগী মমায়দা য়েংলগা মগুল মঙ্গল কয়া থল্লক্লে; মমৈদা হায়রকই, ঐদি করিস্থু থনফম থঙদে । নঙগী হুকুম মতুংইন্না চৎকনি ।

অস্থুম্না হায়দোরকনি থল্লমদবা রাহে অসিবু তাবদা অমদি মাগী ব্যবহার মতা অসি উবদা মহিম অতু পুমঙক ঙকখ্রে, মুংশা থীরক্লে । অস্থুম তৌনদি মহাক্না অমুক্কস্থ য়েংখিবা লৈত্রি । ঈরায় লায়থোকপা ইত্তিং ত্তিংবা অতুপ মিংয়েং অতুস্থ তরু তরুরি । মাগী মবুক্কী অয়াম্বা মতৌ পুম্নমক অতুগী মহুং ফাওখিহুনা ময়েক য়াম্না শেংনা অতুম্মক উবগুম তৌরি । অতুগুম্বা মফম অত্তদা করিগুম্বা অকিবা অমত্তা লৈতে, রাথম্না হুংনাঙবা মতৌ য়াওদে অপাম্বা অমদি মপুক্লিঙগী করিগুম্বা রাগ অমত্তস্থ লৈতে—অস্থুম হেক ঙম্লিবমখৈ তাম্না য়েংথখিবদা, মতুংগী অতিয়া 'পুম্বা পুমহাঙ পুমহাঙ হাঙখ্রি । মতুগী মচু লৈতে, মশক নাইদে, লেঙবা ওৎপা করিস্থ লৈতে, মতুগী মহৌশাগী ওইবা মতৌস্থ থক য়াওদে, হোংদোক হোংজিন করিস্থ লৈল্লতে, পুমহাঙ হাংখিবতুনা লোইরে ।

ওৎপি নৈবী-রবী তুহৎপিরবী নূপী-থম্মোইগী অসিগুম্বা সংসারগী করিগুম্বা পোং অমত্তদস্থ খোয়দাদবা মতৌ অসিবুদি মহাক্না মশক থঙবা ঙমখিদ্রে । অমা রাৎপদগী অস্থুম তৌনা অতোপ্পা অমগী থম্মোয়বু পুমহাঙ হাঙহল্লিবনি অস্থুম্না থল্লুবদগী মাগী মপুক্লিঙ পুম্নমক অতু পুম-থা থাজিল্লক্লে । অতুম-ওইনমক মশাগী অরাবা হাপচিন্দুনা তাইবঙ-পানবগী অরাবা হেনগৎহল্লুরহু কৈদৌঙৈদস্থ মাদি পামজবা মীত্তা নংথিদে, অতুনা মতুনা মশাবু মশা মনুংদা অতুম্মক ফাজিন্দুনা থমজনবা মাগী পুন্সীগী হৈনজবা মতৌনি । মাগী মপুক-মনুংদা পীক থনগৎনা লৈরবা অসিগুম্বা হু-তরেৎ থারবা মতৌ অসি মাগী মথোঞ্জেন্দা পাক হেক মথি ফোংদোকখিবস্থ থঙদে হায়বগী নুংশাথীবমক্কনা মায়কৈ অমরোমদা মমিং থম্লগা ঙাইহাক অমুক তুমিন লৈরক্লে ; মথংদা মশাগী অচুম্বী মথোঞ্জেলনা অতুম্মক হায়রকই, ঐনা নঙবু করিগী হুকুম তৌফম থোকই, অতুগা নঙনস্থ মতুবু করিগীদমক তাফম থোকই অচলা ?

অদুবু নঙ নত্তনদি অতৈ কনাস্থদি লৈত্রে— কনানস্থ ঐগা ওনশি-নহুনা মা-ম্লান ঙাঙনগদবদি য়াওত্রে ; হায়হুনা অচলানা মহিমগী মমায়দা কিবম হোংবা লৈতনা অতুম য়েংহুনা লৈখ্রে ।

মহিমনা হায়রকই, ঐগী ইকয়দগী নঙনা মসিমকপু আশা তৌরিবরা ?

য়াহং অদু অচলাগী মনাকোঙদা চঙখিদমাল্লে। মশাগী য়াম্বাঙ অদুগী ইনিল মতুংইন্না মথন্তা অন্থম শোঙ্গবা ওইনা তৌরকই, নঙবু হেক মাঙখিবদগী হৌনা ভগবানদা ঐনা কয়ারক হায়জরক্লিবনি, হে ঈশ্বর ! ঐ খাঙবা ঙমদ্রে— ঐবু নঙনা লৌশিনবীয়ো ! অদুবু মানস্থ তাবিদ্রে নঙনস্থ তানিঙদ্রে। ঐনা তৌগদবা করিনো !

করিস্থ খুন্নস্বা তৌদনা মহিম মপান্দা থোকখরে, তৌইগুম্বস্নুং অদুবু, নিঙবা কায়বগী অসিগুম্বা থোঞ্জেল, পুক্লৌ-পারৌ লৈতবা অসিগুম্বা মতৌ, হুংগোইবা অমদি ইকাইবা লৈত্রবা অসিগুম্বা য়াঙাঙ-শাঙ্গাঙশিং অসিনা মাগী থম্মোই অদুবু অমুক অনি থোকহল্লক্লে। অসিগুম্বা য়াহৈগী সুর অসিবু মনাকোঙ চক্র মস্থুংদা হাপ্পা হাপ্পা মপান থোরক্লুনা মাংগোন্দা হুংগৎ-হুন্দা অস্থুম চৎনা চৎনা য়াখল অসিতবু হুম্মা হুম্মা থল্লক্লে, করি তৌবা তাই ! মহাক অসিদি মশাগী অক্কস্বনা মথন্তা মপোৎ ফাজরবীনি, অতুগা সুরেশনা মাগী অফ-ফত্ত মিংচৎবী কোকথোং পুম্নমক মাগী মকোক্তা অমুক মথাঙ থোনগৎলম্নগা হুজীক্তা কদাইদনো মথোঙ থঙদনা চথোকখ্রে, মহাক্লা কোকথোং অসিবু কদাইদা পুরগা কমদৌনা অমুক থাক্লগদগে ?

য়াম্না য়ানা হোৎনরুরবা তুংদা য়ঘুবীরনা পাউ পুরক্লে, ডিহরী চৎপা লম্বীদা মফম অসিদগীদি ক্রোশ অহুম লাপ্না হয়েং অয়ুক অঙনবদা কৈথেল অমা ফমগনি, হোৎনতুনা য়েংলবদি মফম অতুদা বণ-গাড়ী ফংলুবস্থ য়াই।

মহিমনা য়াম্না লাঙতক্লবকপা মতৌ উবদগী য়াম্না হুংগোইনা মহাক্লা থঙহল্লকই, মহাক মশাদি হুজীক চৎপা ঙম্মী, অদুবু খুল অসিদদি কিনবদগী কনাস্থ চঙলকউ হায়বা য়ায়রোই। অদুমকপু মাইক্লীনা করিগুম্বা লম্বী দদং—

তারতুনা অচলানা হায়রকই, চৎসি ; অমস্থং খুদক্তা হৌগৎকে তৌক্ল-বদগী থোঙফম চুম্বা ঙমদদুনা তুথরক্লবদা মহিমনা মথুৎ হেক তিংথোক্ল্বদা মতুদা কল্লা য়াম্দুনা পায়রগা মশা চুম্না লেপখৎলক্লে। তৌইগুম্বস্নুং মহিমদি ঈকাইবগা খাক্তনিঙবগম্বা মশা অপুম্বা পীকশিন-চপশিল্লক্লে, মশাগী মথুৎ অতু চিংশিন্নবা হোৎন-হোৎনল্লা হায়রকই, ঙসি অসি তোক্লসিদনা অতুগা।

করিগীনো ? মফম অসিদা লৈবা হৌনদে হায়না নঙনা হুজীক্তম হায়থিবহুদি ? অদুগা ডিহরীদগী পাঙী লোবা চৎপদা হুয়েংগী হুম্বিং অমুময় অমুক হৌরিবা ?

অর্জুন নঙদি য়াম্না শোল্লিদো—

অচলাদি মথুৎ থাদোক্লমম্ত্রি, অদুম্মক পায়রি। মকোক্তং হাইদুনা হান্নমকই, নত্তে, চৎসি। হুজীক্তি ঐ শোন্ত্রে, নথুৎপু পায়রবদি চৎলু হায়রিমথৈ চৎপা ঙমগনি।

চৎসি, হায়দুনা মহিমনা রঘুবীরবু ম্যাঙ থাহল্লগা চৎপা হৌরক্রে। লোম্না লোম্না সু.শা-মপী হোল্লগা মশানা মশাবু লীশীংলক হন্না হুংল্লরক্রে, মসিগী 'পোলোই কদাইদা ওহরিগরা ? করম্না মতমদা অমদি কমদোম্না খোঙচৎ অসি লোম্নগবা ?

## নিফুমবি শুবা তাংকক

ডিহরীগী য়ুমদা থুংলগা অচলানা অথাবা চে খাউ অদু পুথোক্লুনা হায়রকই মাগী উইল হায়বতু মসিনি। মহিমনা মথুৎ তিংথোক্লুনা লোরে। মানা নিঙশিংলে, মতুপী মম্নুংদা সুরেশকী চিঠি য়াওরি। চিঠিদা, খনফম খঙদবা করম্না মরম ইরমগদগে, করম্না অরোনবা খুদোংথীবা লম্বীগী ইঙ্গিত তৌরমগদগে হায়বগী মরম অদু খুদক্তো খঙনিঙবনা মবুক মম্নুংদা অকনবা নো.লৈ-শুংশিং হৌংক্রে, অদুনৎইনমক যঙ-য়ঙ লাউরবা মপুক্লিঙ অসিবু অঙংবা-মায়থোংনা লাকশিন্দুনা থম্লগা চে অদু ফুরিৎথাউদা হাপচিনগ্রে।

অচলানা হায়রকই, ঙসিমক নহাক ডিহরী থাদোক্লগদবরা ?

উম মফম অসিদা লৈবতু ঐঙোন্দা খুদো. কয়া চাররোই।

মফম অসিদা ঐদি পুন্সী চুপ্পা অস্থুম লৈবা তারবরা ?

মিৎকুপ অমত্তং তুমিন লৈরুরগা মহিমনা হায়রকই, নঙবু অতোপ্পা মফম অমদা চৎনিঙবরনে ?

অচলানা হায়রকই, ভরাংদগী হৌনা ঐনা মেদুতবু মুনুমম লাক্লরানি। ঐনা অখি, খিস্যাত লৈবাক্তদি ঐগুদী লাইরক খীরবা গ্রিংগ্রীদসনা আশ্রম

লিংজুনা লৈ মফম অদুদা করি করম তৌবা ঐ করিস্থ খংদে, অদুবু লৈবাক অপিদদি অদুগুম্বা করিসু অমত্তা—, হায়না হায়না কোয়রাওনরবা মথিং অনিমক অদুদা মপি কদং তরং চেপ্লক্লে। মাগী মমিত্তা মপি উবসি গুলি অসিনা অহানবনি।

খোজানগী খোরবা তেনজীমা মহিনগী খম্মোইলকা থিন্দংখ্রে, অদুম ওইনমক তপ্পা তপ্পা মহাক্না থুম্লকই, ঐস্থু খঙদে, অদু ওইরবস্থু থিজুনা য়েংজুবদি য়াই।

করিগুম্বদা নঙোন্দা চিঠি ইরক্লবদি নহাক্না খুস্তীরক্লোইদবরা ?

কান্নবা লৈরবদি থুম্লকনি। অদু— পোৎ লোইখোক লোইশিন তৌরিবৈঁদা নংহৌদবা তারে— ঐ চংলে।

ঙসিদি অচলানা থম থেংলবা মাগী অরাবদুবু অথাকপা লৈতনা মপুবোয়বগী মখোঙদা কখোকচরগা মফম অদু মক্তদা মকোক লৈত্তানা থুকুম্লক্লে অমস্তুং মহাক্না থোকপ্রবদা থোঙজীন পাযরগা ছুমিন্না অদুম্মক চপ লেপ্তুনা লৈহৌরে।

লম্বীদা চংনা চংনা মহিমনা থল্লকই রামবাবুগী মযুগদদি নিংকুপ অমা ফাওবা লৈক্লবা যাদ্রে, অদুগা সহরগী মনুংদা নোংমতংগী ওইনা মফম অমদা পল্লুবস্থু ওইখোক্তে। করিগুম্বা মওঙ অমা তৌজুনবু ওইরবস্থু মহাক ঙসিদি লৈবাক অসিদগী মপাম থোকখিদবা য়াদে, অদুগীস্থু নখক্তা পুং অনিদংগী মতম লৈত্তানা ফমজুনা চেথাউ অদুদা করি লৈবগে হায়বত্ত যেংবতস্থু নত্তনা মমিং উইশিন্দুনা মশানা মশাবু অমূক্তং মুম্না য়েংথোকচনবগী তাঙ্গা ফংজনবগী-দমক মশা মথস্তগী ওইবা অদুগুম্বা অচীকপা মফম অনাদি দরকার লৈরিবনি।

অচলাবু মহাক্না থজীক থজীক অস্তুম ছুংশিরকথিবগী অহানবা ইতিহাস অছুদি মঙোন্দা মশেল মরাং থোকপ্রে, অদুমদি ওইবগা নুপী অসিতগী মুরমদগী মাগী মপুন্সীদা থোকপ্রিবা থোদোক অছুদি প্রলযগুম্না মপান মাই-থিদবগুম মার্নযমিংঙাইস্থ লৈখিদে। মাগী মযুম অছুনা মন্দু অমস্তুং মপান অনিমক্তগী চাকশিন্নকথিবা মতম অছুদা মফম অদুমক্তদা মহাক মশামক অত্তুম লেপ্তুনা লৈনা লৈনা অদুম্মক উং ওইখিবনি— মৈরীক মচা অমা ফাওবনা তাইবঙ পানবদা চোইথোকপা ঙমখিদে। তৌইগুম্বস্থুং ঙসিদি মাঙ্গ মপাংগল অছুর ছুমগী থাজতনা লৈনবগীদমক ওইনতা তৌরকপা নত্রে— উতাই অমা লেন্নবগীদমক্তনি। ঙসিদি মাগী জমা-খরচ ৭

অদু অমুক্তং চানদুনা য়েংদবা য়ারক্তে। খরদং হেন্না চীকপা মাগী মকম অমদি কদাইবাইদনো ঙসি অমদা নত্রগা অমদদি কংদবা ইয়া য়াত্রবনি।

য়ুম য়োৎরক্লগা মহাক্না মশাগী মপোৎ-মচৈ পুম্নমক অদুবু তফিং তফিংনা লোইশিল্লরে, পুং মঙাগী ট্রেন অতুগী মতম য়োগদবা পুং অমম্নোমতা মঙায়-শিল্লক্লে। রামবাবুনা কাশীদগী হল্লকপদি খরা থীস্থরবা য়াই, মরমদি অশোংনমক মহাক প্রায়শ্চিত্ত তৌবা চৎখিবনি অমসুং মতু তৌত্রিমখৈদি মহাক্না ঈশিং কাওবা শোক্লোইদবনি হায়রম্মী। মরম অসিদগী মাগা উম্ন-খোৎনতুনা বিদায় লৌবদি ওইথোক্তে। তেন্-তক্ তৌবা চিঠি অমনা অসিগুম্বা তৌফম থোকপা মথৌ অসি লোইশিল্লম্নবগীদমক মহাক্না চে-কলম পায়খৎলে। পরেং অমা অনিথক ইখৎলক্লবদা, মাগী শাউরবা শক্ফমদগী থোরকপা য়াক্লবা-শারবা করেম কথাইনবা রাহৈশিং অতু মাগী মবুক্তা নিংশিংলক্লে; অতুগা মতুগা লোয়ননা মী অমগী পিরাংনা থুম্মৎখিবদগী ফুনগত্তুনা-শেংনা হায়দোকপা ঙমজখিত্রবা থরায় শোক্না-হায়জখিবা অতুগুম্বা খোঞ্জেল অতুসু মাগী মনাকোঙদা তারক্লে। তুম্নিঙবা মরক্তা ফাওবা চৈনাখোন-গুম্না অসুক কুইবসি মতুনা মাগী মপূক্লিঙবু থাঙ্গৈমক শেংনা মিংকপ খোকহন্দুনসু থম্লক্তে, তুমথহনবসু তৌরক্তে, তৌইগুম্বসুং রামবাবুগী রাহৈশিং অতুগী থকইন-চাবদগীদি মহাক খংপেক-খংখি।

অহল অসিগা মহাক্না শকখঙনবা কুইত্রি, অতুমদি ওইরগা মাগী খোজাল, মাগী মীয়োক, মাগী মীচান, মাগী ফজবা লোনচৎ, শাজৎ, লৌনম য়াওত্রবা মাগী ঈশ্বর-ভক্তি অমদি ধর্ম্মদা পুক্লিঙ চেৎপা অসিনচিংবগী রারী কয়া কয়া মহাক্না তাখি— অদুবু ঙসিদি মখোয়শিং অসিনা মাগী উইশিল্লবা মমিৎ অদুবু খঙহৌদনা হান্না অমুক্তসু উখিত্রবা অতোপ্পা মায়কৈ অমরোমদা মথুং থিল্লক্লে।

অহল অসিনা অচলাবু সুরমা-ইমা হায়তুনা, ইচানুপী হায়তুনা কৌখিবনি। নুপীমচা অসি নত্তনা মহাক্না কৈদৌঙৈদসু অতোপ্পা গোত্র-চৎপী কনাগুম্বী নুপী অমনা থোংবা-থাকপা চাক-ঈনশাং-থক শোক্লক্রিবনি হায়বসিসু মহাক্না মচুিমগী মফমদা কুংশিবা উত্তুনা রারী শাপ্রিবনি, মরম অতুনা মহাক্না মাঙন-তাক্লবা ওইত্রিবতু মায়কৈ কদোমদগী চঙলকখিবনো হায়বতুসু মহিমনা লাকশিনবদা রানা থোকপা অমা নংখিদে; অদুবু রাফম অসিতবু মহাক্না হুন্ডৌক মপূক্লিঙদা মথক্তা অসুম হন্না হন্না শোক্সরক্লে মতদি, অচলাগী মরালগী রাফম অদুবুদি কোম্নসু মথনগনি, 'তৌইগুম্বসুং আচার

বিচারগী ম্রাখল চেৎনা লৈরবা ব্রাহ্মণ অসিগী অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিদি করম্বা মখলগী অচুম্বা ধর্ম্মনো, কম্রিম্ভু লৈতবী অচম্বী নুপীমচা অমত্তনা তৌবা নমথাক্তা মিৎনা কুপ্পদা হেক্তমক উকুন ওইনা মাঙখিবা, অত্যাচার তৌবা মীগী চৈফুদগী মশাবু অমস্থং অতোপ্পবু ঙাকচবা অমদি কনবীবা ঙমদবদি লায়রস্থনা মশাগী লৈজবা শক্তি শীজিন্নস্থনা অহিং মুংখিল থাক্তবমথে মহাক্না অত্যাচারী অদুতবু শিবদগী হিংহন্নবতা হোৎনস্থনা লৈবা, অদুবু করি ধর্ম্মনো, অস্থগা মীওইবা-পুন্সীদা মস্থগী কান্নবনা কদাইদনো ? মুংশিবগী ইকাইখুম্নবা করিম্ভু থমহন্দবা, উপায় লৈজদ্রবী, অবাবা তারবী নুপীবু অশিবগী থায়াত্তা লংশিল্লম্নগা চৎখিবদা চিংনবা করিম্ভু লৈখিদবা, চৈকু-থরদং চাবতদা অম্ভুক মুংশিহৈগ্রবা অহল ফাওববু অস্নুম্না তয়াং-তশোইহন্দুনা অম্ভুক মুংশিহৈতনা হিংশাগী পুকচেল চেলহনবা— অস্থগুম্বা ধর্ম্ম অদুবু করি ধর্ম্মনো ? অদুবু থাজনা কোনশিল্লিবা মী অস্থনা করম্বা অচুম্বা মশক অমা ফংলিবা ? ধর্ম্মদি, ইশাগী অশোক-অপন ঙাকথোকচনবা অস্থগুম্বা কবচ অস্থগী মশক ওইগদবনি ! অস্থতনা মসিগী অরোইবা পরীক্ষানি !

মহাক্না থংনিঙ নিঙশিংলকলে, মস্থদি মহাক মশামক্না চেনগদৌরিবা অসিস্থ— তৌইগুম্বম্ভুং মথুং অনি চঙস্থনা মহাক্না বাখল অদুবুম্ভু থংইন ইম্থোকখিস্থনা কলম পায়খৎলে অমস্থং অতেনবা চিঠি অস্থ লোইশিল্লগা ষ্টেশন তম্না চৎখ্রে।

ট্রেন লাক্লবদা মহিমনা থোঙ হাংদোক্লুনা মন্থুংদা চঙননবা তৌরুরিবা কা অস্থগী লম্বী অস্থমক্তদা অহল ওইনা তৌবা ভদ্রলোক অমনা লুপ্রাবী নুপী অমগী মথুৎ পায়স্থনা মথাদা কুমথরক্লি।

অহল অস্থনা হায়রকই, হাইমা, মহিম নল্রা ?

মৃণালনা মথোঙ মনাক্তা নোম্থদুনা খুক্লম্নগা হায়রকই, তা'তোন, কদাইদা চৎলিবনো ? হায়না হায়না অনিমক্না ইঙক ঙক্না উনরে মহিমদি গাড়ীদা কাখত্তুনা ফমগ্রে।

মহিমনা হায়রকই, ঐ কলকতাদনি ; মুরেশবাবুগী মযুম হায়রবদি গাড়ীথৌবা অস্থনা অচুম্বা মফমদা মরাইনা পুজগনি। মফম অস্থদা অচলা লৈবনি।

কেদারবাবু অস্থ তৌকম থঙম্রস্থনা মমিৎ কুপ্তনা অস্থম্মক য়েংস্থনা লৈস্রে। মহিমনা হায়রকই, মুরেশ শিগ্রে। অচলানা ঐঙোন্দা আগ্রমগী

রা অমা হংখ মৃণাল, অতুবু ঐনদি মতুগী পাউথুমে পীবা ওমথিদে। নঙসু নকমদগীদি মহাক্কা পাউথুম অমা ফংজবসু ময়াই।

মৃণালনা মহাক্কী মমায়দা মিৎয়েং থম্লহুনা অসিদং হায়রকই, করিগী হংলোই তা'তোন? অদুবু ঐগী শিক্ষা-দীক্ষা পূম্নমকতি নংঙোন্দগী ফংজখিবা ওাক্তনি। আশ্রম হায়গে হায়রু আশ্রয় ওইগে ওইরু; মানা মদুবু কদাইদা ফংগদৌরিবনো! হায়বক্তুবুদি ঐনা ইনমতোনদা তাকপা মঙম্লগনি, অদুবু মতুদি নহাক্তনা পীবিগদৌরিবনি।

মহিম রা ভাউলকথিদরে। মীৎযেং থৌরবী নূপী অসিদগী মশাগু লৌৎ-চনবগীদমক ওইরমাম্লে, মমায় লৈথোকখরে।

গাডীগী তু থোংলক্রে। মৃণাল অহল অতুগী নাক্তংগ্রবা মথুং য়েং অদুবু মশাগী মথুং মতুংদা পায়শিল্লগা হায়রকই, চৎলো বাবা ঐথোয় চৎলসি।

লোইরবা